রাধা হৃদয়

# ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ

( প্রথম খণ্ড )

অইবা :—

শ্রীতখেনচংবম গৌরীদাস শর্ম্মা

[ খ:ব পুন্নমক অইবগীনি ]

থোংজবা :—

শ্রীতখেনচংবম্ সনাতোল শর্ম্মা
কিয়ামগৈ অৱাং লৈকাই
ইম্ফাল।




কোপী—১০০০,

তাং ১১।১২।৯৩ ইং, পোইন্নু।

মমল লুপা ৭৫/—

লাইরিক ফংফম :—

অইবগী য়ুম,
কানচিপুর মেন গেট।

নম্ফম :— ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম, য়াইস্কুল পুলিশ লেন ইম্ফাল।

# ভূমিকা

## বাহোদোক

মহর্ষি বেদব্যাসনা লেংখ্রবা পুরাণ তরানিপালগী মন্থংদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণদা থোইদোকপা অথুপা তিল্লী। পুরাণ ময়াম নৈরগা থোকপা মচি অসিগুম্বা পুরাণ অসিদা কোংদোকই। অসিগুম্বা লাইরিক অসে খণ্ড অনি শুই শ্লোক লিশিংতরানি। তাজবদা পাঠ তৌজবদা মোক্ষ ফংভি দেহ শেংভি ভগবংকী গুণনা তিল্লী। পুন্নামক্কী থোইদোকই কলিদা পোকপা জীবগী পুকনিং শেংনবগীদনক্ ব্যাখা তৌজে।

পৃচ্ছক, শ্রোতা, ও বক্তা, অহুম অসি লুংভাইবগী মশকনি অসিগী মন্থংদা শ্রীমতী রাধিকাগী পোকপগী রারি। শ্রীরামচন্দ্রগী লীলা তাজবদা মোক্ষ ফংভি, পুরাণ হাইবা অসিনা থা গুল্লা ভাল্লি। উত্তর খণ্ড তারগা মোক্ষ ফংনবগী রারি বর্নন্ ভগবাণগী লিলা বরু তৌরি। পরমা প্রকৃতি আদ্যা শক্তি শ্রীরাধিকাগী মহিমা সন্দোকপা রারি। পুরাণ তারগা ইন্দ্রিগী অমকপা কোকই প্রেমানন্দি লুমিং থোকলগা অর্মম্বনা। মাংখিবগুম্, শ্লোকলিশিং তরাগী মন্থংদগী শ্লোক লিশিং মরি অধ্যাত্ম রামায়ণ লেংভ। অদুবু পাজবদা কয়ামুক লুংভাই মী অদো ভক্তি রসনা তিল্লী। ঈজারিবা অসিবু অন্যান্য পণ্ডিত সাধু বৈষ্ণব পুন্নামকি মফমদা প্রার্থনা তৌজরি। ঈশিংগা শঙ্গোমগা তিননারবা অদুবু শঙ্গোমতা লৌই ভাদু কাংভনা। রাজহংসনা।

চংভাগৈদা লৈবা ঐগী ইনাওনিপা শ্রীমান বীধু শর্ম্মানা লাইরিক অসি মবর্দা লুপা ১০০০, মতেং পাংবিখি।

নন্দকুমার ভট্টাচার্য্য কবিরত্ন কর্ত্তৃ সন ১৩৬৬ সাল।

মতম অদুদা পণ্ডিতনা ইরমবা

রাধা হৃদয় ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ

মণিপুর লোন্দা ইজবা বৈষ্ণব পুন্নামকী মফমদা হন্না হন্না থুরুমজৈ।

হৈরোক্ খুনোদা লৈবা

শ্রীখুন্দোংবম্ নিংথোম্ব সিংহ

শ্রীঅহৈবম ধনঞ্জয় সিংহ।

হৈরাঙ্গোইথোং অহৈবম লৈকাই।

শ্রীতখেলচংবম গৌরীদাস শর্ম্মা

কিয়াম্‌গৈ অবাং লৈকাই

সন ১৩৯৪ সাল।

ইং—১৯৮৮।

ইবা হৌজবা

ওঝা অনি অসিনা লাইরিক অসিগী অচুম অরান হেংখিখিবা।

# সুচিপত্র

# গুরুবন্দনা

তাং ২।১১।৭৬ ইং

শ্রীগুরুগি কৃপাদগী বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখ্রে
তাঁরপোক্ খুমখেম লৈকাইদা লৈবা
ওঝা ইবুংগোগি মিং লুক্রাম্ তোঝা
ওঝা ইবুংঙোগি চরণদা হৈরা হৈরা খুরুমজৈ।

বন্দেগুরু পরংব্রহ্ম মন্ত্রচৈতন্য দায়কম।
প্রসন্ন পরমানন্দং নন্দনন্দ রূপিনম্।
জয় জয় গুরুদেব সুদ্ধসত্ত্ব স্বরূপম।
দ্বিভুজ বরদ হস্তা চারু পদ্ম দ্বিনেত্রম্।।
সকল নিগম তত্বং দর্শিতং মুল মন্ত্রম্।
তব চরণ সরোজে দেহিমে ভক্তি দাস্যম্।।

গুরুব্রহ্মা গুরুবিষ্ণু গুরুদেব মহেশ্বর
—। য়েনতস্মৈ শ্রীগুরুবে নমঃ ২।—

থখেলচংবম গৌরিদাস শর্ম্মা
ক্যামগৈ অচাং লৈকাইদা লৈজবা
সন্ ১৩৯৪ সাল্
ইং ১৯৮৮
ইবা হৌজবা।

শ্রীনারদ উবাচ।—কিংস্তুতংহ্য তবব্রহ্মণ মচ্চিন্ত্য মখিলে খরৈঃ।
তন্মেব্রুহি পিত স্তব যোগেশ মরি বৎসল।।১

ব্রহ্মাদানারদনা হলংখি ( পিত ) ইবুংঙো নহাক্কি খংবতমজবা খংবিবা ঈখয়নি মরোল অহমগী, মবুংঙোনি ইবুংঙো নহাক্কা অথুপ্পা পুমমকপু চানবিহন তাকপিবু যোগিগী মপু ওইবা।।১

শ্রীব্রহ্মোবাচ।— শৃনুব গুহ্য তমং তাত্ত নারায়ণ মুখা চ্চ্যুতং।
সর্ব্বেশ্চ পুজিতা দেবা রাধা বৃন্দা বনে বনে ।।২

ব্রহ্মান হায়খি। -ইবুংঙো নারদ নারায়ণগি মুখদাগ তাজবা অথুপ্পা পুমমক ঐব হায়রগে তাবো শ্রীমতি রাধিকা ইবেম অহুদি বৃন্দাবনাগ মকম খুদংদ লেংদন লোবনী চরন্দা পুমমক্কা পুজা কৎপনি।।২

রাধা বিশেষতঃ কৃষ্ণো হোকর, প্রেম বিহ্বলঃ।
রাধা মন্ত্রং জপন ধ্যান রাধাং সর্ব্বত্র পশ্যতি।।৩

শ্রীকৃষ্ণন মতম পুমমক্কা রাধাগি প্রেমন তাওহনা রাধাতবু মন্ত্র ওইন হোৎলা রাধাতবু নিংথি পুমমকস্থু রাধাতপু উই।।৩

। অস্য শ্রীরাধা স্তোত্রস্য ব্রহ্মঃ ঋষি।

। অনুষ্টুপ ছন্দঃ। শ্রীরাধাদেবতা।

ক্লীঁং বীজং। অসিগুম্বা শ্রীমতি রাধিকাগ স্তোত্র অসিবু ব্রহ্মান নারদদ অনুষ্টুপ ছন্দঃ ওইন তাকপি

—ঃ ক্লীঁং ঃ—

। ক+ল+ঈ+ঁ—ক্লীঁ। ক=কৃষ্ণ। ল=ঈশ্বর। ঈ=সন্তোষ। ং=দুঃখ হরন। ক্লীঁং—কৃষ্ণই ঈশ্বর।

তিনিসন্তুষ্ট। আমার দুঃখ হরণ করুন।

ক+ল+ঈ+ঁ+ং। এই পঞ্চযোগে ক্লীঁং শব্দের উৎপত্তি।

কেহ কেহ ককারে পৃথিবী, লকারে অপ, ঈকারে তেজ,

নাদেতে বায়ু, বিন্দুতে আকাশ নির্দ্দেশ করেন।

কেহ কেহ ক কারে কৃষ্ণ প্রোক্ত, ল কারে রাধিক,

ঈ কারে হ্লাদিনী, নাদেতে শ্রীরূপ, বিন্দুতে বৃন্দাবন,

—ঃ নির্দ্দেশ করেন ঃ—

।শ্রীরাধা প্রীত্যর্থে জপে বিনি যোগঃ।

। খিগদবা ওই।

গৃহেরাধা বনে রাধা রাধা পৃষ্ঠে পুরোস্থিত।
যত্রতত্র স্থিতারাধা রাধৈবা রাধ্যতে মায়া।।৪

য়ুমদস্থু বনদস্থু মাংদস্থু তুঙদস্থু লৈবদস্থু মকম পুম্মকস্থু ইবেম্মবু ঐনা নিংঙৈ।।৪

জিহ্বয়ারাধা শ্রুতৌরাধা নেত্রেরাধা হৃদিস্থিতা
সর্ব্বাঙ্গ ব্যাপিনী রাধা রাধৈবা রাধ্যতে ময়া ॥৫

জিহ্বাদা সোঙবা রাধা হায়না তাজবা ইবেম্মগি নাম মিথদা য়েংজবা শ্রীমূর্তি হৃকচাং পুম্নমক তাক্কনিবা ইবেম্মগি নামনা হৃদিদা লাংচবস্মু শ্রীমূর্তি ॥৫

—॥ অথ ধ্যানং ॥—

কিশোরি সুন্দরী রুপা রাধা কমল লোচনা।
শ্রীকৃষ্ণ প্রেমিতা রাধা বৃন্দাবন বিহারিনা ॥৬

অসুন্না নিংগদবা ওই কৈশর বয়শদা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা ফজবী থম্বাল্লা তমজনিংঙাই ওইবি মিং অনি শ্রীকৃষ্ণগা তোঙান্নদবী রাধা বৃন্দাবনদা শান্নরিবী ॥৬

পুজারাধা জপেরাধা রাধিকা চার্ভি বন্দনে।
শ্রুতৌরাধা শিরোরাধা রাধৈবা রাধ্যতে ময়া ॥৭

পুজাদা রাধা হাইনা শোঙবা ইবেম্মগি নাম খুরুমজবা চয়োনদা তাজবস্মু ইবেম্মগি নাম রাধাওবু ঐন নিংজৈ ॥৭

গানেরাধা গুণেরাধা রাধিকা ভোজনে গতৌ।
রাত্রোরাধা দিবারাধা রাধৈব্যা রাধ্যতে ময়া ॥৮

লঙ্ঙনবু ঈশৈ ওইন শকচগে রাধা হাইনা চাবদা চৎপদা তুম্বদা অহিংদা নুংথিলদা ঐনা নিংজগে রাধা হায়না ॥৮

মাধুর্য্যে মধুর রাধা মহত্বে রাধিকা গুরু।
সৌন্দর্য্যে সুন্দরী রাধা রাধৈব্যা রাধ্যতে ময়া ॥৯

পুক্লিং তপ্নদা অমৃতগুম্বা নগুণনা জগৎকি গুরু ওইবি নিংথিজবদস্মু ফজবদস্মু চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবীনি হায়না ঐন নিংজৈ ॥৯

রাধাপদ্মা নানাপদ্মা পদ্মোদ্ভব মুপাশিতা।
পদ্মাবিম্বা চিন্তারাধা রাধিকা রাধ্যতে ময়া ॥১০

রাধা হায়বি ইবেম্মা নহাক অসে পদ্ম হায়নস্মু কৌই পদ্মনদগী ওইবিনী অসুন্না নিংজৈ থম্বাল্লা তমজনিংঙাই ওইবি ( বিম্ব ) থম্মোইদা রাধাবু ঐন নিংজৈ ॥১০

রাধাকৃষ্ণ প্রিকান্তিত্যং কৃষ্ণো রাধা অকোক্রবং।
বৃন্দাবনে স্বরারাধা রাধৈক্যা রাধ্যতে ময়া ॥১১

রাধাকৃষ্ণ অনি অসে অমতনি অদোম্ব অমনা অনি থোকপনি বৃন্দাবননগি মপুওই রাধাবু ঐন নিংজৈ ॥১১

জিহ্বাগ্রে রাধিকা নাম নেত্রাগ্রে রাধিকা তনু।
কর্ণাগ্রে রাধিকা কীর্ত্তি মনো হগ্রে রাধিকা মনঃ ॥১২

জয়েংদসু রাধাগি নাম শোঙ্গে মিংতসু শ্রীমুর্ত্তি তাজবদসু ইবেম্মগি মিংচৎ পুক্সিংদসু থমজৈ রাধাগি মুর্ত্তি ॥১২

রাধারস সুধাসিন্ধু রাধাসৌভাগ্য সুন্দরী।
রাধা ব্রজাঙ্গনা মুখ্যা রাধৈবা্যা রাধ্যস্তে ময়া॥১৩

রাধাগি রস হায়বঅসে অমৃতগি সমুদ্রা গুম্মি কন্নবদা চাংদম্নিংতাই লৈত্রবী রাধানা বৃন্দাবনগী ইবেম্মাশিংগি লান্‌বিনবনী হায়না ঐন নিংজৈ ॥১৩

কৃষ্ণেন পঠিতং স্তোত্রং শ্রীরাধা প্রীতয়ে পরংধঃ।
পঠেচ্ছৃনুয়া নিত্যং রাধাকৃষ্ণো প্রিয়ো ভবেৎ।।১৪

শ্রীকৃষ্ণন শ্রীরাধিকাগি পেন্নবগিদমক স্ত্রোত্র অসি খিখি অহুগুম্বা স্ত্রোত্র অতুবু শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিন পেনবিনবগীদমক অতংপ লৈতনা তে নারদা ব্রহ্মা ঐনা থিজৈ ॥১৪

ইতি ব্রহ্মাণ্ডে পুরানে ব্রহ্মা নারদ সংবাদ

—ঃ শ্রীরাধা স্ত্রোত্র সমপুর্ণং ঃ—

।। অথ শ্রীরাধা কবচ মহামন্ত্রঃ।।

ক্লীং শ্রী রাধিকায়ৈ স্বাহা ।। অস্য শ্রীরাধিকা মন্ত্রস্য অগস্তঋষিঃ জগতীচ্ছন্দঃ শ্রীরাধিকা পরমেশ্বরী দেবতা ক্লীঁ বীজং স্বহা ক্লীঁ শ্রীঁ কীলকং শ্রীকৃষ্ণবশ্যার্থে জপেবিনি য়োগঃ।। অগস্ত্য ঋষয়ে নমঃ শিরশি জগতীচ্ছন্দসে নমঃ মুখে রাধিকা দেবতায়ৈ নমঃ হৃদয়ে ক্লীঁ বীজায় নমঃ গুহ্যে শ্রীং শক্তয়ে নমঃ পাদয়োঃ ক্লীঁং শ্রীঁং কালিকায়ৈ নমঃ ॥ সর্ব্বাঙ্গেষু ॥ ক্লীঁ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ॥ শ্রীংতর্জনীভ্যাং নমঃ ॥ রাধিকায়ৈ স্বহা মধ্যমভ্যাং নমঃ॥ ক্লীঁ অনামিকা ভ্যাং নমঃ॥ শ্রীং কনিষ্টকা ভ্যাং নমঃ রাধিকায়ৈ স্বহা॥ রাধিকায়ৈ স্বহা।। করতল কর পৃষ্টাভ্যাং নমঃ॥ ক্লীঁ হৃদয়ায় নমঃ॥ শ্রীং শিরসে স্বাহা।। রাধিকায়ৈ স্বাহা॥ শিখায়ৈবষট॥ ক্লীঁ কবচায় হুঁ শ্রীং নেত্র ত্রায় বৌষট্॥ রাধিকায়ৈ স্বাহা॥ অস্ত্রায়ফট॥ ধ্যাত্বাজপেৎ ॥

বন্দেবৃন্দা বনানন্দাং রাধিকাং পরমেশ্বরীং।
গোপিকাং পরমাং শেষ্টা হ্লাদিনী শক্তি রূপিনীং॥
শ্রীরাধাং পরধা রাধ্যাং কৃষ্ণসেবা পরায়নীং।
শ্রীকৃষ্ণাঙ্গ সদাধ্যায়ীং নবধা ভক্তি দায়িনীং॥
শ্রবনং পূর্ব্বরাগেন প্রবাসে চাপি কীর্ত্তনং।
স্মরনং প্রেম বৈচিত্র্যং রাসো লাস্যেন সেবনং॥

অর্চ্চনং কুঞ্জ লীলায়াং মানেচাপিচ বন্দনং।
দাস্যভাব সদাযুক্তং প্রেমসেবা বিধায়নং।।
নিত্যরাসে ভবেৎ সখ্যং সম্ভোথাত্ম নিংবেদনং।
যোষা গুণময়ী রাধা বৃষভানু কুমারিনী ॥
দামোদর প্রিয়া রাধা মনোভীষ্ট প্রদায়িনী।
তস্যানাম সহশ্রানি শৃনু ভাগবতো তম।
ভাবরুদ্ধা চাপরাধং কৃপয়া কুরু সোধনং।
বাঞ্ছাসিদ্ধি ভবেত্তস্য ভক্তিস্যাৎ প্রেম লক্ষনং।
লক্ষীতস্য বসেদ্যোহে মুখে ভাতি সরস্বতী।
অন্তকালে ভবেত্তস্য রাধা কৃষ্ণেচ সংস্মরতী ॥

।। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য বিরচিতং শ্রীরাধিকা শতনাম সমপূর্ন

---

রাধা হৃদয়

# ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ

## উত্তর খণ্ড, প্রথম অধ্যায়ঃ

## প্রলয় বর্ণন

ওঁ গনেশায় নমঃ

প্রথমতঃ মহর্ষি প্রবর শ্রীকৃষ্ণ দ্বৈপায়ণ গ্রন্থারম্ভক
বিঘ্নবিনাশজন্য গনপতি স্মরনরূপ মঙ্গলা চরণ করিতেছেন।

যথা।—অংপ্রত্যুহ সমুহ নাথমতুলং বেদান্ত দেবো বিভুঃ,
ব্রহ্মোতি প্রতিভান ভানু বিলসৎ সংখণ্ড ভাট্টারকম।
সর্ব্বান্ত হৃদয়েচ পুরুষবরং সর্ব্বেশ্বরং সর্ব্বগং,
বিশ্বোৎপত্য বনাদি নাশ থথকং বিঘ্ন নাশংভজে ॥১

অয়াম্বা বিঘ্ন মাংহনবিনবগী মশক ওইবা সুমীংকি মজানগুম্না, জগৎতা জ্ঞানরা বেদ বেদান্ত পুম্নমক পুথোকপা জগৎ শেম্বা অমুকস্থ মাংহনরা, পুরুষ প্রধান বেদ পুম্নহক্কা ইবুংঙো নহাকপু ব্রহ্ম হায়না ব্যাখ্যা তৌরি, তৌজবা থবক্তা অপনবা পিদনবা গনেশকী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজৈ ॥১

যগ্নাপ্তি পাথো জপয়ো জজম্মা বিভাবয়ন লোকমিমংসনাকম।
আস্তে তপস্বী পরমং তপশ্চরং স্বমীত্ত্য মীড়ে পুরুষ প্রধানম ॥২

ব্রহ্মা শ্রীকৃষ্ণগী খোইদোদগী থম্বাল পুথোকই অঙ্গুলগী পোকই হায়হনা, পদ্মযোনি কৌই স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল, শেম্মি পুক্নিংনা অওৎপা লৈতনা, কৃষ্ণ নিংহুনা লৈ চাংদমিংক্তাই লৈতবা পুম্নমকী চংজকম ওইবা নরানবু খুরুমজৈ ॥২

নৈমিষ্যা রম্য ক্ষেত্রদা মজিক চাওরবা শৌনকনচিংবা ঋষি লিশিং কমফু, চহি তরানিথোই চুপ্না যজ্ঞ তৌবা লোইরবা তুংদা পুক্নিং যানা লৈরবদা লোমহর্ষণী মচা সুত থুংজরে, সম্মান তৌহুন কুশাসন কৎলগা ভক্তি কৎহুনা শ্রীকৃষ্ণগী কথা হংজখি ॥

শৌনক উবাচা– সাধু সাধু ত্বয়া সাধো যৌত্তে যৎ কলিজহিমেঃ।
প্রশ্নানা মান্থ পুর্বে স সর্ব্বং সংশয় কৃন্তনম ॥৩

শৌনকনা হায়খি সথোমন তৌনা থাগৎপা হায়রেনা,—হে সাধো। নহাক্না ঐহোয়্গ পুম্নমকী থওদবা পুম্নমক থওহলবিয়ু পুক্নিং হরাওনা, তাকপিনবগীদমক ঐথোইনা থাগৎকরি ॥৩

সন্দেহ নিগড়াবদ্ধং মাং মোচয়িতুমর্হসি।
উদ্ধৃতে নাস্তি লোকে লোকে ত্বদন্যঃ সংশয়স্য পুমান পরঃ ॥৪

হে সুত ! ময়োল অহুম অসিদা খুদি নত্তনা ঐখোয় পুম্বমকী চিংনবা কোকবা, তাকপিগদবা অমা লৈতে, চিংনবনা থোরি ওইহুন পুল্লি মুণিগী বাক্যনা, থাং ওইহুনা পুল্লিবা অসে ককথৎপিহুনা, ঐখোয়গী চিংনবা কোকহনবিয়ু ।।৪

অপারভবনারাম্বো পাতকান সবচঃ প্লবেঃ।
উদ্ধর্তুং মুচিতং সুত বাসুদেবগুণা শ্রয়ৈঃ ॥৫

হে সুত ! ঐখোয় ময়াম অসে সংসারগী জ্ঞানওমত্রবা ঈপাক্তা তারে মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা চংজবা ওইবা নহাক্কি রাইনা হি ওইহুনা লানবা ওমত্রবা সংসারগী ঈপাক্তগী অমুক্তা লানবিয়ু ॥৫

দিব্যা মৃতরসৈঃ সুত মৃতান সঞ্জ্বা বয়স নঃ ॥৬

হে সুত ! সংসার অসিনদি অনাবগী মশক ওইহুনা জীব পুম্বমক অসিবগুম লৈয়ে ঐখোয় পুম্বমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নমনা হিদাক ওইহুনা হিংহনবিয়ু ॥৬

দুষ্পারে পারমিচ্ছুনাং ভগবন নোদ্বিজন্ম নাম।
উরুক্রম ক্রমোদর্শ তৈ ত্বং প্লবে লোম হষনে ॥৭

হে লোম হর্ষন—সুর্ত ! অকিবগী মশক ওইবা সংসার সমুদ্র অসিবু ব্রাহ্মণ পুম্বমকী মুখদগী শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শর্কট-শোঞবা অর্থাৎ, হরিসঙ্কীতননা হি ওইহুনা হৃৎ-কন্দা লাক্লি ।।৭

সুতপ্রশংসা।—পাবিত্তাঃ স্মো বয়ং সর্বে বচসাবদতাং বর ॥৮

হে বদতাম্বর ! পুম্বমক্তগী রা ওাংবদা হৈবা সুতা ! অমৃতগা মানবা, হরি কথাবু থিকপিহুনা ঐখোয় পুম্বমকপু শেংহনবিয়ু ॥৮

পায়য়ন্যাং কথাস্তস্থ কথয়ন্তে গিরাঃ সুতাঃ।
মন্তুপ্তি অথি গচ্ছামো বাসুদেব গুণ' মৃতৈঃ।
মনোবো তুল্যমানং মঃ পিপাসা বর্দ্ধতে ভৃশম্ ॥৯

হে বৎস ! শ্রীকৃষ্ণদা মাই ওনশিন্নবা রারি মঙ্গোলগী মশক তাকপিহুনা ঐখোয় পুম্বমক শেংহনবিয়ু অমবা কোকচয়ে, অহুম্নদি ওইগা অমৃতগা মানবা শ্রীকৃষ্ণগী রারি তাজবদা অখেনবা ওইব্রে মতম পুম্বমক্তা সুতাইহকে থক্কি অহনা অত্তংগা লৌতনা শ্রীকৃষ্ণগী রারি লিবিয়ু ॥৯

পুরোক্তং তে বচ তাত নির্গুনেন গুনাত্মনা।
নির্লেপেন নিরানন্দ চিদ্রুপেন মহাত্মনা।
তপস্তপ্তং পুরাকৈল বাসুদেবেন চক্রিনা ॥১০

হে তাত ! মমাংদা তাকপিখি, (চক্রধর) ওইবা বাসুদেবদি, থিবয় পুম্বমক্তা (নির্লিপ্ত) ওই হায়না অহুগা ইবুংঙো মহাত্মা তপ তৌখিওম করিগী ওইরিবদো ? ॥১০

কস্য বা কেনবা কিংবা লব্ধংবা কত্র কেনবা।
উক্তং তে বক্তুশস্তাত হরি সাক্ষাৎ পরাৎপর ॥১১

হে তাত! মহাক্সা হরিগী গুণবু শব্দোক্সা হায়রি হরি হায়বা অদুদি, তশেংবা অথোইবদগী অথোইবনি মহাক্সা কনাগী তপ তৌবগে, মহাক্সা তপ তৌরগা, করি কংবগে করম্বা মকমদা তপ তৌবগে? হায়বা অদু ভাকপিয়ু ॥১১

নির্গুনো গুণবান কস্মাৎ নির্লেপো লেপবানভুৎ।
নির্দেহো দেহিতা বিষ্ঠঃ কথঃ ভাতিঃ জগন্ময়ঃ ॥১২

হে সুত! অদুগুম্বা পরমাত্মানা করি মরমগী গুণনা তিনলিবনো অমসুং অমগা মরি লৈমদে অমুক বিষয়গা মরি লৈবগুম দেহা লৈতবনা জগন্ময় হরি ওই মরম করিগীনো দেহা পানবা ওইদুনা ফোংদোক্লিববু? ॥১২

যৎ কেটি কোটি কোট্যাংশ ব্রহ্মাবিষ্ণু মহেশ্বরাঃ।
সর্গাবন লয়ে মুক্তাঃ প্রভবো জগতাং হিতে ॥১৩

অদুগুম্না হরিগী অংশদগী কোটি কোটি ওইবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, পুথোক্লগা জগৎ শেম্বী ভাকই মাংহনসনচিংবা থবক শিল্পী ফনবম্ তৌরি। ১৩

তনস্তু ব্রহ্মাণ্ড কোটি পতয়ো ব্রহ্ময়োনিনঃ।
তৎকোটি কোটি কোট্যাংশ লোকপালা মহৌজসং ॥১৪

ব্রহ্মাণ্ড কোটিগী মপু ওইবা ভগবাননা অবতার তৌরি ব্রহ্মনা যোনি ওইদুনা, লাই অহুম মথোয়দগী কোটি কোটি ওইবা মগুণ লৈরবা ইন্দ্রনাচিংবা মাইকৈ ভাকপা লাই ময়াম ॥১৪

তৎকোটি কোটি কোট্যাংশ লোকাশ্চ মনুজৈঃসহ।
উন্মীলন্তি জগৎ সর্ব্বং চক্ষুষো যস্য মীলনাৎ ॥১৫

ইবুংঙো মতোন্দগী কোটি কোটি ওইবা (অংশ) অতকপা ওইবা, মীনচিংবা (সমস্তলোক) ভগবানগী মিত্ পাংথোকপদা, মপান নাইত্রবা সংসার অসে পুথোকই ॥১৫

নাম্না লনাৎ লয়ং যাতি জগৎ সমুরা ম নুষম।
সৃজত্যবন্তি সংহারং করোন্তি শক্তি শক্তি ধৃক্ ॥১৬

অমুক মীত উইশনবদা মী লাই লোইনবা মাংণ্ডি অদুবু প্রলয় কৌই মহাকি শক্তিনা অতংপা লৈতনা (সৃজন, পালন, নিধনরূপ, মানা শাস্ত্রে ॥১৬

এতন্মঃ সংশয় রজ্জুং ছিন্দি বাক্যাসিনা কবে ॥১৭

হে কবিবর সুত! মত্তিক চাওরবা ইবুংঙো মহাক্সা করিগী তপ তৌরিবন, তাবদা চিংনবগী থৌরিনা ঐথোয় পুময়কী থগ্গোই অসি পুন্নে মুণিগী বাক্যনা থাং ওইদুনা থৌরি অসি ককথৎপিয়ু ॥১৭

যত্তস্মাত্বং কৃপাভেহর্ত্তি কথং ধর্ম মণ্ডলে।
বদতো বদতাং শ্রেষ্ঠ বাসুদেব কথা শ্রয়ম ॥১৮

হে সুত ! পুম্নমক্তগী ( বাক্যাগনের শ্রেষ্ঠ ) সুংশিবিয়না, ভগবৎকি বারি লিবদা পনবিগম্ন ঐখোয় পুম্নমক্তা হংজবদা তাকপিয়ু ॥১৮

শ্রীসুত উবাচা—যৎ বর্ণতঃ কৃষ্ণঃ তমান্যস্তি কৃষ্ণঃ সুতংলব্ধবতী ব্রতাচ্যা।
মুনের্ব্বরাচ্ছক্তি সুতাস্ত বাসবা তমীড্য মাড়ে মুণিবর্য্য বর্য্যম ॥১৯

শৌনকনাচিংবা ঋষি মন্নায়া হংণ্ডবদা সুত্তনা হায়খি। অহ্গুম্বা ঋষিবু, মুই হায়তুনা কৃষ্ণ কৌই পুম্নমক্তা ( মাস্ত ) তৌই অরেপ্পনি, ( দাস সুতা বাসবী পূর্ব্ব ব্রতফলে ) মুণি পুম্নমক্তগী অথোইবা (শক্তি পুত্র) পরাশর মহাকি মচাগী মশক ওইনা ফংজবা ব্যাসবু ঐনা হন্না থুরুমজৈ ॥১৯

যো ব্যাস বেদাংশ্চতুর সদা থন ব্যাসত্বম প্যাপ্ত কবি প্রধানং।
তং বেদ বেদান্ত জলজস্তভানু মুপাশ্রহে সত্যবত্যা সুতং তং ॥২০

ব্যাস মহাত্মা অর্থগা লোইনমা বেদ মরি শেন্মী হায়হুনা ( বেদব্যাস নাম ), কংথি পুম্নমক্তগী অথোইবনি বেদ বেদান্তনা থম্বাল ওইরে ব্যাসনা মুমিংকি মশক ওইরে সত্যবতীগী মচাবু থুরুমজৈ ॥২০
জলজ, থম্বালদি মুমিং থোক্তিকাওবা শাংতে বেদ বেদান্তনা, অপোম্বা থম্বাল ওইরি ব্যাসনা মুমিংকি মশক ওইহুনা ফুগাইনা শাংলি, ( ছয়পাদ ) মখোও অরুক পানবা খোইমুনা লৈহি চুপ্পগুম বৈষ্ণব খিবিক্না অমৃতগা মান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লি ॥ অহ্গুম্বা অমৃত চুপ্পী।

সাধু সাধু ত্বয়া সাধো বচস্মা স্মারিতো হরিঃ।
কালশ্চিস্তা সমা বিপ্রৌ মনসা গমিতো মন্না ॥২১

হে সাধো ! নহাকসু সাধুনি হংণ্ডিবা নখোই পুম্নমকসু সাধু ওইবনা হরিবু নিংজবা ওইরি কুইর কুইরবা বারি হংণ্ডিবা নখোয পুম্নমক অসে সাধুনি হায়না ঐনা নিংজহুনা হরি নিংজহুনা মতম লেপ্পরি ॥২১

ভাবমায়া পীড়ি তানাং রসায়ন মনুত্তমম।
বচলিতে শৃনু সংবাদং পিতু দ্বৈপায়ন স্তচ ॥২২
মহৎ কপার্ত্ত য়েকেন যথোক্তং লোমহর্ষনঃ ॥২৩

হে ঋষিবর ! বেদ ব্যাসকা লোইনম্নমা ঐগী অর্থপিতা লোমহর্ষগা মাংলবা, অহ্গুবা বারি নখোয় পুম্নমক্তা ঐ লিয়গে খাক্তো হরি কথা লম্বনা অতোপ্পা বারিঅদি ( ভবরোগ ) কোকপা ওমদে হরি কথানা হিদাকি মশক্তি ঐগীদমক্তা পিতা লোমহর্ষনা সুংশিবিয়না মহাক্না অথুপ্পা বারি তাকপিয়ম্নি ॥২২-২৩

একদা ভারতী তীরে বাসবা মানাক্লজংবিস্থ।
কৃষ্ণঃ কথাবিরং কৃষ্ণ পরায়ন মুক প্রভুং ॥২৪
হাবিতু জন্তি, ধর্মশক্তৈঃ সমাসীনং মহাত্মভিঃ ২৫

মতম অমদা বাসবীগী মচা মস্তিক চাওরবা বেদব্যাস কুচু মুনা লংওবা থোইদোকপা রাখল শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লিং থম্বা দেহগী মঙানদি মৈগুম্না লংভি শিষ্যাময়াম মগুণ লৈরবশিং লোইনদুনা সরস্বতী নদী মপান্দা কময়দুনা লৈখি ॥২৪-২৫

বৈশনপায়ন পৈলাভ্যাং গর্গ জৈমিনি গৌতমৈঃ।
পিতামে প্রনতো হপৃচ্ছন ইচ্ছন লোকহিতং তদা ॥২৬

পৈল বৈশনপায়ন, গর্গ, জৈমিনি, অমদি গৌতমচিংবা ময়াম্না কোইদুনা লৈবা মতন অদুদা পিতা লোমহর্ষনা মফম অদুদা থৃংঙরে মাঙোন্দা খুরমদুনা সংসারগী গুহ্যাদ তারবা জিবগী কননবগী হংজখি ॥২৬

লোমহর্ষন উবাচ -পরাশর্য্য মহাভাগ মহাযোগীন মহাকবে।
শুশ্রুষবে গুহ্যতমং শিষ্যায় প্রদদা ত্বিষং।
তস্মাদ গুরুরিতি প্রোক্ত স্বয়ম্ভু প্রভয়ৈঃ সুরৈঃ ॥২৭

থোইদোক্লা নোল্লুকপা বাহে তারবদা লোমহর্ষনা বেদ ব্যাসদা হায়খি, হে পরাশরগী মচা, হে লাইবক ফবা! যোগী পুম্নমক্কী অথোইবা! কবি পুম্নমক্কী অথোইবা, হরিগী নাম তারিবা শিষ্যাশিংদা অথুপ্পা বারি লিগদবা ওই মরম অদুনা, স্বয়ম্ভুনা পোক্লবদা দেবগননা গুরুনি হায়না লৈ অর্থাৎ ঐনা লিরিবা অসে তাগদবা ওই শিষ্যদা অথুপ্পা বারি ওইরবসু গুরুনা শিষ্যদা তাকপিগদবা ওই ॥২৭

প্রসাদাত্তে মহাযোগীন ধীতানি ময়াসকৃৎ।
সেতিহাস পুরানানি পুণ্যাং পুণ্যতমানি চ ॥২৮

হে মহাযোগীন! নহাকি থৌজান্দগী ঐখোয় পুম্নমক পুণ্যদগী অথোইবা ওইদুনা অয়াম্বা পুরাণ খুপখবা পুম্নমক তাকপিয়ী। অরেপ্পদি তম্বিবদি নত্তে অদুগী মহৈ অদু চংখোম্না মহৈ য়ানবনি ॥১৮

ইদানীং শ্রোতুমিচ্ছামি কর্ণামৃত রসায়নম।
ভবতানুষ্ঠিতং পুর্ব্বং রাধাহৃদয় সংজ্ঞকম ॥২৯

হে মহর্ষে! হৌজিক তাজবদা অশেঙ্বা হিদাক অথোইবা অমৃতগা মান্নবা রাধাহৃদয় কৌবা থোইদোকপা অহুবু মমাংডৈদা মহাক্না মপু ওই লৈরম্মি হায়বা অদুবু তাজবা পামজে ॥২৯

একাদশৈক সাহস্রে সাহস্রে শ্লোক সঙ্গিতম।
রামায়ন মিহপ্রোক্ত ব্রহ্মাণ্ড মুণি সত্তম ॥৩০

হে মুণি সত্তম। শ্লোক লিশিং তরামাথোই ওইবা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী মসুংদা, আধ্যাত্ম রামায়নগী মুংশিরবা বারি তাজনিংঙি অর্থাৎ মদুদা মতম কুইরবা রামলীলা চংখোম্না য়াওখে ॥৩০

শ্রোতব্য মধুনা নাথ রাধাহৃদয় সঙ্গিতম।
রহস্যং পরমং পুণ্যং ত্রিকাল কল্মষ্য পহম ৩১

হে নাথ! থোইদোকপা অথুপ্পা থোইদোক্পা অশেংবা অদুবু মতম অহুম শোঞ্জবদা পাপ কোকই রাধাহৃদয় পুণ্যাগী মশক্তি হৌজিক নহাক্না মরি লৈরুবদগী তাহল্লবিয় অর্থাৎ-তাবা পামজরে (ত্রিকাল)

অহূৎ, মুখিংমুর্বা, মুখিং তারমদাই, অমনা, নহানমুক্তি মপোক্তা তৌথিবা পাপকি মপৈ লাইনা কৌকই ॥৩১

গুরোত্বচ্চরনাম্ভে জে প্রণমামি কৃপাময়।
দানানুকম্পিনঃ স্বামিন সাধবো দীনবৎসলঃ ॥৩২

হে গুরো! খোজানগী মশক ওইবা ঐনা চবোন অনিদা খুরমজুনা হায়জরি হে স্বামিন! সাধুসিংনা অতৌনবশিংবু নুংশিবিগদবা গুই মরম অসিনা নহাক্না খওদবশিংগী মকমদা কোওদোক্না তাকপিয়ু ॥৩২

শ্রীকৃষ্ণবে পায়ণনা, সুতগী মকমদা নুংশিবা রহৈনা হায়খি। যথা

সাধুভে মনসঃ সুত প্রীতিস্তাদৃগ ধোক্ষজে।
বচলিতেহহং প্রপন্ন য় শিষ্যায় শৃনু গুহ্যকম ।৩৩

হে সুত! হৌজিক নহাকি পুক্কি দা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ খওনিংবা পোক্লে মতম অসিদা নহাক অসে সাধুনি মতৌ অশুম্না নহাক তুংইনবা শিষ্যনি মরম অদুদগী চিংনগনু অথুপ্পা ওইবা রাধাগী তত্ব ঐনা নংগোন্দা লিরগে তারো। ৩৩

শেষে শয়ানঃ ক্ষীরাদ্ধৌ প্রাদাৎ কমলযোনয়ে।
মহাবিষ্ণু পুরাকল্পে রাধাহৃদয় সংজ্ঞকম ॥৩৪

ক্ষীর সমুদ্রদা অনন্ত শয্যাদা চেপ্পগা মতিক চাওবা মহাবিষ্ণুনা অসিগুম্বা রাধাগী অথুপ্পা রারি পূর্ব্বকল্পদা ব্রহ্মাদা হায়খি ॥৩৪

স্বয়ম্ভুরপিদত্রি প্রমুখেভ্যো হিতেচ্ছয়া।
তেদদনদেব সান্নিধ্যং মহ্যমেতৎ সুদুর্লভম।
তদহং তেভিদাস্যাবি সাবধানা বধারয় ॥৩৫

হে বৎস! ব্রহ্মা মহাক্না মচাশিংগী ফনবগীদমক অত্রিনচিংবা, মকোক ওইবা মচাশিংদা ফংগমদবা অথুপ্পা বারিবু তাকখি। মহাক্কি কৃপাদগী ঐঙোন্দসু তাকপিখি। অদুগুম্বা অথুপ্পা রারিক, হৌজিক নখোয় খিবিক্কা হায়রগে পুক্কিং তপথনা তারো ॥৩৫

নারায়ণায় দেবায় নমস্কৃত্য স্বয়ম্ভুবে।
স্বয়ম্ভুভু অয়ে নন্দবসুদেব সুতায় চ ॥৩৬

রারিগী অহৌবদা শুকদেববু দেবনারায়ন সয়ম্ভু মন্নদ মহাক্না কোওদোকখ বা (ব্রহ্মবিভূতি) বসুদেবগী মচা অসুমতৌনা গোপী পুয়মক্তি থমোইগী থম্বাল শাংনবা কুমথকি মশক ওইবা কংসগী মকমদা থরোগী মশক, লায় ওইবা (ভানুস্বরূপ) মিংনা থম্বাল মানবা গোবিন্দবু হন্না হন্না খুরুমজে ॥৩৬

হর্ম্মাস্মিং কলিমায়াস্তমনুমায় সুভৈরবম।
সংত্রেস্তমানসো দীনা মানস্তাং স্যানবর্জকাঃ ৩৭

হে সুত ! থোইদোক্লা অকিবা ওইবা ধর্ম্মবু য়েক্নবা ওইয়া কলি য়ৌরক্লনি খন্নুবদা অকিবনা তিক্লে ঋষিশা অমাবা ওইরে মতৌ অসুমা মথোই অতুগী মচিন কত্তবা মমাই অকিবা ফংগনি, সংবান্নবা ওইতুনা চংখ্রগনি ।।৩৭

মারিচ্যাত্রি পুলস্ত্যা ঙ্গিরঃ ক্রতু পুলহা মুনে।

বশিষ্টঃ সপ্ত মুনয়োঽপশ্যন্তঃ শরনং ন কিম ।।৩৮

মরীচি, অত্রি, পুলস্ত্য, অঙ্গিরা, ক্রতু, পুলহা, বশিষ্ট, অসিগুম্বা ঋষি তরেত্তা হায়রকই নথোয়না অপাম্বদা চঙজহৌর । অর্থাৎ মতম অতুদা ঐখোয়গী করি গতি লৈ ? ঐখোয় পুম্নমক কনাদ চঙশিগে অসুমা খন্দুনা লৈরি ।।৩৮

ভ্রমন্তঃ খং ধরাঞ্চৈব দিশো বিদিশো এবচ।

স্বর্গালভন্ন কুত্রাপি সত্যলোকং ততো হ গমন ।।৩৯

স্বর্গ, মর্ত্য, দিক, বিদিক, মথওশিংনা চংতুনা য়েংবদা কৎত্রবা মথোয় পুম্নমক অতুগী অকবা উক্লে মতুংদদি পুম্নমক লোইত্রবনি ব্রহ্মলোকত্তা চংলরগনি ।.৩৯

তত্রবীক্ষ প্রজানাথং প্রজানাম ভয়ঙ্করম।

সরস্বত্যালিঙ্গিতোরঃ স্থলমষ্টা জলোচনম ।।৪০

অতুগুম্বা বিরজা তুরেলনা কোইবা ব্রহ্মলোকত্তা লিবু পুম্নমক্কি কিদবা পিবা পুম্নমক্কি মপু ব্রহ্মানা ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুমা মিং নিপাল্লা লৈত্তেত্তবা মাইথোং ব্রহ্মশক্তি ওইবি সরস্বতীগা লোইনতুনা থোইদোকপা আলোন্দা কমতুনা লৈ ।।৪০

চার্ব্বায়ংভুজং চারু কুণ্ডলজ্যোতি রাননম।

সরস্বতী মারয়ন্তং চতুর্ভিঃ কমলা সনৈঃ ।।৪১

আজানুলম্বিত ওইবা পাম্নম মরি অসুমা পুক্লিংত্তবা কুণ্ডল মতাম্না চুমিংকুমা তানবা মায় মরি পানবা ব্রহ্মান সরস্বতীদা পাওতাক কয়া হায়খি ।।৪১

মার্কণ্ডেয়াদি মুনিভিঃ সংল্যালিত পদাম্বুজম ।৪২

মা কণ্ডেনচিংবা মুণি খিবিক্লা জগৎপু সেম্বিবা ব্রহ্মাগী চরণ থম্বাল সেবা তৌখি ।।৪২

সুরর্ষিসিদ্ধ গন্ধর্ব্ব কিন্নর রগনায়কৈঃ।

বিদ্যাধরো প্সরো যক্ষ রাক্ষ সেন্দ্রৈর্মুদান্বিতৈঃ।

শুয়মানং ধরেশানৈর্বাজ পেয়াশ্বমোধকৈঃ। ৪৩

দেব, ঋষি, গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, ও বাসুকি অসিনচিংবা নাগগন, বিদ্যাধর, অপ্সর, যক্ষ, ছিংচাক্ষী মপুশিং বাজপেয়, অশ্বমেধযজ্ঞ, নিংথৌ ময়াম দান তৌবা কয়া মথোয় পুম্নমক ব্রহ্মলোক ফংগনি পুম্নমক অমুনা হরাওনা মতিক চাওবা ব্রহ্মাদ ভক্তি তৌরগনি ।।৪৩

জলস্থলবনোকোভি র্গহোকোভির হিংসকৈঃ।
প্রশান্ত মানসৈঃ স্বচ্ছৈঃ সেবিতং শান্তমানসম ॥৪৪

ঈশিংদা লৈবা কংকান্দা লৈবা বন্দা লৈবা লাইনিংবা মতৌ অসুম্না ব্রহ্মলোক কংওগনি পুকচেন কম্নবা মগুণ লৈবা জিববু মুংশিব ধর্ম্মা কাইদনা য়ুম পানবা অচুগুম্বা মীশিংনা ব্রহ্মাবু সেবা তৌবা ফংগদবা ওই ॥৪৪

শ্রুতি স্মৃতি পুরানেতিহাস বেদান্ত বেদকৈঃ।
মীমাংসাগণ জ্যোতিভি মুর্ত্তি মন্তির্নি ষেবিতম ॥৪৫

পরমাত্মা জগৎপিতা ওইবা পিতামহ মুর্ত্তি ওইচুন চতুর্ব্বেদ, বেদান্ত, আগম, শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণ, ইতিহাস, মীমাংসা, জ্যোতিষ, অসিনচিংবা পুম্নমক, মরম ওইচুনা সেবা তৌগদবা ওই ॥৪৫

সুমনোরাজি সৌগন্ধন্বিত গন্ধবহৈঃ শুভৈঃ।
স্থিরচ্ছায়া স্বরতরুগণ শোভা শোভিতম্ ॥৪৬

অচুগুম্বা ব্রহ্মলোক কল্পতরু মম্নাম্না মশা কননা হৌবা সংবান্নবা মচু কয়ামুক কজৈ ফুগাইনা শাংপা লৈগী মনম পুচুনা শিংলি মুংশিংন পুরিং চুনা কজৈ ॥৪৬

দীপ্তেন তেজসা যেন ভাসয়ন্তং সভাগৃহম।
প্রানেমু প্রাঞ্জলম্নোতাক্ত মাতুর্ব্বচনং তদা ॥৪৭

মন্তিক চাওবা ব্রহ্মা মাগী লংওবা মভাম্না মরম ওইচুনা মান্দোপ অচুদা আসন মথক্তা ফমচুনা লৈ। ঋষি পুম্নমক্তা খুং লোম্নচুনা জগৎ পিতাদ খুরম্নগা মাগী মাগী হায়জনিংবা হায়জচুনা লৈখি ॥৪৭

বশিষ্ঠ উবাচ।—নাথ নাথ মহাযোগীন বিশ্বাত্মন বিশ্বভব।
পিতৃপিত্রে নমস্তুভ্যং প্রসন্নো ভবতঃ প্রভো ॥৪৮

বশিষ্ঠ মুণিনা চংখোম্না হায়জখি,—হে নাথ-নাথ! হে মহাযোগীন নংভোন্দগী পোকই অসিগুম্বা জগৎ অসে, হে বিশ্বাত্মন! নহাক্তা পিতানি পিতা মহনি নহাকপু খুরমজৈ। হে প্রভো! ঐখোম্ন পুম্নমকী মফমদা নহাক্তা মুংশিবিয়ু ॥৪৮

হীনবীর্য্যা যশোলোকা হীনমেধস এবচ।
অল্পয়ুষো দরিদ্রাশ্চ ধর্ম্মশস্ত্র বহির্ন্মুখাঃ। ৪৯

হে ব্রহ্মণ! কলি য়োরক্লবদি পৃথিদা লৈবা পাতান্দা লৈবা জিবা পুম্নমক, বীর্য্য বাংলগনি মিংচংমু লৈরোই বুদ্ধিমু লৈররোই পুনশিমু তেল্লগনি অর্থাৎ পুনশি তেল্লবনিনা পুম্নমক লাইরবা ওইরগনি ধর্ম্মগী বিচার তৌররোই মান-মান নিংবা তৌরগনি ॥৪৯

পাপান্নু সক্তমনসঃ পাপাচার পরায়ণা।
ব্রাহ্মণত্তশসোভ্রষ্টঃ পতিতাঃ পিতৃনিন্দকাঃ ॥৫০

মী পুন্নমক মূদা পুক্নিং থমংগনি পাপকী লমচং পান্নরগনি ব্রাহ্মণ পুন্নমকসু ভগবান নিংঙয়োই মাংঙরগনি মতৌ অসুম্না লৈরিবা মী পুন্নমক মপাবু মমাবু থিনা চৈন্নরগনি ।।৫০

পুণ্যকর্ম্ম বহির্ভূতা বানিজ্যকৃষিতৎপরাঃ।
মৃষাবাদরতাঃ সর্ব্বে উপস্থোদর পোষকাঃ ।।৫১

পুণ্যগী থবক্তি তৌররোই মী পুন্নমক লৌ উররগনি লল্লোনবগী থবক তৌররগনি পুন্নমক মীনম্বা রা ভাংগনি মতৌ অসুম্না অসেংবদি মবুক থন্নবা মচাগী ইমুং মন্নুংগী হিংনবা হোৎনবদা ।।৫১

ক্ষত্রিয়াঃ প্রায়শোনষ্টা নষ্ট শৌচাদিকক্রিয়া।
বৈশ্যাঃ স্বধর্ম্মহানাশ্চ সুখিনঃ সুখমা সতে ।।৫২

হে ব্রহ্মণ! ক্ষত্রিয়দমক ফংগদবা মাংঙরগনি মতৌ অসুম্না অসেং অমাং লৈররোই বৈশ্য পুন্নমক মখোয়গী ধর্ম্ম তোক্লগনি অর্থাৎ লৌউবা লল্লোনবা তৌররোই অয়াম্বা তৌহৈদবা থবক্তা চুংত্তাইনা পুক্নিং লুপতুনা তৌহৈদবা থবক্তা তৌররগনি ।।৫২

শূদ্রা ব্রাহ্মণ কর্ম্মানো ব্রাহ্মণা চারতৎপরাঃ।
মহীক্ষতো রাজকার্য্য বিহনাঃ কপটাকরাঃ ।।৫৩

শূদ্রানা ব্রাহ্মণগী কর্ম্ম তৌররগনি ব্রাহ্মণশিংদি লমচং চুম্বররোই অচুগী তুঙদদী মখোয় অচুনা নিংথৌ ওইররগনি মখোয় অদো লাইরিক্তা হায়বা নিংথৌগী থবক ময়েং তারগনি কনাগুম্বা নিংথৌনা প্রজাদগী পোং মুল্লরগনি কনানা লৌনম তৌররগনি পাঙ্গলনা প্রজাদা সেন মুল্লরগনি মী পুন্নমকসু ওইদবা রা ভাংঙরগনি ।।৫৩

নীচাঃ সর্ব্বে মহাত্মনঃ সমৃদ্ধবলবাহনাঃ।
স্ত্রিয়শ্চস্বশ্রূনাং দ্রোহং প্রকুর্ব্বন্তিচ নিত্যশঃ ।।৫৪

অতোনবা জাতিনা সেন লৈবদগী শগোল শামু তোংঙরগনি মহাত্মা পুন্নমকপু কাওথোক্লগনি নুপিশিংনা মকু মনেমদা তোঙানবা অমা ওইনা থল্লরগনি ।।৫৪

পাতিব্রত্যবিহানাশ্চ পতিদ্রোহা পরায়ণাঃ।
চপলাঃ পাপকর্ম্মানো জারাথি ন্যোহ্যনেকশঃ ।।৫৫

নুপি অয়াম্বা মপুরোইবা নিংবি ওইরলোই মতম পুন্নমক্তা মপুরোইববু য়েক্লবা ওইরগনি নোঙথাং কুপ্পগুম অতৎপা লৈতনা পাপকি থবক্তা মতম পুন্নমক্তা অতোপ্পা নীপাগী বাথন্দা অবাবা ওইরগনি ।।৫৫

এবৎলোপ তিং বীক্ষ্য কলের্ভীক্ষরয়ং প্রভোঃ।
নমস্তে দেবদেবেশ পাহিনঃ শরনাগতান ।।৫৬

হে প্রভো! কলিগী তৌরক্কদোবা রারি ঐখোয় পুন্নমক্তা তাকপিরে তাজবদা কিজরে থুন্নমজরি লাইগী লাই ওইবা ঐখোয় পুন্নমক্তা চংজরি কলিগী অকিবদগী ইবুংঙো নহাক্তা কনবিয়ু ।।৫৬

যেণ ঘোরেণ কলিনা ব্যস্তধর্ম্মার্থকর্ম্মণা।
ক্লেশিয়মানো দেবেশ বয়ং যামোহযোগতিং ॥৫৭
তথানুজ্ঞাপয় যথা নমস্তে পাহিনঃ প্রভো ॥৫৮

দেবেশ! ধর্ম্ম তৌগদবা থবক কলিনা মরম ওইদুনা অমাম্বা ধর্ম্ম শাংওরগনি ধর্ম্ম লৈত্রবদি ঐখোয় পুন্নমক নোরক্ তারগনি মরম অদুনা ঐখোয় পুন্নমক মোরক্লগী কাবা ওর্ম্মরোই অদু ওইরক্লা কনানা উপাই তৌগদগে তাকপিয়ু হে প্রভো! ঐখোয় পুন্নমক্না হুন্না খুরমজরি ঐখোয় পুন্নমকপু কনবিয়ু ॥৫৭-৫৮

দ্বৈপায়ন উবাচ। -গিরঃ নিশম্য কারুণাম্বুবাণঃ ভাবিতাত্মনাঃ।
করুণস্নিগ্ধধীর্ব্বচমাদদে কমলাসনঃ॥৫৯

বেদব্যাসনা লোমহর্ষণদা হায়খি.—হে বৎস! ঋষিসিংগী মতৌ অমুম্মা হায়জবা রা শুদু তারবদা থাবালগী আসন্দা ফম্বা ব্রহ্মানা ক্রুপশিবা যাহৈনা মখোয় পুন্নমকপু থেমজন্দুনা হায়খি ॥৫৯

ব্রহ্মোবাচ।—মাভৈষ্টদ্বিজশার্দ্দুলা ঘোরতঃ কলিতোভয়ঃ।
নাস্ত্যবোসমবাপ্যত্র বাসুদেবাশ্রিণঃ দ্বিজাঃ।৬০

বৃশিষ্ট মুনিগী রা তারবদা ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি—হে ব্রাহ্মণ সবেং মউন সেংপসা! শ্রীকৃষ্ণবু শরণ্শিরবা নখোয় পুন্নমক্না অতুগীদমক করিগী কিরুগনী? মরম অদুনা অকিবা থাদোকই অদুগুম্বা কলি য়োরক্লবসু নখোয় পুন্নমক কিগনু কৃষ্ণ কাওগনু ॥৬০

আরাধয়েত ভক্তেন বাসুদেবং জগৎপতিং।
তদগুণ শ্রবনে নিত্যং তদ্রূপ স্মরনে রতঃ ॥৬১
তদংঘ্রি কমলধ্যানে তন্নামাক্ষর জপনে।
তদ্ভক্তসঙ্গমে বিপ্রা বর্ত্তনাস্তি তে ভয়ম ॥৬২
মুকাশ্চরতঃ বিপেন্দ্রা মাবোভীঃ কলিতোভয়ং ॥৬২

হে ব্রাহ্মণশা! জগৎকি মপুওইবা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ব না মরম ওইদুনা নিংদুনা লৈরিবৈ মহাকি নাম তাদুনা মহাকপু নিংদুনা মহাক্কি চরণ পদ্মদা অতৎপা লৈত্তনা নিংজরিবা মনাইশিং অতুগা তিন্নদুনা লৈরিবৈ মুখন মখা অয়াম্ব কর্ম্মগী থৌরি থোক্লনবা তৌও অদুদা নখোয় পুন্নমক্তা কলিগী অকিবা করিগী পোক্লরোইদ্রি ॥৬১-৬২-৬৩

অঙ্গিরা উবাচ।—কিং কর্ম্মায়ং মহাভাগ কিং গুণ কিং স্বরূপকঃ।
বাসুদেবো রমানাথো বদতো বদতাং বর ॥৬৪

ব্রহ্মাগী পাওত্তাক তারবদা অঙ্গিরান হঙজখি হে ব্রহ্মণ—নহাক্না অতুগুম্বা কৃষ্ণ নিংঙ তাকপিরী, হে মহাভাগ! বাখাশেষ্ট! অতুগুম্বা বাসুদেব লক্ষ্মীকান্ত ওইবা রূপকি, গুণকি কর্ম্ম কৈবা কি? পম্নমক অদো ঐখোয় পুন্নমক্তা শন্দোক্না তাকপিয়ু ॥৬৪

দ্বৈপায়ণ উবাচা। এতদাশ্রুত্য বিপ্রোণাং সংপ্রশ্নষ্ট তনুরুহঃ।
স্বয়ম্ভু বদতে বাক্যং রুদ্রায় উরুক্রমে ॥৬৫

সত্যবতীগী মচা ব্যাসন শুকদেব লোমহর্ষনচিংবদা হায়খি, হে সুত। ঋষিশিংগী অহুক্তি মখৈ ওইরা বাহং তারবদা স্বয়ম্ভুগী মতমদা ব্রহ্মাণ ভগবান্দা ভক্তি তৌহুন মসা অদো তুচুওখি হংভিবা বাহং হুংশিবা বাহৈনা তাকপ্রিখি ॥৬৫

ব্রহ্মোবাচ।—সাধুপৃষ্টং মহাভাগ ভবাভূর্লোকমঙ্গলম।
পুনাতি প্রচ্ছক শ্রোতৃবক্তৃংস্ত্রীন পুরুষাণ বিভো।।৬৬

হে ব্রাহ্মণশা! নখোই খিবিক্ন অহুশুন্না জিরগী মঙ্গলগীদমক ভগবানগী মহিমাবু খংনিংহুনা হংভি বাসুদেবগী মাহাত্ম্যবু তানিংহুনা ফোংদোকপা অহুনা মরম ওইহুনা মহাক্তি মহিমাবু মখোয় অহুনা তাক্লরবা অতোপ্পা অমনা হায়রবা ভগবানগী মাহাত্ম্য অদো মহাক্তা লোক অসিদা শেংহল্লি ॥৬৬

হরে কথামৃত বিপ্রা যথা গঙ্গাসরিদ্বরা।
পুতোহহং পাবিতোহহঞ্চ ভবতাং প্রশ্নতোদ্বিজাঃ।।৬৭

হে দ্বিজগণ! প্রমান্দি তুরেন পুন্নমক্তগী গঙ্গানা থোইদোকই অহুগুম্না অমৃতগা মান্নবা হরিগী কথানা সেংনানবগী মশক্তি মরম অহুনা ঐশু ওসি শেংডে ওসি অক্কবা সুমিং ওইবদগী নখোয় পুন্নমক্তা হংভি ঐবু সেংহল্লে ৬৭

মনে৷ কৃতার্থমাত্মাণং জন্ম সাফল্য মেবচ।
প্রনিপত্য প্রবক্ষ্যেহহং তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদম ॥৬৮

হে ঋষিগণ! ভগবংকী সম্বন্ধ ওইবা নখোয় পুন্নমক্তা ঐভোন্দা হংভি নখোয় পুন্নমক্তা তৌরিবা অদো অমদি ঐগী মপোক অসে মহৈ য়াল্লে মরম অসিনা অহুগুন্না বিষ্ণুগী থোইদোকপা চরণ খুরমহুনা হায়রগে ॥৬৮

যদগুহ্যং পরমং লোকে সর্ব্বরক্ষা করং নৃনাং।
যন্নকশ্চিদা খ্যাতং কালত্রয় মলাপহম।।৬৯

এই প্রস্তাব অর্থাৎ ভগবংকী তত্ত্ব অসে মী পুন্নমক্তী মতম পুন্নমক্তা ভাকপি মতৌ অসুম্না ইহলোক অসিদা থোইদোকপা অথুপ্পা তত্ত্বনি কনাগুম্বা অমনা ফোঙদোকখিদ্রি মসিবু মন্নাইকাবা চাক্লবা মীনা মতম অহুমদা শাস্ত্রবদ পাপ পুন্নমক কেকই ॥৬৯

সর্ব্বাভীষ্টকরং পুণ্যং সর্ব্বপাপ বিমোচনম।
যদস্মাদ্ধাস্ত লোকেহস্মিন লোক নৈশ্রেয়সং পরম ॥৭০

জিব পুন্নমক্তি নিংবগী মহৈ পিনবনি অসেংবনি পাপ কোক্লনবা লোক অসিদা মহাক মতুনা অতোপ্প অমা লৈক্রে থোইদোকপা মঙ্গলগী মশক্তি অর্থাৎ অথোইবা মোক্ষ কংগদবা ওই ॥৭০

রহস্যং পরমং ক্বষ্ণো রুধাঙ্গনয় সঙ্গিতম।
নাভিহ্রুদাম্বুজস্থায় প্রপন্নায় সুরেশ্বরঃ।
সিসৃক্ষবে যদবদচ্চুপ্যতোমে রাধিকাঃ ।।৭১

হে দ্বিজগণ! মমাংঙৈগী মতমদা সংসার শেমগে খল্লহুনা ভগবানগী খোইদৌনদি অচৌবা ঈশ্বর ওইরে অহুদগী থম্বাল অহুগী মথক্তা লৈরহুনা মতম অহুদা জগৎকি মপু শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু য়েংগা হংথি রাধাহ্রদয় কৌবা অথুপ্পা অসে তাকপিথি। ৭১

যদপাঙ্গল কৃপালেশ লাভংত্বুবাসৃজং প্রজাঃ।
ব্রাহ্মশ্রীয় শ্রোত্ররন্ধ্রৈঃ পরমানন্দ নির্বৃতাম ।।৭২

অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা মরিক অমতং ফংজবা ঐনা অসিগুম্বা সৃষ্টি সেম্মি মরম অহুনা নথোম্ব পুম্নমক্তা অমৃতগা মান্নবা তম্ববু নাকোঙ পেন্না তারো অথোইবা নুংঙাইবা ফংগনি অৱাবা কোকপা ওইংরা ।।৭২

চরন্তঃ পৃথিবীং থঞ্চ সশৈল বন সাগরাং।
সপাতালং সনকাদ্যঞ্চ প্রলাপ্তইব বায়বঃ ।।৭৩

হে ঋষিগণ! ভগবৎকি তত্ত্বকথা তাজবদা কয়াগুক নুংঙাই অসিগুম্বা পৃথিবীদা নুংশিংনা মকম পুম্নমক্তা শিংপগুম অর্থাৎ স্বর্গ মকম পুম্নমক্তা সমুদ্র পাতাল মলুং মপাল সিনবা খুনো লৈ ।।৭৩

ব্রহ্মো উবাচ।—মহালয়ে সমুৎপন্নে ঐকেবাসীৎ পুরাতনী।
প্রকৃতি মূলভূতা যা সৈব সর্ব্বো তমোত্তমা ।।৭৪

হে ব্রাহ্মণগণ! অসিগী তুংদা পুক্লিং তম্বা তারো মহাপ্রলয়গী মতমদা লৈরম্বা পুম্নমক মাংখে অথোইবা মতম কুইরবা পুম্নমক্কি মরুওইবা অমথক্তা লৈ অতৈদি লৈখিদ্রে। ৭৪

তেজো ময়া নিরাকারা কোটি ভস্করভাসুরা।
তস্যা বক্ষঃস্থলাজ্জতো বাসুদেবো কৃপানিধিঃ ।।৭৫

অহুগুম্বা প্রকৃতি অদো মওং লৈতে মঙালগী মশক্কি নুমিৎ কোটিগুম্না তাল্লি মহাক্কি হৃদিদগী থোকাম্না সমুদ্র ভগবান বাসুদেব নারায়ন পোকখি ।।৭৫

যস্মাদ্ভুৎ পত্ততে বিশ্ব যস্মিন্নেব প্রলীয়তে।
যএবচ বীভৰ্ত্তীদং বিশ্বং সদসদা ত্মকম ।।৭৬

অহুগুম্বা নারায়ন্দগী অচৎপা চত্তবা অহুককি মথৈ ওইবা আত্মা সিনথংনা ওইখি জগৎতো লৈবা পোৎ পুম্নমক পোকখি মতৌ অম্মুম্না মহাক অসিগুম্বা সংসার অসিগী য়োকপিবা মপুনি প্রলয়দা মাঙোম্না পুন্নি ।।৭৬

সাতস্য চোদ্দমানস্য কমলাং প্রকৃতিংবদো ।।৭৭

অহুগুম্বা প্রকৃতিদগী পোকই বাসুদেব মহাক্কি দেহদগী লক্ষ্মী পুথোকই ।।৭৭

অঙ্গিরা উবাচ।—নিরাকার কথং সাতু সাকারা সমজায়ত।
কথং বাস লয়োন্নাতঃ কেন বা সকতোভবেৎ॥৭৮

অঙ্গিরানা অহুক্তি মথৈ তারবা তুগুদা হংখি হে ব্রহ্মণ। অহুম ওইবা মওং নৈতবা প্রকৃতি অহুনা করি মরমগী মওং লৈরিবনো অমুক্তমা অসিগুম্বা সংসার অসে করিগীদময়ক য়াংহল্লিবনো কনাগীদমক শেল্মিবনো॥৭৮

লোকবন্ধগতা হেতে সর্ব্বে সদসদাত্মকাঃ।
এতৎসর্ব্বং বিস্তরেন বদতো যদি তে কৃপা॥৭৯

অসিগুম্বা সংসার অসিদা লৈরিবা অরেপ্পা অমসুং লেপ্তবা আত্ম দেহ লোক অসিদা অঙকপা ওহব অপনবা ফঙবগুম ওইতুনা মাগী মাগী কর্ম্মনা তৌরগুম অহু ওইরবদি ঐখোয়গীদমক নহাক্না সুংশিবিদুনা অহুক্তি মথৈ ওইবা মরম পুম্মক শন্দোক্না তাকপিয়ু॥৭৯

ব্রহ্মবাচ।—সধু স্পৃষ্টং মহাভাগ লোকানুগ্রহ কাঙক্ষয়া।
আত্মনশ্চ পরিত্রাণ হেতবে কলিতঃ খলাৎ॥৮০

অঙ্গিরাগী বাহং তারবা তুংদা ব্রহ্মানা হায়খি হে ঋষে! নহাক অসে ল্যাইবক কৈদা খোঁজানবিগে অসিগুম্বা ফত্তবা কলিগী ওইরকদোবা জিবগী শেংহনবিগে হায়বগীদমক সাধুগী বাহং হংক্তি মরম অসিনা তারো॥৮০

সত্যং ত্রেতা দ্বাপরঞ্চ কলিশ্চেতি চতুর্যুগ।
মন্বন্তরমিতি প্রোক্তং কল্পস্তস্য চতুর্গুণঃ॥৮১

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি, অসিগুম্বা যুগ মরিনা দিব্যযুগ কৌই দিব্যযুগ ছুমকুত্তবামাথোইনা মন্বন্তর কৌই অহুম্না হায়রি মন্বন্তর তরেংনা ব্রহ্মাগী অয়ুক মুংখিল অহিং অদো মন্বন্তর তরেং, ব্রহ্মাগী নুমিদাং মহাক্না পোথাই অহিং অদো মন্বন্তর তরেংকী মনুংনি॥৮১

সত্য, ধর্ম্মনা মথোঙ মরি পাল্লি সত্য কৌই। ত্রেতা মথোঙ নামা তেকখে ত্রেতা কৌই। দ্বাপর মথোঙ অনি তেকখে দ্বাপর কৌই। কলি ধর্ম্ম মথোঙ অহুম তেকখে নাদত্তা মঙাইরে কলি কৌই। ব্রহ্মাগী চহি মন্বন্তর। ২১০। না। থা। থা। ১২। না, চহি। চহি। ৫০। না, পরার্দ্ধ। চহি। ১০০। না দ্বিপরার্দ্ধ কৌই ব্রহ্ম চহি ১০০ পুনসি লোইরবদা মহাপ্রলয়।

মন্বন্তরা বসানে স্যাৎ খণ্ডপ্রলয় মেককং।
ত্রিখণ্ডং প্রলয়াদূর্দ্ধং মহাপ্রলয় মেককং।৮২

কল্পনা লোইরবদা, মন্বন্তরনা লোইরবদা, খণ্ডপ্রলয় অমা তৌই। মতৌ অহুম্না খণ্ডপ্রলয় অহুমক তৌরবদি অহুগী তুগুদা মহাপ্রলয় তৌগদবা ওই, অর্থাৎ প্রলয় হায়বা অসে মখল মরি লুই অর্থাৎ নিত্য প্রলয়, নৈমিত্তিক, প্রলয়, অর প্রাকৃতিক প্রলয়, ও মহাপ্রলয়। ব্রাহ্মনা নোংঙানবদুগী সংসার শেমে মুমিং তুবদা পোথাবু মাগী মমিং নিত্যপ্রলয় কৌই কহিকুম্বা অমবগী মতম চাদনা প্রলয় তৌই

মাগী মখিং নৈমিত্তিক প্রলয় ব্রহ্মাগী চহি য়াখৈ সুবদা প্রলয় তৌই মাক্ষি মামং প্রকৃতিক প্রলয় প্রথম পরার্দ্ধ কৌই। থোইদোকপা প্রকৃতিনা অমতা ওইনা লৈথিবা মখিং অত্যান্তিক অর্থাৎ মহাপ্রলয় মতম্ব অদুদা ব্রহ্মা চহি ১০০ সুরে মশাকম্ব সিরে দ্বিপরার্দ্ধ কৌই মহাপ্রলয় কৌই ॥৮২

স যথা জায়তে বিপ্রাঃ প্রকৃতঃ পুর্ব্বং হরের্ময়া।

তদহং তে ভথ্যাম্যামি সমা হৃতমনা; শৃনু ॥৮৩

অসিগুম্বা প্রলয়গী ওইবা য়া অসে মমাংঙৈদা নারায়নগী মুখদগী ঐনা তাজহৌই অদুদগী নখোয়গী দমক্তা হায়রিবা অসনি নখোয় পুম্নমক্তা পুক্রিং চংনা তারো ॥৮৩

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রবিট্‌ শূদ্রবা বর্ণাশ্চত্বারএব যে।

পরস্পর ধ্যানবশাৎ পুনঃ ষটত্রিংশতশ্চতে ॥৮৪

অদুগুম্বা নারায়নগী বাখন্দগী ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্রা, জাৎ মরি শেম্মি অমুক হন্না তোঙান তোঙায় জাতি কুন্থ্রাতরুক শেম্মি। ৮৪

ততোলোক প্রধানেন বিষ্ণুনা প্রভবিষ্ণুনা।

স্থাপিতা জাতি মর্য্যাদা সাঙ্কর্য্যেন সহদ্বিজ ॥৮৫

হে দ্বিজগণ। অদুগী তুংদা পুম্নমক্কি মবুংঙো ওইবা চাংদম্লিংঙাই লৈতবা বাখল্লা মাগী ওইবা বিষ্ণুনা বর্ণসঙ্কর ওইদনবা জাতিগী বেভার থম্মি অর্থাৎ উত্তম, অধম, মধ্যম, মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মনা হোৗবা শঙ্করনা লোম্বা ॥৮৫

শত সাঙ্কর্য্য মাপন্না জায়তঃ পুণরেব তাঃ।

[illegible] যবনাকারা, যবনা শ্চেরতং পরাঃ ॥৮৬

অমুক হন্না ব্রহ্মনা য শিংদা কলিগী ভিবগী ৌরকদোবা বর্ণশঙ্করগী য়ারি লিখি কলি য়োরক্লবদি ধর্ম্ম অদুদি পুন্দুনা থমখ নি প্রমাদি ( শৈথিল্য ) মতৌ অদুগুম্না অদুগী বারি হায়গদবা হৌরক্লে। ব্রাহ্মণ পুম্নমক যবনগী মতৌ ওইররগনি চুমদবা লমচৎ চাহৈদবা চিঞ্জাক ঙাংহৈদবা য়াঙাং ঙাংঙররগনি ফত্তবদা পুক্রিং চংঙরগনি। ৮৬

বদন্তো যাবনি ভাষা তপোধর্ম্ম বহির্মুখাঃ।

ক্ষত্রিয়া প্রায়শোণষ্টা স্তথা বৈশ্যাক্ষয়ং গতাঃ ॥৮৭

পুম্নমক যবনগী লাইরিক বাঙাং তম্বরগনী ব্রাহ্মণ অয়াম্বা লাই নিংঙরো ধর্ম্ম লৈররোই ক্ষত্রিয় ধর্ম্ম মাংঙরগনি বৈশ্যগী লমচৎ থুনা চংলরগনি ॥৮৭

ধ্বচ্যুতাস্তথা শূদ্র ব্রহ্মনা চারতৎপরাঃ।

ব্রহ্মানিন্দা পরাঃ সর্ব্বে ব্রহ্মবৃত্তি হরাস্তথা ॥৮৮

শূদ্রা পুম্নমক্তা ধর্ম্মনা মাংঙবদা লমচৎ ওন্ন-তৈনবা ওইররগনি ব্রাহ্মণবু থিনা চৈয়রগনি অদুগী তুংদা মতৌ অসুম্না কংঙরগনি নিংথৌনা মী পুম্নমক্তগী ব্রাহ্মণদগী মরন মুন্দুনা লৌররগনি ॥৮৮

ব্রহ্মদারাধিনো নিত্যং ভ্রমন্তি মত্তহস্তিবৎ।
দেবদ্রোহকরানিত্যং পাষণ্ডা নাস্তিকাঃ খলাঃ ॥৮৯

শূদ্রশিংনা ব্রাহ্মণগী মুপী লোয়রগনি অক-কংত লৈররোই রাখনমু তৌররোই ময়াইকাবা শামুওম্না মকম পুম্নমক্কা চংলরগনি মতম পুম্নমক্কা দেবালোয় মাওহল্লগনি পুম্নমক কত্তবা রাঙাং পাষণ্ডিগুম ধর্ম্ম লৈররোই ॥৮৯

কোধর্ম্মঃ কশ্চদেবেতি কিং কর্ম্মেতি তথাপরে।
বদন্তো দুর্জ্জনা মূঢ়া ব্রহ্মহিংসা পরায়নাঃ ॥৯০

অকোপ্পা অমনা কত্তবা অমসুং অপংবা ওইবদগী খংনবা ঋংচং থিবা মীশিংনা অতংপা লৈতনা মতৌ অসুম্না ঙাংনরগনি ধর্ম্ম হায়বা অহুনা করিনো ? লাই হায়বা অহুনা করিনো ? মতৌ অসুম্না কর্ম্ম হায়রিবা অহুনা করিনো ? অসুম ত্তৌহুনা কয়ামুক ওইবা অতংপা লৈতনা দেবালোয় ব্রাহ্মণ মাংহলররগনি ॥৯০

সর্ব্বযোনিরতাঃ সর্ব্বে বর্ণাস্তে ব্রহ্মণাদয়ঃ।
সর্ব্বযোনিরতাঃ সর্ব্বে সর্ব্বে পাপ পরায়নাঃ ॥৯১

পুম্নমক ফংঙররগনি পাপকি থবক্কা পুক্লিং চংঙররগনি অয়াম্বা যোনি পুম্নমক্কা রমন, ওইররগনি ব্রাহ্মণা জাতি খিবিকী চাক চাররগনি লমচং বেভার অমসুং চাবদা বিচার লৈররোই ॥৯১

। রমন -মিথুন—সম্ভগ— স্ত্রীসঙ্গা—নারিসঙ্গা।

নষ্ট শৌচক্রিয়াঃ সর্ব্বে ভ্রমন্ত কাকবৎসদা।
নোদর পালনাসক্তা বর্ণাস্তে ব্রহ্মণাদয়ঃ ॥৯২

জাতি পুম্নমক অমত্তা ওইররগনি অসেং অমাং লৈররোই কাকুম্না অয়েম্বা চাক চাররগনি মকম পুম্নমক্কা কোক্টররগনি ব্রাহ্মণনচিংবা জাতি কয়া অয়েম্পদি মাগী মাগী মবুক থন্নবগীদমক রাখল তৌররগনি অর্থাৎ চাকনিবগী মতৌগুম অমোংপা ফি শেংতুনা কোইনা চংলররগনি ॥৯২

বলাৎকারেন কঃ কশ্চ নয়মেন্ত স্ত্রিয়ং সতীং।
এবং সাঙ্কর্য্য মাপন্না খোরেন তমসাবৃতাঃ ॥৯৩

পতিব্রতা ওইবি সতীবু বলাৎকার ওইনা কনানা সঙ্গা ওইররগনি ? মতৌ অসুম্না ধর্ম্ম য়েংঙররোই মী খুদিংমক অর্থিবা নরোক্কা খুত্তম চল্লররগনি অর্থাৎ ময়াই কাবা চাবদগী কলিগী দোষনা খুত্তম চন্দুনা বুদ্ধি মাংবদগী নত্তবা থবক অতংপা লৈতনা তৌররগনি ॥৯৩

অজ্ঞানঃ পশুবন্নিত্যং কুহন্তো বৈ মহীতলে।
কৈশোরং চতুরব্দাহং পৌগণ্ডং সপ্তমাবধিঃ ॥৯৪

অহুনী তুডদদি পৃথিদা লৈবা মী পুম্নমক জ্ঞান লৈতবা ওইদুনা সাগুম্না লাও খোংঙররগনি অর্থাৎ মীগী লমগীদমক খংনররগনি অতোনবা জাতিগী ঈশৈদা মতম লেল্লররগনি চহি মরি সুবদা কৈশোর অবস্থা ওইররগান চহি তরেংত. মপুং ফাবা ওইররগনি ॥৯৪

যৌবনং সপ্তমাদূর্দ্ধং বার্দ্ধক্যং ষোড়শা দ্বিষিঃ।
দশষ্টৈব বর্ষাত্তু রমন্তি পুরুষৈ দ্বিজাঃ।৯৫

চহি তরেংভা য়ুম পানবা ওইয়রগ্রি চহি জরাতকতদি অহলা ওইচুনা মানি মবা চংয়রগনি অর্থাৎ চহি কুন্দি পুনসি লোইরগনি কনানা চহি তয়ানা কনানা চহি নিপান্দা কনানা চহি নাপান্দা মযুক পান্দুনা মচা পোক্লরগনি। ৯৫

প্রসূয়েত্ত সুতং সুতে নারী প্রথম যৌবনে।
পুসং যেপ বিনা কাপি প্রসূয়েত্ত বরাঙ্গনা।।৯৬

মযুম পানথ বি সুপীনা মচা ফংবগুম (বিনা পুরুষ সংযোগে) মযুম পান্দবি সুনীশিংমু মচা পোক্লরগনি অর্থাৎ ইচ্ছামত অল্পড়া কালেই পুরু ষান্তর হইতে স্ত্রী গর্ভবতী হইয়া সন্তান প্রসব করিবে।।৯৬

পিত্রেভ্রহ্যতি পুত্রস্তু গুরুবে বান্ধবে তথা।
পিতাভ্রহ্যতি পুত্রায় গুরু শিষ্যায় ভূসুরাঃ।।৯৭

হে ভূসুরগণ। তমথিরবা কলিগী মতমদা মচানা মমা মপাদ নস্তবা মিংয়েং মংতৌ অম্মুমা গুরু ওইবশিংদা মরুপশিংদা নস্তবা রাভাং মমা মপা মচা গুরু শিষ্যনা অমদি মরুপকুম মরুপশিংদনা য়েক্রবগুম খল্লরগনি।।৯৭

খরাং গোষ্ প্রজয়ন্তে গোং খরেষু নরেষু চ।
অশ্বেষু মহিষা গাবো গোদ্ধশ্বেষু নরাঃ ক্বচিৎ।।৯৮

সনগী গ্রভর্দা, গদ্ধাগী মচা, গদ্ধাগী গ্রভর্দা সনগী মচা, শগোলগী গ্রভর্দা সন ইরোই পোক্লরগনি করিগুমদা সন্দা শগোলদা মী ওইনসু পোক্লরগনি।।৯৮

নকালে বায়বো বান্তি হ্যকালে বান্তি বায়বঃ।
বর্ষন্তি কালপর্জন্যো নকালে বষতে সদ।।৯৯

মতম চানা নোং চুয়রোই মতম চাদনা মুংশিং সিংলরগনি মতম চাদনা অতংপা লৈতনা নোং চুরগনি অর্থাৎ মীওইরনা লমচৎ চুমদবদগী মসে থোক্লরগদবনি।।৯৯

মহীরুহা ফলৈর্হীনাঃ নিগন্ধা কুসুমানিচ।
গাবঃ পয়োবিহীনাশ্চ হীনস্বত্ত রসানিচ।।১০০

মতম চানা নোং চুদবদগী মহৈ মরোং পাল্লরোই লৈ পুমমক মনম লৈয়রোই সন পুমমকসু সঙ্গোম থোক্লরোই অহুগী মতৌগুম চিপ্পাক পুমমক মহাও লৈরোই অর্থাৎ থস্মোয়গী অপেনবা পোৎ অহু লৈরোই।।১০০

দ্রব্যানি ফলমূলানি দধিক্ষীর ঘৃতানিচ।
শালি মুগদ মসুরানি যব গোধুম মাষকঃ।।১০১

মহৈ মপাল পোং পুম্নমক সকোমনী অসিনচিংবা মুংশিংবা পোং কৌ হরাই অসিনচিংবা অয়াম্বা পোং ॥১০১

কিল ষণ্ড মাংস মুণ্ড্য স্বাদুহীন ম গন্ধকং।
সর্ব্বানি পদ্মবস্তু ন লিবজ্যানী সমস্ততঃ ॥১০২

কলি য়ৌরবদা থোইদিং তা মাংল অসিনচিংবা কনহৈবা পোং পুম্নমক মহাও লৈররোই মনমসু লৈররোই পুম্নমক মশক্তা মঙাইরগনি ॥১০২

মহীশস্তবিহীনা ভাং কুংলিপালাদিতানরাঃ।
পরস্পরং খাদয়ন্ত নর মাংসাস্তু মেধ্যকম ॥১০৩

পৃথিবী অসিদা চানবা লৈতবদগী মী পুম্নমক অয়াকনা অবায়া ওইগনি মহৈ মহৈ চাবা য়াবা য়াদবা জান লৈতহনা চাহৈদবা মী ফাওবা চাররগনি ॥১০৩

যুগান্তে সমনুপ্রাপ্তে জগত সর্ব্বং বিরন্ত কম।
অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ডে মেষবীর্য্য জয়ো নরঃ ॥১০৪

মতৌ অসিগুম্না জিবা পুম্নমক যুগনা লোইরমদাই কলিগী মতম্না লোইরবদা মপান নাইদবা জগৎ শেম্না ব্রহ্মা তুমথ্রগনি।।১০৪

মনুথা শিচত্তরাবিষ্টো বাক্য শোকাম্পাদং জগৎ।
হা হা ভুত মমর্য্যাদং ব্যাকুলং সংশয়া ম্পাদম ॥১০৫

অসিগুম্বা জগৎকি অরাবা অমতা চংজনিংডাই লৈত্রবা জিবমু উরগা অয়াম্বা ব্রহ্মাও তরামরি মৈং চৌথুনা পুম্নমক অমগা অমগা অরাবা ওইহুনা অর্থাৎ জগৎ মাংঙমদাই য়োনকপা কনবিনিংডাই লৈত্রবা মতম্না থুহুম চনথ্রবদা মাংঙে মাংঙে কাম্নবা অসিনা অয়াবা ওইথে ॥১০৫

আদিত্যঃ সবিতা সুর্য্যখগঃ পুষাগভ স্তিমান।
তামস্রহা ভগোহংসো ভাসন্তাশ্চ তমোনুদঃ ॥১০৬

হে ঋষয়! আদিতা, সবিতা, সূর্য্য, পুষা খগঃ, গভস্তিমান সংসার অসে মাংহনা অমত্তা ওইথে ॥১০৬

সহস্রাংশুভিতি প্রোক্তা দ্বাদশস্থা দিবাকরাঃ।
ব্যাদিষ্টা প্রভুনা সর্ব্বে ছাদগচ্ছং তথোধনাঃ।।১০৭

অমুম তৌনা লিশিং ওইবা নুমিৎ তরানিথোই মমিং তরাদিথোই হাম্নখিবা অসে লৈ, অহুগুম্বা খঙব ঙমদব ভগবানগী য়াথং মতুং ইন্না মতম অহক্তনা থোকহল্লি ॥১০৭

স্বতাঙ্গারশ্বয় সর্ব্বে প্রদীপ্ত ইন্দ্রহবঃ।
উদিতাসিত্র নগরা সপুরা ট্টাল তোরণাং ॥১০৮

অহগুম্বা নুমিং তরানিথোই অহুকি মথৈ ওইবা মঙাল মৈগুম্বা মতম অমদা থোকখি মকম পুম্নমক্তা বাখন্দগী নগর, গ্রাম, গোপুর, তরোন, অ অত্তালিকা ॥১০৮

সসাগর বনোদেশাং সসর্ব্ব প্রাণিসঙ্কুলাং।
সংশোষ্যরশ্মিভীস্তীক্ষ্ণৈর্ব মস্ত ইবপাবকঃ॥১০৯

সমুদ্র বন দেশ অয়াম্বা থোরাই পানবনচিংবা পৃথি থোরবা অকুপ্পা মঙাম্না মরম ওইদুনা কংনানবগী অর্থাৎ ভুমিংকি মুত্তি পুম্নমক মঙাম্না মরম ওইদুনা অশোংবদি মৈগা মান্নথে॥১০৯

তত‌ঃ সংশুষ্কতাপন্নে জগন্তি প্রাণি সঙ্করৈঃ।
সাদ্রাব্ধিদ্বীপনগরৈঃ সপুরাট্টল তোরণৈঃ॥১১০

অদুগী তুণ্ডদা চিং, সমুদ্রা, দ্বীপ, খুন জীব পুম্নমক মীনচিংবা লোইনদুনা কোম্নুং অর্থাৎ চেকপন থাঙমপাং লোইনদুন পৃথি কঙথে॥১১০

সদেবাসুর গন্ধর্ব্ব যক্ষ কিন্নর পন্নগে।
সনাগোরগ পৈশাচাপ্সরো রাক্ষসসিদ্ধকে॥১১১

দেবগনগা লোইনবা অসুর, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, কিন্নর, পন্নগ, নাগ, উরগা, পিশাচ, অপসর, রাক্ষস, অমদি সিদ্ধগণ অসিনচিংবা মাগী মাগী লৈকমদা॥১১১

আবীরাসীন্মহাদ্রো রুদ্রশোঽগ্নি সুখনং।
আবৃত্য রোদশী খঞ্চ ধরাং স্ববিদিশো দিশঃ॥১১২

অকিবা রুদ্রগী মশক ওইবা মৈনা চোংথোক্লকই অর্থাৎ অদুদগী পৃথিবী মপান নাইদবা লোক স্বর্গ লোক অমসুং মাইকৈ তরাগী শিনবথুনা কুপখি অকিবা মশক ওইবা উন্নন, মৈহৌরক্লে॥১১২

তেজসাতেনতীব্রেন প্রজজ্বাল প্রকো পিতঃ।
কুর্ব্বণ্শ্চটাটাশব্দং সসখো বহ্নিরুল্বনঃ॥১১৩

অদুগুম্বা অকিবা প্রলয়গী মৈ মাগী মরুপ সুংশিং লোইনদুনা অকিবা থোঙ্গেল পুথোক্লুনা মহাক্কি সারবা মঙাম্না মরম ওইদুনা মথক্কা হায়খিবা লোক পুম্নমক চাকথে॥১১৩

অকরোদ্ভস্মসাৎ সর্ব্বং জগৎসসুর মানুষং।
ভস্মী ভুতে ত্রজগাত সবণ প্রাণি সাগরে॥১১৪

মহাক্কা সুংশিংকা লোয়নদুনা মতিক চাওবা মৈনা লাই মী পুম্নমক অয়াম্বা থরাই পানবা জীব জগৎতা লৈরিবা উং ওনখে, বন, জীব পুম্নমক অদুম ওইবা সমুদ্রনচিংবা জগৎ উং ওম্নুনা মাংখে॥১১৪

সংহৃত্য প্রাণিনঃ সর্ব্বানঞ্জলস্থল নিবাসিনঃ।
সাদ্রিদ্বীপাব্ধি দেবেন্দ্রপুরোগ নগরাং পুরম॥১১৫

ঈশিংদা লৈবা জীব পুম্নমক অমসুং সমুদ্র চাংগা লোইনবা পৃথি মাংক্তে ইন্দ্রলোকনা লোম্বা মৈ হৌথে, অদুগুম সাইগী কোম্নুং লোইনবা চাকথে॥১১৫

অবশিংসমহাণগ্নি বায়ুং পরম কোপয়ন্।
বায়ুরুদ্রাগ্ন শক্ত্যাশু প্রচণ্ডবেগোরু শব্দবান।১১৬

অহুগুম্বা মৈগ মস্তিক চাওবা মুংশিংকা তিন্নহুনা অশাওবগা লোইননা মহেন্দ্রলোকতা চওখে, অকিবগী মশক ওইবা মৈগী শক্তি অহুদা মুংশিংনা অয়াংবা খোঙচৎ ওইহুনা অকিবা খোঙেন ওইখে ॥১১৬

তেজসাসর্ব্ব সত্ত্বাণাং বৰ্দ্ধিতশ্চ বিশেষতঃ।
নীত্বারসাতলং পৃথ্বীং দিক্ষু সর্ব্বচরা চরম্ ॥১১৭

থোইদোকপা অহুকি মখৈ ওই অহুগুম্বা মুংশিংনা জীবা পুম্নমক মত্তাম্না মরম ওইহুনা নৈহৎখে, অয়াম্বা মায়কৈ অচৎ চম্বা পোৎ পুম্নমকা লোইনহুনা পৃথীবিস্তু রসাতল য়ৌনা চংখে ॥১১৭

প্রচণ্ডবেগো দুৰ্দ্ধর্ষঃ সম্বর্ত্তক ইতি স্মৃতঃ।
একীকৃত্য জগৎ সর্ব্বং ননাকং সতলাতলম ॥১১৮

অহুগুম্বা অয়াংবা মুংশিংনা মথক্তা চংখিহুনা সম্বর্ত্তক কৌবা মমিং অহু কাওনা স্বর্গ সতলাতল শিনবা থুংনা জগৎ পুম্নমক অমতা ওইখে ॥১১৮

তোয়ান্তঃ প্রাবিশংতৈশ্চ রুদ্রবায়ুগ্নি প্রাণিভিঃ।
তৈস্তোয়ং ময়িংশলীনং সমুখেষ্বজযোনিষু ॥১১৯

অহুগী তুংদা অহুগুম্বা রুদ্রগী মশক ওইবা মুংশিং অমসুং মৈগা অনিনা অয়াম্বা জীব পুম্নমক লোইনবা ঈশিং মনুংদা চংখিহুনা মতৌ অদুম্না অহুগুম্বা ঈশিংগা লোইনবা ঐস্তু লাকুনা লৌখে, মওং অদুম্না অয়াম্বা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক ব্রহ্মাস্তু অহুগুম্না লৌখে ॥১১৯

তেষু তেষু প্রবিষ্টেষু পাথোজন নযোনিষু।
আবিশংস্তত্র নিষ্কার্য্যো মাদৃশো হৃষ্টৈতঃ সহ ॥১২০

অহুগুম্বা ব্রহ্মাগী খুৎশেম পুম্নমক্তা চংখিবদো ঐস্তু উই ব্রহ্মাগী থবক অরেম্বা ওইরে মতুং অহুদা মখোয় পুম্নমক লোইনহুনা ঐস্তু থবক তোকুনা পরম ব্রহ্মদা চংতুনা চংখে ॥১২০

পরব্রহ্মণি নাগেশ শেষউক্ত পরাক্রমে।
শয়ানে দেব দেবেশদেব শক্ত্যা রুচোদিতাঃ ॥১২১

লিক্ত পুম্নমকী মপু অনন্ত শয্যাগী মথক্তা চেপশিবা লাইগী লাই ওইবা উক্ত পরাক্রম নারায়ন দেব শক্তিনা মাগী ওইবা অহুগুম্বা ইবুংঙো মাঙোন্দা পুনখে অর্থাৎ মহাক্কী দেহদা পুম্নমক তিনখে ॥১২১

সর্ব্বাভিঃ শাক্তভিঃ সার্দ্ধং প্রাণিভিৰ্দ্দেবসত্তমৈঃ।
সসুৰাসুৰ গন্ধৰ্বৈ বযক্ষর ক্ষোম্পরোগনৈঃ ॥১২২

অয়াম্বা শক্তিশিংগা লোইনহুনা থৌরাই পানবা ইন্দ্রনচিংবা লাই অয়াম্বা সুরাসুর, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, অপসর গনের, লোইনহুনা ॥১২২

স নাগোরগপেশাচ বিদ্যাধর মুণী শ্বরৈঃ।
সিদ্ধচারণ দেবর্ষি রাজর্ষি মনুজৈঃ সহ ॥১২৩

নাগগন, সর্পগন, পিশাচগন, বিদ্যাধর, মুনীশ্বরগন, সিদ্ধ, চারণ, দেবর্ষি, রাবি অদিনচিংবা মতৌ অসুরা দানবগনগা লোইননদুনা ।।১২৩

বেতালখগকুষমাণ্ড ডাকিনী পুতনাদিভিঃ।
স নক্ষত্রগ্রহৈর্ব্বর প্রমথৈ যাতুধানকৈঃ ।।১২৪

বেতাল, পক্ষী, কুষমণ্ড, ডাকিনী, পুতনাদী, মতৌ অসুরা গ্রহশিং অমসুং মথৈ ওইবা কৌনচিংবা অমসুং লোইননদুনা ।।১২৪

যেকোরুপঞ্জ্যা সংবিষ্টাঃ সর্বাক্তিব্রহ্মণি স্থিতাঃ।
তস্যোরুরোমকুপেষু স্থিতাব্রহ্মাণ্ড কোটয়ঃ ।।১২৫

হে ব্রাহ্মণশা ! হায়খিবা লোন পুরুষক লোইনদুনা জীবগী হিংনবা ক্রিয়াক অদুগুম্বা থোইদোকপা অনৌ ওইবা নারায়নগী উক্ত শক্তিনা মরম ওইদুনা পরব্রহ্মদা তিনখে অদুগুম্বা ভগবানগী অচৌবা দেহগী তুখোঙদা তোঙান তোঙান মপান নাইদবা ব্রহ্মাণ্ড থমদুনা লৈখে ।।১২৫

সর্বিকাশ মনন্তান্তে হ্যনন্তন্তনুং করে।
সেপধানং সপর্য্যঙ্কং কোটি ভাস্কর ভাসুরম ।।১২৬

অদুগুম্বা চাংদমদবা লৈত্রবা নারায়নগী মতম কুইরবা দেহগী ময়াইদা মপান নাইদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড মশিং লৈত্রবা সমুদ্র ময়াইদা মশিং লৈত্রবা শিরগী শৈয়া মনাইনা থোগন্দুনা চেপখে ইবুংঙো মহাক অদুদি সুমিং কোটিগী মঙানগুম্বী মহাক্না পুথোকইবা মশিং নাইদবা ভগবং বিষ্ণুগী বিভূতি রূপ ওইনা তুমখে ।।১২৬

বিরাটরুপমেকাব্ধৌ শয়িতং পরং শিশুম।
তংদেবেশবরং শক্ত্যারাধ্যাস্থা পরিসেবিতম ।। ১২৭

অদুগুম্বা বিরাটরূপ ওইবা ভগবান অদো পিকখ্রবা অঙাংগী মতৌগুম ঈশিং মমুংদা তুম্বি অথোইব লাইগী লাই ওইবা ভগবানগী মতম অদুদা থোইদোকপি রাধানচিংবি পরা শক্তিনা মরম ওইদুনা নিংথিনা সেবা তৌরি ।।১২৭

পরাৎপরাবরা শক্তি রাধস্থাং পরমোত্তমাং।
মহাবিষ্ণা মহাসূক্ষা চিদ্রূপাবিশ্ব মোহিনী ।।১২৮

মপান নাইদবা অহৌবা অরোইবা থোইদোকপি রাধানচিংবি প্রকৃতি পুমমক্কা উক্ত শক্তি ওইবা মহাক্কী অদুগুম্বি রাধা আদ্যাপ্রকৃতি থোইদোক্কা রুপ্না জগৎপু ভাকহল্লবগী মশক ওইবি চিৎস্বরূপা অর্থাৎ জ্ঞান স্বরূপাহয়েন ।১২৮

জ্যোতিঃ রূপানিরাকারা ধ্যায়মানা মুহুর্মুহুঃ ।১২৯

মঙানগী মশক ওইবা নিরাকার ওইবা বিকর লৈতবা অদুগুম্বী রাধাম মতম অদুদা হয়া হয়া মঙাম্না কোইরি ।।১২৯

অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ থোইদোকপা অথুপ্পা রারিনা তিল্লবা, ব্যাস মুনিনা লেংখ্রবা রাধা হৃদয় ব্রহ্মানা ঋষি তংরংতা লিখ্রবা মহাপ্রশ্নগী রারি প্রথমে অধ্যায় লোইরে ।।

# দ্বিতিয় অধ্যায়ঃ

## সৃষ্টি বর্ণন

ব্রহ্মোবাচ ।-–ততো বর্ষ সহস্রানি মন্তানিচ সহস্রশঃ ।
তেজঃ পুঞ্জং ভ্রমদ্দিব্যং নিরালম্ব মলম্বনম ॥১

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি হে বৎসঃ! চাম চাম অমম্লুং লিশিং লিশিং চহি চাংদম ওইবা অতুগুম্বি মঙানগী মশক আছা প্রকৃতি রাধানা মশক মওং লৈতনা মঙানগী মপৈনা কোইহনা লৈখি।।১

সিস্থক্ষুরযোনিস্নিগন্ধা সর্ব্বা বয়ব সুন্দরি।
উরস্ত মুরু কর্ম্মান মুরুক্রম মঙ্গো জনং ॥২

অতুগুম্বি মমা লৈতবি রাধানা সংসার শেমগে খন্দুনা মওং লৈরমদবদগী মওং লৈবা ওইনা পুম্নমক্কগী হেন্না ফজবি মুপি অমা ওইনা ফোংদোকখে, অতুগী তুঙদা মহাক্কি থম্মোইদগী উৎকৃষ্ট, উরু কর্ম্মা, উরু ক্রম, অর্থাৎ মকম পুম্নমক্কা চৎপা ঙম্বা পুম্নমক শঙবা নীপা অমা পুথোকখে ॥২

বানঃঙ্গুষ্ঠ পর্ব্বাভং কোট্যাদিত্যোরু তেজসং।
জাতমাত্রং সৃজেত্যক্তা মায়য়ান্তর্হিতা ক্ষনাৎ ॥৩

অতুগুম্বা পুথোকইবা অঙাং অদো খুবিমুক্তা চাওই মতাং অমতগুম উই অতুম্নদি ওইরগা মুমিৎ কোটিগুম্না ঙান্নি মঙল অদো মহাক অতুবু পুথোক্লগা রাধানা মঙোন্দা সৃষ্টি শেম্মো অসুম্না হায়রগা মতম অতুদা মাংখে ॥৩

তদা স্বগ্নে পদ দৃষ্ট্বা পরমং বিস্ময়াস্পদং।
অচিন্তয়দমেয়াত্মা কিং কর্ত্তব্যমিতো ময়া ॥৪

থোইদোকপা অঙকপা রাধা অদো মঙগী মতৌগুম্না মশক উহল্লগা অতুগুম্বা চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা অম্মানা মহাক্কি ওইবা অঙাং অতুনা রাখন তৌথ হৌজিক ঐনা করি তৌগনি? অর্থাৎ অতুগুম্বি থোইদোক্কা মশক ফজবি মুপি অদো কনানো? কদাইদগী লাকপনো অশেংবদি সৃষ্টি সেম্মো অসুম্না ভাকপিরম্মগা মাংখিবা অতুনা করিগীনো? মসিগী অরেপ্পা থঙবা ঙমত্রে অসুম্না রাখন তৌতুনা মায়কৈ মরিদা কোইনা য়েংখি ॥৪

একার্ণবজলে শ্বথদল মেকম বেক্ষসঃ।
তত্রৈবসহসোত্থম্মা কুরুশক্ত্যা দৃঢ়ীকৃত ॥৫

মতৌ অসুম্না থল্লতুনা থোরাং তৌই অতুগুম্বা সমুদ্রগী ঈশিং মথক্তা থোঙনাং মনা অমগী মথক্তা তাওই মহাক্কি শক্তিন মরম ওইতুনা অচেৎপা মশা ওইতুনা অতুগুম্বা থোঙনাং মনাগী মথক্তা হৌগৎতুনা লৈখে ॥৫

এবংকিয়ন্তং কালং সো নৈষীৎ স্বপ্নপর্যকে।
ভাসমানার্ণবে ব্রহ্মণ প্রসুপ্ত ইব বালবৎ ॥৬

হে ব্রহ্মণ! অদুগুম্বা খোঙনা মনাগী মথক্তা নিংঙাইদবা নিপা মচা অমগী মতৌগুম্না লৈহুনা ঈশিং মথক্তা মতম কয়ামুক তাওহুনা কোইনা চংলি ॥৬

ঋষিরুবাচ।—শ্রুতোস্মাভিঃ পুরাণাখ্য মার্কণ্ডেয়ো মহামুনিঃ।
সপ্তকল্পান্তজীবি চ মৃতোবাস্থিত এব বা ॥৭

ব্রাহ্মণশী হায়দোকলকপা রা তাবরদা ঋষিসিংনা হংজখি হে নাথ! হে ব্রহ্মণ! এখোয় পুম্নকা মঙ্গাংঙৈদা তাজখি অদুম ওইবা কল্প তরেৎ পুনশিবা মহামুনি মার্কণ্ডো মহাক্তা অদুগুম্ব প্রলয়গী মতমদা কদাইদা লৈবগে অমদি শিখ্রা হিংঙিব্রা? ॥৭

মাত্রকিঞ্চিত্তয়োক্তং নঃ সন্দেহো নোমহানভূৎ।
অস্যোদানয়তে ব্রহ্মণস্তু রুকর্ম্মানি শংসনঃ ॥৮

হে ব্রহ্মণ! অদুগী মরমদা কনাগী মকমদা নহাক্তা হায়খিদ্রি মহাকি মরম অদু ঐখোয় খিবিক্কি পুরিংদা চিংনবা পোক্লে মরম অসিনা অদুগুম্না ভমকত্রবা থবক পুকচেন চাওরবা মার্কণ্ডনা মতম কয়ামুক অচৌবা থবক পুম্নমক ঐখোয় পুম্নমক্তা শন্দোকা হায়বিয়ু। ৮

ব্রহ্মোবাচ।—একার্ণবিজলেত্তিষ্টন্ মজ্জো মজ্জা সত্তমঃ।
মৃকণ্ডুতনয়ো ধীমান মুহুর্ম্মানি মবাপ্য চ ॥৯

ব্রহ্মানা খাবিশিংদা হায়রকই তারো প্রলয়গী মতুঙদা ঈশিংতা মঙাইবে ঈশিং অচৌদা তাহুনা লৈরবা ঋষি অখোইবা মৃকণ্ডুগী মচা অদু করিগুম্বদা পোংথাই করিগুম্বদা লুপ্পি করিগুম্বদা তাগুই শিবগী মতৌগুম হম্না হম্না অরাবা ওইখি ॥৯

অস্তৌ বিদাশ্বরং বিষ্ণু সুরচিত্রম বিক্রমম ॥১০

মহামুনি মার্কণ্ডন উপাই লৈত্রবা ওইহুনা মতম অদুদা নিংথিজরবা মঙাম্না মাগী ওইবা উরুকর্ম্মা, জগদীশ্বর, বিষ্ণুবু নিংজখি ॥১০

মার্কণ্ডেয় উবাচ।—নমঃ পাথোজনেত্রায় পাথোজাঙ্ঘ্রি করায়চ।
পাথোজনমাভায় পাথোজাস্যায়তে নমঃ ॥১১

মহর্ষি মার্কণ্ডণ মতিক চাওরবা নারায়নবু তিক্কা হিক্কা কপতুনা স্তুতি তৌখি হে ভগবন! ইবুংঙো নহাক্তি ফুগাইনা শাংপা থম্বাল তমজনিংঙাই ওইবা মিং, জলজ-কর, জলজনাভি, জলজ-বদনবিশিষ্ট, ইবুংঙো নহাকপু ঐনা খুরুমজ'র ॥১১

হৃষীকেশায়দেবায় হৃষীকেশপতয়েনমঃ।
নমঃস্বান্ত জহংসায় গোপীনাথ য় তেনমঃ ॥১২

হে হৃষীকেশ দেহনা থাংমৈগুম্না ভানবা ইন্দ্রিগী মপু ওইবা গোপী পুম্নমক্তি পুরিংদা পরমহংস ওইবা শ্রীকৃষ্ণ! নহাকপু হম্না হম্না খুরুমজৈ ॥১২

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্থং প্রস্তুত বক্তস্য মুকুন্দোসীৎ পুরোগতঃ।
অঙ্গুষ্ঠ পর্ব্ব মাত্রাঙ্গঃ কোটি ভাস্কর সন্নিভঃ।
অশ্বথদল মধ্যস্থ ইদমাহ মুণিং হসন ॥১৩

ঋষি পুম্নমক্কি মফমদা জগৎ সেম্বা ব্রহ্মানা হায়খি হে ঋষিশা। মতৌ অস্নুম্না ভগবানবু খুক্রমখি অহুগী তুংদা ন্নুমিং কোটিগুম মতাল ওইবা মহাক্না খোঙনাং মনাগী ময়াইদা লৈবা অহুদি খুবিমুক্তা চাক্কনা অঙাং অসমা মহামুণি মার্কণ্ডগী মাংদা থুংঙরে নোক্না নোক্না অস্নুম্না হায়রকই ॥১৩

বৎস তেভির্ন কর্ত্তব্যা সপ্তকল্পান্তজীবিনা।
এহিধাস্যে যদা তৌভঙ্গায়তে রক্ষণং তদা ॥১৪

হে বৎস! নহাক অসে কল্পা তরেৎ পুনশিরবনী নহাক্না কিগদবা ওইদে চংগুকউ ঐনা নহাকপু থাজংকনি মতৌ অস্নুম্না নহাক্না কিবাপোইবা অদো অকিবা অহুদগী নহাকপু ঙাকনি ॥১৪

গিরমীর য়ৎস্তস্য মুণি রেবং নিশম্য চ।
জহাসাশ্বথপর্ণস্থ পুরুষস্য তদা গিরম ॥১৫

ভগবান মার্কণ্ডদা অস্নুম্না হায়বা অতুগীতুংদা অহুগুম্না উনা মথক্তা লৈরিবা নিপামচা অহুগী বা তারবদা মহামুণি মার্কণ্ডনা নোকখি ॥১৫

মনসাচিন্তয়ন্নেবং মুণিবৈশ্যা নবোপমঃ।
অঙ্গুষ্ঠ পর্ব্বমাত্রাঙ্গঃ পুরুষোশ্বথ পর্ণকে।
শেতেমেরক্ষণয়ৈব ক্রমোয়ং বা কথং ভবেৎ ॥১৬

মার্কণ্ড মুণি মওন মওন পুক্কিদা খল্লি অহু ওইরবদি অসিগুম্না খুবিমুক্তা চাওবা উনাগী ময়াইদা তুমতুনা লৈরিবা অঙাং অসিনা মরম ওইতুনা প্রলয়গী ঈশিংদগী ঐবু ঙাকপিগে হায়তুনা কোংদোক্লি? অসি খল্লি মাগী বা তাবদগী মঙোন্দা নোকল্লুরে অমুক থুংঙরে ॥১৬

ভাবমাজ্ঞায়বিশ্বস্য ভাবজ্ঞো মধুহা হরিঃ।
বভাষে বচর্ণং ন্যাষ্যং মেঘগম্ভীরয়াগিরা ॥১৭

অয়াম্বা জগৎকি রাখন পুম্নমক খণ্ডবা মধুবু নৈহৎপা ভগবাম্না মুণিগী নিংবা খণ্ডবিতুনা নোঙখোংবগী মতৌগুম সুংশিবা বাহৈনা মঙোন্দা হায়রকই ॥১৭

শ্রীভগবানুবাচ।—স্বাগতস্তু হিবিপ্রেন্দ্র মাতেস্তু মতিরীদৃশী।
ময়ীশ্বরেশ্বরেনৈব ধ্রুবা সোযুজ্যতে তব ॥১৮

খোঙ্গানবিবা বাহৈনা ঋষিগী মফমদা ভগবান্না হায়খি হে বিপ্রেন্দ্র নহাক ওকসু ঐ অসে লাইগী লাইনি ঐনা মরম ওইতুনা হায়গদৌরিবা বা অসে নহাক মতিকচাবা ওইয়ু ॥১৮

ব্রহ্মোবাচ।—তৎশ্রুত্বা বচনং তথ্যং হিত মুক্তং মহাত্মনা।
নপথ্যমিতিঃ স্ম তদপাদান্তিকমেব সঃ ॥১৯

ঋষি পুন্নমক্কী মকমদা ব্রহ্মানা হায়রকই হে ঋষিশন! খতিক চাওবা শীমায়ল্লা অমত অইদুনা অহৃগুম্বা হায়রকপা বা তায়বদা মার্কণ্ডনা তাকপিগদৌরিবা লম্বি অদো থণ্ডইদবা তৌজরোই মহাক্কা মথংদা মহাক্কি মনাক্তা চংখে ।।১

লীলয়ৈব তুদখথ পনেহঙ্গ ষ্টং বদমুনিঃ।
সোপার মহিমন্তাত্ত লৈবমানং প্রবুধ্যতে ।।২০

মুণি মহাক্কী মনাক্তা অহৃগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা শান্নহুনা খুবি পি তৌইগুম্বুং ভগবানগী চাংদম্লিংডাই লৈতব মরম অহুদগী অহ্‌গুম্বা উনাগী মথক্কা লৈরম্বা অদো অহুক্কি মখে লাপখিবগী চাংদম অঙাং অহুগী মশা অদো করিনো হায়বা অহু খঙবা ঙমদ্রে। ২০

ততোবলেন মহতাদ দক্ত্বষ্ট মাত্মনঃ।
ন বুদ্ধাতস্য তন্মানং বিস্ময়োৎ ফুল্ল লোচনঃ।।২১

অহুগী তুংদা মহর্ষি মার্কণ্ড হায়না কৌরকই অহুগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা খুবি পিহুনা মাংশইন্নুনা মতম অহুদা মহাক্কি চাংদমগদবা অদো ঙমদ্রে ওইরিবা মতম অহুদা অঙকপা অমা ওইরে মিংকুপ্তনা খেংগি অবাবনি! মসে করিনো? অসিগুম্বা অঙকপনা তিনবা ব অসিম্ভ মওন মওন হায়গদবদা ওইয়ে ।।২১

তারুহ্য স মুণিস্তত্র শ্বসন্ বিল ইবোরগঃ।
শ্বস্তেন স্তেন বিশস্ত আসীন শাঙ্গ ধন্ব নঃ।।২২

অহৃগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা তোংঙিবা অদো লৈখুলদা লৈবা লীলগী মতৌগুম্বি মুণি অদো মুর মপি হোল্লি মতুং অহুদা ভগবান্না থেমজনবা বাহৈনা পুক্কিং তপথহল্লি অহুগুম্বা খোঙনাং মনাগী মথক্কা হৌপংহুনা কমখে ।।২২

চিন্তয়া মাস দেবস্য মায়াং তাং বিশ্বমোহিনীঃ।
মানবেন ময়াশক্যং বোদ্ধুং কিং শাঙ্গ ধন্ব নঃ।।২৩

অহুগুম্বা খোঙনাং মনাগী ময়াইদা কমহুনা মার্কণ্ডগী দমক রাখল তৌখি অহুগুম্বা ভগবান লাইগী লাই ওইবা শারঙ্গ কৌবা লীক্কঙ পাইবা নারায়ন অহুগুম্বা সংসারগী মায়ানা ঐ ঙক্কি বুদ্ধি লৈতবা মীনা ঐনা ঙক্লবদা মীনদি করিগী ঙক্লোই অর্থাৎ ভগবানমকস্তু মায়ানা ঙক্লবদা মীনদি করিগী ঙক্লোই ।।২৩

যন্মায়া মোহিতো খিল্লোহপি সর্ব্বদিবৌ কসঃ।
ব্রহ্মাভবশ্চ বিষ্ণুশ্চ যন্মায়া মোহিত ভবন ।।২৪

মহাক্কি মায়ানা অয়াম্বা লাই পুন্নমক ঙকহল্লি অমুম তৌনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, অসিগুম্বা লাই অহুম মায়ানা ঙক্কুনা লৈরি ।।২৪

চিন্তয়ন্নেব মায়াং স দেবশক্ত্যা প্রচোদিতঃ।
প্রাবিশদুদরং তস্য দেবশক্তি বলাৎকৃতঃ ।।২৫

মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগী মায়া অহু য়াথল তৌতুনা ঈশ্বরগী শক্তিনা অরেপ্পা ইনশনবা ওইহুনা মার্কণ্ড অদো লাইগী শক্তিনা থোং ওইহুনা অঙাংঙী মথক ওইরিবা ভগবানগী প্রেঁভা মনুংদা চঙখে ॥২৫

প্রবিষ্টোদরমধ্যং সত্তত্র ব্রহ্মাণ্ড কোটয়ঃ।
সবিকাশং স্থিতাঃ সর্ব্বে রোম কূপেষু সর্ব্বশঃ॥২৬

মতুং অহুদা ভগবানগী গভা ময়াইদা চংওগা মার্কণ্ডনা মকম অহুদা লৈরম্বিবা অহুদি কোটি ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অহুনা ভগবানগী তুখোঙ খুদিংদা লৈবা অঙ্গ উখে ॥২৬

কোটিশঃ পদ্মজন্মানো বিষ্ণবঃ পশুপাস্তথা।
ইন্দ্রাশ্চন্দ্রা গ্রাহাদিত্যা বসবোশ্বাশ্বিনাবপি॥২৭

মশিং খণ্ডদবা ব্রহ্মাণ্ড মশিং খণ্ডদবা ব্রহ্মা মশিং খণ্ডদবা বিষ্ণু মশিং খণ্ডদবা শিব মশিং খণ্ডদবা ইন্দ্র, চন্দ্র, গ্রহ অমসুং আদিত্যগণ মশিং খণ্ডদবা বসু অশ্বিনী কুমার লৈরম্মে ॥২৭

যক্ষ রাক্ষস বেতাল কুষ্মাণ্ডোরগ কিন্নরাঃ।
গন্ধর্ব্বাস্পরসঃ সিদ্ধাঃ পিশাচাঃ স্বরচারনাঃ॥২৮

মতৌ অসুম্না মপান নাইদবা যক্ষ, রাক্ষস, বেতাল, কুষ্মাণ্ড, ঔরগ, কিন্নর, গন্ধর্ব্ব, অস্পর, সিদ্ধ, চারন, পিশাচ অমসুং অসুরগণ পুম্নমক লৈরম্মে ।২৮

রাজ্ঞানা মুলয়ঃ সর্ব্বে পবতাশ্চ সরাংসিচ।
ভব্ধয়ঃ খেচরা নাগা নাগকন্যাঃ সহস্রশঃ॥২৯

অমদি অয়াম্বা নিংথৌ চিং পুখ্রি অয়াম্বা সমুদ্র, অকাশ উচেক্কচিংবা জিলগী মপৈ নাগকন্যাগন জিশিং জিশিং লৈবা উখে ॥২৯

অজ্ঞাবয়শ্চ গাবশ্চ মহিষোষ্ট্র খরাস্তথা।
ধাক্ষ্য ব্যাখ্র বরহাশ্চ তরক্ষু মৃগজাতয়ঃ॥৩০

অতোপ্পা অজ, মেখ, গো, মহিষ, উট, গদ্দভ ভল্লুক, কাখ্র, বরহা, তরক্ষু মৃগ পুম্নমক অহুনা মপৈ মপৈ কোটি কোটি চংতুনা লৈ ॥৩০

ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যাঃ শূদ্রাশ্চ সানুগাস্তথা।
বাহনানি চ শস্ত্রানি শাস্ত্রান্যস্ত্রানি সর্ব্বশঃ॥৩১

ব্রহ্ম.গুদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং বর্ণসঙ্ক, জাতি ময়াম হস্তী, অস, অসিন্নচিংবা বাহন ময়াম অমদি লাইরিক থুংলাই মপৈ ময়াম পৈতুনা লৈ ॥৩১

নগরানি বিচিত্রানি পুরান্যা পহনানিচ।
হয়াস্ত সমুহশ্চ রথাঃ শত সহস্রশঃ॥৩২

মতৌ অসুম্না অয়েকপা খুল অমসুং কোনুং বোন অয়াম্বা শামু শগোল চামা চামা লিশিং লিশিং ওইবা দোলাই মকম খুদিংদা পৈতুনা লৈ ॥৩২

অথ মার্কণ্ডেয় তথা বৃষ্যাসংকিল্প মানসঃ।
মার্কণ্ড পর্ণপ্রার্থনাকে দেব দেবং কৃষ্ণাগতিং।
আদদৌ প্রণতোবাচং প্রণত্যা সঙ্গতং মুণিঃ ॥৩৯

মতুং অমুদা মার্কণ্ডনা লৈরিবা মকম অহুলা অবাধুরা অরাবা ওইরুলা উবানী সৈয্যাদা চেপ্পা লাইগী লাই ওইবা লক্ষ্মীগী মবুংঙো অদিপুরুস মূর্তি পুখোকথি খুংশিনা রূপ উবদা খুরমজুনা ( স্তবকরিয়া ) চায়জখি ॥৩৯

মার্কণ্ডেয় উবাচ।—দীনানুকম্পিন দীনেশ দীনপালক পালক।
দানত্রাণ পরোদান রিপু সঙ্কটমর্দন ॥৪০

মহর্ষি মার্কণ্ডনা ঈশিংগী মথক্তা চেপ্পীবা ভগবানবু অস্তুতি তৌখি অদুগা হায়রখি হেদীনানু কম্পিন! দেহীনেশ! হে অতোনববু ঙাকপিবা! ঙাকপিবু হেদীনতারনপরায়ণ! অতোনবা ননাইশিংগী য়েক্লবগী অকিববু মাংহনবা ॥৪০

দীনোদ্ধার করোদীন ভক্ত্যাভীপ্সিত দায়কঃ।
ভক্তিহিনস্থ মুর্খস্থ দৌরাত্মং ক্ষম মে প্রভো ॥৪১

হে প্রভো! ইবুংঙো নহাক্কি অতোনবা মীবু লৌগংপিগদবা ওই অফবা মুমিংতা ননাইশিংগীদমক অপাম্বা মহৈ পিবিগদবা ওই ননাই ঐদি ভক্তি হৈহুদে অপংবনি ঐগী অরাববু ঙাকপিয়ু ॥৪১

অজ্ঞাণতস্ত্বাং স্তত্ত্বেন কস্তুতস্তো ভবেত্তব।
নমং পঙ্কজনাভায় পঙ্কজা স্যায়স্তে নমঃ ॥৪২

হে পঙ্কজনাভ! হে পঙ্কজানন! ইবুংঙো নহাকপু খুরমজৈ ঐদি ইবুংঙো নহাক্কি অশেংবদো খঙজদে ঐবু চানবিয়ু নহাক্কি অশেংববু খঙগদবা কনা লৈবগে ॥৪২

পাহি মাং পাদপাথোজে শরনাগত মাগুরু।
কুত্ত্ব্যাং মদ্দিতং নাথ কৃপয়া মাং সমুদ্ধর ॥৪৩

হে প্রভো! ঐদি ইবুংঙো নহাক্কি পাদপদ্ম অনিদা চংজরি ননায় ঐবু ঙাকপিয়ু হে নাথ! খুদক অসিদা অরাঙ্গা খোঙ্গাংবনা অরাব ওটরে মরম অসিনা কৃপা তৌবিয়ু ননাইবু থুনা লানবিরো ॥৪৩

শ্রীভগবানুবাচ।—সব্য পার্শ্বস্থ শুন্যোমে পিবস্তন্যং পয়োমুবে।
যথেষ্টমবিশঙ্কেন মনসা ভৃগুনন্দন ॥৪৪

মার্কণ্ডগী হায়জবা অ তারবা তুংদা ভগবাননা মজোন্দা হায়খি হে ভৃগুগী মচা! হে মুনে! অমাগা চিংনবা লৈতনা মকম অসিদা ঐগী মাংদা অশিবা হুই অমোম অমা থোরিনা পুন্দুনা লৈরিবা হুই অসিগী ( স্তন্যদুগ্ধ পানকর ) ॥৪৪

ব্রহ্মোবাচ।—গিরং নিশম্য বিপ্রবৈবাক্যং ভগবত্তদা।
অচিন্তয়মহা যোগী কিং কর্ত্তব্যয় গিতো ময়া ॥৪৫

ব্রহ্মানা অঙ্গিয়ানচিংবা মচাশিংদা হায়খি হে ঋষিসা অচুম্বগী ভগবানগী য়াথং তাক্লবদা মহাযোগী ওইবা মার্কণ্ড ঋষিনা মতম অচুদা মওন মওন মতৌ অমুম্বা য়াখন তৌই হৌজিক ঐনা তৌগদবা অসি করিনো ? ॥৪৫

ক্ষুধাদ্দিপেন শ্রান্তেন প্রাপ্তকালং হিতং মম।
এবং চিন্তয়তস্ত মতিরাসীন্মহাত্মনঃ।
পেয়মেব তদবশ্যং দেববাক্যা দপক্কয়া ॥৪৬

অরাম্বা খৌরাংবনা মতৌ অমুম্বা খাংব ঙমদবা অচুনা অরাম্বা ওইরি মতৌ অমুম্বা চানবগী বংখম্না শিবগী মতম কংভি অমুম ওইরবদা চুইগী মথোমবু ঐনা হিঙবগীদমক থক্কত্রা অর্থাৎ অচু ওইরবদি থকত্রগা অমুম তৌরবদি মতম অসিদা অকবা ওইগনি মতৌ অমুম্বা খন্ন খন্না মহাত্মা ওইবা মার্কণ্ড ঋষিনা অচুম্বা চুইগী মথোম অচু য়েংভি পুক্লিংদা খল্লি মসে চিংনবা লৈতনা লাইনা হায়বনিবা চুইগী থোম অসি ঐনা শোয়দনা থকদবা ওই ॥৪৬

ততস্তপো মহাতেজা স্তন্যং ক্ষীরমনন্যধীঃ।
পিবতস্তস্য বিপ্রর্ষেঃ ক্ষণান্তর শান্ধরিঃ ॥৪৭

অদুগী তুংদা মার্কণ্ড মুণিনা মওন মওন খল্লগা অর্থাৎ ঈশ্বরগী য়াথংনি মহাক পেল্লনবগী চিংনদনা চুইগী মথোম থকখে, মতুঙ অচুদা ব্রাহ্মণগী মাংদা খুদক অচুদা ভগবান অচু মাংখে ॥৪৭

অন্তর্হিতং হরিং বীক্ষ্য বিস্ময়াবিষ্ট চেতসঃ।
চিন্তয়ামাস মনসা সন্দিগ্নেন দ্বিজোত্তমঃ ॥৪৮

ভগবান্না মাংখ্রবা উরগা অংকপা ওইরে থমোইদা ব্রাহ্মণ মার্কণ্ড পুক্লিংদা অবাবা বাখল্লা চিন্তা তৌখি ॥৪৮

স্বপ্নোবা মে মনো ভ্রান্তিরথবা জ্ঞান বিপ্লবঃ।
আঃ কিমেত দহোদৃষ্টং কিমেত দেবমায়য়া ॥৪৯

মার্কণ্ডগী পুক্লিংদা মওন মওন অমুম্বা য়াখল তৌখি ঐ অসে করিনো উরিবা অদো মঙলা নত্রগা ঐগী পুক্লিংদা অঙাওবা পোক্লিবা অচু নত্রগা ঐগী য়াখন অসি করিনঃ ? আরাবনি! ঐনা উরগা ওকইবসিনা করিনো তৌরিবা অসে লাইগী মায়ানা মরম ওইতুনা অসিগুম্বা অঙকপা থবক তৌরিবনি ॥৪৯

মোহিতো নৈব জানামি তথ্যং বাতথ্যমেব বা।
সুপ্তির্ণাস্তিকৃতঃ স্বপ্নং ভ্রমং নৈবো পলক্ষয়ে ॥৫০

ঐদি অরেপ্পা লাইগী মায়ানা ওকহল্লে খল্লবদা খঙবা ঙমদ্রে তুম্বুং নত্তে মংসু নত্তে কাউরে উকনু কংদ্রে মরম অসিনা লাইগী মায়ানা ওকহল্লি অসিনা অরেপ্পনি ॥৫০

অহোনার্য্যা মহেকষ্টং হস্তপ্রাপ্তো মণিময়া।
নিরস্ত ক্ষুদ্রমতিনা ময়েতি পরিচিন্তয়ন ॥৫১

ক্লিশ্যাপচিরং দীনো দীনো দীর্ঘ মুষ্মাং স্বসন্মুনিঃ ॥৫২

ঐনা করিগী চাইহৌবা চিঙ্গাক ঐনা করিগী হাক্বিবা ঐনা পুকচেন পিকপদগী থুংনা মণি পাইবা ফংঙম্বা মাংখে মতৌ অসুম্না থনুবদা অয়াবা ওইখি মতৌ অসুম্না পংঙিদা হাক্নগা ময় মপি হোনখি মতম কয়া কপতুনা তুমিন্না লৈখি ॥৫১-৫২

ব্রহ্মোবাচ।—শং প্রহ্রত্য তদাত্মানং ভগবান মধুসূদন।

চিন্তয়ামাস মনসা সাম্হজেত্য ব্রবীষচঃ ॥৫৩

ঋষি ময়ামগী মকমদা ব্রহ্মানা হায়খি মার্কণ্ড মুণি মওং অসুম্না বা ঙাংদনা সমুদ্র ময়াইদা তাওতুনা মতম লেলখি। অসোমদা মাংখ্রবা ভগবানগী পুক্কিংদা বাখন তৌখি ঐনা মতৌ করম তৌসিগে। মতম অহুদা অহুগুম্বি পরমা শক্তিনা শূণ্যদা মতোন্দা সৃষ্টিকর, অসুম্না হায়খি ॥৫৩

কথমজ্ঞেন মূঢ়েন সষ্টব্যাঃ বিবিধাঃ প্রজাঃ।

ইথংবিলপতস্তস্য তপস্যেব মনোগমৎ ॥৫৪

অতুগী তুঙদা বা অহু তারবদা নারায়ন মতৌ অসুম্না কপখি অসিবু ঐদি গুণহীননি অপংবনি সৃষ্টিগী মরমদা তাকপিরি করম্না ফোংদোকপা মথল কয়া ওইবা প্রজাবু ঐনা সৃষ্টি সেমগদগে মতৌ অসুম্না থল্ল থল্লগা মহাক্না তপ তৌগে হায়না পুক্কিং লেপখে অর্থাৎ তপ তৌবদা মহাকি মরমচৎ ওইখি ॥৫৪

নিমীল্যনেত্রে বস্ত বাকশান্তঃ স্বাস্তোর্দ্ধ্বদৃষ্টিকঃ।

অচিন্তয়দ মেয়াত্মা তৎপাথোজন নাথিক ॥৫৫

আত্মাগী মবুংঙো ভগবান চরণ থম্বাল মিৎ উইশন্দুনা বা ঙাংদনা তুমিন্না পুক্কিংদা মুত্তি মিৎ অনিগী মরক্তা থমহুনা হঙ্গংনা য়েংহুনা বাখন তৌখি ॥৫৫

মনস্যেব মনোমুগ্ধন ভক্তি নম্রাত্মকন্ধরঃ।

পাদাক্ষ্টেন বিষ্টভ্যপন মাশ্বথ মেবসঃ ॥৫৬

পুক্কিংদা বাখন তৌহুনা ভক্তিনা লুকপা কোক্না ভগবানগী চরণ অনিদা খোঙবী অহুনা ময়ম ওইহুনা অহুগুম্বা প্রলয়গী সমুদ্র ময়াইদা খোঙবা মনাগী মথক্তা তোঙহুনা লৈখে ॥৫৬

বহুবর্ষসহস্রানি তপস্তেপে সুদুশ্চরং।

ইথং প্রতপতস্তস্য নাভাদজমজায়ত ॥৫৭

অন্নম তৌনা চহি লিশীং কয়া কুইনা তপ তৌহুনা লৈখি অন্নম তৌনা তপ তৌহুনা লৈরিবৈদা মহাকি খোইদোদগী থম্বাল অমা পুথোকখি ॥৫৭

অনন্ত কোটয়স্তস্মাৎ মম্মুখাজ্জ যোনরঃ।

আসংশ্চতুর্মুখাঃ সর্ব্বে স্রষ্টারো জগতাং তত ॥৫৮

অচুগী তুগুদা অচুগুবা ধনুকদগী ঐগা মাগিবা মাইথরি পাম্মবা ( পদ্মযোনি ) মথিং থণ্ডবা ব্রহ্মা লোকশি নুমক অচু ঐগন মাইথ মায়া লাগী ব্রহ্মাণ্ড অমমবগী অহিগী মপু ওইথি ।।৫৮

উদ্ভুতা বিষ্ণবোপ্যাসন পালকা জগতাং বিভোঃ।

উর্দ্ধেরাসন মহাত্মানো রুদ্রারৌদ্র পরাক্রমাঃ ।।৫৯

অচুগুবা মহাবিষ্ণুগী থবাকগী জগৎ যোকলবমক মথিং থগৎকা বিষ্ণু পুথোকথি অমনা রুদ্রনিদগী মতিক চাওবা অকিবগী মশক ওইবা মপাঙ্গল রুনবা মথিং থগদবা রুদ্র পুথোকথি ।।৫৯

সংহর্ত্তার স্ত্রিজগতাং তমোগুণ গুণান্বিতাঃ ।।৬০

অচুগুবা অমাম্বা রুদ্রগী মপৈ অদো তমোগুণ তিল্লি পুথোক্লিবা অদো মরোল অহুম মাংহলনবগী-দমক্তি অর্থাৎ ব্রহ্মানা সংসার শেম্বগী মপুনি বিষ্ণুনা জগৎ যোক্কনবগী মপুনি শিবনা মাংহনবগী মপুনি ।।৬০

পাথোজযোনয়ঃ সর্ব্বে ম্যাদৃশো হ্যহঞ্চ বিষ্ণুনা।

আজ্ঞপ্তাস্তপসা বৎসাঃ স্বজধ্বং বিবিধাঃ প্রজাঃ ।।৬১

অচুগুবা ব্রহ্মা ময়াম অদো মতৌ অসুম্বা ঐগা বিষ্ণুগা ঐখোয় অনিনা ময়ম ওইচুনা মখোয় অদো ওইহল্লিবনি অর্থাৎ ঐখোয় অনিনা মখোয় খিবিক্কা অসুম্বা হায় হে অঙাংসা ! তপ তৌরগা মথল মথা ওইরিবা প্রজা শেম্মু ।।৬১

বেদশাস্ত্রাণি সর্ব্বাণি প্রদায় পুরুষোত্তমঃ।

জনাদন্তর্হিতো হ্যস্মাকং পশ্যতাং পরমেশ্বরঃ ।।৬২

অচুগুবা পুরুষোত্তম পরমেশ্বর মহাক্কা ঐখোয়গীদমক বেদশাস্ত্র পিরম্লগা ঐখোয়গী মাংদা য়েংনা য়েংনা খুদক অচুদা মাংখে ।।৬২

অন্তর্হিতে ভগবতি খোরেন হদ্ধ নথঃ।

হরিরাধয়তামজ যোনানা মুগ্রকর্ম্মনাম ।।৬৩

ভগবান্না মাঙখ্বা অচুগী তুগুদা নিংবা কাইরদুনা ব্রহ্মা ময়াম্না অকনবা তপ তৌদুনা হরি নিংথি পুমমক অচুনা অকিবা থবক পদ্মযোনি ওইবা ব্রহ্মাশিংগী দেহদগী মতম অচুদা মথল মথা প্রজা পোকথি ।।৬৩

মনবো ঋষয়শ্চৈব স প্রজাপতেয় স্ত্রিমে।

আসন্ন তপসা তেষাং বর্ণাশ্চত্বার এবতে ।।৬৪

ব্রহ্মা ময়ামগী তপঃ তগী মনু ময়াম অমসুং ঋষি ময়াম প্রজাপতিশিং লোইননা মতৌ অসুম্বা ব্রাহ্মণ, বৈশ্য, শূদ্র, ক্ষত্রিয়, অসিনচিংবা জাৎ মরি পুথোকথি ।।৬৪

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রাবিট, শূদ্রা স্তেভ্যো জাতাঃ সহস্রশঃ।

ত্রয়োদশাদক্ষঃ স্বা দুহিতৃ কশ্যপায়বাঃ ।।৬৫

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র, অসিগুবা জাৎ মরি অহদগী ( অনুলোম বিলোমজ ) লিশিং লিশিং ওইবা জাতি পোকথি অর্থাৎ উত্তম, অধম, মধ্যম, কল্প অমদম জাতি কয়া পোকথি। ব্রহ্মাগী

মচা দক্ষ প্রজাপতি মহাক্কি মচানুপি তরাহুমদোই কশ্যপতা পিশি অহুদগী অমাত্ম প্রজা পোকখি ।।৬৫
তাৎপর্য্য দক্ষপ্রজাপতিগী মচানুপি হুমফুনি মচানুপি কুনতরেৎনা থাদ, নিপান্না ধর্ম্মদা, তরামাথোইনা চন্দ্র অমাথোইদা তরাহুমদোইনা কশ্যপতা, অমনা মহাদেবদা, অসুম তৌনা কৈয়া. হুমফু অসি মতাদা দান তৌখি। কশ্যপক্কি নুপি তরাহুমদোই অহুদগী মশিং খুতদবা জাতি প্রজা পোকখি ।।৬৫

তাম্বাসনদেব গন্ধর্ব্ব যক্ষবিদ্যাধরো রগঃ।
নাগ কিংপুরুষা রক্ষোপ্সরঃ সিদ্ধপিশাচকাঃ ।।৬৬

পুম্নমক অসে দক্ষপ্রজাপতিগী মচানুপিদা কশ্যপনা মরম ওইদুনা দেব, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, বিদ্যাধর, সর্প, নাগ, কিংপুরুষ, রক্ষ, অপ্সর, সিদ্ধ, পিশাচা অসিনচিংবা পোকখি । ৬৬

বিপ্রষিরাজর্ষাসুরর্ষিসংখ্যা মহর্ষি দেবর্ষি গুনৌঘ যুক্তা।
তেজস্বিন স্তপ্ততপঃ সমাধয়ঃ সংতৃপ্ত দেবর্ষিগণাঃ প্রশান্তাঃ ।।৬৭

ব্রহ্মষি, রাজর্ষি, অসুর, ঋষি সমুহ, অসুম তৌনা গুণ পুম্নমক্তা তিনবা মহর্ষি, দেবর্ষি, অসিনচিংবা মখোয় অহুগী মনুংদা অকনবা তপতৌবা কনাগী রাখন লৈতবা দেবঋষি মরাম থোইদোক্না মগুণ লৈবা মখোয় অদো চাবা থকপা লৈতবা তরেং অদো থোইদোকপা (প্রশান্ত মূর্ত্তি হয়েন) ।।৬৭

খরোষ্ট্র মহিষা কাশ গবাশ্ব শ্বশৃগালকাঃ।
গোজাবয়েশ্চ মাজ্জারা দৈতেয়া শ্চেদানবাঃ । ৬৮

গর্দ্দভ, উষ্ট্র, মহিষ, পক্ষী, অশ্ব, কুকুর, শৃগাল, অসুম্না গো মেষ ছাগল, বিড়াল, দৈত্য, দানবাদি, অহুক্কি মখৈ ওইবা প্রজা পোকখি ।।৬৮

তানহক্ষে গণতোবিপ্রাঃ সংক্ষেপা ন্নিবোধতঃ।
অত্রোষট্ বক্তিনোদিত্যাং আদিত্যা দ্বাদশাত্মকাঃ । ৬৯

হে ব্রাহ্মণশা। তারো পুম্নমক অদো শংক্ষেপ ওইনা হায়রগে অদিতিগী মচা তরানিপাল ইন্দ্র অমনা সূর্যো তরানিথোই পুথোকখি ।।৬৯

বসবোষ্টৌ যমা স্টৌষট. গ্রহনক্ষত্র ভুষিতঃ।
এতেসর্ব্বে মহাসত্বাঃ মহোজ বলশালিনঃ।।৭০

অষ্টবসু, চতুর্দ্দশ যম্ নবগ্রহ মতৌ অসুম্না নক্ষত্র কুনতরেং মথোই পুম্নমক অহুগী মনুংদগী মগুণ লৈবী নুপি ( মহৎজিব ) মহাতেজস্বী অমসুং মপাঙ্গন কনবা মশা চাওবা কয়া পোকখি ।।৭০

নানা বর্ণবতঃ সর্ব্বে নানা ম্বরাবিভূষনাঃ।
তসন্ সর্ব্বে মহাত্মানঃ পৃথিবী পরিপালকাঃ ।।৭১

অসিগুম্বা প্রজা অথল মথা অয়াম্বা মচু অসুম তৌনা মথল মথা অয়াম্বা খুংলাই পাইবা পুকচেন চাওবা মতৌ অসুম্না পৃথিবী তাকখি ।।৭২

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী রাধাহৃদয় কৌবা ব্রহ্মাগা ঋষি তরেৎকা ওয়াংনবা সৃষ্টিবর্ণনঃ কৌবা

।। অনিশুবা অধ্যায় লোইরে ।। ২

এই ব্রহ্মাণ্ডখ্য মহাপুরাণের উত্তরখণ্ডীয় রাধাহৃদয় খ্যানে ব্রহ্ম সপ্তর্ষি সম্বাদে প্রলয়ান্তর পুনঃ সৃষ্টি বর্ণন নামে দ্বিতীয় অধ্যায় সমাপ্ত ।।

---

## তৃতীয় অধ্যায়ঃ

## গুরু স্তব

অঙ্গিরা উবাচ ।—পয়োজ জন্মনে তুভ্যং নমো হস্ত পঙ্কজাসন ।
পাথোজাঙ্গায়তে নাথ এতয়েব সুরোত্তম ।।১

শ্রীপদ্মযোনি ওইবা ব্রহ্মাগী মুখপদ্মদগী শিস্বরকপা অমৃতগা মান্নবা হরিগী কথা তাজবদা লুংঙাই জরহুনা মহর্ষি অঙ্গিরান ব্রহ্মাদ অমুক হন্না হায়জখি হেপয়োজ জন্মন ! অর্থাৎ পদ্মাস্তব ব্রহ্মণ ! নহাকপু খুরমজরি হে পদ্মাসন ! হে পদ্মানন ! হে নাথ ! নহাকপু হন্না হন্ন খুরমজরি নহাক্না পুন্নমক খণ্ডবিহুনা তাকপিরী হে সুরোত্তম ! মাদো ঐখোয়না হঙ্গৎপা নত্তে ।।১

প্রশ্নস্য কৃতপূর্ব্বস্য হরিস্তেপে তপঃ কথম্ ।
অত্রোত্তর পদংনৈব লব্ধংতে সুরপূজিত ।।২

হে দেব পূজিত ব্রহ্মান ! ঐখোইগী দমক মমাংঙৈদা হোখ্রব থবক তাকপিবদগী তাজরে অহুওবা হরিনা করি মরমগী দমক কদাইদা তপ তৌহুনা লৈবগে গুরুদেবনা অহুবু তাকপিখ্রে তাকপিখ্রবঃ অহুবু ঐখোয়না খণ্ডবা ওমত্রে ।।২

দ্বৈপায়ন উবাচ ।—প্রসায়রুন পাথোজ বদনোজ সমুদ্ভবঃ ।
হসন্নিব গিরং বিদগ্ধাদদৌ প্রশ্নপূর্ব্বতঃ ।।৩

অহগী ছুংদা লোম হর্বৎ খাগৎলহুনা মহর্ষি ব্যাসনা হাইজখি । হেবিদ্বন অঙ্গিরাগী বা অহু তাবদা (পদ্মানন পদ্মযোনি) ব্রহ্মানা মাইথোং মকাক্না মমোন নোক্কুনা মখোয়গী দমক মমাংঙৈদা ওইখ্রবা বারি হন্না লিখি ।।৩

ব্রহ্মোবাচ ।—নেতা বক্তব্যং প্রশ্নস্য ভবিষ্যতি তবানথ ।
প্রসঙ্গাদুক্ত মেতত্তু সংক্ষেপেন ময়াধুনা ।।৪

ব্রহ্মান হায়খি—হে পাপ চেন্দবা ! অঙ্গিরা অহুকি মথৈ ওইবা নখোয়না হংজিবা অদো ঐনা লোয়না হায়বা ওম্মরোই হৌজিক সংক্ষেপ ওইনা প্রলয়গী বারী অহানবদা লিরেদো ।।৪

তাৎ পর্য্য। সংসার শেম্বগে থম্মুনা ভগবান্না খোঙনাং মনাগী মথক্তা নৈতুনা পরমাত্মানা প্রকৃতিদা হংগে হায়বগীদমক তপ তৌখিবা অতুগী বারী অদো লিয়গে ভারো ॥৪

তপঃ প্রতপত তস্য কালো বহুতরোগতঃ।
আবিরাসীত্তদা মায়া রাধা প্রকৃতিরুত্তমা ॥৫

হে ব্রাহ্মণশা। খোঙনাং মনাদা কমছুনা ভগবান্না তপ তৌবা অদো মতম কয়া হৌখে, অতুগী তুঙদা মুপি পুম্নমক্তগী অথোইবি মহামায়া ওইবি শ্রীমতি রাধা কাওরক্লে ॥৫

সর্ব্বোৎ কৃষ্টা ভগবতী যয়া সংমোহিতং জগৎ।
কৃপয়া পরয়াবিষ্টা ভুজৈঃ ষড়ভিঃ সমন্বিতা ॥৬

খুৎ তরুক পানবি মুপি পুম্নমক্তগী অথোইবি ভগবতী রাধা মহাক্না মরম ওইতুনা অসিগুম্বা জগৎ মুম্মৎনবগী মশক ওইবি ইবেম্মনা তপ তৌরিবা নারায়নগী মাংদা মহাক্না খোইদোকপা কৃপা ওইখি অর্থাৎ কৃপা তৌবিগে হায়বগীদমক কোংদোক্তুনা দর্শন পিখে ॥৬

কোটি ভাস্কর সঙ্কাশা স্বভাসা ভাস্বতাদিশঃ।
রক্তমাল্যাম্বধরা রক্তগন্ধানুলেপনা ॥৭

মুমৎ কোটিগুম্না ভাল্লি মাগী অঙ্গকান্তি মাইকৈ তরা শিনবা থুংনা অঙাংবা ফি শেংলি অঙাংবা লৈ পরেং অমুম্না অঙাংবা চগুনা মশাদা লৈতেংলি ॥৭

কুণ্ডলাঙ্গদ কেয়ূরমুকুট দ্যোতিত চ্ছবিঃ।
প্রসন্নারুন পাথোজবদনা পঙ্কজাসনা ॥৮

নাদ অঙাংবা নায়িন খুৎ অনিদা খুজি দেহদা অঙাংবা শারি থোনবা কোক্তা রত্ন মুকুটন ভাল্লি মকত্রবা নুম্বিৎকি মঙানগুম্বা মাইথোং থম্বাল ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগী আসন্দা লৈবা ॥৮

শঙ্খং চক্রং গদাং শক্তিং কৃপানং মুষলংমুনে।
বিভ্রতী পারতো দেবৈ ব্রহ্মাবিষ্ণু পুরোগমৈঃ ॥৯
অপর্য্যাপ্তৈস্তুতৈর্দেবী ভক্তাভীপ্সিত দায়িনী ॥১০

হে মুনে! খুৎ তরুক পাল্লি শঙ্খ, চক্র, গদা, মতৌ অতুম্না শক্তি, কৃপান, মুষল, অদুগুম্বা খুৎলাই তরুক পাই ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, অসিনচিংবা লাই পুম্নমক্না অকোইবদা লৈ অমসুং মথোয় পুম্নমক্না চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা মগুণনা মশক ওইবা স্তবনা মরম ওইতুনা অদুগুম্বি রাধাদো ভক্তগী অনিংবা ফল পিনবিনি ॥৯-১০

তস্যাস্তু রোমকুপেষু বিস্তন ব্রহ্মাণ্ড কোটয়ঃ।
অনন্তাঃ সহ বিষ্ণ্বীশ ব্রহ্মানঃ সহবাহনাঃ ॥১১

অদুগুম্বি শক্তি পুম্নমক, তিনবী রাধা মহাক্কি তুখোঙ অমমমদা ব্রহ্মাণ্ড অমমম মশিং থঙদবা ব্রহ্মাণ্ড লৈ অদুগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অমদা অসন্তগা লোইনবা বিষ্ণু লৈ মহাক্কি বাহনগা লোইনবা মহাদেব অমুম্না ব্রহ্মাসু লৈ ॥১১

মর্ত্ত্যঃ সহ পাতালাঃ সনাক্যাঃ সসুরাসুরা।
দৃষ্টা প্রাঞ্জলিনা বিপ্রা দণ্ডবৎ প্রণম্যচ ॥১২

হি বিপ্রগণ! পৃথিবী, পাতাল, স্বর্গ অমসুং লাই পুম্নমক্ক দেহদা লৈরা ভগবান নারায়ন খুৎ লোয়নবা গুক নোল্লগা রাধাবু খুরমখি ॥১২

মেথ গম্ভীরয়া বাচা হসন্তী জলজাননা।
বভাষে বাক্যমব্যগ্রা জগন্মোহন—মোহিনী ॥২৩

অদুগী তুংদা কমলবদনী জগৎ পুম্নমক শুম্ভংনবগী মশক ওইবি রাধানা মোমোন নোকুনা *মন্ত্রেক নিপান্না তিনবা মুংশিবা বা নারায়ন্দা হায়খি ॥১৩

দেব্যুবাচ।—শৃণু বৎস বচোমহ্যং হিতং তে করবানিকিং।
রাধয়স্ব যথাতত্ত্বং ত্বং মাং পুরুষসত্তম ॥১৪

দেবীনা হায়খি হে বৎস! হে পুরুষোত্তম! হৌজিক ঐনা নখোয়গী কনবা কত্রি তৌসিগে নংঙোন্দা ঐনা কনবা বা হায়রিবা অসে তারো ঐনা হায়রিবা তম্ব অদু খংঙগা নহাক্না ঐবু নিংঙো ॥১৪

ততস্তেসিদ্ধিকামস্য দৃঢ়াসিদ্ধির্ভবিষ্যতি ॥১৫

হে বৎস! ঐবু নিংজবগী মরম্না নখোয়গী অপাম্বা কওগনি নখোয়গী অনিংবা কংনবা যতোন তৌনা তৌগদবা ওই ॥১৫

শ্রীবাসুদেব উবাচ। -কথং র'ধা ভবেন্মতি স্তপসা কেনবা মম।
কেনোপায়েন মেব্রুহি যত্তপি স্যাব্ সুদুষ্করম ॥১৬

মহাদেবী রাধাগী বা তারবদা ভগবান বাসুদেবনা হংজখি হে মাতঃ ঈমা নহাকপু মতৌ করম্না কোংদোকপা কনান তপ তৌবা অমসুং করম্বা উপায়না মরম ওইদুনা ঐখোয়না নিংগদগে মহুবু ঐখোয় খিবিক্লা তাকপিয়ু অদু নত্রবদি খওবা ভমজ্রে চানবিদুনা অমুক্ত'দি তাকপিয়ু ॥ ৬

শ্রীদেব্যুবাচ।—গুরোঃ শকাশাৎ সাম্প্রাপ্য মন্ত্রং ব্রহ্ম সযন্ত্রকং।
ধ্যানং মালামাতৃকাখ্যং স সমাধিং সুরারিহন ॥১৭

মতিক চাওবি রাধিকাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়জবা বা অদু তারবদা মাঙোন্দা অরেপ্পা পাওতাক হায়খি। হে সুরারিহন! গুরুগী নাক্তগী মন্ত্র মতৌ অসুম্না মন্ত্র অচ ব্রহ্মগী মশক ওইনা নিংগদবা ওই অমসুং মন্ত্রেক অদুনা মালা ওইনা কংডবদা পুক্নিং চংনা উপাসনা তৌরো ॥১৭

তেনারাধয় যত্নেনক্ষিপ্রং মাং সমবাপ্সসি।
গুরুনাদত্ত মন্ত্রেন মনঃ শুদ্ধি মবাপ্যচ ॥১৮
ক্ষিপ্রমারাধয়ন সিদ্ধো ভবিষ্যসি ন সংশয়ঃ ॥১৯

---

* ক্লীঁ হবী কেশায় নমঃ। শ্রীঁং হ্রীঁং ক্লীঁং কৃষ্ণায় স্বহা।

গুরুনা দর্শিতে মার্গে মন্ত্রে দেবার্চ্চনে দ্বিজাঃ।
যস্য নাস্তি মনঃ শুদ্ধি সন্দেহো নিরয়া ভবেৎ ।।২৬

সেই মহাপ্রকৃতি বাধা ইবেম্মনা নাবায়ন্দা হায়খি হে শ্রীপতে। গুরুনা তাকপিবা লম্বি চৎকানি অমুম্না দেবপূজা তৌগনি মন্ত্র জপ তৌখনি অদু নত্তবা মানা মানা নিংবং তৌরবদি পুক্সিং শেংঙোই অদু অদুগুম্বা মীওইশিং অদো নোরক তাগনি। ২৬

গুরুদেব গুরু ধর্ম্মো গুরুর্নিষ্ঠা পরং তপং।
গুরুরেব পরং ব্রহ্ম পুজ্যো ধ্যেয় স্ততোগুরু ।।২৭

গুবানা লাইনি গুরুনা পরাৎপর ধর্ম্মনি গুরুবু চেৎনা নিংগদবা ওই মতৌ অমুম্না গুরু হায়বা অসে অখোইবা ব্রহ্মনি মরম অদুদগী গুরুবু পুম্নমক্না অহানবদা পূজা তৌই মতৌ অমুম্না নিংগদবা ওই ।।২৭

গুরোঃ পরতরং নাস্তি পরাৎ পর পরাবপি।
সর্ব্বং গুরু ময়ং ধ্যেয়ং মন্ত্র মন্ত্রাদিকথ্যং ।।২৮

গুরু কৃপানা অখোইবনি অদু নত্তবা পোৎ অমা লৈতে মন্ত্র যন্ত্রনা কংবদি থজিক্তা কংতি অদুগুম্বা মপৈ অদুদি গুরুগী মশক্তি অমুম্না নিংগদবা ওই। ২৮

মনসা কর্ম্মনা বাচা গুরু তোষং সদাচরেৎ।
জ্যোতি স্বরূপং পরব্রহ্ম সচ্চিদানন্দবিগ্রহম ।।২৯

মনদ্বারা, কর্ম্মদ্বারা, মতৌ অমুম্না ঙাংগদবা থোং মতম পুম্নমক্তা গুরুবু পেন্নববীদমক পূজা তৌগদবা ওই অশেংবা মঙানগী মশক্তি ( সচ্চিদানন্দবিগ্রহ ) অখোইবা ব্রহ্ম গুরুনি ।।২৯

নিগুর্ণং নিষ্কলং শান্তনং পরমানন্দদং সদা।
তোষয়েৎ সর্ব্বকার্য্যেষু প্রণতো নতু রোষয়েৎ ।।৩০

গুরু হায়বা অসে নিগুর্ন শান্ত, নিষ্কল অর্থাৎ মায়া পক্কবনি লুংঙাইবা পিনবনি মরম অসিনা থবক পুম্নমক্কী অহানবদা গুরুবু পেলহনগনি পূজা তৌগনি কবিগুম্বদা শাওহনফ.দ ।।৩০

রোষয়েৎ যো গুরুমূঢ়ো নিন্দাংব কুরুতে চযঃ।
সযাতি নরকং ঘোরং মন্বন্তরং চতুষ্টয়ম ।।৩১

অদুগুম্বা অপংবশিংনা গুরুবু শাওহল্লি অদু • ত্রগা খংনহনা গুরুবু নিন্দা তৌই অদুগুম্বা অপংবশিং অদো চহি মনু তরামরি অকিবা নরক তাহনা লৈগনি ।৩১

সমাবাপ্য গুরোর্মন্ত্রং বাগযতঃ সুসমাহিতঃ।
জপিত্বাদৌ গুরুং পুজ্য তত্তে দেবং যজেৎ সুধীঃ ।।৩২

গুরু কৃপাদগী ফংবা মন্ত্রবু পুক্সিং চংনা বা ঙাংদনা জপ তৌদুনা পণ্ডিৎশিংনা অহানবদা গুরু পূজা তৌরগা মতুংদা ইষ্টদেবতা পূজা তৌগনি ।।৩২

সিদ্ধিকামো লভেৎ সিদ্ধিং গুরু যদধিকং যজন।
তস্মাৎ সর্ব্ব প্রযত্নেন গুরোরারাধনং চরেৎ ।।৩৩

-মতম্ অহুদা গুরুগী মূর্ত্তিবু পুক্নিং অনি খন্দনা গুরুবু পূজা তৌগনি অহু ওইরবদি অপাম্বা মীশিং অহুনা অথোইবা সিদ্ধি ফংগনি মরম অসিনা যতোন্ তৌনা গুরুবু নিংশবা ওই ॥৩৩

সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ অর্থাৎ সৎ, অসে অরেপ্পবু খনবৈ। চিৎনা, অখণ্ডবু খণ্ডবৈ। আনন্দ নুংঙাইববু খণ্ডবৈ। অহুম্মা ভিনববু গুরুনি।

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—কীদৃশশোঽসৌ গুরুঃ পূজ্যঃ কথংবাকিং স্বরূপকঃ।
কুত্রতিষ্ঠতি কেনাখতোষমিতি বদ স্বমে ॥৩৪

শ্রীরাধিকাগী পাওতাক তারবদা নারায়ন্না অমুক হয়া হংজখি হে দেবি! গুরুবু করম তৌনা পূজা তৌগদগে মহাক্কী মশক অহুনা করিনো? মহাক অহুনা কদাইদা লৈবগে মতৌ করম তৌনা মহাক্কি অপেনবা পোক্কদগে মহুবু ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥৩৪

শ্রীদেব্যুবাচ।— শৃনু বিদ্বন যথাতত্ত্বং সাবধানো ময়াধুনা।
প্রোচ্যমানং গুরোস্তত্ত্বং সমন্ত্রং সার্চ্চনং হরে ॥৩৫

দেবী কহিলেন—হে হরে! হে বিদ্বন! নহাক্কা পুক্নিং চংনা তারো ঐনা মন্ত্র পূজা লোইনবা গুরু তত্ত্ব নংঙোন্দা হ য়রগে ॥৩৫

গুরুর্হিদেবো ভগবান পরমাত্মা সনাতনঃ।
তস্যধ্যানং প্রবক্ষ্যামি সমাহিত মনাঃ শৃনু ॥৩৬

হে বাসুদেব! অশেংবা অরেপ্পা পরমাত্মা ভগবান ব্রহ্মাগী মশক ওইবা গুরুদেববু ঐনা মহাকপু নিংজে নহাক্কা পুক্নিং চংনা তারো ॥৩৬

তুষারকুন্দশঙ্খেন্দু বরস্ফটিক সন্নিভং।
প্রসন্নোম্ভোরুহ প্রখ্য বদনং চারুহাসিতম ॥৩৭

থাওয়া ভোবা কুন্দগুম অমকপা লৈতবা মতৌ অসুম্মা অশেংবা মণিগুম অমসুং মোইরাংগুম নিংথিবা অমদি মহাক্কি দেহগী মঙান মণিগুম অঙোবা থম্বালগুম মমোন নোকপা ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুম্বা ॥৩৭

সুবাহুবক্ষি কপোলভ্রূলসদ্দন্তোষ্ঠাধরং।
প্রসন্নরুন পাথোজ পাদদ্বন্দ্ব মিরাজিতম ॥৩৮

মনাইশিংদা কিদবা পিবা নিংথিজরবা পাম্বোম অনি নিংথিজবা মিংয়েং মাইথোং মকাফনবা নুংশিবা শাথেক নিংথিবা য়াগী পরেং অমসুং চিনবান ধোইদোক্পা ফজবা নুংশিবা রাঙাং অঙাংবা থম্বালগুম ফজবা খোঙ অনিনা লৈতেংভি ॥৩৮

কুণ্ডলোষ্ণীষ বিভ্রাজদ্ধার কেয়ুর মণ্ডিতং।
শ্বেতস্রগ গন্ধবস্ত্রাদি ভূষিতং নির্গুনাত্মকম ॥৩৯
ব্রহ্মজ্যোতিঃ স্বরূপঞ্চ ভক্তানুগ্রহ বিগ্রহম।
দিশোবিদিশমিশঃ কুর্ব্বান তেজরাশি মিবোজ্জ্বলম ॥৪০

কুণ্ডল অমসুং মুকুট কোক্তা অমসুং গণ্ডযুগদা ম্যাল্লি মণিনা কন্নদা হকচাংদা কিনা লৈতেংঙি। অম্ভোজ চণ্ড অমভোবা কি অমসুং অতৌবা মালা লৈতেংঙি মায়াগী গুণ রাওদবা গুরুদেব অদো অশেংবা ব্রহ্মগী মন্তানগী মশক্তি অশেংবদি মনাইশিংগীদমক খোজানবিগে হায়রদুনা মুর্ত্তি ওইনা লংঙবা মন্তাগী মশক ওইবা মহাক্তি মন্তাম্না মাইকৈ তরাবু অমম্বা মাংহল্লি ॥৩৯-৪০

জবাকুসুম সঙ্কাশং পট্টাম্বর ভূতাচ্যুত।
ভাম্বৎ ভাম্বং সহস্রাভ রক্তমালা নুলেপয়া ॥৪১
ইষদ্দাম্ব্যারণাপাঙা চর্ব্বত্তাম্বুল রক্তয়া।
স্বশক্ত্যা লিঙ্গিতং বাম পার্শ্বাসন কৃতাগুরুম ॥৪২

হে অচ্যুত! গুরুদেবনা মহাক্তি আসন্দা ফম্বা অর্থাৎ কোক লিশিং ওইবা থম্বালগী আসম্ম ময়াইদা জবাপুষ্পাগুম্না ভাংবা, অভাংবা শক্তি, অভাংবা ফি শেংপা মন্তাম্না কুমিং কোটিগুম্না ভানবা অভাংবা লৈপরেং থোনবা অমসুং অভাংবা চন্ত তৈবা হকচাংদা মোমোন নোকপা থা চাবগী চিনবান ভাংবদো কুমিংকি মন্তানগুম্বা ওইথংবদা অতুগুম্বি মহাক্তি ওইবি অভাংবা শক্তিনা মরম ওইদুনা থম্বাল অমসুং থম্ভোনা তমজনিংভাই ওইবা পাম্বোম অনিনা দেহদা কোল্লি ॥৪১-৪২

মন্ত্র ঐং গুরুবেভ্যাং নমঃ ইত্যস্ত মন্ত্রতঃ।
পুজয়েদ্ভক্তি পুতেন স্বাস্তো মানন্য গামিনা ॥৪৩

হে দৈব! মীশিংনা সাধক তৌগদবদি (ঐং গুরুবেভ্যাং নমঃ) অসিগুম্বা মন্ত্র অসিনা অতোপ্পা বাখন তৌদনা অমত্তা ওইবা ভক্তিনা গুরুদেববু পূজা তৌগনি ॥৪৩

ইমং মন্ত্রং জপেন্মন্ত্রী স্তোত্রমেত্ত দুদারয়েৎ।
কবচঞ্চ মহাবাহো সর্ব্বসিদ্ধিকরং জপেৎ ॥৪৪

হে মহাবাহো! হে অচ্যুত! মন্ত্র অসিনা অহানবদা খিংনি সাধক গুরুদেববু স্তোত্র পাঠ তৌগনি সর্ব্বসিদ্ধি ওইননবগীদমক গুরু কবচ জপ তৌগদবা ওই ॥৪৪

পূজাক্রমং ততোবক্ষ্যে তবস্নেহ গুরুক্রম।
প্রাতরুত্থায় শিরসি ধ্যায়েচ্ছশী কলাধরম ॥৪৫

হে উরুক্রম নারায়ন! মহাক্তি নফমদা ঐনা কুংশিকুরে মরম অহুদগী পূজাগী মরম নাংভোন্দা হায়রিবা অসে তারো অমুক হৌগংলকপদা তৌগদবা ওই থাগুম্না ভানবা লাইবক্তা 'শ্রীমৎ' গুরুবু কোক্তা থম্মগা নিংজগনি ॥৪৫

শুক্লাজে দ্বাদশার্ণেতু স শক্তি প্রচ্ছিন্নানলং।
পুর্ব্বোক্তা ধ্যানেন ধ্যাত্বা প্রাতঃ কৃত্য চরেৎসুধীঃ ॥৪৬

কোকথক্তা থমগদবা ওই অঙৌ মুর্ত্তি মনা লিশিং পানবা থম্বালগী ময়াইদা মকম তয়ানিথোই শক্তিগা লোইনদুনা কুংশিবা মুর্ত্তি গুরুবু অহানবদা নিংগনি বাখন তৌবগা সাধক তৌদুনা অমুক হৌগংলকপদা অসিগুম্বা লমচৎ তৌগদবা ওই ॥৪৬

স্নাত্বাতু বিমলে তোয়েবিভ্রংধৌতে চ বাসসী।
বুর্ষ্যাম্বাবুপ বিষ্ঠাদৌ গুরু পূজাং চবেৎ সুধীঃ ॥৪৭

অহুনী ভুংদা অসেংবা ঈশিংদা স্নান তৌরগা অসেংবা ফি শেৎতুনা ইন্দুনা হায়খিবা অসে আসন্দা কম্মগা পুক্লিং তপ্পা অহানবদা গুরুবু পূজা তৌগনি ॥৪৭

পাঠিত্বা স্তোত্রকবচং ইষ্টদেবং যজেত্ততঃ ॥৪৮

বিধান কাইদনা গুরুবু পূজা লোইরগা স্তব কবচ পাঠ তৌরগা ইষ্টদেবতা পূজা তৌগনি অমুম্না হায়রিবা অসে নহাকপু নুংশিবদগী নংঙোন্দা হায়রিবনি ॥৪৮

শ্রীভগবানুবাচ।—অম্বত্বেম্বুজসংকাশ পাদদ্বন্দ্বং নমাম্যহম্।
অনুগ্রহাত্তে প্রকুর্হি সর্ব্বসিদ্ধি যুভো ভবেৎ ॥৪৯

ভগবান্না হায়খি হে দেবি! হে মাতঃ! ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুম্বা নহাক্কি চরণ অনিবু ঐনা খুরমজুনা হায়জরি নহাক্কা নুংশিবিদ্রবদি পুম্নমক অসি কদাইদগী গুমগদগে কৃপা তৌবিহুনা য়াথং পিনবিয়ু ॥৪৯

শ্রীদেব্যুবাচ।—অতিগুহ্যং মহৎ পুন্যং ত্রিকালকল্মষা পহম।
সর্ব্বসিদ্ধিকরং স্তোত্রং নদেয়ং যস্য কস্যচিৎ ॥৫০
বিশেষতো দাম্ভিকায় পরহিংসা রতায়চ ॥৫১

দেবীনা হায়খি—হে দেব! থোইদোক্কা অথুপ্পা ওইবা গুরু স্তোত্র পুণ্যগী মশক অসিবু মতম অহুমদা শোল্লবদি পাপ কোকই অমসুং সর্ব্বাসিদ্ধি পিনৈ অসিবু খুদিংমক্তা পিবা য়াদে অমদি নাপন তৌবা মী হিংশা তৌবা মী অমুম্না কনাদা পিবা য়াদে ঐনা নংঙোন্দা অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র হায়রিবা আসনি নহাক্কা পুক্লিং তপ্পা তারো ॥৫০-৫১

নমোঽস্তুপাথোরুহ পাদযুগ্মে জ্ঞানান্ধকারানি সহস্রভানো।
তত্ত্বাববোধাজ্ঞ সহস্রভানবে নমোঽস্তুতে দীপমহোজসে গুরো ॥৫২

হে গুরো! ইবুংঙো নহাকপু থঙজদবদগী মিৎ তাংবগুম্মে ঙাকপিয়ু খুৎ লিশিং ওইবা মুত্তি নহাক্কি পাদপদ্ম অনিদা ঐনা খুরমজরি ইবুংঙো নংগী তত্ত্ব অপাবশিংনা কত্তবনি হায়না কোংদোক্লি নুমিৎ লিশিংগী মঙানগুম্বা ইবুংঙো নহাক্কি হৌরকপা মৈজুম্না ফোংদোকপা মঙান চাওবা হে গুরো নহাকপু কম্না কম্না খুরমজরি ॥৫২

ব্রহ্মপ্রদালস মানসার্ণব প্রোৎফুল্ল পঙ্কেরুহ দন্ত পঙক্তয়ে।
কিরীট হারাঙ্গদ কুন্দলোল্লসদপুষ্মতে তে সুর পুজ্যপাদ ॥৫৩

হে ব্রহ্মপদ! খোঙ্গাম্না সমুদ্রগুম্বা ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগী আসন্দা পুক্লিংহুবা য়াগী পরেংনা ঙাল্লিবা অমুম্না কিরীট, হার, হকচাংদা অমসুং কুণ্ডলনা লৈতেংলি ইবুংঙো নহাকী মঙালনা অচৌবা নসা ওইবা লাই ময়াম্না মরম ওইদুনা পাদপদ্ম অনিদা পূজা তৌরি অঙকপগী মশক ওইবা নহাক্কি মরম অহুদগী নহাকপু খুরমজরি। ৫৩

শখেন্দুভাস প্রতিমান ভাসয়া দিশোন্ধকারিং তিরস্কৃত্ত মোহ্নদে।
সহস্রভানু প্রতিভানুমানিত্ত তৎপাদ পাথোজ বরায় নাথ ।।৫৪

হে নাথ ! মোইবুঙ, মতৌ অস্থুম্বা থাগী মঙানগুম্বা নহাক্কি অঙ্গকান্তিনা মায়কৈ পুম্নমক্কি অম্বাবু মাংহল্লি মরম অঙদগী নহাক্কা মতম অসিদা ইন্দ্রিগী অম্বাবু ভালহলবিয়ু ইবুংঙো নহাক্কি নুমিৎ লিশিংগী মঙাল গুম্বা ভানবা পুম্নমক্কি তুঙনফম ওইবা নহাক্কি চরণ থম্বালদা ঐনা খুরুমজরি ।।৫৪

নমামিতুভ্যং নমনীয়পাদ। সরোরুহদ্বন্দ্বগুরো প্রসীদ।
ভক্তেশ ভক্তেষ্ট বিতারলালস। ত্বাস্ত প্রভো দীনদয়া পরায়তে ।।৫৫

হে গুরো ! ইবুংঙো নহাক্কি পাদপদ্ম অনিদা চংজরি নহাকপু খরমজরি নুংশিবিয়ু নহাক্কি ভক্তগী ঈশ্বরগী তত্তগী পুক্নিংগী অপাম্বা পিনবা মপুনি নহাক্কা অতোনবশিংদা থৌজান পিনবিয়ু হৃদিগী অমম্বা মাংহনবিয়ু হে প্রভো ! ইবুংঙো নহাকপু খুরুমজরি ।।৫৫

দেবর্ষি রাজর্ষি শ্রুতর্ষিসিদ্ধ মহর্ষি বিপ্রর্ষি গনৌথ পুজ্য।
সরোজসঙ্কাশ পদাম্বুজায়তে। নমোহস্ততে গূহ্যগুনৌথযুক্তঃ ।।৫৬

হে দেবর্ষি, রাজর্ষি, শ্রুতর্ষি অমসুং ব্রহ্মর্ষি শিংনা পূজা তৌরি ! হে অথুপ্পা ওইবা গুণগী মপৈনা তিনবা ! ফুগাইনা শাংপা অভাংবা থম্বালগুম্বা ইবুংঙো নহাক্কি চরণ থম্বালদা ঐনা খুরুমজরি ।।৫৬

দেবাপ্সরো যক্ষপিশাচ নাগাঃ বিদ্যাধরাদিত্য মরুদগনৌঘৈঃ।
সমীড্যপদাব্জ বর প্রসাদতাং হৃদয়ান্ধকার প্রতিনাশনো ভবান্ ।।৫৭

দেবগণ, অপ্সর, যক্ষ, পিশাচ, নাগ, বিদ্যাধর, আদিত্য অমসুং মরুতগণ পুম্নমক্না নহাক্কি চরণ অনিদা চংজরি ইবুংঙো নহাক্না হৃদিগী অম্বাবু মাঙহনবিয়ু হে প্রভো ! নহাক্না ঐগী ইফমদা চানবিয়ু ।।৫৭

স্ফুটজ্জবারক্ত তথা দিগন্তরং প্রকাশয়ন্ত্যা তনুভাম ভাসয়া।
মথ স্বশক্ত্যা পরিলিঙ্গ্যমান শরীরতে পাদযুগং নমামি ।।৫৮

হে প্রভো ! ফুগাইমা শাংপা জবাপুষ্পগী মতৌগুম্বা নহাক্কি শক্তি অঙাংবা মচু অহুদা নহাক্না অঁহুগুম্বা অঙ্গকান্তি অহুনা মরম ওইহনা মাইকৈ অপুম্বা ফোংদোকই হে নাথ ! অহুগুম্বা শক্তি অহুনা মরম ওইরগা ইবুংঙো নহাক্কি অচৌবা দেহদা কোল্লি মরম অসিনা নহাক্কি পাদপদ্ম অনিদা ঐনা খুরুমজরি ।।৫৮

ব্রহ্মপ্রদায়ম পবর্গবর্গ্য ব্রহ্মেশ বিষ্ণ্বীন্দ্র কুবের মুখৈঃ।
নতাঙ্ঘ্রি যুগ্মায় প্রসন্নপাথো জনাঙ্ঘ্রি যুগ্মায় নমামিতুভ্যম ।।৫৯

হে বর্য্য ! পুম্নমক্না পূজা তৌরি ইবুংঙো নহাক্কি অরেপ্পা মূর্ত্তিবু ব্রহ্মা, শিব, বিষ্ণু, কুবেরনা লুচিংবা লাই মম্বাম্না নহাক্কি চরণ থম্বাল অনিদা খুৎ লোম্নরি ফুগাইনা শাংপা থম্বাল মানবা নহাক্কি চরণ অনিদা হে নাথ ! ঐনা ইবুংঙো নহাকপু খুরুমজরি ।।৫৯

গুনাতীতায় গুণিনে গুণগ্রাম প্রদায়চ।
সচ্চিদ্রূপায় শান্তায় পরমানন্দ দায়িনে ।।৬০

গুণগী মাংমদা লৈবা অমদি গুণগী মশক ওইবা মতৌ অনুম্মা মনাইদা ভক্তিগী গুণ পিবা চিংস্বরূপ শান্তস্বরূপ, থোইদোকপা থুংগাইবা পিবা গুরু, ইবুংঙো নহাকপু খুরমজরি ॥৬০

যোগেশ যোগগম্যায় নিষ্কলাত্মক্রিয়ায়তে।
নমঃ পঙ্কজনেত্রায় বেদাম্ভোরুহ ভানবে ॥৬১

হে যোগেশ! ইবুংঙো নহাকপু খবো ওমদে নস্থা শাস্ত্রজবনি আত্মারাম ফুগাইনা শাংপা থম্বালশুম্বা মিংনা নহাক্কি ওইবা দেবস্বরূপ মুমিং থোক্লগা থম্বাল শাংপশুম ইবুংঙো নহাকপু খুরমজরি ॥৬১

নমোজ্ঞানান্ধকারায় জ্ঞানপাথোজ ভানবে।
শ্রুতি স্মৃতি পুরানেতিহাস বেদান্ত বেদকৈঃ।
মীমাংসা গমমুখৈশ্চ কথিতা স্বগুণায়তে ॥৬২

খঙদবগী মশক ওইবা অমম্বু মাংহনবিবা জ্ঞানদি থম্বাল ওইরে মুমিংকি মশক ওইহনা শাংহনবিমু শ্রুতি, স্মৃতি, বেদ, বেদান্ত, আগম, পুরাণ ইতিহাস অমস্থুং মীমাস, অশিমচিংবদা নহাক্কি আত্মাগুণ ফোংদোকচগে হে গুরো! নহাকপু খুরমজরি ॥৬২

যৎপ্রসাদাল্লভন ব্রহ্ম সদগতিং সম্মতিং রতিম।
বিকসৎ পদ্মবক্ত্রায় তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥৬৩

অদুগুম্বা গুরুনা থৌজ্ঞানবিরবদা দেবজ্ঞান সদগতি অমস্থুং পুকচেন অফবা মতৌ অস্থ্রা ভগবানদা অসেংবা অপাম্বা ফংনবগী দমক জীবনা তৌগদবা ওই অদুম ওইবা ফুগাইনা শাংপা থম্বালগুম্বা শ্রীগুরুদেববু খুরমজরি ॥৬৩

অজ্ঞানতিমিরধ্বংস ভানবে মচ্চিদাত্মনে।
জ্ঞামপাথোজ হংসায় জ্ঞানদায় পরাত্মনে ॥৬৪

হে গুরো! ইবুংঙো নহাক্কা মুমিংকি মশক ওইহনা খঙদবদগী অমম্বু মাংহনবিনবগী মশক ওইবা সচ্চিদাত্মা, জ্ঞানরূপ. পরমহংস, পরমাত্মা, ওইবা জ্ঞানবু পিনবা নহাকপু খুরমজরি ॥৬৪

জ্ঞানবীজায় শুদ্ধায় সূক্ষ্মরূপায় তেনমঃ।
হিমকুন্দেন্দু শঙ্খাভ নমস্তে হনন্ত শক্তয়ে ॥৬৫

জ্ঞানগী মরু ওইবা থোংইদোক্লা অশেংবা ওইবা উনগুম্মা অমস্থুং মোইবুংগুম্মা তৌবা অনন্তশক্তি ওইবা শ্রীগুরুবু খুরমজরি ॥৬৫

নিত্যায় নিত্যবোধ য় নিত্যজ্ঞান প্রদায়িনে।
নিত্যা নিত্য প্রবোধায় নিত্যা নিত্যগুণায়তে ॥৬৬

নিত্য অর্থাৎ, সমুদ্রদা লৈতবা অয়েপ্পা জ্ঞান পিনবা অঙকপা লৈতবা মতৌ অস্থ্রা অয়েপ্পা অমস্থুং লেগুবা অনিমক্কী মশক ওইবা অথোইবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা গুরুবু খুরমজরি ॥৬৬

সর্ব্বায় সর্ব্বরূপায় সর্ব্বেশ্বর নমোঽস্তুতে ।৬

শ্রীগুরুদেবনা পন্নমকি মশকি সর্ব্বত্মা, সর্ব্বরূপ, পুরুষকি ঈশ্বর ওইবা ইফুংতা মহাকপু খুম্নমজরি । ৬৭

ইদংস্তোত্রং মহাপুণ্যং পঠেদ্বা পাঠয়েদ্যদি ।
অপরা ভবাম্ভোরাশ্মৌ তরনং সুলভং ভবেৎ ।।৬৮

মহাপুণ্য লিনরবা অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌজরবা অদু নত্রগা অতোপ্পনা থিরগা তাজরবা অকিবগী মগক ওইবা সংসার সমুদ্র লাইনা লালবা ওয়ন্নে থোইদোক্না ফংঙমদবনি ।।৬৮

বিত্ত ধন খিমোক্ষার্থী পুত্রার্থী সর্ব্বমাপ্নুয়াৎ ।।৬৯

বিদ্যাধন, পুত্র, মোক্ষ, আতুক্কি মথৈ ওইবা অপাম্বা মীনা অসিগুম্বা স্তব খিজবা মহৈনা অহুম অহুম্না নিংবা বিষয় পুম্নমক ফংগনি অর্থাৎ গুরু স্তোত্র খিজবা মহৈ পাম্বনা মহৈ, মরল পাম্বনা মরল, মচা পাম্বনা মচা, মোক্ষ পাম্বনা মোক্ষ ফংঙদবা ওই। ৬৯

শ্রুতি সম্মৃতি পুরানেতিহাসা গম শতানিচ ।
মীমাংসা বেদ বেদান্ত শাস্ত্রান্য পঠিতান্যপি ।।
কণ্ঠস্থানি ভবন্ত্যেব পাঠাদস্য ন সংশয়ঃ ।।৭০

শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণ, ইতিহাস, মীমাংসা, বেদ, বেদান্ত, আগমচিংবা লাইরিক ময়াম পাঠ ঙমদবা মীতুংবিনু অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র পাঠগী কৃপানা খুদক অহুনা চংখোম্না পাঠ ঙমগনি অসিদা চিংননিংঙাই লৈতে ।।৭০

করস্থাসিদ্ধয় স্তস্থ হ্যনিমাদ্যষ্ট শক্তয়ঃ ।
পঠনাৎ পাঠনাদপি শ্রবনাৎ শ্রবনাদপি ।।৭১

অসিগুম্বা গুরু স্তোত্র পাজবা অমদি থিজবা তাজবা অমনা অপাম্বা তাজনিংবা পুম্নমক সিদ্ধি ওই অনিমা, নচিংবা শক্তি নিপাল থুংনা ফংবগুম্ব ।।৭১

প্রসাদাৎ সদ্গুরোর্ণাত্র সংশয় কথিতং ময়া ।
পুরাকল্পে কৃতমিদং ব্রহ্মনা মুদিতাত্মনা । ৭২

গুরুদেবনা পেনবিরবদা নিংবা পুম্নক থুখি ঐনা নংগী দমক অরেপ্পা ওইনা হায়রিবা অসিনি চিংনগনু হৌথিবা কল্পদা বিষ্ণুগী খোইদৌদগী থম্বাল পুথোকই থম্বালগী ময়াইদা ফম্নগা মিং উইশন্দুনা ব্রহ্মানা গুরুবু স্তব তৌহনা লৈখি ।।৭২

সৃষ্টেঃ প্রাগচ্যুত স্রোত্র মলাজ্জতৌ মহাসুরৌ ।
দুরাসদৌ মহাঘোরৌ মহাবল পরাক্রমৌ ।।৭৩

সৃষ্টি পুথোক্লগে হায়বগী দমক মমাংদৈদা সমুদ্রগী ময়াইদা অনন্তগী শৈয্যাদা পেপ্পগা মতিকচাওবা বিষ্ণুনা নাকোঙ অনিদগী কজবা লংথোকখি অংংদগী মপাঙ্গল কল্লব, অকিবা কংবা লাক্নবা ঙমদবা অসুর অনি পোকখি ।।৭৩

মধুকৈটভনামানৌ স্থিতাবেকার্ণবাস্তাসি।
ব্রহ্মাণং মোহয়িত্বাতৌ স্বতন্ত্রৌ তরস্বিনৌ।
বেদশাস্ত্রাণি সর্ব্বাণি মুষিত্বাতৌ রসাতলম ॥৭৪

মধু অমসুং কৈটভ কৌবা অসুর অনিনা ঈশিং তাক লৈবা অদুদা ব্রহ্মাবু অপনবা পিথি চেনশিল্লতুনা বেদ শাস্ত্র পুম্নমক মুনুমো রসাতলদা লৈখে ॥৭৪

গতবন্তৌ হৃতজ্ঞানোঽব্রত শাস্ত্রাজভূরভূৎ।
মনসা চিন্তয়ামাস কিমেতদিতি বিহ্বলঃ ॥৭৫

বেদনচিংবা জ্ঞানশাস্ত্র লৌথকপী তুওদা অনি অদো লাক্লে মতুং অদুদা খওনববা আইহক্তিক মাংখ্রবদা ব্রহ্মান থোইদোক্লা অরাবা ওইহনা চিন্তা তৌথি, কহা! তৌরিবা অসে করিনো? ॥৭৫

স্তোত্রেণানেন তুষ্টাব গুরুং দেবর্ষি পূজিতং।
সন্তুষ্টোদদজভুবে জ্ঞানং বেদসমুদ্ভবম ॥৭৬

মতম অদুদা ব্রহ্মানা দেবর্ষি পুম্নমক্না পুজা তৌথবা গুরুদেববু অসিগুম্বা স্তোত্র অসিনা মরম ওইহনা পেলহনখি মানা তৌখিবা স্তোত্র অদুনা পেল্লহনা মহাক্না বেদদগী ওইবা তত্ত্বজ্ঞান ব্রহ্মাদা পিখে ॥৭৬

লব্ধজ্ঞানো জগৎ সর্ব্বং সসর্জ্জ্যেবিশ্বসৃকবিভুঃ ॥৭৭

ব্রহ্মানা জগৎ শেম্বা গুরু কৃপাদগী তত্ত্বজ্ঞান ফংঙবদা অসিগুম্বা অচৎ চৎপা সংসার শেমখে। অর্থাৎ গুরুনা পেনবিক্রবদি করিগুম্বদা মহে য়াল্লোই ॥৭৭

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী উত্তরখণ্ডগী ওইবা রাধা হৃদয় কৌবা ব্রহ্মাগা ঋষি তরেৎকা য়াংনবা শ্রীগুরু স্তব কৌবা অষ্টমসুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

* হা! অর্থাৎ মধুকৈটভ অনিনা য়েংবদা ব্রহ্মা চংশল্লকপা উবদা ব্রহ্মানা কিহনা মমিং উহশিনখি যোগ মায়ানা আকাসবানি লাওখি কিন্তু ঐ লৈ গুরু স্তোত্রা কাওগনু যোগ মায়ানা ভগবান্দা ভক্তি তৌখি ব্রহ্মাগী অরাবা হঙ্গৎখি ভগবান্না মধুকৈটভ অনিগী মাংদা অনিগা অকনবা লাল চহি লীশিং তরা শোক্নে য়ারতুনা অহম্মক পোথানৈ ভগবান্দা মধুকৈটভনা হায়খি লাল শোক্লবগী মহৎতা বোর নিনশি তাবদা ভগবান্না ঐ হাল্লা নিরগে অনিনা পিগনি নিরো নখোই অনি শিবরো অনিনা ঈশিং লৈতবা কংফান্দা শিগে ভগবান্না যোগ আশন্দা ফমখি সমুদ্র থনখি চৌংখৎতুনা অনি হাংখি সমুদ্রদা লংথখি অনি অতুগী মহাও অহুন পৃথি শেংখি মরম অদুনা মেদিনী কৌখি মেদ হায়বদি মহাও হায়বনি ॥

---

চতুর্থ অধ্যায়ঃ

## অথগুরু কবচ

শ্রীদেব্যুবাচ।—শ্রীগুরোঃ কবচং বিদ্ধি নৈশ্রেয়সকরং পরম।

তচ্ছ্রুত্বা পরমানন্দ নিবৃত্ত স্বান্তভাগভবেৎ ॥১

দেবী রাধানা হায়খি হে নারায়ন ঐনা মহাশক্তিদমক গুরু কবচ হায়রগে মহাক্তা অরেপ্পা ওইনা খংঙবা অচ ওইরবদি অহুগুম্বা শ্রীগুরু কবচ অসিদি মঙ্গল পিনবনী অসিবু তাজবদা পুক্নিংগী খুংডাই ।( মন পরমানন্দ যুক্ত হয় ) মতৌ অমুম্বা ( সাধক ) তৌজবদা মোক্ষ ফংঙি ॥১

শ্রীগুরোঃ কবচং পুন্যং সিদ্ধি কামস্ত সিদ্ধিদম ॥২

অসিগুম্বা শ্রীগুরু কবচ থোইদোরা অশেংবনি সিদ্ধি পাম্বা মীশিংনা সিদ্ধি ফংঙি মরম অহুদগী অসিগুম্বা পুন্যগী মশক ওইবা কবচা অসি নংঙোন্দা হায়রিবা অমিনি ॥২

শ্রীগুরোঃ কবচস্য চ্ছন্দোঽনুষ্টুব্বদাহৃতঃ।

ঋষির্ব্যাসো মহাতেজা দেবতা শ্রীগুরুর্মতা।

সর্ব্বাভীষ্টস্য সিদ্ধ্যর্থঃ বিনিয়োগঃ প্রকীর্ত্তিতং ॥৩

শ্রীগুরু কবচ অসিগী অনুষ্টুপছন্দ ওইনা মঙান চাওবা বেদব্যাস ঋষিনা দেবতা ওইবা শ্রীগুরুবু অয়াম্বা সিদ্ধি পাম্বগী পাঠ তৌখি ।৩

মস্তকং শ্রীগুরু পায়াদ্ধ্যদঃ পাতুলোচনে।

বক্ত্রমজ্ঞান তিমিরধ্বংসী পাতু সদন্ত কম ॥৪

শ্রীগুরুনা কোক্ত্রা ভাকপিসনু মিৎ অনিদা ব্রহ্মগী মূর্ত্তি পিনশনু অমনা খঙদবদগী অমম্বা বাখন মাংখ্যনু য়াগা লোইনবা মাইসু ভাকপিরসনু ॥৪

কেশানপাতু সুরেশান পুজ্যো বক্ষোবতুস্বরম।

ভুজাববাচ্চ কারাস্ত রেফঃ পৃষ্ঠং সদা বতুঃ ॥৫

লাইগী মপু ওইবা পুজা তৌরিবা শমদা মতৌ অমুম্বা থবাক্তা ভাকপিযু পাম্বো অনিদা ( সকার ) মাজন্দা ( রকার ) মতম পুম্নমক্তা ভাকপিসনু ।৫

ঈকারঃ পাতু রোমানি গকারো নাভি মণ্ডলম।

উকারং কটিদেশঞ্চ পাতুনিত্য মতন্দ্রিতঃ ॥৬

ঈকারনা তুখোং থুদিংদা ( গ-কার ) খোইদৌদা ( উকার ) শাংদা ( অতন্দ্রিত নিত্য ) পুম্নমক অতংপা লৈতনা ভাকপিরসনু ।৬

উরুপাতু রকারাস্ত বেকারঃ পাতুজঙ্ঘশোঃ।

নকারো হব্যাত্তগুলফযোস্ত মকারো হব্যাদ্গুহ্দ মম ॥৭

রকার উরুদ্বয়, ব-কার, জঙ্ঘদ্বয়, ন-কার, গুলফদ্বয়ঃ মতৌ অমুম্না ম-কার, পাদদ্বয়কে; চাকপিয়সনু ।।৭

অঙ্গুলীষু দ্বিবিন্দু মে' নখসংখ্যান্বিতাসুচ
নমো সংগুররে পাতু সর্ব্বান্যাঙ্গানি চৈবাহ ।।৮

ঐগী খুজিন লোইনবা খুৎশা খুদিং বিসর্গনা ঙাকপিসনু মতৌ অমুম্না ( গংগুররে নমঃ ) মন্ত্র অসিনা চকচাং পুম্নমক ঙাকপিসনু ।।৮

পুর্ব্বাস্যাং ব্রহ্মদঃ পায়াদা গ্নেয়্যাং বিভু।
যাম্যা মজ্ঞান বিধ্বংসা নৈর্ঋত্যাং নেত্রাদোবতু ।।৯

মমাংদা ( ব্রহ্মদ ) মৈরমদা ( জ্ঞানদবিভু ) মথাদা ( অজ্ঞানধ্বংসী ) মোইরাংলোইজিদা ( জ্ঞান চক্ষুপ্রদ ) গুরুনা ঙাকপিসনু ।।৯

বারুন্যাং পাতুব্রহ্মাদি পূজ্য। পূজ্যাখি, কঃ সদা।
বায়ব্যাং সর্ব্বশাস্ত্রেশঃ কোবের্য্যাঞ্চ দ্বিলোচনঃ ।।১০

মনিদা ( ব্রহ্মাদির পূজ্যপাদ ) কোঞ্জদা ( সর্ব্বশাস্ত্রেশ্বর ) অবাংদা ( দ্বিলোচন প্রভু ) ঙাকপিবসনু ।।১০

ঐশান্যাং পাতু কুন্দাভ উর্দ্ধং পাতু স্বশক্তিধৃক।
অধঃপদ্মপলাশাক্ষঃ সর্ব্বতঃ সর্ব্বগঃ বিভুঃ ।।১১

চিংখৈদা কুন্দগা মান্ননা ঙৌবা গুরুনা মথক্তা ( স্বশক্তিধর ) মথাদা ( পদ্মপলাশলোচন ) অমনা ( সর্ব্বগতবিভু ) মফম পুম্নমক্তা ঙাকপিরসনু ।।১১

সর্ব্বগঃ পাতুস্তিষ্ঠন্তং শয়ানং সর্ব্বদস্তথা।
করুন বিষ্ট হৃদয়ো ভুঞ্জানং পাতু মাংসদা ।।১২

পুম্নমক য়োকপিবা গুরু খুরমবদা পুম্নমক পিনৈ তুম্বকান্দা থোজানবিয়ু হৃদয়দা চাবকান্দা ঐহাকপু ঙাকপিসনু ।।১২

সর্ব্বত্রং পাতু সর্ব্বেশো গচ্ছন্তং সুরপুজিতঃ।
ইত্যেবং সর্ব্বতোরক্ষং বিধায় সিদ্ধিকামুকঃ ।।১৩

সর্ব্বেশ্বর খ্বাংখনপুন্না খংবা মতম পুম্নমক্তা অস্নম তৌনা চংপদা লাইনা পুজা তৌরিবা শ্রীগুরুদেবনা ঐবু ঙাকপিসনু অসিগুম্ব কবচা অসি অহানবদা পাঠ তৌজবদা সিদ্ধি পাম্বা মীনা সাধক মতম পুম্নমক্তা মখন খুদিংদা মাগী মশাদা গুরগী নাম্বনা মশা পুম্নমক ঙাকথোক্কদবা ওই ।।১৩

জপেন্মন্ত্রং ততো মন্ত্রি ব্রহ্মাক্ষর সমুদ্ভবম।
ক্ষিপ্রমেধি ধ্রুবং সিদ্ধিং বিদ্বন্নাত্রত্রা সংশয়ঃ ।।১৪

হে বিদ্বন। অদুগী তুংদ সাধক তৌগদবা অমাং অতা লৈত্রবা মহামন্ত্র জপ তৌরবদা থোইদোক্না য়ুন' লোংত্রবা সিদ্ধি ফংগদবা ওই চিংনগদবা ওইদে ।১৪

ইতি গুরু কবচ সমাপ্তঃ।

শ্রীদেব্যুবাচ।—এবংস্বরূপং স শিবোক্তেন সাধনাস্তরযুক্তেন।

যদিনাসিদ্ধিকামস্তনৈব সিদ্ধিঃ প্রজায়তে॥১৫

দেবীনা হায়খি অদুগী তুগদা অতোপ্পা অথোইথা সাধন-হায়রগে-ত্তোয়ো সিদ্ধি পাম্বা মীশিংনা অসিবু তৌত্রবদি করিগুম্বদ সিদ্ধি ওইদ্রেই॥১৫

কুলাচারং বিনা দেবো কল্পকোটি শতৈরপি।

সিদ্ধিং ন লভতে মন্ত্রী স শক্তিদেবমর্চনম্॥১৬

হে দেব! শাগেগী পূরিং নত্তমা অর্থাৎ শক্তিগা লোইননা দেব পূজা তৌবা নত্রবদি মন্ত্রতনা মন্ত্র কোটি চামরক তৌরনস্ মন্ত্র অদু সিদ্ধি ফংবা ওইরোই॥১৬

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—অশক্তিরূপাসি সর্বশক্তি সমাশ্রিতে।

ত্বাং বিনা শক্তয়ঃ কাশ্চিন্ন সন্তি শক্তি বর্দ্ধিনি॥১৭

বাসুদেবনা হায়রখি—হে শক্তি বর্দ্ধিনেদেবি! নহাক অসে শক্তি পুম্নমক্না তিলবিনি শক্তি লৈত্রবা জিবদা শক্তি পি নহাক্না নহাক নত্রনা অতোপ্পা শক্তি পুম্নমক্তগী শক্তি হায়বা কনানা থওই-খিদবগে পুম্নমক্কি শক্তি ওংবি নহাকপু থুরমজরি॥১৭

প্রানিনাং শক্তিভূতাসি সর্বেষাং মমচেশ্বরি।

কুলাচারং ময়ার্সাদ্ধিং কুরু ত্বং বরবর্নিনি॥১৮

হে ঈশ্বরি! নহাক্না প্রয়াপ্পা থোক্লাই পানবা পুম্নমক্তা শক্তিগী মশক্কি মতৌ অমুম্না ঐত্তোন্দসু শক্তি অদু হাপ্পিয়ু মরম অদুদগী হে বরবর্নিনি! ইবেম্মা নহাক্না ঐগী লোইনবা শাগেগী পূরিং ওইবিয়ু॥১৮

শ্রীদেব্যুবাচ।—মদঙ্গজ কুলাচার পুংশ্চলী বদসত্তো ইথমাং।

জাতুতে মানসং তুষ্টিং প্রজাস্যাত কুলাশ্রবান॥১৯

দেবীনা হায়খি—রে পুকচেল চুমদবা! নহাক অসে ঐত্তোন্দগী পোকখিবনি ঐত্তোন্দসু হন্নবা যাহৈনা শাগেগী মোগুম্না হাংবা শাবি মরম অসিনা নহাক কত্তবনি নহাক্না মী ওইনা পোক্লপা পূরিংগী অপাঙ্গা অমম্নং অপেনবা (পুংশ্চলী) বাথলদা ওইগদবা ওই॥১৯

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—পুংশ্চলীতি ন মিথ্যেদং বচনং তব সুন্দরি।

ত্বাত্রীন পঞ্চষট সপ্তদশবিংশতি মেববা।

পুংশ্চলী ভজতে পুংসত্বত্ব সর্বং জগৎত্রয়ম॥২০

বাসুদেবনা হায়খি—হে দেবি! হে সুন্দরি! পুংশ্চলী শব্দ) নহাকীনকমদা হায়খিবা য়া অদু মীনম্বা নত্তে অদুগী মরমদি চহি অনি, অহুম, মঙা, তরুক, তরেৎ মতৌ অম্মুম্না তরা অমংং কুন সুন্দ্রিত্তৈদা নিপাবু নিংগবা যুবতীনা পুংশ্চলী হায়গে। তৌইগুম্মুং নহাক্না মরোন অক্কনদা লৈরিকা নিপা পুম্নমক্তা শক্তিগী মশক ওইনা নিংত্তৌ॥২০

তথ্য মেঘশ্যামেত্বং শ্রুত্বা সপ্তবতাচমাং।
অধমেত্তে ময়ূরানাং যোনৌ জন্ম ভবিষ্যতি ॥২১

ঐনা অয়েপ্পা ওইনা হায়রিবা অসি তারেদনা মতৌ অচ্চুম্বা ঐতোন্দা নহানস্থু হায়নিংবা হায়রে মতৌ অসিগুম্বা নহাকসু হুম্ববা রাহোংগী মপোক্কো পোকপা ওইরো ॥২১

দেব্যুবাচ।—পুত্রমসুচুনং দেব ইথমেবু ভবিষ্যতি।
মম্মার্গলোম্মা তে সিদ্ধিঃ শিরঃ স্থেন সুতর্পয়েতে ॥২২

দেবী হায়রকই—হে স্মুদ্রমতে! মতুং অসিদা ঐ অমুক হায়গে তারো ঐবু রাহোংগী মপোক্কা পোকউ হায়রিবনিনা পোকপা তারে তৌইগুম্নসুং ঐগী হায়গদৌবা অমদি লৈ রাহোংগী মতুমা নহাক্তি নকোক্কা তত্তনা লৈবা ওইসনু অতুনা মরম ওইতুনা নহাক্কা পাম্বিবা পুম্নমক কংবা ওইগনি ॥২২

বাসুদেব উবাচ।—নাহ মজ্জভবো বিষ্ণুরীশানোবা সদাশিবঃ।
ভবিষ্যন্তেত্বা মধুমে প্রাপ্স্যসে প্রাকৃতং নরম ॥২৩

বাসুদেবনা হায়রকই—হে অধমে! নহাক্কা ঐতোন্দা হায়রিবা অদো করিনা ব্রহ্মানা অমদি কুবেরানা মহাদেবনা ঐবু নিংত্তরোই নংসু অচম্বা মী ওইনা কংগদৌবা ওইরে অর্থাৎ পৃথীদা সুপি ওইনা পোরবদা ঐসু মী ওইনা পোক্কগা নহাকপু সুহোংলগা নপুরোইবা ওইরো ॥২৩

দেব্যুবাচ।—মদংশভূত যোষিদ্ভিঃ কুলাচারং কারয্যতি।
ততঃ কান্তিপয়স্যন্তে কৃষ্ণমাং ত্বমু পৈষ্যসি ॥২৪

দেবীনা হায়রকই—হে কৃষ্ণ! ঐতোন্দগী ওইবা সুপি পুম্নমক নহাক্কা ( কুলাচার করিবে )। তুমিং কয়ানিমুক্তি মতু দা নহাক্কা ঐবু ফঙগনি ॥২৪

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্যুক্ত্বা রোষতামাক্ষী কৃষ্ণায় সহসা ত্যজেৎ।
সদ্যোময়ূরিনা ভূত্বা বর্ষমেকং সুরেশ্বরী।
বিকায়সো ভড্ডীয়মানা ক্রন্দাদন্তরগাত্মদা। ॥২৫

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে ঋষিবর! ইবেম্মা অহুনা অসুম্মা হায়রগা শাওবদগী মিং অনি ভাংতুনা খোবাং পোতুনা শ্রীকৃষ্ণবু থাদোকখে কৃদক অত্তুদা মাংখ্রগা রাহোংগী মশক ওইতুনা চহি অমা আকাসদা পাইতুনা লৈখ্রে ॥২৫

অঙ্গিরা উবাচ।—অন্তর্হিতায়াং দেব্যাস্তু দেবো নারায়নস্তদা।
বসংস্তত্র কিমকরোত্তপসঃ তপতাং বরঃ ॥২৬

অঙ্গিরানা হংখি—হে ব্রাহ্মণ! মহাদেবী অত্তুনা মাংখ্রবা তুওদা তপস্বি শ্রেষ্ঠ ওইবা দেব নারায়না মতম অদুদা কদাইদা লৈরগা মতৌ করম তৌনা তপ তৌখিবগে অহু তাকপিয়ু ॥২৬

ব্রহ্মোবাচ।—তদপাত্র গলস্থাং মালাং পঙ্কজস্য বরাংতদা।
অম্লান কমলাং পশ্যান্নমোদ মধুসুদনঃ ॥২৭

ব্রহ্মানা হায়রকই দেবীনা মাখৎ মতম অদুনা মহাক তরুণী অমনবা থবাল পরেং তৎচুনা তাথিজিন্নদুনা অঙকপা ওইনা হুরাওখি ॥২৭

স্রজং গৃহীত্বা তাং তেষু পশ্যং শতসহস্রশঃ।
মৃগেন্দ্র ক্ষীণমধ্যাশ্চ মৃগশাবক লোচনাঃ। ২৮

হে মুনে! ভগবান্না অদুগুম্বা থবাল পরেং অমা পাইদুনা য়েংখি অদুগুম্বা পরেং অমুক্তা লিশিং চামা ওইবা নশক ফজরবি মশা চাওবি কয়ামুক পোকখি পুম্নমক অদো নোংশাগী খাংগুম্বি মিংয়েংনা শক্তিনা মিংয়েংগুম্বি শাক্তি ॥২৮

মৃদুমন্দগতা প্রৌঢ়াং বিকসং পঙ্কজাননাঃ।
রক্তস্রগ গন্ধবস্ত্রাদি হারকোমুর ভূষিতাঃ ॥২৯

পুম্নমক অদুনা মযোন নোকুনা চৎপা কুপাইনা শাংপা থম্বালনা তমজনিংঙাই ওইবা মাইথোং অদুম্বা মনম মুংশিবা অঙাংবা চক্ক তৈবা অঙাংবা লৈ পরেং অমসুং অঙাংবা ফি শেৎপা ( অমসুং হারকেয়ুরাদি ) অসিনচিংবা লৈতেংঙি। ২৯

তরুণাদিত্য সঙ্কাসাঃ সাক্ষান্মন্মথ মন্মথাঃ।
হাস্যলাস্য সুসৌন্দর্য্য লাবন্যগতি বাক্যতঃ।
হরন্তাস্তা মনোমুনাং বিহরন্ত্যো যথেচ্ছয়া ॥৩০

অদুগুম্বি পুম্নমক অদো অয়ুক থোকপা নুমিৎকি মতৌগুম্বা ঙাল্লি অশেংবদি পুক্নিং থৌগৎনবগী নমক্কি নোকপা অমসুং জগোই শাবা ফজরবি ইবেম্মশিংনা মতৌ অদুম্বা মথোৎ কারকপগী অদুম্বা পাঙ্গলনা শান্নবা বা ঙাংথোক্লকপদা মথোৎ কারকপা নীপাসিংগী পুক্নিং বাধন মাংহন্তি মনিংতম্বা মকম পুম্নমক্কা চংলি ॥৩০

তাশ্চসর্ব্বান বত্তাঙ্গীধিক্যায়ত সুলোচনাঃ।
পথোজনয়নো বাচমা বভাষে সুরাহহা ॥৩১

পুম্নমক অদু য়েংবদা মুংঙাইবগী মশক্কি য়েংথোক্লকপদা অউবসিং পুম্নমক খুদম চাল্লি হিংগাববু নৈহৎপা মিংচিনা থম্ব'ল মানবা বাসুদেবনা হায়গদৌবগী হৌরক্লে ॥৩১

ক য়ুয়ং দেবগর্ভাভা মোহয়ন্ত্যো মনাংসিনঃ।
কিঞ্চিকার্য্যথ বা ভদ্রা তন্মে বদত মা মৃষা ॥৩২

দেবকন্যা মযাম য়েংগুগা মকম অসিদা শাম্নরিবি নথোই অসে কদাইদগীনো? নথোয়গী কজবা উরগা ঐগী পুক্নিং অসে অঙকপনা তিল্লে নথোয় পুম্নমক অসে মজোলগী মশক্কি নথোয় পুম্নমক্কা কন্নি পাম্বদগীনো অরেপ্পা ওইনা হায়য়ু মিনথদি হায়গনু ॥৩২

ব্রহ্মোবাচ।—অস্তুত্বা মাধবং বাক্য বান বানার্দ্দিনাদিত্তম।
হংসপদগদা বাচা প্রসন্নাস্তোরুহ মনাঃ ॥৩৩

ব্রহ্মান ঋষিশিংদা হায়খি—হে ব্রাহ্মণসা ! ভগবানগী মা অদু তারবদা ফুগাইনা শাৎপা থম্বালগুম্বা চিংখোং ওইবি ইবেমথংদ অদুদা ভগবানগী অপাম্বনা টৈল ওইদুনা থারবদা পুক্নিং বাথন পুনশনখিদুনা চাম্নু কাংগুগী মতৌগুম মা গুাংবদা হিক্না হায়বা খোম্বাং স্নদনা হায়খি ।।৩৩

আরাধয় গুরু দেব পরমাত্মানম ব্যয়ম ।
প্রসন্নাম্মনুষাপ্ত্যেব গুরোঃ সিদ্ধিপ্রদং হরে ।
অতোহস্মাভিঃ কুলাচারাৎক্ষিপ্রং সিদ্ধিমবাপ্সসি ।।৩৪

হে দেব ! অমাং অতা লৈত্রবা পরমাত্মাগী মশক ওইবা গুরুবু নিংগু মহাক্না পেনবিরবদি মতুঙ অদুদা মঙোন্দগী অয়াম্বা সিদ্ধি ফংনবা মহামন্ত্র ফংগুগা মতুং অদুদা ঐখোয় পুম্নমক্না লোইনদুনা শাগৈগী পুঙ্ৎ নিংগুগা নঙাক্না থুনা অপাংবা ফংগনি ;।৩৫

ব্রহ্মোবাচ ।—তাসামুদগারিতাং বাচং নিশম্য মধুহাহরিঃ ।
গুরুমারাধয়ামাস বিবিধান্নিয়মাংশ্চরণ ।।৩৫

ব্রহ্মানা হায়খি—অদুগী তুগুদা ( মধূরিপু ) নারায়ন্না মখোই পুম্নমক্না মা অদু তারগা মখল মথা অয়াম্বা নিয়োম পোৎলম মন্ত্র অহানবদা গুরুবু অরাধন তৌননবগী থোরাং তৌখি ।।৩৫

গতে বহুতিথেকালে প্রসন্নো গুরুরভ্যগাৎ ।
শিরঃস্থ দ্বাদশ পাথোজাৎ পুরোদেবস্য নির্গতঃ ।।৩৬

মহাক্না আরাধন তৌবদা শুমিৎ কয়ানিমুক হৌখে, মতুং অদুদা গুরুনা পেনবিরদুনা অতিয়াদা দোল লিশিংনা কোইবা থম্বালগী দোল অদুগী মনুংদা লৈবা থম্বালগী দোল তরানিংথোই অদুদগী মপান থোক্লকুনা ভগবান্না মাধবগী মাংদা থুংগরে ।।৩৬

প্রসন্ন বদনাম্ভোজঃ সশক্তি কমলাসনঃ ।
তংবীক্ষ্যাৎ সমুত্থায় প্রনিপত্য প্রহৃষ্টধীঃ ।।৩৭
তুষ্টাব বিবিধৈস্তোত্রৈর্মহস্মাল্য স্বরাদিভিঃ ।।৩৮

মাগী শক্তিগা লোইনদুনা মোমোন নোকুনা থম্বালগী আসন্দা লৈবা গুরুদেববু উজবদা বাসুদেবনা মাগী আসন্দগী হৌগৎতুনা পুক্নিংদা হরাওনা খুরুমজদুন মখল মথা অয়াম্বা স্তুতিবাক্য মতৌ অস্নুম্না কজরবা লৈ পরেং ক্ষিনচিংবা পেনবিনবগী দমক কংখি ।।৩৭-৩৮

ব্রহ্মোবাচ ।—প্রসন্নাক্স পাথোজ্ঞ বাহুভ্যাং পরিরভ্য সঃ ।
গুরুঃ প্রসন্ন স্তং বাচমুবাচ তপতাং বরাঃ ।।৩৯

ব্রহ্মানা হায়খি —হে সপ্তর্ষিগণ ! অদুগী তুংদা গুরুনা ফুগাইনা শাৎপা অঙাংবা থম্বালগুম্বা পাম্বোম অনিনা বাসুদেববু কোল্লগা মমোন নোকুনা মঙোন্দা হায়রকই ।।৩৯

গুরুরুবাচ ।—বৎসতেহহং বরাহস্য বরদো বরয়ব্রতম ।
বরংতেহভিমতং শৌবে মত্তং তং বদে বরম ।।৪০

গুরুনা হায়রকই—হে বৎস! নহাক্না ওক ওইনা অবতার ওইবু নংগা মন্নি ওইনা ঐনা অদু পিগে নহাক্না অপাম্বা বর নিবু নহাক অসে মত্তিকচাবা পাত্রনি ঐনা ইকমদগী অপাম্বা বর হায়রো। (হে গৌরে) ঐনা নংত্তোম্দা অদুগুম্বা বর অদো পিরগে ॥৪০

শ্রীবাসুদেব উবাচ।—নমামি তে পাদ-ভোজদ্বন্দ্বং দেহিমন্তুং মম।
যেনাহং নিসপৃহঃ শান্তো ভবেয়ং বাগ যতঃ সুচি ॥৪১

ভগবান্না হায়খি—হে নাথ! ঐনা নহাক্কি চরণ থম্বাল অনিদা খুরমজরি ঐবু চানবিহুনা অদুগুম্বা মন্ত্র অদো পিবীরো অদু ওক্টরবদি ঐ অসে পুক্নিং তপচরগে অরান্থা খৌরাংবা হায়বা অর্থাৎ তুমিন্না অমন্থং পুকচেন সেংবা কাম্বরা অদো ওম্মরোই ॥৪১

ব্রহ্মোবাচ।—কৃত্বা তস্য গুরুর্দীক্ষাং বিধি দৃষ্টেন কর্ম্মনা।
পুজিত স্তেন হরিনা স্বধাম পরমং যযৌ ॥৪২

ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি অদুগী তুংদা কর্ম অদুনা মরম ওইরগা নোংদম্বা উন্নবগীদমক গুরুনা মত্তোম্দা দীক্ষাগী থবক পিবিরে বাসুদেবনা পূজা তৌরবগী তুংদা মহাক্কি ওইবা অদুগুম্বা অথোইবা মকমদা চৎখে ॥৪২

কৃত কৃত্য মদাত্মানং মন্যমানাজ লোচনম।
চিন্তয়া পরয়াবিষ্টঃ কৃতাপস্থে পরমং তপঃ ॥৪৩

পদ্মলোচন ওইবা হরিনা গুরুদেবগী মকমদগী সিদ্ধি ওইবা মহামন্ত্রা ফংওবদা মহাক্না তৌগদৌরিবা থবক থম্মহুনা লৈখি অদুগী তুংদা থোইদোকপা রাখন্দা অরাবা ওইহুনা অস্থুমা থম্মগা হৌজিক ঐনা মকম কদাইদা চৎলগা ফমহুনা মন্ত্র সাধন তৌসিগে তপ তৌসিগে ॥৪৩

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী উত্তখণ্ডগী ওইবা রাধা হৃদয় খ্যান ব্রহ্মাগা ঋষি তরেৎকা ওাংনবা গুরু কৃপা ফংবা মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৪

---

মঙাশুবা অধ্যায়ঃ

# অসিগী তুংদা গোলোক্কি রারি

ব্রহ্মোবাচ।—গতে তু প্রলয়ে তস্মিন দেবদেব জনার্দ্দনঃ।
জগাম পরমং ধামং স্বকীয়ং পরমাদ্ভুতম ॥১

ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি প্রলয়গী তুংদা থোইদোকপা লাইগী লাই ওইবা ভগবান জনার্দ্দনগী থোইদোকপা অঙকপা ওইবা গোলোক মাগী অথোইবা মকমদা চৎখে ॥১

শূন্যস্থিতং নিরাধারং ত্রিকোটি যোজনায়তম।
বায়ুনা ধার্য্যমানং হি ক্ৰয়ষে বেশ্বরেচ্ছয়া ॥২

অসিগুম্বা গোলোক ধামগী অকোইবা য়ুধক কোটি অদুম ঈশ্বরগী মাখন্দগী অহাংবা লমদা হুংশিংনা মরম ওইদুনা লৈ। তাৎপর্য্য ঈশ্বরগী রাখন্দগী ওইরিবা খোঙদগী থোইদোকপা ইচ্ছা শক্তি রাধানা মরম ওইদুনা শাম্নদুনা লৈ অদুগুম্বা পরমধামদা ভগবান অতৎপা লৈতনা শাম্নদুনা লৈরে ॥২

রম্যং কামগমং দিব্য সর্ব্বরত্ন সমাচিতম।
প্রাসাদৈঃ পরিখাভিশ্চ প্রাচীরৈঃ সুসমাবৃতম ॥৩

অদুগুম্বা পুক্নিং হুনা ফজবা মফম পুমনং লংবা ( প্রযুক্ত ) অমনা অপাম্বগী তুংনফম অর্থাৎ মম্মতগী রাখম্বা মফম পুম্নমক্তা সিনবথুংবা অয়াম্বা রত্না লৈতেংবা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা মাথোং রত্নাগী মন্দির চেকপন কোইসনবা। ইত্যার্থে। অধ্যাত্মতত্ত্ব ব্যাখ্যার অনুকূলতা আছে। অচৎ চৎতা চীং তুরেল মফম অদুদা সিদ্ধি ওইবা মী কয়ামুক ।৩

তোরনৈঃ শত সম্বাধে রত্নমালিক্য চিত্রিতৈঃ।
হস্ত্যশ্বরথপঙক্তৌথ নানা শস্ত্রৈরলঙ্কৃতম ॥৪

মণিনচিংবা রত্ন য়েকপা চাম চাম ওইবা য়ুম মনুংদা মতৌ অমুম্না থাংঙমপাংনা থোঙদা লৈতেংঙি অয়াম্বা খুংসু খুংলাই লৈতেংবা রথ মপৈ মতৌ অমুম্না সগোল শামু অসিনচিংবা মফম অদুদা লৈ ॥৪

ফলমূলজলাহারৈ র্বৃক্ষপনাশনৈরপি।
নিরাহারৈ র্বায়ুভক্ষৈশ্চান্দ্রায়ণ পরৈঃ স্তুতম ॥৫

ব্রহ্মানা ঋষিশিংদা হায়খি—হে বৎসগণঃ ভগবৎ দর্শন পামজবা সাধু পুম্নমক উহৈ চাই মরুওইবা ঈশিংনা মরম ওইদুনা কনানা অসেংবা উনা চাই কনা কনানা সুকচা চাদে কনানা চন্দ্রায়নব্রত তৌই মাংওইননা তপ তৌদুনা লৈ ॥৫

বিষ্ঠ ভ্যাঙ্গুষ্ঠ মাত্রৈস্থৈরগ্নি সমপ্রভৈঃ।
উর্দ্ধপাদৈরধঃকৈশ্চ জটাবল্কলধারিভিঃ ॥৬

উকু সেংপা জটা পুবা কয়ামুক মৈগা মামবা মঙাল্লা কোইবা মহাত্মা ওইবা তপধর্ম্মদা পুক্নিংচংবা ওইদুনা খোঙবী অনিনা লৈপাক্তা চেপ্পগা পাম্বোম রাংনা থাঙ্গৎপা কনা কনানা কোক্না লৈপাক্তা খোঙনা মথক্তা থাঙ্গৎতুনা অমুম্না লৈ ॥৬

ব্রতৈঃ সংশুষ্কসর্ব্বাঙ্গৈ প্রাণমাত্রাবশেষিতৈঃ ॥৭

মী কয়ামুক ব্রত তৌদুনা লৈ চংখোম্না অকংবা মশচা অদু শরীদা উম্না কুপ্নি অওইবদি প্রাণদং হিংদুনা লৈ শিদে অরেপ্পনি অচুম্বনি মুক্তগী স্বভাব পরব্রহ্মদা পুক্নিং তিনখ্রবনি মিৎ উইশিন্দুনা ব্রহ্মানন্দ রসদা পুক্নিং লুপতুনা লৈখ্রবনি ।৭

আত্মারামৈর বচ্ছনৈরোরবা জিনবালদা।

পঠন্তিঃ শ্রুতি সুক্তানি পাঠয়ন্তি স্তুথাপরৈঃ ॥৮

শক্তি মাউন্দা ফমতুনা সাধক তৌই অতুগুম্বা দেহদো আত্মারাম সোন্দুনা তাহুনা পাঠ তৌহুনা মতৌ অমুম্না অতোপ্পনা পাঠ তৌহুনা লৈ ॥৮

তুলসী মঞ্জরি শ্যাম্যাচ্ছনৈ স্তিলক রাজিভিঃ।

নারায়ণ পরৈঃ শান্তৈস্তুপো নির্ধুত কল্মষৈঃ।।৯

নারায়ন্দা পুক্তিং থম্বা তপ্প মরম ওইহুনা অতংপা। লৈতনা পুক্তিং তপ্পনা মতৌ অমুম্না তুলসীগী মঞ্জরী মালা শিহুনা মতৌ অমুম্না চন্দন থিনবা কয়ামুক নিংথিজনা ভগবন্তক্তগণ পুম্নমক্না কোইবা মফম ॥৯

চন্দন থিনবা হায়বা অসে ফজনবা নত্তে কৃষ্ণ ফংনবনি।

ব্রহ্মাণ্ড পুরাণনা হায়রি

বীক্ষ্যাদর্পে জলেবাপি যোবিদধ্যাৎ প্রযত্নতঃ।

ঊর্দ্ধপুণ্ড্র মহাভাগ সযাতি পরমাং গতিম ॥

মী অতুনা মিংসেন্দা ঈশিংদা মায় য়েংভগা চন্দন থিনগনি ঊর্দ্ধপুণ্ড্র ওইনা লাইবক ফবা অথোইবা গতি ফংননবগীদমক ॥

পদ্ম পুরাণনা হায়রি

নাসাদি কেশপর্য্যন্ত মূর্দ্ধপুণ্ডং সুশোভনম।

মধ্যেছিদ্র সমাযুক্তং তদবিদ্ধাদ্ধরি মন্দিরম ॥

বামে পার্শ্বে স্থিতো ব্রহ্মা দক্ষিনেতু সদাসিবং।

মধ্যে বিষ্ণুং বিজা নীয়াৎ তস্মাৎ মধ্যং ন লেপয়েৎ ॥

চন্দন থিনবা নাতোন্দগী শম শোক্না থিনগনী ময়াইদা হোহনগনী ঊর্দ্ধপুণ্ড্র ওইনা অতুগী মমিং হরি মণ্ডির কৌই ওইদা ব্রহ্মা য়েংতা মহাদেব ময়াইদা বিষ্ণু লৈ মরম অসিনা লাইবক ময়াইদা সিন্দুর নচিংবা নমহৈদে দোষগী মশক্নি।

স্মৃতিনা হায়রি

অনামিকা কামদোক্তা মধ্যমা আয়ুস্করী ভবেৎ।

অঙ্গুষ্ঠঃ পুষ্টিদঃ প্রোক্তা তর্জ্জনী মোক্ষ সাধনা।।

খুনিংথৌনা থিনবদি নিংবা থুংভি খুংয়াইনা থিল্লগা পুনশি শাংভি খুবিনা থিল্লগা চাবা য়াংতে খুদোনবিনা থিল্লগা মোক্ষ ফংভি ॥ শ্রমদ্ ভাগবত, একাদশঃ স্কন্ধঃ, অষ্টাদশঃ অধ্যায়ঃ। দস্ হায়রি সন্ন্যাসোপনিষৎ—কুটীচক- বহূদক, হংস, পরমহংস, তুরীয়াতীত, অবধুত, এই ছয় প্রকার সন্ন্যাসীর কথা বলিয়াছেন। শ্বেত ঊর্দ্ধপুণ্ড্রধারী ত্রিদণ্ড।

শ্রমদ্ ভাগবতনস্ হায়রি

সন্ন্যাস তরুক চন্দন অঙোবা থিল্লি কৃষ্ণা নিংবদা চন্দন অঙোবা থিনগনি।

বেষ্টিতং মুনিভিঃ সিদ্ধৈঃ পুরিতো ব্রহ্মবাদিভিঃ।
বেদেতিহাস মীমাংসা পুরাণা গমবেদিভিঃ ॥

মুনিগণ, সিদ্ধগণ, ব্রাহ্মণ পুন্নমশ্না কোইছনা মতৌ অস্নুন্না বেদ, পুরাণ, ইতিহাস, মীমাংসা, আগমনচিংবা শাস্ত্রবিৎ পণ্ডিতসিং থিল্লি ॥১০

পৃচ্ছদ্ভিঃ কথয়দ্ভিশ্চ শৃন্বদ্ভিশ্চরেতু নাম্।
গৃহ্নদ্ভিঃ পূজয়দ্ভিশ্চ নারায়ণ মনা ময়ম ॥১১

হরিগুণ ওাংনবা তাজবা অমুম তৌবা হংজবা হান্নবা শকচবা ভগবৎকি মমিং নিঙ্কম্ময নারায়ণ পূজাদা পুক্সিংচবশিংনা পুংকোই কোট অছুপা সেবা তৌই ॥১১

প্রত্যাহার পরৈঃ পূজা প্রাণায়ামৈঃ সধারনৈঃ।
নয়ন্তি দিবসান কিংপ্রেক্ষণাৎ ক্ষণমিবাম্বিতম ॥১২

চাদ থকনা পূজাদা থুরম্বদা যোগদা থোইদোক্লা থওবা ব্রাহ্মণ ময়াম্না নোংঙানবদগী হুম্বিংতাবা মিংনকুপ্পি অমা পোথাদনা মথোই পুন্নমক্লা থোংদা কোইশিল্লি ॥১২

সম্মাজ চন্দনৈঃ কুসুমৈর্মাল্য মধ্যক্ষতাম্বিতৈঃ।
পুরিতৈঃ শীতলৈ স্তোয়ে কদলীফল পুষ্পকৈঃ ॥১৩

লাজা চন্দন পুষ্পমালা সঙ্গোম অকন্বা চুহিপা তিম্নবা মতৌ অস্নুন্না, মুখি অমসুং মা লকোই অসিনচিংবা অমসুং ইংওব ঈশিং অথনবা চফু চাম্ন চাম্ন থোঙ থুদিংদা লৈতেংঙি ॥১৩

নারিকেল ফলশ্রীবৈশ্চ্যুত পল্লবরাজিতৈঃ।
শ্বেতরক্তা সিতা পীতো ডডীয়মানং পতাকিনম ॥১৪

সশীর্ষ য়ুবি অমসুং মনা য়াওবা হৈনৌ মঙ্গলগীদমক চফু মতৌ অস্নুন্না অঙৌবা অঙাংবা অশংবা মমানবা মচুগী ফিরান পতাকা কোন্নবা নিংথিজনা মন্দির থুদিংদা কজনা লৈতেংঙি ॥১৪

শ্বেতচ্ছত্রা যুতৈশ্ছন্নৈ চামর ব্যজনৈ রপি।
রত্নসিংহাসনবরা যুতৈশ্চ পরি পুরিতম ॥১৫

মন্দির থুদিংগী মশিং থংদনা অঙৌব ছত্র অঙৌবা চামরনচিংবা অমিনা হুম্বা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা রত্নগী সিংহাসন্দা থম্বা ওইবা ইমুং মঙ্গং অদো নিংথিজৈ ॥১৫

নানা মণিপলাকান স্বন বোদ স্বলঙ্কৃতম।
বেদবেদান্ত বেদাঙ্গাগম পৌরাণনাদিতম ॥১৬

মথল করা পুথোকই মুনি ময়াম্না অমত্তা ওইনা কজনবগী দমক লৈতেংবো স্নাগী লৈবুঙ পুন্নমক্লা কয়ামুক নিংথিজৈ মতৌ অস্নুন্না বেদ, বেদান্ত, বেদাঙ্গ, আগম, পুরাণ পাঠগী খোঞ্জেন্না নিল্লি ॥১৬

নীলকান্তৈঃ পদ্মরাগৈরয়স্কান্তৈঃ শুভান্বিতৈঃ।
চন্দ্রকান্তৈঃ সূর্য্যকান্তৈঃ মণিভির্দীপিতং দ্বিজাঃ ॥১৭

হে দ্বিজসকল! অদুগুম্না গোলোক ধামদা লৈবা য়ুম পুম্নমক নীলকান্ত, পদ্মরাগ, অয়স্কান্ত, চন্দ্রকান্ত, সূর্য্যকান্ত, অসিনা লৈতেংঙি মণ্ডানতনা মুণি পুম্নমক্কী তেজনা মৈগী মণ্ডালগুম্মি ।।১৭

স্তুতৈঃ পৌরগবৈর্বন্দি স্তুতি পাঠক মাগধৈঃ।
সুস্বরৈ মধুরালাপৈঃ স্তুতি শাস্ত্র বিশারদৈঃ ।।১৮

স্তুতি শাস্ত্র থংঙবা সূত পৌরগব বন্দি অমসুং পাঠ তৌবা অসিনচিংবা মুংশিবা খোঞ্জেল্না স্তুতি থিন্নুনা লৈ ।।১৮

মহার্হ শর্য্যাসন পান ভোজনৈঃ কিরীট। -হারাঙ্গদকুণ্ডলোজ্জ্বলৈঃ।
সসিংহনাদৈর্ব শাস্ত্রধারিভিঃ র্ব্বিরাজমানঃ রথযূথ কোটিভিঃ ।।১৯.

মকম খুদিংদা পুক্কিং হুনা ফজবা শর্য্যা আসন থারিবা থক্লবা চান্নবদা অপেনবা ওই মতৌ অমুম্না কিরীটি, হার, কুণ্ডল, দেহদা আভরণ্না ঙাক্লি অমসুং ভগবান্না সিংহনাদ লাওবদা খুৎলাই পাইবা অকনবা নিপাশিংনা রথগী মপৈ কোটি লোইনদুনা ঙাক্লি ।।১৯

বিচিত্র মণি মাণিক্য হারহীরক চন্দনৈঃ।
মালাম্বর চিত্রবর্ণ নানারত্নগনো জ্জ্বলৈঃ ।।২০
বেধসা নির্ম্মি তান্যাসন তোরনাণি ত্রয়োদশঃ ।।২১

মণি মাণিক্য পরেংনা লাংঙবা মতৌ অমুম্না হীরাগী পরেং ফি চন্দনা অমসুং অসি নত্তবা লংলবা রত্নগী মপৈ থোংদা পরমেশ্বরনা তৌরিবা থাঙ্গপাৎ অশাংবা পুথি তরাহুমদোই শেম্মি ।।২০-২১

গোলোকি অহানবা থোঙগী থারি

আস্তেতু শস্ত্র কবচাবদ্ধ গোধাঙ্গুলিত্রকাঃ।
সশরাঃ সধনুষ্কাশ্চ খড়্গ মুদগর পটিশৈঃ ।।২২

থোং তরাহুমদোই ফাংলি গোলোক অহানবগী থোঙ ঙাকপা নিপাশিং অদো খুৎলাই কল্লা মখুৎতা শউন য়োম্মি পুম্নমক লীরুং তেল অথোবা থাং য়োৎশুক তাসোন পাইদুনা মখোয় পুম্নমক্না মতৌ অমুম্না থোঙদা ঙাকতুনা লৈ ।।২২

পরশ্বধৈ স্তোমরৈশ্চ ভিন্দিপাল গদানিতাঃ।
পাশ নারাচ মুষল বৎসদন্ত সুতোমরৈঃ ।।২৩

পরশু, তোমর, ভিন্দিপাল, গদা, পাশ মুষল, মুগর, বৎসদন্তাখ্য, তোমরস্ত্র খুৎলাই পুম্নমক্না তিল্লি ।।২৩

সৌবগান্ধর্ব্ব পৈশাচ শূল শক্ত্যষ্টি পার্ব্বতৈঃ।
ঐন্দ্রাশনি পাশুপত কালচক্রৈঃ সুদর্শনৈঃ ।।২৪

অতোপ্পা সূর্য্যাস্ত্র, গন্ধর্ব্ব অমসুং পৈশাচাস্ত্র, অসিনচিংবা মতৌ অমুম্না শূল, পর্ব্বতাস্ত্র নচিংবা অতোপ্পা ইন্দ্রাস্ত্র বজ্রাস্ত্র, পাশুপতস্ত্র, কালচক্র অমসুং সুদর্শ পাইবা ।।২৪

পাঞ্চ'ণ্যাগ্নেয় বায়ব্য সৌম্য বারুণ [illegible]।
অয়শ্চক্রৈঃ কালদণ্ডৈর্বা সুরটৈশ্চ [illegible]।
[illegible] সর্ব্বে যথাস্থানমবস্থিতাঃ ॥২৫

পঞ্চ ণ্যাস্ত্র, আগ্নেয়, বায়ব্য, কৌবের, বারুন, খুংলাইরী মখিং মতৌ অস্ত্রগা মগুণ লৈরবা লাংগুবা মণ্ডান অয়শ্চক্র, কালদণ্ড, আসুরাস্ত্র পাইবা থোংআকপা পুরুমরা মখম খুদিংদা লৈহনা কোয়্‌হংগী থোং [illegible] ॥২৫

অনিশুবা থোঙগী বারি

নটাবৈতালিকাঃ সুতাঃ গায়কাঃ স্তুতি পাঠকাঃ।
মাগধা বাদ্দকাঃ সর্ব্বে শিল্পিনো বন্দিনস্তথা।
কক্ষে দ্বিতিয়ে রক্ষন্তিষ্ঠন্তি মধুরস্বরাঃ ॥২৬

জগোই শাবা পুঙয়েবা ঈশৈ শকপা খুরুম্বা স্তুতি পাঠ তৌবা অসিন্নচিংবা মতৌ অস্নুমা অমাম্বা শাবা য়েকপা অমস্নুং রা ভাংবহৈবা মতৌ অস্নুমা দুংশিবা থোঙ্গেননা ঈশৈ শকুনা থোঙ ভাক্লনবগীদমক নাক য়েন্ত্তা ঈশৈ শকপশিংনা ভাক্লুনা লৈ ॥২৬

অহুমশুবা থোঙগী বারি

তৃতীয়ে গোপবালাস্তা বালক্রীড়ন তৎপরাঃ।
সুকুমারা বয়স্থাস্তে কৃষ্ণস্যৈব মহাত্মনঃ ॥২৭

অহুমশুবা থোঙদা মঙানগী মশক ওই হকচাং গোপমচা পুমমকা অঙাংনা শান্নবা অচুম্বা শামহনা থোং ভাক্লুনা লৈ মখোয় পুম্নমক অদো থোইদোক্না ভনৌ তনৌবা অঙাংগী নশক মতৌ অস্নুমা শ্রীকৃষ্ণগা মান্নবা উহ মহাত্ম ওইবা অমস্নুং মখোয় অহগী মওং অদো অর্থাৎ চাম্নবা মরূপ ওইরে ॥২৭

তেষাং নামাণি বিপ্রাংসঃ কার্ত্ত্যমানানি মেশৃণু।
যথা স্মৃতি যথা জ্ঞানং যথা জ্ঞাতং বদামিবঃ ॥২৮

ব্রহ্মাম ঋষিশিংদা সম্বোধন তৌনা হায়খি। হে ব্রাহ্মণশা! অহুমশুবা থোঙদা লৈয়িবা শ্রীকৃষ্ণগী সাথাশিংগী মমিং ঐনা খঙবা নিংশিংবা মতৌ অস্নুমা পুম্নমক খঙহনা লৈ মখোয় খিবিক অদো নখোয়গী দমক হায়গে মরম অসিনা ঐনা হায়গদৌরিবা ময়ামগী মমিং অদো নখোয়না তাবো ॥২৮

শ্রীদাম সুবলশ্চৈব বসুদাম সুদামকঃ।
বৃকাননো মহাস্তশ্চ বৃহল্লোমা সুনাসিকঃ ॥২৯

শ্রীদাম, সুবল, বসুদাম, সুদাম, বৃকানন, মহাস্ত, বৃহল্লোম, এবং সুনাসিক ॥২৯

লালসঃ সুপ্রভস্তোক কৃষ্ণকো লোল লোচনঃ।
কৃষ্ণাক্ষো মাল্যবান্ ঘোরো দীর্ঘচক্ষুর্ম্মৃগাননঃ ॥৩০

অহ্রোম্বা লালস সুপ্রভ, তোককৃষ্ণ, লোললোচন, কৃষ্ণনেত্র, মাল্যবান, ঘোরাক্ষ, দীর্ঘনেত্র এবং মৃগবদন ॥৩০

বিরোচনো দীর্ঘবাহুঃ সুবাকঃ শুভ্ররোমকঃ।
মৃদুবাণ্ড মধুবাক্ শঙ্কো বাচালো মুখরো জয়ঃ ॥৩১

বিরোচন, দীর্ঘবাহু, সুবাহু, শুভ্ররোমা, মৃদুবাক, মধুরবাক, শঙ্কু, বাচাল, মুখর এবং জয় ॥৩১

দুর্জয়ো বিজয়ো জন্ত প্রিয়বাদী প্রিয়াসনঃ।
সত্যবাক সত্যসন্ধশ্চ দৌবারিক বলেশ্বরৌ ॥৩২

মন্তৌ অমুমা দুর্জয়; বিজয়, জন্ত, পিয়বাক, প্রিয়সন, সত্যবাদী, সত্যসন্দ, দৌবারিক, অমনা বলেশ্বর ॥৩২

গূঢ়বুদ্ধির্বজ্রো ধৌম্যঃ প্রিয়কৃষ্ণঃ প্রিয়ম্বদঃ।
গূঢ়ক্রোধো মহাদেবঃ সুক্রোড় ক্রীড়ন প্রিয়ঃ॥৩৩

গূঢ়বুদ্ধি, বজ্র, ধৌম্য, প্রিয়কৃষ্ণ, প্রিয়ম্বদ গূঢ়ক্রোধ, মহাদেব, সুক্রীড় আরক্রীড়া প্রিয় ॥৩৩

অধরো রামভদ্রশ্চ পারিপাত্রঃ শুভাঙ্গদঃ।
সুশীলঃ সত্যবাক সত্যধর্ম্মো দামোদর প্রিয়ঃ ॥৩৪

অধর, রামভদ্র, পারিপাত্র, শুভাঙ্গদ, সুশীল, সত্যবাক, সত্যধর্ম্ম, ও দামোদর প্রিয় ॥৩৪

ঘর্ম্মাচিত স্নিগ্ধবাক্যো হরিদাসোনবশকঃ।
ভক্তো ভজন কামশ্চ সুন্দরমুক সুন্দর সদঃ ॥৩৫

ঘর্ম্মাচিত, স্নিগ্ধবচন; হরিদাস, নব, শক, ভক্তা, ভজন, কাম, ও সুন্দরদর্শন, সুন্দর সদ ॥৩৫

অন্যদেবো বিশালাক্ষো বিষতাক্ষো রগোদরঃ।
সুদেবঃ সত্যবর্ম্মাচ বসুসেনঃ সুসেনকঃ ॥৩৬

অন্যবেদ, বিশালাক্ষ, বিষতীক্ষ্ণ, রোগদর, সুদেব, সত্যবর্ম্মা অরবসুসেন এবং সুসেন ॥৩৬

সুকর্ম্মা সত্যদেবশ্চ সুন্দরাক্ষঃ সুভদ্রজিৎ।
পরিভদ্রাঃ সুধর্ম্মাচ সুরসেনঃ সুরপ্রিয়ঃ ॥৩৭

সুকর্ম্মা, সত্যদেব, সুন্দরাক্ষ, ও সুভদ্রজিৎ, পরিভদ্র, সুধর্ম্মা, সুরসেন, এবং সুরপ্রিয় ॥৩৭

এতে চান্যচ বহবো নারায়ণ পরায়নঃ।
বেণুবেত্র বিষানাজ্য সিদণ্ড পরিঘায়ুধাঃ ॥৩৮

অসিঙ্গঙ্গা অয়াম্বা গোপমচা মতৌ অমুমা অতোপ্পা মশিং য়ামথে নারায়ণদা পুক্লিংচংবা অত্তাং পুম্নমক কনানা বেণু কনানা বেত্র পায় কনান শৃঙ্গ পায় কনাগী খুংতা অশাংপা থম্বাল কনানা অসিদণ্ড পায় অসিনচিংবা অয়াম্বা খুংগু খুংলাই পাইহুন অক্তমশুব থোঙদা লৈখি ॥৩৮

দর্শনার্থং মধুরিপো হরনা ক্রীড়নোৎ সুকাঃ।
তৈসার্দ্ধঃ ক্রীড়তে নিত্যং বালবন্মধুসুদনঃ ॥৩৯

পুম্নমক অদো কৃষ্ণগা মান্নবা গোপমচা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনদুনা শান্নবা অদুদা পুক্লিং চংবা ওইদুনা কৃষ্ণবু উননিংবদগী লৈরিবনে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অতংপা লৈতনা মখোইপা লোইনদুনা অত্তাং মচাগুম শান্নদুনা লৈয়ে ॥৩৯

গাবাশত সহস্রানি পালয়ন্ গোপবালবৎ।
পুষ্পান্নফল মুলানি দধিক্ষীর ঘৃতানিচ।
শর্করান্নবনা তানি মিষ্টানি বিবিধানিচ।
ভুঙ্‌ক্তেচ সহতৈ নিত্যং ভগবান দুর্গানুগ্রহঃ ॥৪০

হে ঋষিগণ। ভগবাল্লা ময়াম অছু থোজানবিবলগী অঙাংগী মতৌওয়া মী খুদিংগী চাম্ম চাম্ম লিশিং লিশিং যণ শেল্দুনা লৈ মতৌ অসুম্না শাম্নমিবা অয়াম্বা গোপা অঙাংশিংচুগা লোইনচুনা তোঙাম্না অমসুং মথল মধা উহৈ অমনা দধিচুগ্ধঘৃত নবনী মতৌ অসুম্না চাক অহাও অথুম মখন কয়া চামিন্নৈ ॥৪০

মরিশুবা থোঙগী বারি

চতুর্থে বার যোগাশ্চনৃত্যগীত পরায়ণাঃ।৪১

মরিশুবা থোঙদা হুপি তরানিথোই অর্থাৎ জগোই শাই ঈশৈ শকই ঈশৈ শকপিশিংচুনা শ্রীকৃষ্ণ পেন্নমবগী দথক লৈচুনা ॥৪১

মঙাশুবা থোঙগী বারি

পঞ্চমেবেত্রপানিদ্বৌ জয়ো বিজয়এবচ।
পার্শ্বদৌ পর্শ্বদং শ্রেষ্ঠৌ গনেশৌ দ্বারপালকৌ ॥৪২

ভাগবৎকি মনাই অথোইবা জয় অমসুং বিজয় অনি অসে ভাগবৎকি মনাই থোঙজাকপা পুম্নমকি মকোক্নি অনি অসিনা চৈ পাইচুনা মঙাশুবা থোঙ ঙাকুনা লৈ ॥৪২

তরুকশুবা থোঙগী বারি

ষষ্ঠোস্থিতা গোপবেশধারিনঃ পার্শ্বদোত্তমাঃ।
সর্ব্বেরাজষয়চ্ছেব অম্বরীষ পুরোগমাঃ ॥৪৩

গোলোক ফংঙবদা গোপবেশ শেৎচুনা ভগবংকি মনাই অথোইবা অম্বরীষ অসিনচিংবা রাজর্ষি ময়াম্না তরুকশুবা থোঙদা লৈ ॥৪৩

তরেৎশুবা থোঙগী বারি

সপ্তমে মুনয়ঃ সর্ব্বে নিস্পৃহাঃ শান্ত মানসাঃ।
পিবন্ত স্তদ্‌গুনাম্ভোজগলিতং মকরন্দকম্ ॥৪৪

পুক্নিং তপ্পা মুণি ময়াম তিল্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী গুণনদি থম্বাল ওইরে ভারকপা লৈহি থোইমুনা রকপগুম নাম শোনবদা অপেনবা ওইচুনা বিষয়গী অবাবা কাওচুনা মকর অচুদা অরেৎশুবা থোঙদা লৈ।৪৪

নিপানশুবা থোঙগী বারি

শৃণ্বন্তশ্চগৃনন্তশ্চ কীর্ত্তয়ন্তোগুণং হরেঃ।
ব্রজে পবাস মিয় মৈর্ণয়ন্তো দিবসানুক্ষনাৎ ॥৪৫

অয়াম্বা ভগবংকি মনাই পুন্নমক অদো ফজবা লৈ পরেং অমত্তুং মনম হুংশিবা চন্দমা হকচাংদা তৈ কনানা মুকুট কনানা কোয়েং য়েংলি কনানা মসাদা মণি পরেংনা পুমলং লংতি কমানা মাক্কিগেং লেংলি ভগবংকি ভাবত্তা পুন্নমক অদো তু চুংহুনা অপাবা মূর্ত্তিগুম লৈ ॥৫১

ত্যক্ত লোভমদা দ্বিভো হিংসা দ্রোহবিবর্জ্জিতাঃ।

সরাজ্যো দ্বিজশার্দ্দূলা নিত্যোত্থিত মহোৎসবাঃ ॥৫২

হে দ্বিজশার্দ্দূলগণ! ভগবানগী মনাই পুন্নমক অদো অপাম্বা নাপল লৈত্রবদি মতৌ অম্নুমা (হিংসাদ্রোহা) লৈত্রবনি মপোন্ন পুন্নমক অদো মাগী মাগী রাখনগী থাংবৈ থাম্দুনা অমেপ্পা ওইহুনা লৈখ্রবনি ॥৫২

গায়ন্তশ্চ হসন্তশ্চ খেলয়ন্ত ইতস্ততঃ।

নৃত্যন্তশ্চ গুণানন্যে শৃণ্বন্তো মধুরান্স্বরান্ ॥৫৩

কনা কনান হরিগুণ শকুনা লৈ কনা কমানা অমগা অমগা নোক্রহুনা শান্নৈ কনানা জগোই শাই অতোপ্পা অমনা নুংশিবা খোঞ্জেল্লা হরিগী গুণ কীর্ত্তন তৌই কনানা তাই অম্নুম তৌনা পুক্নিং লুপহুনা লৈ ॥৫৩

অবাদয়ন্ত ভাণ্ডানি বাদিত্রানি সহস্রশঃ।

কুর্ব্বন্তো মধুরান গানান মনঃ শ্রোত্র সুখাবহান ॥৫৪

অতোপ্পা খরনা নুংশিবা লিশিং লিশিং ওইবা পুঙ য়ৈবা মখোল তাবদা পুক্নিং নুংঙাইনা হরিগী লীলাগা তিংহুনা নুংশিবা খোঞ্জেল্লা ঈশৈ শকুনা তরাশুবা থোঙ ভাকুনা লৈ ॥৫৪

তরামাথোইশুবা থোঙগী য়ারি

একাদশে বজ্রভৃতঃ সহস্রাক্ষঃ সহস্রশঃ।

উরুক্রমং হর্ষয়ন্তঃ করতাল জয়াদিনা ॥৫৫

তরামাথোইশুবা থোঙদা বজ্র পাইদুনা লিশিং লিশিং মমিং লৌশং পানবা ইন্দ্রময়ামা উরুক্রম ভগবান গোবিন্দ পেম্মনবগীদমক তুমদনা জয়ধ্বনি তৌহুনা খুবাক খুহুনা থোঙদা মহাকি গুণ শকতুনা লৈ ॥৫৫

অর্হয়ন্তো বর্ণয়ন্তঃ শৃণ্বন্তশ্চাপি তদ্গুণান।

পরেতরাজো ভগনা নৈঋতাশ্চ সহস্রশঃ ॥৫৬

মতৌ অসিগুমা লিশিং লিশিং ওইবা যমরাজ অমসুং লিশিং লিশিং ওইবা মৈ লিশিং লিশিং ওইবা নৈঋতুনা ভগবানবু পূজা তৌরি অমসুং মহাকি গুণবর্ণন মতৌ অম্নুমা মহাক্কি গুণ তাহুনা লৈ ॥৫৬

পাশিনো গুহ্যকাধীশ গন্ধবহা সহস্রশঃ।

ঈশাঃ সহস্রফনিনঃ শেষাঃ শত সহস্রশঃ ॥৫৭

লিশিং লিশিং ওইবা ঈশিংগী মপু বরুন, কুবের, নুংশিৎ, ঈশান, মকোক লিশিং পানবা চাম্ম পানবা অনন্ত লিশিং তরামাথোইশুব থোঙদ লৈহুনা মহাক্কি মগুণ শকুনা লৈ ॥৫৭

মানন্হি সাদভহনা নারায়ণ পরায়নাঃ।
মহাত্মনো বলাঢ্যাঃ সবলাঃ সপরিচ্ছেদঃ॥
সবাহনাঃ সানুগাশ্চ কুণ্ডলো দ্যোতিতাননাঃ।
হার তাড়ঙ্ক কেয়ূর মণিদাম বিভূষিতাঃ॥৫৮-৫৯

হুয়খিবা মাইকৈ ভাকপা লাইশিংগী ইবেম্মশিং অদো অশাওবা লৈতে হিংসা নাপল লৈতে পুন্নমক মহৌ মহাত্মা ওইবা নারায়ণদা পরায়ণ ওই থোক্তদোক্লা কল্লবা লোয়নৈ লোয়নহিবা মযাম অদে। মাগী মাগী বাহন কুণ্ডলগী মঙাল্লা মাইথোং অদো ভাল্লি মণি, খুজি, আভরন মণিময় ওইবা লৈ পরেং লৈতেংতি ॥৫৮ ৫৯

তরানিথোইশুবা থোংগী রারি

দ্বাদশে চিত্রবসনাশ্চিত্র মাল্যানুলেপনাঃ।
শঙ্খাম্বুজ চক্রাজ গদায়ুধ লসংকরঃ ॥৬০

অতোপ্পা ভগবৎকি চান্নবা মনাইশিং তরানিথোইশুবা থোক্তদা লৈরিবা পুন্নমক অদো বিষ্ণুগী মশক্কি পুন্নমক অদো য়েংবদা পুক্নিং হুন্নবগী মশক ওই মচু কয়ানা তিনবা লৈ পরেং মক্কুবা চন্দন দেহদা লোতেংতি পুন্নমক শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, পাই নিংথিজবা পাম্বম মরি পাল্লি ॥৬০

বিচিত্রোষ্ণীষকবচা শিঙিত্রায়ুধধারিনঃ।
চিত্রবাজন সন্নাহা শ্চিত্রধ্বজ পতাকিনঃ॥৬১

পুন্নমক অতুগী কোক্তা অরাংবা কোকয়েৎ পুন্নমক অরাংবা ফুরিং মশাদা পুন্নমক অরাংব থুংগু থুংলাই চান-থক্কবা মখল কয়া মচু কয়াগী কিরান অরাংবা ধ্বজপতাকা দোলাইদা থেংলি ॥৬১

হার কেয়ূর মুকুট কাড়ঙ্কাদি বিভূষিতঃ।
শ্বেতা তপত্র বিলসৎ করাঃ কেচিৎস্মিতাননঃ॥৬২

কেহবা হার, কেয়ূর, মুকুট, কাড়ঙ্কাদি, ফিজোল্ল শেংলি নশাদা কনানা অতৌবা কিরান পাই কনা কনানা নোক্কুনা লৈ ॥৬২

তরাহুমদোইশুবা থোক্তগী রারি

ত্রয়োদশে প্রিয়তম্ গোপ বেশ ধরা হরেঃ।
কৌপীনা চ্ছাদিত কটি গোপীচন্দন ভূষিতঃ।৬৩

তরাহুমদোইশুবা থোক্তদা ভগবৎকি চান্নবা মনাইশিং লৈ মথোক্ত পুন্নমক কৃষ্ণরূপ মাকিগুম শেংলি খাংদা ( গোপবেশধারী ) কনানা চন্দন অতৌবা থিল্লি কযাসুক কইজ ॥৬৩

হরিতত্ত্বাববোধ দ্ধি নিমগ্না হতকল্মষঃ ॥৬৪

মনাই পুন্নমক অদো ভগবৎকি তত্ত্ব জানবদা নুংহাইবগী সমুদ্রদা তাওই মথোয় অদে। অমকপ লৈতে অর্থাৎ মক্কুবা অশেংবা থম্মোইনি ।৬৪

বেণুমন্ত্রঃ বিষাণ শিক্য স্তুচক শ্রেণী সনান্দোর্দ্ধমাঃ।
সর্ব্বোৎ কর্ণগতাঃ স্বনুষ্টিত কথাঃ প্রৌঢ়াবদাস্ম পরে।
শ্রীনারায়ণ নাম কীর্ত্তন পরা বেণুচ্চরৎ সৎকথা।
উষাজজ্ঞান মহন্ত্রপায় কিরটৈঃ সন্দর্শপাপোৎকরাঃ ॥৬৫

মনাইশিং পুম্নমক গোপবেশ লৌসি বেণু, বেত্র, শৃঙ্গ, শিক্য মতৌ অস্থুমা লৈ পাই নিংজিজরবা পাম্বোম মখোয় অদো পুম্নমক ক ভি মতম পুম্নমক্তা হরিগী কথা চাংনহনা। পৌঢ়পদবীতে অধ্যারূঢ়। ওইথোক্তবা ফিজেৎ লৈতেংহনা শ্রীনারায়ণগী নাম সংকীর্ত্তনদা পুক্রিং চংহনা ভগবানগী সং সখা বেণু মতম পুম্নমক্তা খোংভি মখোয় অদো। থোক্লকপা মুমিংকি মজানগুম্না মাইয় জ্ঞান অহনা মজান ভাইহনা থোঙদা লৈরিবা পাপকি চাকথেকখে ॥৬৫

তেষাংনামান্যতো বক্ষে শৃণুপুত্র সমাহিতঃ।
নন্দ সুনন্দঃ সানন্দঃ উপনন্দঃ প্রনন্দকঃ ॥৬৬

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি। হে পুত্র! নহাক্না পুক্রিং তপা তারো তরাহুমদোইগুবা থোক্তবা ভগবানগী অতোপ্পা মনাইশিংগী মমিং হায়রগে নন্দ, সুনন্দ, সানন্দ, উপনন্দঃ মতৌ অস্থুমা প্রনন্দ ॥৬৬

নন্দানন্দো বিমন্দশ্চ নিত্যানন্দঃ সনাতনঃ।
নন্দাব্ধি নন্দকো ভদ্রা নন্দঃ সেনন্দকো পরঃ ॥৬৭

অতোপ্পা নন্দানন্দ; বিমন্দ, নিত্যানন্দ, সনাতন, নন্দার্ণব, নন্দক, ভদ্রানন্দ, মতৌ অস্থুমা সেনন্দ ॥৬৭

অদ্বৈত হর্ষকো হৃষ্টঃ শুভ্রব্রতাঃ শুভাননঃ।
দিব্যো দিব্য প্রভাবশ্চ বৈষজ্ঞো দেবসেবকঃ ॥৬৮

অতোপ্পা অদ্বৈত, হর্ষক, হৃষ্ট, শুভ্রাম্বর, শুভানন, দিব্য, দিব্যপ্রভাব, বৈষজ্ঞ মতৌ অস্থুমা দেব সেবক ॥৬৮

জ্ঞানাবদাতঃ শুভবাক্ শুচিস্মিত শুভাঙ্গদৌ।
হতৈনাঃ কৃষ্ণদাসশ্চ কৃতজ্ঞঃ সত্যবাক্ শুচিঃ ॥

জ্ঞানবদাত, শুভবাদী শুচিস্মিত অর্থাৎ পবিত্রহাস্য, শুভাঙ্গদ, হতকিল্বিষ, কৃষ্ণদাস কৃতজ্ঞ, সত্যবাদি মতৌ অস্থুমা শেংঙবনি ॥৬৯

কপিলশ্চ শুভাচারঃ ক্ষেমবুদ্ধি বিলোচনঃ।
পুষ্টশ্চ পোষকশ্চৈব হিরণ্য বপুরেবচ ॥৭০

কপিল, শুভবাদী, শুচিস্মিত, অর্থাৎ বিলোচন, পুষ্ট, পোষক মতৌ অস্থুমা হিরণ্য শরীর অর্থাৎ মাভিগেৎ শেংপা ॥৭০

সুবর্ণঃ ধর্ম্মসেতুশ্চ বলাকী দৃঢ়বুদ্ধকঃ।
চিত্রবর্ণঃ সুচিত্রাঙ্গ শ্চিত্রাক্ষ শ্চিত্রকুন্তলঃ ॥৭১

সুশর্মা, ধর্মসেতু, বলাকী, দৃঢ়বুদ্ধি, চিত্রকর্মা, সুচিত্রিতাঙ্গ, চিত্রনেত্র, বিচিত্রভূষন অর্থাৎ কনবা অরাংবা কি শেৎপা ইনবা ।।৭১

গয়ো হয়ো ময়ো বভ্রঃ কৃষ্ণবাসা বিকর্ত্তনঃ।
হর্ষঃ প্রহর্ষঃ শ্রীহর্ষঃ উপহর্ষ্য সুহর্ষকঃ ।।৭২

অপর গয়, হয়, ময়, বভ্রূ, কৃষ্ণাম্বর, বিকর্ত্তন, এবংহর্ষ, প্রহর্ষ, শ্রীহর্ষ, উপহর্ষ অমসুম্বা সুহর্ষ ।।৭২

বিহর্ষঃ প্রতিহর্ষশ্চ মন্দহর্ষঃ সদুগ্রকঃ।
হর্ষাহর্ষ নিস্তাহর্ষ সংহর্ষো ভদ্রহর্ষকঃ ।৭৩

বিহর্ষ, প্রাতহর্ষ, মন্দহর্ষ সহর্ষ এবংহর্ষাহর্ষ নিকাহর্ষ, সংহর্ষ, ও ভদ্রহর্ষ ।।৭৩

অশুক্রোধো বিষহন্তো রৌদ্রকর্ম্মা বৃষাননঃ।
মৃগাক্ষ: শুভ্রবক্ত্রাচ সুভাষী শুভদর্শন ।।৭৪

অতোপ্পা অমনা অশুক্রোধ, বিষহস্তা, রৌদ্রকর্ম্মা, বৃষমুখ, মৃগলোচন, শুক্লাবদন, শুভভাষী ও শুভদর্শন ।।৭৪

অন্যেচ শংখশস্তত্র মনঃ প্রীতিবহাহবেঃ।
অন্তপুরবরে রম্যে নার্য্যো নারায়ণ খিয়াঃ ।।৭৫

অসি নত্তবা অতোপ্প' কয়াদুক লৈ অহুগুম্বা পুম্নমক অদো ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মহাকি পুক্লিং চাওখৎ- নবগীদমক অর্থাৎ শ্রীহরিগী চান্নবী ওইরে মতৌ অসুম্না থোইদোকপা রমনী কোম্নুং মন্নুংদা ভগবানগী চান্নবি শুপি মন্নাম মকম অহুদা লৈ ।।৭৫

কোম্নুং মন্নুংগী মাম্নি

যুনাং মনো হরাঃ সর্ব্বাঃ সুস্পষ্ট মণিকুণ্ডলাঃ।
সিতা সিতাম্বরাঃ পীতনীল রক্তাম্বরা স্তথা ।।৭৬

কোম্নুং মন্নুংদা লৈরিবী শুপিশিং অদো পাখং মচা পুম্নমকি পুক্লিং শুঙ্কংলি কজবদা থোইদোকই নাদা মণিগী কুণ্ডল ম্নাল্লি মতৌ অশুম্না তো'ঙান তোঙান্না অঙৌবা, অমুবা, অশংবা, মেযানবা, অঙাংবা কি শেৎলি ।।৭৬

কুশোদর্য্যো মণিময় হারাঢ্যস্ত কুচোৎপলাঃ।
তপ্তজাম্বুনদাভাসা জাম্বুনদ বিভূষনাঃ ।।৭৭

অহুগুম্বি শুপিশিংঅদো খাং চেংতি মণিগী অশকবুম্না কুচু থঙ্গালগুম নিংথিজৈ কুচু অদো অমুনবা হৈজাং মচুনি মতৌ অসুম্না জাম্বুনদ স্নাগী মচু মানবা কি শেৎলি ইল্লি ।।০৭

গজবন্মাদ গমণা হংসবন্মধুর স্বরাঃ।
চিত্রমালাধরাঃ সর্ব্বাশ্চিত্র গন্ধানুলেপনাঃ।।৭৮

শামুনা চৎপগুম ডাম্বু কাঙওগুম মুংশিবা শুরমা মচু কয়াগী মালা লৈতেংবা মতৌ অসুম্না পুম্নমক অদো মনম মুংশিবা চন্দন কয়া মশাদা লৈতেংতি ।।৭৮

মানিক্য ভূষনাচ্ছন্না ভ্রাজমানা বিলোৎসুকাঃ।
মোহয়ন্ত কটাক্ষৌঘৈ রতো মূর্ত্তি ইবাপরাঃ ॥৭৯

মণিগুম্না গানবা আভরন মসাদ শেংলি থোইদোকপা মঙানগী মশক্তি পুম্নমক অদো শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস সুখগীদমক্তি য়েংগুকপদা পুরুষ পুম্নমক্তি অঙকপনা তিল্লি হুপি পুম্নমক অদো অপাম্বগী অতোপ্পা মূর্ত্তিগী মশক্তি ॥৭৯

রূপেন বয়সাচৈব গমনেন শুচিস্মিতাঃ।
হাবহাস্ত সুললিতৈঃ সাক্ষান্মন্মথ মন্মথা ॥৮০

পুম্নমক অদো ,অশেংবনি মমোন নোক্নুনা ইবেম্মশিং অত্থনা থোঙদা অমসুং তনৌ তনৌবা বয়স অত্থনা থোঙদা মতৌ অস্নুম্না শান্নহনা অমগা অমগা অস্নুম তৌনা য়েংনরগা নোকপা অহ্ অশেংবদি অপাম্বনা পুক্নিংবু নৈহংলি ॥৮০

রূপলাবন্য মাধুর্য্যৈঃ শ্রিয়ো মুর্ত্তাইবা পরাঃ।
তাশ্চসর্ব্বান বত্মান্তো রবেভ্রষ্টা প্রভাইব ॥৮১

ইবেম্মশিং অদো তনৌ তনৌবনি নিংখিজবনা তিল্লি মতৌ অস্নুম্না অশেংবনি লক্ষ্মীগী মূর্ত্তিগুম্থ ভাক্তি পুম্নমক অদো য়েংবদা পুক্নিং হুংভাইনবগী মশক্তি খাংদা কজবি মশা চাওবি মঙাম্না হুনিংকুম্না মনিং তৌনা ফোংদোকপা কংঙি ॥৮১

প্রোচ্য মানানি নামানি শৃনু বিদ্বন সমাহিতঃ।
ললিতা ললিতা লাপা ললিতাঙ্গা রসোৎসুকাঃ ॥৮২

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়রকই হে বিদ্বন! নহাক্না পুক্নিং তপ্না তারো ঐনা গোলোক ধামগী মনুংদা লৈবা ইবেম্মশিং অত্থগী মমিং অমমম ওইনা হায়রগে॥ অমদি ললিতা, ললিতা লাপিনী, ললিতাঙ্গী ললিত রসোৎসুকা ॥৮২

বিশাখা বরবর্ণাচ বরাঙ্গা বরভূষণা।
চন্দ্রাবলী চন্দ্ররেখাচন্দ্রাভা চন্দ্রমেখলা ॥৮৩

বিশাখা, বরবর্নিনী, বরাঙ্গী ও বরভূষনা, চন্দ্রাবলী, চন্দ্ররেখা, চন্দ্রপ্রভা, চন্দ্রমেখলা, হায়রিবা পুম্নমক অসে শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবি অন্তরঙ্গা শক্তি ॥৮৩

চন্দ্রমালা চন্দ্রকলা চন্দ্রভূষার্দ্ধ চন্দ্রিকা।
চারুনস্তা চারুভূষা চারুগাত্রা বরাননা ॥৮৪

অতোপ্পা চন্দ্রকলা, চন্দ্রামালা, চন্দ্রভূষা, অর্দ্ধচন্দ্রিকা অর্থাৎ থা মচেৎকি মতৌগুম লৈজেংঙি চারুদর্শনা, চারুবদনন, মতৌ অস্নুম্না নিংখিজনা মশাদা লৈতেংঙি ॥৮৪

চিত্ররেখা মাল্যবশ্চী সুগন্ধা চিত্রিনী কলা।
চিত্রমাল্যা চিত্রমুখী চিত্রভূষা বিচিত্রিকা ॥৮৫

চিত্রারেখা, মাল্যবতী, শুভাঙ্গা, চিত্রিণী ও কলা, চিত্রমালিনী, চিত্রাবদনী, চিত্রভূষণী, বিচিত্রিকা ॥৮৫

রমনা মদনপোঢ়া মদনা বিরজাতথা।
বিশালাক্ষা বিশালোরুচন্দ্রভাগা বিনোদনা ॥৮৬

রমনা, পুরুষ পেরনবগী মশক অমসুং বিরজা মতৌ অমুম্না বিশালাক্ষী, বিশোলরু, চন্দ্রভাগা, ও বিনোদিনী ॥৮৬

সুলোচনা সুবদনা শুভহাসা শুভাননা।
শুদ্ধা শুভ্রাঙ্গদা পীতবসনা রক্ত লোচনা ॥৮৭

সুলোচনী, সুবদনী, শুভহাসনী, শুভাননী, শুদ্ধা, শুভ্রাঙ্গদধারিণী, পীতাম্বরী, লোহিত লোচনী ॥৮৭

হরপ্রিয়া হরিরতঃ হরিমোহকরীশিবা।
রতিপ্রিয়া রতিপরা রতিদা রতিমোহিনী।
রতিচিত্তহরা ভামা লালসা ললনা মতিঃ ॥৮৮

হরিপ্রিয়া, হরিরতা হরি মোহন কারিনী শিবা অর্থাৎ মঙ্গলগী মশক ওইবি রতিপ্রিয়া, রতি পরায়ণা, রতি প্রদায়িনী, রতিচি ও হারিনী, ভীমা, ভয়ঙ্করা, লালসা, ললনা, ও মতি ॥৮৮

সৌদামিনী তড়িল্লেখা আরক্তনয়না রতি।
শুভ্রহারা শুভাচারা শুভদা শোভনা শুভা ॥৮৯
মনোহরা শুভালাপা প্রীতিদা প্রীতিবর্দ্ধনা।
শত পত্রাননা রামা শুভোরু কনকোজ্জ্বলা ॥৯০

লোংথাংঙম্না য়েকশি মখোম মোকপা অঙাংবা মিংয়েং, রতি, শুভ্রহারধারিনী, শুভাচারিনী, শুভদায়িনী, শোভনা, এবং শুভা, মনোহরা, শুভালাপিনী, প্রীতিপ্রদায়িনী, ও প্রীতিবর্দ্ধন কারিনী, মনা চাম্ম পানবা থম্বালগী মায়থোং মানবী, রামা, শুভোরু, ও কনোকজ্জ্বলা ॥৮৯-৯০

হরিনা রবিবিম্বাচ বিশালনয়না তথা।
চম্পকাচ সুরাসিকা রসদা রসমোহনা ॥৯১

হরিনী, রবিবিম্ব, বিশালায়নী এবং চম্পকা, রসসিকা, রসদায়িকা আর রসমোহিনী ॥৯১

চিত্রাঙ্গদা চিত্রহরা সুচিত্র চিত্রলোচনা।
নিমেষা মাধবী মেধা মাগধী মধুরস্বরা ॥৯২

চিত্রাঙ্গদা, চিত্রহারিনী, সুচিত্রা, চিত্রনয়নী, এবং নিমেষা, মাধবী, মেধা মাগধী, ও মধুস্বরা ॥৯২

রত্নোরতা রহঃশীলা রহামোহা রহঃপ্রিয়া।
হরিনাক্ষী হারবতী লোলাক্ষী চপলাপিচ।
তুলবিদ্বেন্দুরেখাচ কালী তুলসিকা তথা।
বৃন্দাবন্দ্যাশ্চ গন্ধাশ্চ বহুরূপ স্বলঙ্কৃতা ॥৯৩

রহোরতা, রহঃ ক্রীতা, রহোমোহিনী, রহঃপ্রিয়া, হরিনয়না, হরাবতী, লোললোচনা ও চপলা অপর তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুরেখা, কান্তী, তুলসী, বৃন্দানাম্নী বরিষ্ঠাগোপী অসিদনি তোঙানবা মথল কয়া ফিজেৎ লৈতেংহুনা মশিং থংদবা খুরমহুনা অহুক্কি মথে গোপী লৈ। ৯৩

তাসাং সখী গনাশ্চান্যা হরিণাক্ষ্যঃ সবাসসঃ।

সহস্রসো বরারোহাঃ কুণ্ডলস্তো স্মিতাননাঃ ॥৯৪

ইবেম্মশিং পুম্নমক অদো মন্নামদগী থোইদোকপি সখিশিংনী অতোপ্পা শক্তিগী মিৎয়েংগুন্নি নিংথিজবা আভোরোন ফজরবা ফি ইনবি মতৌ অসুম্না কুণ্ডল অনিগী মঙান্না মাইথোঙ থদ্বালগী মতৌগুম ফজরাব লিশিং লিশিং ওইবা কোমুং মহুংদা মপান্দা মসাচাউবি গোপী পুম্নমক লৈবা ওইরি ॥৯৪

আরামং মনসোরামং বহুশ্রোভিত তংদ্বিজ।

চম্পকাশোক পুন্নাগ নাগকেশর কেশরৈঃ।

মল্লিকা মালতী যূথী করবীর করণ্ডকৈঃ ॥৯৫

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে দ্বিজ! হায়খিবা গোলোক ধামদা পুক্নিংহুবা মশিং খণ্ডদবা বোন কয়ানা ফজবা ওইরি বোন পুম্নমক অহুদা লৈহাও, অশোক, পুন্নাগ, নাগেশর, কেশর, মাল্লিকা, মালতী, যূথী, করবীর, করণ্ড অসিনচিংবা কুসুম, কয়ানা কয়ামুক লিংথিজে ॥৯৫

অপরাজিতাগস্ত্য গুচ্ছ চম্পকৈরপি।

জয়ন্তিতগরৈঃ কুন্দৈর্জবা কুরুবকৈরপি ॥৯৬

মচু কয়া অপরাজিতা, বকপুষ্প এবং ভূমিচম্পক, জয়ন্তী, তগর, কুন্দ, জব, ও কুরুবক, বোট-নচিংবা কয়ামুক ॥৯৬

লবঙ্গজাতী টঙ্কৈশ্চ মুচুকুন্দৈ নবাম্রকৈঃ।

ঝিণ্টিভি নীলপাতাভিঃ স্থল পদ্মার্ক মাগধৈঃ ॥৯৭

লবঙ্গ, জাতিকুসুম টঙ্ক মুচুকুন্দনচিংবা লৈগী জাৎ কয়া অর্থাৎ অনৌবা মনা অহুদা হুংশিংনা হুম্বা কয়ামুক লিংথিজে অতোপ্প অমনা অশংবা মেমানবা শাংলিবা লৈ স্থলপদ্ম, আকন্দ, মাগধ অর্থাৎ কেন্দুক অসিনচিংবা কয়া লিংথিজে ॥৯৭

মাধবীভিঃ সুগন্ধিভিঃ ইল্লিকাচয়রাজিভিঃ।

বকুলৈন কুলৈ রক্তপীতাপীত সিতাসতৈঃ ॥৯৮

মনম হুংশিরবা কুসুম মাধবীলতা অসিনচিংবা উ কয়া ইল্লিকা অর্থাৎ মরি চংপা লৈ মাল্লিকা কুসুমগী মপৈ উগী মথোঙদা মতৌ অসুম্না বকুল অমহুং অঙৌবা অঙাংবা অশংবা মেনানবা শংবান্নবা উপাদা হৌবা লৈ কয়ানা থোঙদা কয়ামুক ফজে ॥

পারিভদ্রৈঃ পারিজাতৈঃ যোজন সুগন্ধিভিঃ।

সন্তানকৈঃ প্রিয়ালৈশ্চ পনসাম্রৈঃ কদম্বকৈঃ ॥৯৯

লতাকুঞ্জৈঃ সুনিভৃতৈর্ম্মাল্যগন্ধাদিচর্চ্চিতৈঃ ॥১১৩

ফজবগী মথক্তা অমুক হন্না কজৈ চাংদম্লিংতাই লৈতবা গোলোক মনম হুংশিবা লৈপী পরেং মা
চংপা থোঁইদোক্লা নিভৃতনিকুঞ্জগী মমুংদা থোঙদা কোইরি ॥১১৩

সিংহ ব্যাঘ্র বরাহৈশ্চ গবয়ৈর্ম্মহিষৈরপি।
বানরৈ ঋক্ষ গোমায়ুপন্নগৈঃ রূপ শোভিতঃ ॥১১৪

মকম খুদিংদা নোংশা, কৈ, ওক, চমরী ঈরোই অস্থুম্না য়োঙ, শওম, লমহুই মহুপুম্বা মম্নাম্ন ব
অহুদা লোয়না লৈ ॥১১৪

তরক্ষুনকুলৈশ্চৈব শল্লখী কৃষ্ণসারকৈঃ।
খঙ্গরবৈশ্চ করিভিঃ ক্ষরে ভিরিতস্ততঃ ॥১১৫

মতৌ অস্থুম্না তরক্ষু, খৈরোই, শল্লকী অর্থাৎ শজি অমুবা জাৎ মম্নাম অমস্থুং শগোল গদ্ধা শা
লাব অমোম মম্নাম্না মরম ওইহুনা মমুং অহুদা বন অহুগী ফজবা ওইরি ॥১১৫

খড়্গিগবয় মার্জ্জারৈ মৃগৈর্নানাবিধৈরপি।
ক্রীড়ান্তি. সর্ব্বতো ব্যাপ্তং শান্তহিংস্রৈঃ পরস্পরম ॥১১৬

শামুগঙা লম হৌদোং অমস্থুং মথন কয়াগী শক্তি পুম্নমক হরাওনা মাপী মাগী চাম্নবী লোইনহুন
মকম খুদিংদা শাম্নদি মতৌ অস্থুম্না নোংশাগা অপিকপা শা থিবিক্কা থোংতি অমমগা অমগা পুক্লিং পেন্থ
মথল কয়া শাম্নহুনা কোয়রি ॥১১৬

কল্পমন্বন্তরাঃ সৌম্য যুগবৎসর মাসকঃ।
পক্ষাশ্চ তিথয়শ্চৈব দিনরাত্রে দ্বিজোত্তম ॥১১৭
গ্রহনক্ষত্র যোগাশ্চ রাশয়ঃ করনানিচ।
কলাকাষ্ঠা মুহূর্ত্তাশ্চ ঋতবস্তত্রূপা সতে ॥১১৮

ব্রহ্মানা হায়থি—হে দ্বিজোত্তম অঙ্গিরা। কল্পাগী মমুং যুগ, বৎসর, মাস, পক্ষ, তিথি, বার, দিবা
রাত্র, কাল, কাষ্ট, মূহূর্ত্ত, ঋতু মতৌ অস্থুম্না গ্রহ, নক্ষত্রা, যোগ, রাশি, করনদি, পুম্নমক মূর্ত্তি ওইহুন
ভগবৎকি চরণ অনিদা গোলোক ধামদা অতৎপা লৈতনা থুরমহুনা লৈরি ॥১১৭-১১৮

যক্ষরাক্ষস গন্ধর্ব্ব পিশাচোরগ কিন্নরৈঃ।
বিদ্যাধরৈ শ্চারনৈশ্চ খগ স্সাধ্য মরুদগনৈঃ ॥১১৯

অতোপ্পা যক্ষ, রাক্ষস, পিশাচ, নাগ, কিন্নর, গন্ধর্ব্ব মতৌ অস্থুম্না বিদ্যাধর চরণ; সাধ্য, সুর্পনাগ
ও মরুদগন অসিনা মরম ওইহুনা লেবা তৌরি ॥১১৯

দৈত্যৈর্ব্বাতু ধানৈশ্চ মুণিভিব্রহ্মবেদিভিঃ।
যতি বেতাল কুষ্মাণ্ড ভৈরব প্রমথৈরপি ॥১২

অহুক্কি মখৈ ওইবা মরন লৈবা পুম্নমক তৌরা মী দৈত্যে দানব অসিনচিংবা অমসুং বেদ বেদান্ত খঙবা মুণি ময়াম মত্তৌ অসুম্না লাইনিংবা ময়াম বেতাল, কুষ্মাণ্ড, ভৈরব অমসুং ভূত প্রেতনচিংবা অহানবদা কোইনা লৈ ॥১২০

আঙ্গিরি মুনিবৃন্দৈশ্চ শুক্লাদ্যৈঃ পরমৈঃ।
সেবিতং সর্বতোভদ্রে তত্রবৃত্তৈর হিংসকৈঃ ॥১২১

পৃথিবিদা পুরা বাসুকি মীশী মশক ওইবা ধৃতরাষ্ট্রনচিংবা লিপ্ন ময়াম মীশী মশক লৌতুনা মতৌ অসুম্না মঙ্গলগী মশক ওইনা কনাবু য়েঙবা লৈতনা গোলোক ধামদা অমত্তা ওইনা সেবা তৌরিদৈ ॥১২১

ত্যক্তবন্তমদৈবিক্রান্তং নারায়ণ পরায়নৈঃ।
রম্যংপুরবরং সর্বং মনঃ শ্রোত্রস্তু থাবহম ॥১২২

গোলোকতা লৈবা মী পুম্নমক নারায়ণদা পুক্নিং থম্মি বনাগুম্না নাপন তৌবা লৈতে মখোয় পুম্নমক্না থোঙদা সেবা তৌতুনা ঙিংথিবা অয়াম্বা অথোইবা গোলোকি অয়াম্বা মকম অহুদা পুক্নিং চংনা মতৌ অসুম্না ভগবানগী নাম তাতুনা নুংঙাইবা ওই ॥১২২

সোপধানং সপর্য্যঙ্কং সর্বতোভদ্রমুদ্ভিমং।
তত্রতাভিঃ সমেতাভি র্যোবাভিঃ সুরশক্রহা।
রমমানো ন বুবুধে স্বর্গনানু প্রগতামপি ॥১২৩

চাংদননিংঙাই লৈতবা আসন শৈর্য্যানা ফিনবা মকম পুম্নমক্না নিংথিজরবা মন্দির পুম্নমক অয়াম্বা কংতবা মাংহনবা মতিক চাওবা শ্রীকৃষ্ণনা অহুগুম্বা মন্দিরদা হায়খি বা মনাইশিংগা লোইনতুনা শান্নবদা পুক্নিং চংতুনা মতম কয়া হোৎখে, হৌথিবা অদো মহাক্না খঙবা ঙমখিদ্রে ॥১২৩

বিসম্মার তদাবাচং তয়োক্তা মাহতেক্রিয়ঃ।
তাভিবিদ্বন সহস্রানি শতান্যগনি তানিচ।
মিনায় বর্ষপুগানি তদা স পুরুষোত্তম ॥১২৪

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে বিদ্বন! পুরুষোত্তম বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা চাংদমিংঙাই লৈতবা লিশিং চাম্মা ওইবা ইবেম্মশিংগা লোইনতুনা ( রমমান থাকিয়া ) চহি কয়ামুক হৌখে, মতম অহুদা নুংঙাইবদা পুক্নিং লুপথিতুনা ইন্দ্রি পুম্নমক মরম অতুদগী হায়খি বা ইবেম্মা অথোইবি অহুগুম্বি অহুগী রা অহু মহাকপু নিংশংবা ঙমখিদ্রে কাওখে ॥১২৪

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী রাধা হৃদয় কৌবা ব্রহ্মানা মচা তয়েংতা লিখা গোলোকক্কি হায়রি মঙাগুবা অধ্যায়ঃ লোইরে ॥৫

ত্ররকশুবা অধ্যায়ঃ

# কাত্যায়নীর নিকট বৃষভানুর বর প্রাপ্তি।

ব্রহ্মোবাচ।—সনৎকুমারস্য শাপাৎ সর্ব্বং সংশয়িতং পুরম।
তৎশাপহত সংকল্পগণাস্তে বৈষ্ণবাস্তদা ॥১

ব্রহ্মানা হায়খি—হে বৎসগণ। তাস্তো ঐ মহাপুর গোলোক ধাম অদো সনৎকুমারগী শাপগী পুয়মক চিংনবা ওইরে অঁয়াম্বা বিষ্ণুগী মনাই বৈষ্ণ ময়াম পুয়মক লিংবা কাইরে অর্থাৎ অতংপা লৈফম গোলোক্তা ভগবৎকি সেব দা পুক্নিং চংজবা মতৌ অসুম্বা মকম অহুদা লৈজরগা ভগবানগী মনাই ওইবা পাম্জবা মখোই অহুগী পামজবা অদো মখোয় পুম্নক অরাবা ওইরে ॥১

জজ্ঞিরে বৃত্তিকুরুষু মহাত্মনো মহৌজসঃ।
নন্দাদ্যা গোপবেশাঢ্যাঃ শ্রীদামাদ্যাশ্চবালকাঃ ॥২

অয়াম্বা গোলোকতা লৈরিবা মহাত্মা অমসুং অয়াম্বা ভগবৎকি পরিবার পুয়মক পৃথিদা দ্বাপর যুগ লোইরমদাইদা যদুবংশ মতৌ অসুম কুরুবংশদা পোকখে অমনা নন্দনচিংবা গোপ পুয়মক অমসুং গোপমচা শ্রীদামনচিংবা কৃষ্ণগী মমায়বা অণ্ডাং ময়াম মংখায়স্ত ব্রজদা পোকখে ॥২

ললিতাদ্যাঃ স্ত্রিয়ঃ সর্ব্বা গোকুলেষু প্রজজ্ঞিরে।
গোবর্দ্ধনাদ্রি প্রবরে নিত্য পুষ্পফলোদয়ে ॥৩
স নানাধাতু ভিরাচ্ছন্নে নানা মণিগনা বৃতে।
ব্রহ্মান স্থাপিতা পূর্ব্বং কালিন্দ্যা তট সন্নিধৌ ॥৪

অতংপা লৈতনা হৈ-লৈ শাংপা পামবা মখোগুদা অয়াম্বা ধাতু মণিনা তিনবা অচৌবা চিং গোবর্দ্ধনগী মনাক কালিন্দী নদি মনাক মমাংগুদা ব্রহ্মানা শ্রীরাধাগী মুত্তি অমা মকম অহুদা পূজা তৌখিবা অহু লৈ মনাক অহুদা গোকুল নগরদা ললিতানচিংবি সুপি ময়াম পোকখে ॥৩-৪

শ্রীরাধার পূর্ব্ব স্বরূপবর্ণন

অষ্ট হস্তাবিশালাক্ষী চন্দ্রার্দ্ধকৃত শেখরা।
কিরীটহার কেয়ুর কুণ্ডলদ্যোতিতা ননা। ৫

ব্রহ্মানা পূজা তৌরম্বা মুত্তি অহুদি খুৎ নিপাল ( বিশালনয়ন ) ওই লাইবক্তা থা তংখাইনা লৈজেংত্তি কোক্তা কিরীট কন্থদ মণি পরেং পাম্বোমদা কেয়ুর লৈতেংত্তি নাকোং অনিদা কুণ্ডল অনিনা ওাল্লি মণ্ডায়া মাইথোং ওাল্লি ॥৫

নানাভরন সংচ্ছন্না নাগযজ্ঞো পবীতিকা।
রক্তাম্বর পরিধানা দাড়িমী কুসুমো পমা ॥৭

মথল মখা অয়ম্বা ফিনা দেহদা থোল্লি শিলনা নগুণগী মতৌগুম লৈতেংত্তি কফোই মপানগুমা অণ্ডাংবা কি শেৎলি ॥৬

রক্তামাল্যধরাদেবী কোটি ভাস্কর ভাস্বরা।
শঙ্খংচক্রংগদাং শক্তি হলং মুষলমেবচ।
দধানা ভয়মব্যগ্রা বরমেবাষ্ট ভিভুজা॥৭

অঙাংবা কুসুমগী লৈপরেং থোল্লি মঙান্না মুনিং কোটিগুম ইবেম্মগী দেহগী মঙান অর্থাৎ মহি চেনবা মাগী মচু মাল্লি শঙ্খ, চক্র, গদা, শক্তি, মতৌ অমুম্না হল, মুষল, অভয় অমসুং বর, খুৎ নিপাল্দা খুৎলাই নিপাল থোল্লি॥৭

সাদেবী পরমারাধ্যা রাধায়া পরমোত্তমা।
তিষ্ঠত্যজস্রং সাদেবী বরদাপূজিতা সদা॥৮

অচুগুম্বি থোইদোকপা মূর্তি অদো নিংমনবগীদমক রাধা ইবেম্মা মহাত্মা অত্তংপা লৈতনা বৃন্দাবনদা লৈরিবনী ইবেম্মা অদো বৃন্দাবনগী মবেম্মনী বৃন্দাবনগী ম্রোকচবিনী মহাকপু পূজা তৌজবদা মহাক্কা মতম পুম্নমক্তা পূজা তৌবা মীদা বর পিনবিরী॥৮

অঙ্গিরাউবাচ।—শ্রুতংতে বহুশস্তাত রাধিকা বৃষভানুনা।
আবিরাসাম্মহামায়া কথং তন্মেবদ প্রভো॥৯

অঙ্গিরানা হায়রকই—হে তাও! নহাক্কি মুখপদ্মাদগী মখল মথা অয়াম্বা রারি তাজরে হৌজিক মঙং করম্না অচুগুম্বি মহামায়া রাধাবু বৃষভানুনা করম তৌনা নিংগুপা মচা ওইনা কাওররিবনো রাশিং অদো শন্দোক্না ঐখোয়গীদমক তাকপিয়ু।৯

ব্রহ্মোবাচ।—মহাভানু র্গোকুলেশো গোপানাং পৃথিবীপতিঃ।
তস্যপুত্রা মহাত্মনো বিষ্ণুভক্তা জিতেন্দ্রিয়াঃ॥১০

ব্রহ্মানা হায়খি—বৎস! গোকুল মপু ওইবা গোপ পুম্নমক্কি মপু মহাভানু কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী মাগী মচা মরি অদো পুকচেন কবা ভাক্তি মথোয় অচুদগী জিতেন্দ্রিয় ওইবা বিষ্ণুদ পরায়ণ ওইবা বৈষ্ণব॥১০

বৃষভানুঃ রত্নভানুঃ শুভানুঃ প্রতিভানুকঃ।
তেষাং জ্যেষ্ঠো বৃকোরাজা মহাগৎ পৃথিবীপতিঃ॥১১

মহাভানুগী মচা মরি মতৌ অমুম্না বৃষভানু হায়বা অসে বৃকভানুমসু কৌই রত্নভানু, শুভানু, অমসু প্রতিভানু মরি অচুগী অহল বৃষভানুনা নিংথৌগী পদবি ফংদুনা নিংথৌ ওই॥১১

অশ্বমেধ বাজপেয় রাজসূয় শতানিচ।
অলভিচ্ছন ভগবৎ প্রীত্যেকার পরম ক্রতুন॥১২

বৃষভানুনা নিংথৌ ওইরবদা ভগবানগী পেম্মানবগীদমক অশ্বমেধ বাজপেয় রাজসূয় অসিনচিংবা চাম্ব চাম্ব দক্ষিনাগা লোইননা যজ্ঞ দান তৌই।১২

মহর্ষিকল্পো রাজর্ষি চক্রবর্ত্তী সতাং মতঃ।
দান্তো জিতেন্দ্রিয়ো দাতা জিতারি র্ধর্ম্মব সলঃ॥১৩

বৃষভানু মহাক অসে বৈশ্য শাগৈদা গোকপনি অহুম ওইনরক শাবোমদা পাক্লনা অয়াম্বা রাজ্য শাসন তৌই রাজর্ষিগা মান্নৈ এক চক্রবর্ত্তী ওইনা লৈ মহাক অসে ব্রহ্মর্ষিগা মান্নৈ দান্ত, জিতেন্দ্রিয়, পরম দাতা, মহাক্কি শক্তি লৈত্রি ধর্ম পুন্নমক ওাকুনা লৈ খতম অকুপা কনাগুম্বা নিংথৌনা মহাক্কি শীকহৰ্দাদি শগৰ্দবা মৌ ওইবা রাবা লৈতে ।।১৩

ক্ষমযা ধরণীতুল্যো ধানে পর্জ্জন্যবৎ বশী ।

তেজসা ভাস্করসমঃ স্থৈর্য্যেগিরিবরোপমঃ ।।১৪

অসিগুম্বা বৃষভানু অসে ওাকশিবদা মকম পুন্নমক্তা পৃথিবীগা মান্নৈ দান্দা নোংগা মান্নৈ নোংদি মকম পুন্নমক্তা চুই অহ্গুম্বা জিবা পুন্নমক্কি থমোই পেলহল্লি মওান্দা ঙ্গুবিংকুপ্নি লেংদবদা হিমালয়গা মান্নৈ ।।১৪

শৌর্য্যে রুদ্রসমঃ কোপে সপ্তজিহ্বা সমাবলী ।

গাম্ভীর্য্যে সাগরসমো মহিম্নিঃ গিরিশোপমঃ ।।১৫

সুরতায়, রুদ্রতুল্য, শাউংগা মৈগা মান্নৈ পাজল্দা বল্লিগ মান্নৈ সুকপদা সমুদ্রগা মান্নৈ মতৌ অসুম্বা মতিক মগুণদা শিবগা মান্নৈ ।।১৫

বিন্দুনাম মহানাসীৎ বৈষ্ণবো যুথরাপক্তিঃ ।

তস্যপুত্রো ভদ্রকির্ত্তী চন্দ্রকির্ত্তী মহাবলঃ ।

শ্রীদামাদি পূর্ব্বভ্রাতা মহাকির্ত্তী স্তথৈবচ ।।১৬

অহুগুমো ব্রজধামদ অনি শুদবা বিন্দু কৌবা গোপ অমা লৈ মহাক্কি পত্নী মথুরা কৌই অনিমক বিষ্ণু ভক্তনি অহুগুম্বি মুখারগী পর্ভদা বিন্দুগী মচা মঙা পোকই ভদ্রকির্ত্তী, চন্দ্রকির্ত্তী, মহাবল, শ্রীদাম, এবং মহাকির্ত্তী ।।১৬

ভানুমুদ্রা কির্ত্তীমতা কির্ত্তীদা বরজামতী ।।১৭

ভানুমুদ্রা, কির্ত্তীমতী, ও কনিষ্ট কির্ত্তীদা, বিন্দুগী মচানুপী অহুমনি কির্ত্তীদা হায়বি অসে অহানবদা কালাবতী কৌই ।।১৭

ভদ্রকির্ত্ত্যাদয়ো বিপ্রবৈন্দবা বিধিনা ক্রমাৎ ।

তেবুাহনেকাৎ মেনাং ষষ্ঠীং ধাত্রীং ধাতুকিম ।।১৮

হে ব্রাহ্মণশা । ভদ্রকির্ত্তীমচিংবো বিন্দুগী মচা মঙা অদো বিধান কাইদনা মেনক, মেনা, ষষ্ঠী, ধাত্রী অমসুং ধাতুগী অসিগুম্বী কন্যা মঙা লুহোংখে ।।১৮

বৃকভ্ভোনুবরজা মুপযেমে যথাবিধিঃ ।

তস্যাং রমমনঃ কামে নিনায় বহুবৎসরম্ ।।১৯

অহুগুম্বা ভদ্রকির্ত্ত্যাদির, মঙা অসিগী মচনুপি কির্ত্তীদা বৃষভানুদা বিধান কাইদনা অহুঙদি কির্ত্তীদা অদো লুহোংখে কির্ত্তীদগী মওং মশক মগুণ লমচৎ অমুদা বৃষভানুগী পুক্নিং লুপথিদুনা অহুগুম্ব বর কন্যা ( সম্ভোগসুখে মগ্ন হইয়া ) চহি কয়া হৌখে ।।১৯

তদন্যানাস্তি লোকেঽস্মিন গতির্বৈ বাত্তনন্দনা ।।২৬

মহারাজ ! ইহলোক অসিদা মহাক্তি উপাই নত্তনা অতোপ্পা গতি লৈতে মহাক অহুদি পুন্নমক্তি হুদিগী নুংঙাইবা পিবিদি মরম অসিনা মাঙোন্দা চংজরবদি হৌজিক ঐথোর অনিগী মরল ওইগনি ।।২৬

গোবর্দ্ধনাদ্রিপ্রবর পার্শ্বে কাত্যায়নীগুভা ।

কালিন্দ্যাঃ স্বচ্ছতোয়ায়াঃ কচ্ছান্তিকঃ বরেন্নৃপঃ ।।২৭

কির্ত্তীদানা রাজা বৃষভানুদা হন্দখি—হে নৃপ ! গিরিবর গোবর্দ্ধন অহুগী মনাক্তা মক্রবা ঈশিং যমুনাগী মপাল পুক্লিং হুবা অথোইবা মকম অহুদা মজল পিবিশে হায়বগীদমক মহামায়া কাত্যায়নী মূর্ত্তি মকম অহুদা লৈয়ে ।।২৭

নানামৃগ গনাকীর্ণে নানা পক্ষীনিনাদিতে ।

মঞ্জু ভ্রমর সংঘুষ্টে লতাকুঞ্জ সমাবৃতে ।।২৮

হে রাজন ! মকম অদো পুক্লিং হুবা চান্ন চান্ন ওইবা তরু পাম্বি উরিনা য়েংপা কয়াযুক কুঞ্জ য়ুম অকোইবদা মখন কয়াগী য়েংবদা নিংথিজবা শজি কয়া অয়াম্বা উচেক কয়া খোঙবা তাবদা হুংশিবা খোঞ্জেলনা নিঙ্গি ময়াই কাহুনা লৈহি চুপকদৌবগী খোইমুনা অতংপা লৈতনা লৈ থিবিক্তা ভংহুনা কোইরি ।।২৮

চিদ্রূপা পরমেশানী পরমাবরদা নৃনাম ।

তামারাধায় যত্নেন যদীচ্ছসি হিতং বরম্ ।।২৯

হে নাথ ! জিবা পুন্নমকী নিংবা পিনবী জ্ঞানগী মশক ( পরমা প্রকৃতি ) পরমেশ্বরী কাত্যায়নী দেবী। মকম অহুদা লৈয়ে অহু ওইরবদি ইবুংঙোনা করনবা তৌবিয়ু বর পাম্বিরবদি চংথোয়া যত্ন তৌনা মহাদেবী নিংবিয়ু ।।২৯

ব্রহ্মোবাচ।—এ ত্তনিশম্য বচনং প্রিয়ায়াঃ প্রিয়মাত্মনঃ ।

অনপত্যঃ সুতার্থোর্তো জগাম তপসেবনম্ ।।৩০

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদা হায়খি—হে বৎস ! মচা কংদবদগী কওবা পামজবদা য়ারবা রাজা বৃষভানু মহাক্তি চান্নবি কির্ত্তীগী মচিন্দগী মহাক্তি পামজবা অহুগুম্বা বা তারবদা থিন্দনা অহুগুম্বা গোবর্দ্ধনগী মনাক্তা লৈবা বন্দা তপ তৌগে হায়না চংখে ।।৩০

কালিন্দ্যাঃ কচ্ছমভ্যেত্য অপঃ স্পৃষ্ট্বা শুচিং শুচী ।

প্রানাপানৌ সমানোদানব্যানা নেক মালসঃ ।

নিয়ম্য যতবাক্ স্বস্মিন্নাসনে বিশদচ্যুতঃ ।।৩১

নিংথৌ অদো পুক্লিংজনা যজবা যমুনা মপান কংওবদা অশেংবা ঈশিং শোকচবদা দেহা অদো শেংঙে অমত্তা ওইবা রাখন্দা মকম অহুদা চংখোয়া আসন্দা কম্মগা মথুং অহুদা প্রাণ, অপান, সমান, উদান, অমসুং ব্যান, মুংশিং ফাজন্নুনা যতন তৌনা থোঙ থিংজন্নুনা বা তাংদনা লৈখে ।।৩১

অগ্নি বায়ৌ জলে বায়ুং জলমাকাশ ভৌময়ৎ।
কুণ্ডলিন্যা মহাত্মানং সহস্রার সমুপানয়েৎ ।৩২

মহারাজ বৃষভানু মশা অকোইবা নৈনা ময়াইদা দুংশিং চাহুনা লৈ ঈশিংদো কুম্বগা আকাশদা খুং থাজংতুনা দুংশিং চাহুনা লৈ অহুগী তুংদা চংখোম্না যোগন থোক্ত ওইহুনা কোক্কা নৈবাক্তা খোংনা মথক্তা হকচাং লেংদনা ( জীব আকে লইয়া ) কোক্তা নৈবা থম্বালগী দল লিশিংগী ময়াইদা লৈবা পরমাত্মাগা লোইনহুনা থম্মোইদা লেংদনা লৈখে ।।৩২

একাহারো নিরাহারো বর্ষং তোয়াসনঃ স্থিতঃ।
ফলমূল পয়ঃপর্ণ বায়ুভক্ষো জিতেন্দ্রিয়ঃ ।।৩৩

জিতেন্দ্রিয় বৃষভানু চহি অমা ঈশিংদা লৈ থা অনি উহৈ চাই থা অনি ঈশিং থকই, থা অনি উনা চাই, থা অনি নুংশিং চাই অসুম তোনা চহি অমা চাই, চহি অমা শুকচা চাদে অসুম্না দেবী নিংহুনা লৈ ।।৩৩

পাদাঙ্গুষ্ঠেন বিষ্টভ্য ধরণী মূর্দ্ধবাহুকঃ।
উর্দ্ধমুখাক্ষঃ পাদৌ দ্বাবষ্কং সমুপানয়ৎ ।৩৪

মতৌ অসুম্না নিংথৌনা খোঙবিনা লৈপাক্তা নেংলগা পাম্বোম অনিনা থাংনা থাজংতুনা চহি অমা অহুদগী কোক্কা লৈপাক্তা খোঙনা অকাশদা অকিবা তপ তৌখি ।৩৪

অনয়চ্ছত্ত বর্ষানি রাজা নিয়ত্ত মানসঃ।
তত্ত্ববর্ষশতে যাতে বাগুবাচা শরীরিণা ।।৩৫

পূর্ক্কিং চংখোম্না রাজা বৃষভানু মতৌ অসুম্না অকনবা ব্রত চহি চাম্মা থানা থাওখে মতুঙ অহুদা মশাদি মাউদবা থানা আকাশদগী শৈংপতিনা মাড়োন্দা অসুম্না হায়রকই ।।৩৫

আভাষ্য বৃষভানুং তং নাদয়ন্তী নভস্থলম্।
বৃষভানো নিবোধেদং বচনং হিতমাত্মনঃ ।।৩৬

মহারাজ বৃষভানুবু থাগৎপা থাহৈনা শৈরৎপতিনা মতৌ অসুম্না অসুকপা খোজেলনা মরম ওইহুবা আকাশ থুঙনা কৌরকই হে বৃষভানো ! নহাক্কি ফাননবদো ঐ হায়গে ঐনা হায়রিবা অসে তারো ।।৩৬

পথ্যং শ্রেয়স্করং বৎস কুরুস্ব তদনন্তরম্ ।।৩৭

হে বৎস ! অহুগী তুঙদা অচুপ্পা মঙ্গল ওইনমবগীদমক হায়রিবা থা অসে তারগা মতিকচাবা কর্ম্ম অদো তৌরো ।।৩৭

হরিনাম বিনা বৎস কর্ণশুদ্ধির্ণ জায়তে।
তস্মাৎ শ্রেয়স্করং রাজন্ হরিনামা সুকীর্ত্তনম্।
গৃহাণ হরিনামানি যথাক্রম মন্বিতঃ ।।৩৮

হে বৎস ! হরিনাম তাবা নত্তনদি কৌবগী মাহোং শেঙদে মরম অসিনা থোইদোক্ক মঙ্গল ওইননবগীদমক হরিনাম সোম্লো হে রাজন ! হৌজিক ভোগদৌরিবা অহুগী মতুংইন্না নহাক্কা ওইনা

হে দেবী ! অমানবা পদবি পিবিয়ে ঐশ্বরত্তন মম্বি। নহাক্না মরম ওইহনা ঐখোয় খিবিক্তৌ তৌরকপা পাপকী মপৈ মাংহনবিগে হাইবগীদমক নহাক্কী মায়ামা ঐগী য়ুমদা পোকপাওয়া পিনবিয়ে অর্থাৎ মচা ফংবদগী দোষা ঐগী য়ুমপানবগী লৈত্রে নহাক অসে লাই হিংচাবা অমত্তং মীশিংগী খিন্দনা কন্যাগী মশক ওইনা পোকপিহুনা মচাপোক্তবগী দোষ কোকপিরে ঐগী য়ুম পানবগী থর্মা ওাকপিরে ॥ ৮৫ ।

জাতাসিভূভার হৃদে সুদুহ্যদ্রাং বধায়দেবেন্দ্রকৃত দ্বিষাং মম ।
তাতস্তমম্বেতি কুতোহত্তসম্ভবঃ পথোক্ত জম্বিন্দ্রভবাঃ সবিত্রা ॥ ৮৬ ।

হে দেবী ! হুহৃদ ওইবা লাই পুম্নমক্কি য়েরুবা মাংহনবিনবা মরম্গীদমক মতৌ অসুম্না নত্তবা থশ্মনা পৃথিগী অরূম্বা কোকপিগে হায়বগীদমক নহাক্না ঐগী য়ুমদা অবতার ওইবিরী নহাক অসে কনান মমানো কনান মপানেঃ পোকইবা অহুনা কদাইদগীনো মরমদি নহাক্না জগৎকী মমানি ব্রহ্মা, ইন্দ্র, মহাদেব, পোকইবা অসে নংভোল্দগি ওইরিবনি ॥ ৮৬ ।

তাতেতি মাতেতি বিড়ম্বণং ত্যজ ত্বং মাতৃ তাতো জগতামমুভূতাম্ ।
প্রসীদ বিশ্বেশ সমর্হণাচ্চিত্ত বরাম্বি, পাথোরুহ যুগ্মকেনমঃ ॥ ৮৭ ।

হে মাতঃ ! পিতা মাতা হায়না ঐথোই অনিদা তাকপিরিব অদো থুনা মতম অসিদা থাদোকপিয়ু মরমদি অসিগুম্বা মরোল অহুমদা লৈরিবা পুম্নমক অসিগী মমা অমত্তং মপা নহাক্কি সংসার অসিগী মপু চংখোননা পুক্ষ: তৌকম নহাক্কি চরণ থম্বানদা খুরমজরি হায়জরি হৌজিক ঐগী ইকমদা চানবিয়ু ॥ ৮৭ ।

পুরোনমস্তেহস্তু পুরঃ স্থিতায়াং পশ্চান্নমস্তেবরদে তবচ্ছিবে ।
ব্রবীমি ভাগ্যং মমকিং গিরেশ্বরি প্রসীদ জাতাসি যতে'ণুকম্পয়া ॥ ৮৮ ।

হে বরদে ! কোম্নুং মমুংদ লৈরিবী নহাক্কি নহাক্কী মাংদা খক্রমজরি সংসারগী অবাবনা পুল্লিবা ককথংনবগী মশক ওইবি নহাকপু নহাক্কী তুংদা খুরুমজৈ চানবিয়ু পুম্নমক্কী মবেম্মা ওইবি ! ঐগী লাইবক ফবগী রাব্ কবি হাইগনি ? নহাকপু নিংজবদগী ঐগী য়ুমদা পোকপিরম্নীবনি ॥ ৮৮ ।

বিভাসি শুদ্ধস্ফটিকান্তরং গতাযথা দেবী সমাপসংস্থিতা ।
তথাবিভাসি জগদীশ্বরি ত্বং জড়েষু রূপেষু পরমাত্মরূপে ॥ ৮৯ ।

হে দেবী নাক্না লৈরিবী জবাপুষ্পগী মতৌগুম তত্তাং ভত্তাংবা অমদি স্ফটী মকত্রবা য়ুদ্বি অত্তাংবগুম উই হে জগদীশ্বরী ? অহুম্ ওইবা নহাকা চৈতন্য স্বরূপ পরমাত্মাগী রূপ জগংতা কোং-দোকপিরে ॥ ৮৯ ।

ব্রহ্মোবাচ । –ইতি সংস্তুয় সংস্তুয় প্রণিপাতক্তা চেশ্বরীম্ ।
ভক্তিনম্রাত্মধী রাজা প্রাহগদ্‌গদয়াগিরা । ৯০ ।

ব্রহ্মানা হায়খি— বস ! অচুম্বা মেংকোমলশিবি লম্ব ইমা ইবেম্বগী চন্দ্রদা থব তৌহুনা থুরমলগা বৃষভানু হিক্লা হাইবা বাটহনা মতৌ অপুম্বা হাইজখে ॥ ৯০ ।

বৃষভানুরুবাচ ।—অদ্য সহেয় রূপকমলোকি কম্পিতোবথম্ ।
বিধাতৃতত্ত্বে মুর্দ্ধন্যং যোগিনামপি তোষ্ঃ ॥ ৯১ ।

বৃষভানুনা দেবীগী মাংদা হঞ্জখি—হে বিধাতৃন ! পরমাত্মাগী মমক ওইবি দেবী ! যোগীশিংনা ফংঙমম্রবা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা অসিগুম্বা ওইথোকত্রবা রূপ নহাকী হুমজনবিরো ঐনা নংতোম্না থুরমজরি ॥ ৯১ ।

কিংত্রতঃ কীর্ত্তিদায়াশ্চ ভাগ্যং জন্মশতার্জিতম্ ।
ভবত্রিজগতাং মাতুরপিমাতা ভবদযতঃ ॥ ৯২ ।

হে জগন্মাতঃ ! কীর্ত্তিদাগী লাইবক কবগী রারি করি হায়সিগে ? মরমদি মরোল অচুম্বা মমানি নহাক অসে মপোক কন্যাদা তৌরকপা পুণ্যগী কলনা মরম ওইহুনা অতোম্না নহাক্না ইমা হায়বরে ॥ ৯২ ।

ব্রহ্মোবাচ—নরবৃক্ষ তস্য মুদাশিরেভিতাপ্রনম্য পাথোক্লহ সন্নিভাণনা ।
জগাদতাতং করুণার্দ্র থীবরী শুভস্তীপাথোণয়নে শনৈরিব ॥ ৯৩ ।

ব্রহ্মানা হায়খি—হে বংস ! রাজা বৃষভানুগী মু শিবা রাঙাং তারবদা ফুগাইনা শাম্পা থম্বালতুম্বা মাইথোং ওইবি ইহেশ্বনা পেনখিহুনা মিং অমিদা পীতাহুনা মাংওইননা অর্থাৎ হয়াওবদগী পী তৈথোক তৈংথাকুনা অগুম্বা হাইরকই ॥ ৯৩ ।

শ্রীদেব্যুবাচ ।—মহত্তা তপসোগ্রেণ ত্বয়াতাত গৃহপ্ষ্ঠা ।
অয়য়ারাধিতা রাজং ত্বং পুত্রীত্বমিতোগম্ ॥ ৯৪ ।

দেবীনা হাইখি—হে তাত ! যুত্রপানবগী থগ্মী চংপা থোইদৌক্লা তপ তৌবা ইমা কীর্ত্তিদাগ লোইনহুনা নহাক্না ঐবু থোইদৌক্লা নিংখি হে রাজন । নখোয় অমিনা নিংবা অহুনা মরম ওইহুনা মখোয় অনিগী মচানুপী ওইহুনা জগ্মা ওইরিবা অসিনি ॥ ৯৪ ।

দর্শিতানি স্বরূপানি ময়া প্রত্যয়কারনাৎ ।
ময়িবিশ্বমিদং ব্যাপ্তমাকাশেনৈব সর্ব্বতঃ ॥ ৯৫ ।
পয়োবা সর্পিষা যদ্বন্নবেণ মৃন্ময়ং জগৎ ॥ ৯৬ ।

হে পিতঃ ! নখোয় অনিগী পেন্নবগীদমক ঐনা অহুকী মথৈ ওইবা রূপ নংগীদমক দর্শন পিরীবনি ঐতোম্নগী জগৎ অপুম্বা ওইরিবনি প্রমানদি আকাশন পৃথিবী কুপপি মনুংদা পুম্মক লৈ অমনা আকাশনা পুম্মক সিনবা থুংতি অহুগুম্বা ঐনা মরম ওইহুনা জগৎ অপুম্বা সিনবা থুংনা লৈ প্রমানদি ঘি হাইবা অসে শঙ্গোমগী মনুংদা লৈ মতৌ অহুগুম্বা জগৎ অসিদা ঐনা চংহুনা লৈ জগম্মনি শিনবা থুংনা লৈ ( আমাতে বিশ্বত্ব বিব ও আমি আছি) ॥ ৯৫—৯৬।

ব্রহ্মোবাচ—ইত্যুদীর্য্য তদা তাঞ্চ গন্ধর্ব্বস্য মহাপদম্।

আধায় সাঙ্গুলী বক্ত্রে বালবৎ প্রকরোদচ ॥ ৯৭ ।

ব্রহ্মানা অজিরদা হাইখি—হে বৎস। মহাত্মা পিতা বৃষভানুদা দেবীনা অসিগুম্বা বা হায়রগা মহাকি মায়ানা মরম ওইদুনা অমুক হয়া ইচম চম্বা মুপী মখা অমগুম্বা চয়ণী থোঙবি মুখগী মুপতুনা অমুক্তা লাম্বগুম্বা কপখ্রে ॥ ৯৭ ।

কার্ত্তিকী কুসুমাকার গর্ভপ্রান্তিকবর্চ্চসা।

রূপেণাসদৃশী রম্যা বভৌ সর্ব্বাঙ্গ সুন্দরী ॥ ৯৮ ।

ফুগাইনা শাংপা ককোইগী মপানগুম্বা তঙাং তঙাংবা মুমিং লিশিংগী মতানগুম্বা দেহগী মতান থোইদোক্পা ভানবী পুক্কিং হুনা ফজবা রূপংত্তা অনিস্থনা লৈতবা অঙকপা ওইবা দেবীগী রূপ ফোংদোকখে ॥ ৯৮ ।

ভূতং ভব্যং ভবিষ্যঞ্চ যদ্রূপঃ ত্রিষু বিদ্যতে।

লোকেষু দ্বিজশার্দ্দূলাঃ কিঞ্চিন্নসদৃশং ভবেৎ ॥ ৯৯ ।

ব্রহ্মানা মচা তরেৎতা হায়খি—হে দ্বিজশ্রেষ্ঠগন। মরোল অহুমগী মমুংদা লৈবা রূপ শেমখি রূপ কয়াম্বু মাংদ লৈ কয়াংদু ওইখ্রে অহুমনদি ওহরগা অসিগুম্বা রূপ অসিগী মনাক্তা অমগা মান্নবদি ওইদ্রে ॥ ৯৯ ।

ততো বৃকো নরবৃকো জাতকর্ম্মাদিকাঃ ক্রিয়াঃ

চকার মতিমাস্তস্যা ব্রহ্মানৈ ব্রহ্মবাদিভিঃ ॥ ১০০ ।

অতুগী তুংদা মী মরক্তগী নোংশাগুম্বা পুরুচেল ফজরবা বৃষভানুনা ব্রহ্ম খঙবা ব্রাহ্মনা মরম ওইদুনা কন্যাগী জতকর্ম্মগীদ্রমক অয়াম্বা থবক অপুম্বা লিল্লখে ॥ ১০০ ।

রাধিতা তপসোগ্রেণ বাধ্যারাধ্যতয়ামুনে।

যেন রাধেতি তস্যাঃ স নামচক্রে পিতাতদা ॥ ১০১ ।

হে মুনে! মতম কুইনা দেবী নিংজবদগী (বাধ্য হইয়াছিলেন) মরম অদুদগী পিতা বৃষভানুনা মরম অদুদগী রাধা হায়না মিং থোনখে ॥ ১০১ ।

মতাং অসিদা শ্রীব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী রাধা হৃদয়

ব্রহ্মাগী মচা তরেৎকা ভাংনবা রাধা হায়না

মিং থোনবা পোকপগী ফারি তরেৎ শুবা

অধ্যায়ঃ লোইরে। ৭।

## অষ্টম অধ্যায়ঃ

# গোলোক প্রতি সনৎকুমারের অভি শাপাখ্যান

অঙ্গিরোউবাচ।—যোগিযোগেশ্বর্য্যা ব্রূহি যোগেশ্বরেশ্বর।

কস্মাৎ শপ্তং পুরংতেণ গোলোকাখ্যং মহাপ্রভম্ ॥ ১ ।

অঙ্গিরা ঋষিনা রাধিকা পোকপগী য়ারী তারবদা ব্রহ্মাদা হংজখি—হে যোগেশ্বরে শ্বর। যোগী পুম্নমক্কি ঈশ্বরী ওইবী রাধা মতান চাওবা গোলোক মহাক্কি মহৎপুর করি মরমগী অভিশাপ ওইরিবা অদো অমুক্তা তাকপিয়ু ॥ ১ ।

সণৎকুমার মুনিনা সুতেনা তে পয়োজ্জ।

কুজায়ত কিংকর্ম্ম কুত্রস্থঃ কৃতনান্ হরিঃ। ২ ।

হে পদ্মজ! মহাক্কি নচা ওইবা জ্ঞান লৈবা সনৎকুমারনা মরম ওইদুনা ভগবদ্ধাম গোলোক করি মরমদগী শ্বারৌরিবনো মতৌ করম্না শ্রীকৃষ্ণ কদাইদা লৈখিবগে মহাক্না করি মরমগি নিংবা-কাইবা ওইরিবমো মরমদি মাডোন্দা মহাক্না শাওদুনা শাপ তৌরি ॥ ২ ।

ভক্তায় গুরবো ব্রূয়ুঃ প্রণত'য় কুগুহ্যকম্।

নতৃপ্যামঃ পিবন্তস্তৎ কথামৃতা মণুত্তমম্। ৩ ।

পিপাসা বর্দ্ধতে নিত্যং পিবতাং তদ্গুণামৃতম্। ৪ ।

হে প্রভো! হাইনিংঙাই লৈত্তনা অথুপ্পা ওারি মতম্ অসিদা ওই অহুম্ ওইনমক্ হংজবা মনাইদা গুরুসিংনা মাদো তাকপিগদব ওই মরম্ অত্তুনা নহাক্না থোজানবিদুনা ঐথোয়খিমিকতা তাকপিয়ু ঐথোয়খিবিক্না হরি কথা মৃত থক্চারি ঐথোয়খিবিকনা পেনবা লৈজত্রে, হরি লীলা মৃতবু তাজবা অতংপা লৈত্তনা তাজবা পামজরে ॥ ৩—৪।

ব্রহ্মোবাচ।—বৎস যেন নধ্যাস্তা ব্রহ্মরূপা সনাতনী।

চিদ্রূপাঃ পরমে শানী তং শাস্তং মলগর্ত্তবং। ৫ ।

ব্রহ্মান হাইখি—হে বৎস। চিৎ স্বরূপা পরমেশ্বরী অরেপ্পা ব্রহ্মাগী রূপ্ মাধানা মরম ওইদুনা পুক্কিংনা থোঙ ওক্তন হৃদীদা নিংবা ওইদে মরম্ অত্তুনা অহুওন্বী হৃদীগি কোহুংদা উই হাইনা খঙভো ॥ ৫ ।

পত্ত্যাং ঘাভ্যাং নিরন্তস্থায়ত্তনানি গন্তা নতাঃ।

তে পদে ধরণী জন্মবন্তাবোলং মমানঘ। ৬ ।

হে অনঘ! ঐনা মচি ওইবা পাওতাক্ হায়রগে তারো, পৃথিবীদা পোককাদৌরিবা অহু-গুম মীমা মথোঙ অনিনা মরম্ ওইদুনা তীর্থদা চংতে মরম্ অহুদগী অহুগুম্বা মথোঙ অনি অদে অহেন্বা ওইরে কোংত্রাব চিংশা মাজরে ॥ ৬ ।

অজনাভান্তকধ্ব সিমহ্যোক্ত চ্চরণাম্বুজৌ ।
অচ্চিতৌ নাচ্চিতৌ বেণ স বাহুঃ শবমাছবৎ ॥ ৭ ।

(অজনাভ) নারায়ণ (অন্তকারী) মহাদেব মতৌ অমুম্বা ব্রহ্মাণনা জগৎকি মমা ওহাব রাধিকাগী পাদপদ্ম অনিদা পূজা কৎলি অমুগুম্বা চরণ অনিদা মখোয়গী মথুং অমিনা পূজা তৌত্রবা তৌত্রাবী অমুগুম্বা মখোয়গী মথুং অদো সিবগা মমৈ থঙতো ॥ ৭ ।

শ্রোত্রে বিলেতেদ্বিজবর্য্য যাভ্যাং নপীতং গুণকর্মচামৃতম্ ।
নাজঘ্রতো যে তুলসী সুগন্ধং যে নাসযুগ্মে ভাষরেমলস্ত ॥ ৮ ।

হেদ্বিজবর্য্য ! অথোইবা ব্রাহ্মণসিংগী মমুংদগী নহাক্না থোইদোক্না অথোইবনি মরম্ অমিনা ঐনা নহাক্পু থাগৎতুনা হায়রি মাথোইগী নাকোং অনিনা ভগবৎকি গুণ কীর্ত্তন অমম্ভং অমু গুম্বা লীলা কথা অমৃত তাত্রব অমুগুম্বা নাকোং অদো তসেংবদি ফংত্তবা থম্কম্গা মাম্নে অর্থাৎ হরি কথা তানিংত্রবা নাকোং পাললুবগী মহৈ করিনো ॥ ৮ ।

ত্তে চক্ষুষি তচ্চরাণারবিন্দ মন্দ্রাসবং সর্ব্ববিমোহ মোচকম্ ।
যাভ্যাং ন পীতং মহুরস্তমানে দ্বাস্তেণ পশ্চেতি মুষৈবধত্তে ॥ ৯ ।

মেংজবা মতম্দা অঙকৃপা কোকপা ভগবৎকি চরণ অনি (শোভামৃত) অমুগুম্বা মিং অনিনা মেংজরগা থামোইদা ঐকান্তিক ওইনা নিংত্রবা অমুগুম্বা মিং অনি অদো রাহোংগী মমৈদা থাগুম্বা লৈরিবা অমুগুম্মি অর্থাৎ অসেংবদি ফজানবগীনি কাম্নারদি নত্তে ॥ ৯ ।

বিবিৎসা বর্ত্ততে সারো জন্মকর্মাদিলাপনে ।
হরেরুদার বৃত্তস্যাভিৎস্যে শৃনু সত্তম ॥ ১০ ।

হে ঋষিসত্তম্ মহাকি বারি হরিগী জন্ম কর্মা লীলাগী বারি সাধু পুম্নমক্না তাংনবা অমদা সাধুসিংনা মুংঙাইবা ওই ॥ ১০ ।

উগ্রেণ তপসা প্রাপ্তা হরিনোদার কর্ম্মনা ।
সা রাধা পরমারাধ্যা চিদ্রূপা বিশ্বমোহিনী ॥ ১১ ।

বৎস ! চৈতন্যরূপা বিশ্বমোহিনী । শ্রীরাধাবু নিংজবা ভগবাণ নারায়ণনা থোইদোক্না বানা নিংজবনা মরম্ ওইদুনা মহাকপু ফংজাবনি ॥ ১১ ।

হিমালয়োদারগিরেঃ সুতাং গঙ্গাং সরিদ্বরাম ।
গাত্রেণিলীয়াস্তরঙ্গং গীর্ব্বাণাঃ প্রিয়শ্চসাঃ ॥ ১২ ।

ভগবাণ নরায়ণগী লক্ষ্মী অমদি সরস্বতী অথোইবিনী হিমালয়গী মচানুপী তুরেল পুম্নমক্কী গঙ্গা অথোইবিনী মাঙোন্দগী ওইখি ॥ ১২ ।

দারৈশ্চতুর্ভিঃ পরমৈ রমমাণো বসৎসুখম্ ।
তাসু সর্ব্বাস্বভ্যধিকা প্রিয়া প্রিয়তরাদপি ।

মযি জাবান্ত গোলোকে ভূত্যস্তুর্ব্বাভিরীবৃনী
দুর্ব্বৃত্তং শঠতুর্ব্বৃত্তং বরীবৃত্তো মরাকরোৎ ॥ ২০ ।

হেদুর্ব্বৃত্ত ! হে শঠরাজ ! ঐনা গোলোকতা লৈরিঙৈদা নতারা লমচৎ হুমদনা চঙ্খিত্র হেদুর্ব্বৃত্ত ! অদুককি মথে লৌনম ভৌত্রা ঐতোন্দা ? অর্থাৎ ঐতোন্দা তাৎ ভৌথমনা পুরুমক কোংদোকনে মাসিদা নহাকপু চিংনরে ! চিংনাদনা ঙমত্রে ? ॥ ২০ ।

সংগৃহ্য মাংপ্রেয়ামিষ্টাং গোলোকাধনজ্জলম্পট ঃ
তাবৎ ত্বাম্বাপুরা সর্ব্বং সখাভির্ব্বারিতং মুহুঃ ॥ ২১ ।
পূর্ণত্রক্ষে বিরজায়া সার্দ্ধং চন্দণকাণনে ॥ ২২ ।

মতৌ অসুমা বিরজাগ লোইনদুনা মমাংতৈদা বিহার ওইবা অদু ঐনা হায়া থংজি সখী সিংনা নহাকপু হয়া হয়া থাম্থি অমুক হয়া বিরজাগা অদুগুম্বা চন্দনবনদা উখি । হেলম্পট মতি চৌর অসিগুম্বা লমচৎ নহাক্কি মরম্ অসিন মিংবা থুংনা চারুখি অসিগা লোইনাহনা থুন গোলোকপুরী চৎলো ।। ২১—২২ ।

এবমাকর্ণ্য তদ্বাক্যং রাধাঃ বীক্ষ্য ক্রোধান্বিতা ।
বিরজা যোগমাস্থায় সরিদ্রূপাভবৎ ক্ষণাৎ ॥ ২৩ ।

বিরজা শ্রীরাধাগী অশাওবা উবদা হাইরিবদো তাবদা কিমদনী মতম্ অদুদা যোগন তুরেল ওইদুনা সীলিং ওইন চেনখে ॥ ২৩ ।

ষট্‌ত্রিংশদযোজনায়ম্ দৈর্ঘ্যে যোজনকং শতম্ ।
নোদ্বষ্ট ধরণী জাতান্ ভক্ত্যা গমণ যোমুখা ॥ ২৪ ।

তুরেল অদো য়ুথক্ কুম্থ্ তারুক্ পাক্ই শাংবনা য়ুথক্ চাম্মা শাংদুনা পৃথিতয়া চেনথ রক্পদা উ কয়া তেক্খে মখা পাংন লু লুকথাদুনা চেনখে ॥ ২৪ ।

বিরজেতি তদালোক বিদ্বন্সা প্রেথিতা ভুব ॥ ২৫ ।

হে বিদ্বান্ ! আজয়া ! অদুদগি পৃথিবীদা বিরজা হাইরি মহাকপু অর্থাৎ তুরেলগী মশং ওইদুন পৃথিদ কালিন্দ্রি যমুনা হাইখি ॥ ২৫ ।

তত. সংভূয়ো দেবাষ গন্ধর্ব্বোরগ কিন্নরাঃ ।
অহং ভবাজণাত্ত শক্রাদি প্রমুখাঃ সুরাঃ ॥ ২৬ ।
সগদগদঃ সাশ্রুণেত্রাঃ পুলকাঙ্কিত বিগ্রহাঃ ।
স্তুবন্তো মুহুরব্যগ্রা ভগবন্তং পরাৎ পরম্ ॥ ২৭ ।

অদুগিতুংদা ভগবানগী মাংদা তপ-তপা দেবর্ষি, গন্ধর্ব, নাগ, কিন্নর, মতৌ অসুমা বিষ্ণু মহাদেব অমসুং ইন্দ্রদেবগনা পুন্নাথক্ থিংতপিতান ছিক, হাইবা মাহৈনা তুজুংবা ওইদুনা মাংদা তুংদা পরমপুরুষ ভগবানবু স্তব তৌখি ॥ ২৬—২৭ ।

জ্যোতির্ম্ময়ং পরংব্রহ্ম সর্ব্বকারণ কারনম্।
অমূল্যরত্ন-নির্ম্মাণ রত্নসিংহাসণস্থিতম্॥ ২৮।

অসংখ্য মশানগী মশক, ওইবা পুম্নমক্কি (কারনেরকারণ) ওইবা পরমব্রহ্ম ভগবাণ শ্রীকৃষ্ণ মনি মুক্তান সেম্বা কোম্নুংদা রত্না সিংহাসণ মথক্তা ফাললি ॥ ২৮।

সেব্যমাণঞ্চ গোপালৈঃ শ্বেতচামর বায়ুনা।
গোপালিকা নৃত্যগীতৈঃ পশ্যন্তং সস্মিতা ননং॥ ২৯।

গোপময়াম্না চামর অভোবা পাইদুনা হুংশীবন মরম্ ওইদুনা থৌগন তৌবা মমোন নোক্লুনা মাইথোং থম্বাল গোপীসিংনা জগোই শাই ঈশৈ শক্‌ই সেবা তৌদুনা দর্শন ওইদুনা লৈখি ॥ ২৯।

পরিতো ব্যাবৃতং শশ্বৎ গোপৈশ্চ শতকোটিভিঃ।
চন্দনোক্ষিত সর্ব্বাঙ্গং রত্নভূষণ ভূষিতম্॥ ৩০।

দেহ পুম্নমক্তা চন্দ রত্ননা লৈতেংবা কম্নামুক নিংথিজে মতৌ অস্নুম্না গোপ শতকোটিনা মাইকৈ মারিদা কোইদুনা লৈ ॥ ৩০।

নবাণনীরদ শ্যাম কিশোরং পীতবা সসম্।
যথ দ্বাদশবর্ষীয় বালং গোপালরূপিনম্॥ ৩১।

ফুইন হৌব নোং শংবানননা ফজবা দেহেদা স্নাফিগে থোনবা চহি তরানিথোইগি বয়স ওইবা অঙাংগী মতৌগুম্বা গোপালরূপী পরমাত্মা গোবিন্দগী পুক্লিংছবা রূপ ॥ ৩১।

কোটি কোটি শীতাংশু সংশীত দ্যুতিং শ্রীবৎসবক্ষসম্।
কোটি কন্দর্প লাবণ্য লীলালাবণ্য ধামকম্॥ ৩২।

ঈংবদা থা কোটিদগী হেন্না ঈংনঙাল্লি থবাক্তা শ্রীবৎসচিহ্ন কোটি কন্দর্পগা মান্নে মতৌ অস্নুম্না লীলাগী মশক, অমত্তা ওইবা লৈফম্ মশক অর্থাৎ সংসারদ লৈরিবা ফজবা পুম্নমকী তুংনকম্ সংবাননবা রূপ্‌তা হাইজাদুনা লৈ ॥ ৩২।

সস্মিতাননং পাথেজ গোপিভিঃ সংস্পৃহংদ্বিজ।
রত্নেন্দ্রসার মাণিক্য বিচিত্রাভিমুদেক্ষিতম্॥ ৩৩।

হেদ্বিজ! গোপী পুম্নমকী চংথোম্না থৌরাংজবা রূপ মমোন নোক্‌পা মাইথোং থম্বাল চাওদম্‌নংঙাই লৈজবা রত্ন অমসুং মণিনা সেম্বা অরাংব কিনা লৈতেংবা দেহদা থোইদোক্না হুরাওবা রূপ উজাখি ॥ ৩৩।

প্রাণাধিকা প্রিয়তমা রাধাবক্ষ, স্থলস্থিতা।
তয়াদত্তঞ্চ তাম্বুলং ভুক্তবন্তং সুবাসিতম্॥ ৩৪।

চান্নবী রাধাগী বক্ষজদ য়েংদুনা লৈ অদুগুম্বী শ্রীমতি রাধান মনম্ হুংশিবা ঈসিং তাম্বুল চাবদ পুক্নিং চ্‌বা অদুগুম্বা থোইদোকপা রূপ শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহ ॥ ৩৪।

সরিপুর্ণতমং রাসে নর্ত্তরা বরস্তেয়াহ ।
মুলয়ো মণবঃ সিদ্ধা তপসা বয়াকাবধাঃ ॥ ৩৫ ।
প্রহৃষ্ট মানসাঃ সর্ব্বে জগ্মুঃ পরম বিস্ময়ম্ ।
পরস্পরং সমালোচ্য তে সমুচুশ্চতুর্মুখম্ ॥ ৩৬ ।

অয়াম্বা লাইগী মুপী ময়াম্বা থলাবা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী রাসহৌদা উৎপ্রে মুণি, মনু, সিদ্ধগণ, অমস্তুং তর্পন মরম্ ওম্বহনা পাপকি মপৈ মাংখে, মতৌ অমম্বা তপ তৌবী মুপী মথোইথিবিক পুকিং হয়াওনা ভগবংকি রূপ উজখি উবদা ওকখি মতুং অহুদা অমসা—অমগা তাকনহনা পুম্নমক্না ভগবাণ ব্রহ্মাদ হংজখি ॥ ৩৫—৩৬ ।

নিবেদিতং জগন্নাথং স্বাভিপ্রায়মভীপ্সিতম্ ।
শ্রুত্বা তদ্বচনং ভ্রুত্বাবিষ্ণুং স্মৃত্ব স্বর্বাঙ্গলে ॥ ৩৭ ।
ব্রহ্মাহ সংস্মৃত্য কৃষ্ণো বচনং মধুরোপম্ ॥ ৩৮ ।

জগন্নাথগী নিংব থুংননবগী ব্রহ্মাণ হজংখি, ব্রহ্মাণ অঙ্গিয়াদ হাইখি—বৎস ! মথোয়গী অপাম্ব বা তারবদা মস্তক চাওবা বিষ্ণুবু নিংসংলগা লেপত্তন নৈখি, অহুগী তুওদা ঐনা ঙিং-জাবনা ময়ম্ ওইরহুন শ্রীকৃষ্ণনা য়েংথংবদা ঐবু য়েংবিহুন মুংশিবা বাহে তাকপি ॥ ৩৭—৩৮ ।

## গোলোকে রাসরচনা

শ্রীকৃষ্ণোবাচ —ব্রহ্মন বাদয় বাদ্যানিনৃত্যন্ত্বপ্সরসাং গণাঃ ।
ভরো গায়ন্তু গীতানিপ্রীতঃয়মেহংতি সুস্বরম্ ॥ ৩৯ ।

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাবু থাগৎতুনা তুংদা লাহদবা হায়খি—হে ব্রহ্মন্ নহাক্না পুত্‌্থৈয়্ জগোই শাবীসিংনা জগোই শাহল্লু মহাদেবন মতম্ পুন্নমক্না ঐবু পেন্‌নবা মুংশবা স্থূম্বন ঈশৈ শক্‌ত্ত । ৩৯ ।

তস্মিন্ মহোৎসবে রাসে সর্ব্বেষাং প্রীতিদেহণব ।
ততোমুঞ্চন্ প্রিয়ারোষং বিভজ্যাত্ম সমাত্মনা । ৪০ ।

হে অনঘ ! পাপ্ চেন্দবা অঙ্গিয়া জাবা পুন্নামকপু পেলহল্লয়ে হাইবগীদমক্ অহুওম্বা মহারাস শ্রীকৃষ্ণন রাধিকাগি আশাওবা থামঙ্গিজহুনা মহাক্না মহাক অশাদগী মথন মথা অমাম্বা তোঙান তোঙাননা রূপ ওইখি ॥ ৪০ ।

শতধা রূপ লাব ণ্যৌদার্য্য মাধুর্য্যরিষ্ঠিতম ।
দ্বিভূজং মুরলীহস্তং বনমাল্য বিরাজিতম্ ॥ ৪১ ।

শ্রীকৃষ্ণণা মহাক্কি চপ্ নাম্নবা চা কয়া ওইবা তোঙাম তোংতান্‌বা রূপ পুন্নমক্ অদো চপ্ মাম্নৈ অর্থাৎ পাম্বোম অনি পান্‌বা মুরলী পাইবা সংবান্‌না ফজবা অতৌবা দৈ পরেং খোন্‌বা তনৌ তনৌনা পুকনিং হুনা ফজবা পুন্নমক্ অদো মওং মতৌ চপ্ মান্নৈ ॥ ৪১ ।

থম্বালদা মনম সুংশিবা ঈশি, থা পিথি মতৌ অসুম্না গোপী অনীদা মরাহদা কৃষ্ণ অমমম্ ওইদুনা নিংথিজবা ওইখি ।। ৪৭ ।

অথাম্রিব দথানন্দ সম্মোহাদ্রিবরং গতাঃ ।
ভূজাবাচিহ্নত্ত তরসা ভূজাভ্যাং কৃষ্ণমাহরৎ ।। ৪৮ ।

সুংঙাইবা সমুদ্রাগী ইপোম্মদা তাম্বদুন গোপী অমগা কৃষ্ণ অমগা ( আলিঙ্গন করিতে হেন ) কনাগুম্বী গোপীনা থুংজিংথোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণ মহাকি খুৎ অনিগ জাপ্‌ন ফিংশনদুন লৈথি ।। ৪৮ ।

রাসোৎসবে সংপ্রবৃত্তে বাগ্মী মধুরবাদিনী ।
বীণামাদায় বাহুভ্যামবাদয়ত সুস্বরাম্ ।। ৪৯ ।

মতৌ অসুম্না গোলোকি রাস সান্নবা উজবদা স্বরস্বতী ইবেম্মনা বীনা পাইদুনা সুংশিবা সুরনা খোঙথি !! ৪৯ !

ব্রহ্মোবাচ ।- অহং মৃদঙ্গং পনবং বিষ্ণুস্ত্রৈর্বর্ণপরিহ. ।
ভবস্ত্বয়ুরূপা সার্দ্ধং সগণেভ্যো ব্যক্তীর্গণৎ ।। ৫০ ।

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদ হাইথি - বৎস ! মতম্ অদুদা ঐনা পুঙ্‌ বৈ অয়াম্বা সুর পুম্নমক নৈহৎপা বিষ্ণু সুংশিৎ অর্থাৎ ওস্তুর কৌবা পুঙ্‌ য়েথে অয়াম্বা জ্ঞান পিনবা মহাদেবন ঈশৈ শকপা তম্বুর পাইদুনা গন্ধর্ব্ব ময়াম্ মতৌ অসুম্না কাল মহাকাল ভৈরব অসিনচিংব লোইনদুনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা মাধুর্য্যরস মপুং ফানবা ঈশৈ সকপা হোৎখে ।। ৫০ ।

সুস্বরো মধুরালাপৈ মূর্চ্ছনা মূর্চ্ছতৈক্রমাৎ ।
মূর্চ্ছিতৎ সাখি গন্ধর্ব্ব সুরাসুব মনোরগম্ ।। ৫১ ।

মহাদেবগী ঈশৈ সুংশিনা তাবদা সুমহৎস্তুনা থাইদ্রে অসেংব সঙ্গীত মথং-মথং তাবদা অনম্বা নচিংব লিল ময়াম্ দেবা সুর, গন্ধর্ব্ব, সিদ্ধ, মতৌ অসুম্না-সভাদ লৈরিবা পুম্নমক অমম্বা ওইনা থানম্থি ।। ৫১ ।

সযক্ষে রক্ষ কিং মর্ত্ত্যবিদ্যাধরং মুনীশ্বম্ ।
বিসংজ্ঞং হরগীতেন মধুরালাপ মূর্চ্ছনৈং ।। ৫২ ।

যক্ষ, রাক্ষস, কিংপুরুষ, বিদ্যাধর, মুণীন্দ্রগণ পুম্নমক থাইদ্রে রাগ রাগিনী সুংশিবা ঈশৈ মহাদেবন শকপা তাবদা মতম অমত্তদা সংগ লৈথিদ্রে সিবপা মাম্নথে ।। ৫২ ।

বীণাবাদ রবৈর্বিধন্ সমস্তাদ্রাস সমস্তালম্ ।
চিত্রাপিতমিবা ভংতে সতদারা মণ্ডলম্ ।। ৫৩ ।

হেবিদ্বান অঙ্গিরা ! "মক্তিক্ চাওবী স্বরপতিগী বিনা খোঙবা-তাবদা অয়াম্ব রাগ মণ্ডলদ লৈরিব পুম্নমক্ চেদা য়েক্‌পা লাইগী মতৌগুমথে উন শাব মুর্ত্তিগুমথে অর্থাৎ অদুগুম্বা বীনাগী খোনা তাবদ জাগ মাংজোইদবা লৈত ।। ৫৩ ।

# শিব সঙ্গীত শ্রবণে রাধা কৃষ্ণদ্রব

অত্যন্তং মধুরঞ্চৈব সুকোমল মধুস্বরম্ ।
ভূয়োলিশম্য তদগাতংদ্রবীভূতো ক্ষণাদিব ॥ ৫৪ ।

ফুগাইন শাংদ্মা থম্বানুগী মনম্ মুংশিবা সুরগা লোইনবা তাবদ রাম্বয়োইদবা কনাগৈ হন্না হন্না মহাদেবগী ঈশৈ শকপা তাবদ তার তারগা খুদক্ অদুদা শ্রীরাধাগা লোইনুন শ্রীকৃষ্ণসু মতম্ অমত্তদা ঈশিং ওইদুন চেনখ্রে ॥ ৫৪ ।

নির্ম্মলং স্ফটিকা ভাসং জলং গোলোক ধামকম্ ।
ব্যাপ্তবন্তেন সংভ্রান্তাঃ সর্ব্বদেবাঃ সবা সবাঃ ।
হাহাকারং তত চক্রুঃ কিমতে দিতি চিন্তয়ন ॥ ৫৫ ।

মণিগী মণ্ডপগুম্ মকত্রাব অদুগুম্বা ঈশিংগী মপৈন খুদক্ অদুদা গোলোকধাম সিনবা থুডখ্রে অদু উবদা শচীগী মবুংভো ইন্দ্রগা লোইনহুনা অয়াম্বা লাই ময়াম্ মাংঙে মাংঙে হাইদুন হৌগংনরকলে । আঃ ! একিহইল ? অদুম্বা চিন্তা তৌনাখ্রে ॥ ৫৫ ।

অহোদৌর্ব্বল্য মহাত্মাং কর্ম্মোজ্জযশসো গুণান্ ।
কর্ম্মনশ্চ পরিজ্ঞাতুং ন শক্যামঃ কথঞ্চন ।৫৬ ।

অমগা অমগা লাই ময়াম্ পরমেশ্বরগী কর্ম্ম অমসুং যশঃগুণ থবক্তা ঐখোয় পুম্নমক্কি পাঙস দৈত্রে খঙবা ঙমদ্রে অসুম্বা হাইনাখি—আহা ! করিনো অঙকপা বিষয় ভগবানগী কর্ম্ম করিনো মক্তিক, মগুণ ঐখোয় পুম্নমক্কা খঙবা ঙমগদবা ওইদ্রে অর্থাৎ থবক করমবগী ( কি-ঘটনাহয় ) মাদু থজিকতং কাওবা হায়বা ঙমদ্রে ॥ ৫৬ ।

ক্ষযাতা মূর্ত্তয়ো হ্যেতাঃ কৃষ্ণস্য পরমাত্মা ।
রাধায়া বা মহেশান্যঃ ক্ষগতং বা সমণ্ডলম্ ।
কুতোবা তোয়মায়াতং সর্ব্বংব্যাপ্নোতি গোলোকম্ ॥ ৫৭ ।

করিনো ঙকখ্রেদা ! পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা মূর্ত্তি কদাইদা চংখ্রে ? অমনা শ্রীমতি রাধাগী মূর্ত্তি ময়াম্ কদাইদা চংখ্রে ? মতৌ অসুম্বা অদুগুম্বা পুক্লিং হুবা রাসমণ্ড অদো কদাইদা চংখ্রে ? মিংত্রংগী মতৌগুম্ব ঈশিং অসিন কদাইদগী লাকলিবনো ? মহাক্কা গোলোক হিনবা থুংখ্রে ॥ ৫৭ ।

অহোঅদ্ভুতমেতন্নো দৃষ্টংকর্ম্ম মহাত্মণঃ ।
তুষ্টুবু স্তেতদা কৃষ্ণং সরাধাং দেবসত্তমাঃ ॥ ৫৮ ।

অঙকপা ওইহনা দেবর্গনা হায়জখি—আহ ! পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা থবক ঐখোয় পুম্নমক্কা উক্তরে তৌরিবা মতৌ অসে অমুক্তা ওইখিদ্রি অসুম্বা হাইদুনা লাই পুম্নমক্কা রাধাগা লোইনবা শ্রীকৃষ্ণ অনিদ স্তব তৌখি ॥ ৫৮ ।

একোঽহং পুরুষো যো নিত্যং সদসদাত্মকম্ ।
শ্রুতিস্তদ্বয়স্য বিষয়ং ত্বাং নৌমি পুরুষোঽব্যয় ॥ ৬৬ ।

হে অব্যয় পুরুষগোবিন্দ ! অমত্তা ওইব পুরুষ নহাক্না পুম্নমক্কি অহানবদা লৈরম্মি নারায়ণনা অহানবনি অমুম্না শ্রুতিগ হাই অসিগুম্না অকোইব অসিদা ব্রহ্মনা অহানবনি সৎ অমসুং অসৎ অনিমক্ ব্রহ্মনি হায় মসে শ্রুতিগ, তাব অমসুং খোঙ্গেন অনি অসে পরব্রহ্ম নহাক্কি ইবুংঙো নংঙোন্দা ঐখোয় পুম্নমক্না খুরমজরি ॥ ৬৬ ।

ইতিশ্রুত্যাদিভিঃ স্তোত্রৈ র্মধুরৈঃ সুপদৈরপি ।
ততোদেবান্ প্রহস্যাহ শিবোদাযান্নুসান্ত্বয়া ।
বিক্রুরান্ সজলস্নিগ্ধ মেঘগম্ভীরয়া হরি ॥ ৬৭ ।

নিংথিজবা চরোনদ ভিনবা সুংশিব খোঙ্গেন ওইবা অমুম্না শ্রুতিন হাইখ্রবা স্তব অহুনা মরম্ ইওহুনা ভগবাগনা মমোন্ নোকপ মাইথোং অয়াম্বা লাই পুম্নমক্কী মাংদ হৌরকপ নোংগুম্বা গম্ভীরস্বর থোইদোকপা মহাক্কি ওইবা মঙ্গোল ওইরো হায়বা রাঙাংনা লাই পুম্নামকপু পুক্কিং তপথাহনখ্রে ॥ ৬৭ ।

শ্রীকৃষ্ণোবাচ।—সুস্বাস্ততো নভেতব্যং কর্ম্মণা বোঽমরামম ।
কৃত্য পরীক্ষ্য হ্যেতেন ব্যেতু বো মনসোজ্বরঃ ॥ ৬৮ ।

লাই ময়ামবু থাগৎহুনবা শ্রীকৃষ্ণনা হাইখি—হেওমরগণঃ নখোই পুম্নমক্ পুক্কিং তপ্থো অর্থাৎ অঙকপদো কর্ম্মন মরম্ ওইহুন নখোয় পুম্নমক্না কিগনু অসিগুম্বা কর্ম অসে ঐনা নখোই পুম্নমক্পু য়েংগদৌরিবনি নখোয়গী চিংনবা অহু থাদোক্লো ॥ ৬৮ ।

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্যাভাষিতমাকর্ণ্য দেবা ভব পুরোগমাঃ ।
সুপ্রসন্নমুখাঃ সর্ব্বে সাস্রাঃ শ্বাস্তেন সাত্ত্বিতাং ॥ ৬৯ ।

মহাদেবনচিংবা লাই পুম্নমক ভগবাগনী মশা উদবা য়াথং তারবদা মাইথোং মকালামথ্রে মথৌ অমুম্না খেমজনবা রানা মরম ওইহুন পুম্নমক অদো পুক্কিং নুংঙাইরে অর্থাৎ নুংঙাইহুবা রাখন থাদোকলে ॥ ৬৯ ।

বিস্ময়োৎফুল্ল পাথোজ মনোবদন চক্ষুষঃ ।
তমাবভাষিরে দেবাঃ কৃষ্ণমজ দলেক্ষণম্ ॥ ৭০ ।

ভগবংগ মরম্ ওইহুন খেমজনবা কংঙবদা লাই পুম্নমক্ ফুগাইন শাৎম্না থম্বালগী মতৌগুম (মুখপদ্ম ও চক্ষু) মতৌ অমুম্না পুক্কিং নুংঙাইরে হরাওব মিংয়েংন শ্রীকৃষ্ণদা পুম্নমক্না মতম্ অহুদা নোক্নুকহুন অমুম্না হঙ্গৎখি ॥ ৭০ ।

দেবা উচুঃ । নৈস্ত্রৈত্রং ভগবস্তি ত্বয়ি যোগেশ্বরে শ্বরে ।
বিচিত্র কর্ম্ম মাহাত্ম্য রূপৈ শ্বর্য্যংশিমুক্তিদে ॥ ৭১ ।

ভগবংক্তি চয়োন্দা লাইঁ ময়াম্মা পেনবিনবগীদমক্ অস্মুম্না হাইজখি হে ভগবণ্! নহাক্তি অয়াম্বা যোগী পুম্নমক্কি মপূ অচুগী মপুনি নহাকি ওইধা অসিগুম্বা মতৌ ঐশ্বর্য্য অস্মুম্না মোক্ষ, পিনবিবা খঙবা ভমমোই থবক্কি মওং নহাকপু খঙবা ভগদোবা ওইদে মমমদি পুম্নমক্কি মশক্তি ঈশ্বরগী থবকপু কনান খঙবা ভমগদগে ॥ ৭১ ।

কোবিজ্ঞাতুং ক্ষমোদেব তব বিশ্বাত্মকর্ম্মণঃ ।
চরিতং মনসাগম্যং বচসা কথং না হরে । ৭২ ।

হে হরে! ইবুংঙো নহাক্ অসে পুম্নমক্কি আত্মা নি অয়াম্বা থবক পুম্নমক্ নংঙোন্দগি ওইবনি নহাক্কি মহিমা লোক্ অসিদা মঙাংনে পুক্কিংনা থবক্কা খঙবা ভমদে হেদেব! নহাক্কি থবকপু কনান খঙগদগে ॥ ৭২ ।

যদিতেঽনুগ্রহোঽস্মাসু ভক্তাভীপ্সিতদো যদি ।
কৃপণেষুচ বাৎসল্যাৎ দেহিনো দর্শণং বিভো ॥ ৭৩ ।

হে বিভো! মতম্ অসিদা ঐখোয় পুম্নমক্কা থোজানবিক্তুনা অমনা য়ারবসিংগী মফমদা থৌ-জানবিগদবা ওই হে গোবিন্দ! অদু ওইরবদি মুংশিবিত্তুনা কোংদোকুপি তোল্লবা লাইশিংদা দর্শণ পিনবিয়ে মহাকপু উপাবদগী ঐখোয় পুম্নমক অরাবা ওইরে ॥ ৭৩ ।

ব্রহ্মোবাচ । - এবং সম্প্রার্থিতো দেবৈরলক্ষ্য গতিরীশ্বরঃ ।
সহসাবিভুং প্রেম্ন পাবয়ুক্ত কলেবরঃ ॥ ৭৪ ।

ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ হায়খি—হে ব্রহ্মণ! গতি লৈত্রাতুন শ্রীকৃষ্ণগী মফমদ (প্রেমপূর্ণ) ওইরতুন দেবগন হাইজবা তারবদা উহসমদবাদগী হায়জবা অদুদা ফোংদোকখে ॥ ৭৪ ।

নবীন সজলশ্যাম পাথোধর বরচ্ছবিঃ ।
বনমালারাজিতোরঃ স্থলো রথোরসি স্থিতঃ ॥ ৭৫ ।

কুঁঈনা হোবা শংবানবা নোঙগী মচু মানবা দেহদা অভৌব লৈ পরেং খোনবা থবক্কা মতৌ অস্মুম্না শ্রীরাধিকাগী মবুংঙো অঙকপা মুশিবা মিংয়েং পুক্কিং হুবা রূপনা ভানখে ॥ ৭৫ ।

বর্হচূড়ঃ সস্মিতাস্যো দ্বিভুজশ্চ সুলোচনঃ ।
মনোহরম্ বেণুগীতৈ মূর্চ্ছণা মধুরস্বরৈঃ ॥ ৭৬ ।

কোক্তা য়াহোং মতুগী চুরান নিংথিজবা মোমোন নোকপা মাইথোং দ্বিভুজ মুরলী খোঙবা খোই খোইবা ছাখেক্ মুংশিবা মিংয়েং বেণুগী মুংশিবা খোঞ্জেনা জগৎ মুমহংনবা ওইবা পুম্নমক্কি পুক্কিং হুখে ॥ ৭৬ ।

কোটিগোপাল গোপীভি বীজ্য মানো মৃদান্বিতঃ ।
স্তূয়মানো মুনিগণৈঃ সুনন্দ নন্দকাদিভিঃ ॥ ৭৭ ।

খোইদোক্লা পুক্লিং হয়াওনা কোটি ওইবা গোপ অমস্থুং গোপী কোটি লোইনন্থুনা মাংলা উইনখে, রূপ উজাবদা নারদনচিংব মুনি পুম্নমক পেলহল্লবিগে হায়ন্থুনা মতৌ অম্মুম্না সুনন্দ নন্দমাচিংবা ময়াম্না কোইশল্লি ।। ৭৭ ।

তংপ্রোক্ত সকলাদেবা মুদমাপুর নুত্তমাম্ ।। ৭৮ ।

পুম্নমকী পুক্লিং পেনবা রূপ ফোংদোকপা শ্রীকৃষ্ণব দর্শণ ওইবদা লাইপুম্নমক চাংয়মনিংঙাই লৈতনা হরাওখি ।। ৭৮ ।

( গোলোকে সনৎকুমার আগমন )

এতস্মিন্নন্তরে বিদ্বং শ্চরন্ননুগতৈঃ সহ ।

শিষ্যৈঃ প্রশিষ্যৈ স্তচ্ছিষ্যৈর্মুনিভিঃ সংশিতব্রতৈঃ ।। ৭৯ ।

য়েংবদা চহি মংঙাস্থবা অঙাংগী মতমগুম্না অখোইবা যোগী ব্রহ্মাগী মচা সনৎকুমার গোলোক্তা মতম অম্বদা থুংঙরে মথং মথং ওঈনা পরিবা পুম্নমক হাইরখি ।। ৭৯ । তাৎপর্য্য—হে বিদ্বান অঙ্গিরা ! লাইময়াম্না অশেংবা দর্শন লোইরবা শ্রীকৃষ্ণ অদো মুংঙাইনা লৈবকাল মতম্ অম্বদা ইবুংঙো চরণদা সনৎকুমার ব্রততা লোইনন্থুনা মুনিশিংগা মতৌ অম্মুম্না তুংইনবা শিষ্যা অতোপ্প শিষ্যা ময়ামগা লোইনন্থুনা গোলোক্তা থুংঙরে ।। ৭৯ ।

বেদ বেদাঙ্গ বেদান্ত পুরানা গমবেদিভিঃ ।

পঞ্চযট্ শতসংখ্যৈস্ত বায়ুবদগতিভি র্মুনে ।। ৮০ ।

হে মুনে ! অয়ান্বা মুনিসংগী শিষ্যা চামঙা চাক্রুক মখোয় অদো চৎপদা তুংশিংকী মাং থাই পুম্নমক অদো বেদ, বেদাঙ্গ, বেদান্ত অমস্থুং পুরান আগমনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক খঙব হৈবা ঙাক্লি ।। ৮০ ।

অগুরোয়া মহাতেজা গ্রীষ্মতীক্ষ্ণকরপ্রভাঃ ।

ধমণীতিরবচ্ছন কলেবর বরঃ সুধী ।। ৮১ ।

লৈরিবা পুম্নমক অম্বনা শাওরবদি মঙাম্না কালেনগী নুংশাগা মান্নৈ নুমিৎকুম্না শন্নদা উননা লৈতেংঙ কোক্তা মৈনা কুপ্পগুম্নি পুম্নমক অদো নিংথিবা বুদ্ধিনা তিল্লি ।। ৮১ ।

মেরুলম্বোদরা মাংসঃ কোটরাবিষ্ট লোচনঃ ।

অনাভিদোলিত শ্মশ্রু রাজিচ্ছন্ন কলেবরঃ ।। ৮২ ।

পুম্নমক্ অম্বগী মশা অদো মতোং য়াওদে য়োংকী চৈগুম্নি তুমিন্না লেপ্পুনা লৈ মখোয় অম্বগী নমিৎ অংদি কুংখিবনা তিন্ মথুনগুম্নি মতৌ অম্মুম্না খোইদৌয় কুংলি তারকপা পিনা হমাংনা মনাঅপুম্বা চোংলি অমস্থুং ময়াং কংভি । ৮২ ।

রৌরবাজিন বাসোভিঃ পরীধানৌ ত্রবীরকঃ।
অবৃদ্ধবৃদ্ধতাপন্নঃ প্রগল্‌ভবদনোরুবাক্ ॥ ৮৩।

পুন্নমক্ অদো রুরু হায়বা জাতিনি শজি মউম শেংগী ঈনবস্থ কিশুরা মতৌ অসুমা অহলগী মতৌগুম্ (প্রগল্‌ভর্তা) মাং ওইনা খা নব তিন্নবা মাইথোং মকালামজবা অর্থাৎ কনা অমত্তা পণ্ডিং নত্তবা য়া'ওদে ॥ ৮৩।

আপিঙ্গায়ত কেশৌঘ জটামণ্ডল মণ্ডিতঃ।
কমণ্ডলু ব্যগ্রদণ্ড করদ্বিতয় শোভিতঃ ॥ ৮৪।

য়োঙগী মচু ভাক্লি শমগী মপৈ ওইরিবা জটা (সেইজটাজাল) কোক্তা জটা পুন্নমক অতুগী খুৎ অনিদা দণ্ড অমসুং কমণ্ডলু পাইবা ভাক্লি ॥ ৮৪।

শ্রীনারায়ণ নামৌঘানুচ্চৈ রুচ্চারয়ন্মুহুঃ।
শ্রীনারায়ণ নামৌঘ কৃতৎতিলক মাবহন্ ॥ ৮৫।

শ্রীনারায়নগী নাম পুক্কিং চংনা শোল্লি মতৌ অসুমা নারায়নগী নাম মছা পুন্নমক্তা চন্দতনা লৈতেংভি ॥ ৮৫।

মুণিভিঃ স্তুয়মানস্ব প্রভয়েব হুতাশনঃ।
শ্রুতি স্মৃতি পুরাণোক্ত হাসাগম বিদাম্বর ॥ ৮৬।

হাইরিবা মুনিসিং অহুদি মছা অদো মঙাল্লা তিল্লি; অশেংবদিদু মৈঙম্মি মতৌ; অসুমা শ্রুতি, স্মৃতি, পুরান, ইতিহাস, আগমনচিংবা পুন্নমক খংভি ॥ ৮৬।

সনৎকুমারো দেবর্ষিঃ কৃষ্ণদর্শন লালসঃ।
প্রতীহারৌ পতাম প্রেত্য প্রোবাচ মধুরং বচঃ ॥ ৮৭।

শ্রীকৃষ্ণদর্শণ পামজবগীদমক্ লাকচবা সনৎকুমার দেবর্ষি পুন্নমক্তগী অথোইবা গোলোক থামদা খুংঙরবদা থোংঙ বপসিংগী মকমদ হায়জ'খ মুংশিবা থাহৈনা কৃষ্ণগীনাক্ য়োজপে অসুমা হাইখি ॥ ৮৭।

মার্গং দদত ভদ্রং বো দিদৃক্ষা স্বজনাত্তকম্।
কৃষ্ণং কৃষ্ণঘনশ্যামং ভক্তানুগ্রহ বিগ্রহম্ ॥ ৮৮।

হে দ্বারপালক্ পতে! নখোই পুন্নমক মঙ্গল; ওইরো মনাইবু খৌজানবিবা (বিগ্রহবান) ভগবান পুন্ননাড় ফুকনা হোৱ শংবানবা নোংগী কুচু মানবা অহুগুদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাকপু দর্শন ওইজগে অসুমা ঐথোয় পুন্নক্তা পামজৈ মরম্ অসিনা নঙাক্তা থোঙ হাংদোকচুনা জগি থাদোকপিয়ু ॥ ৮৮।

প্রতীহারিণউচু।—রহঃ স্থো মাধুনাদ্রষ্টুং শক্যঃ কেণা প্যুরুক্রম।
ক্ষণং বিশ্রাম বিপ্রর্ষে সঙ্কশংক্রক্ষ্যাসি প্রভুম্ ।। ৮৯।

সনৎকুমারনী রা ভারবদা থোঙ শংবসিংনা মখোয় পুন্নমক্তা হাইখি—হে বিপ্রর্ষে! মতম্ অসে ভগবান উরুক্রম শ্রীকৃষ্ণদি অচিকপা মকমদা রাধাগা লোয়নতুনা লৈখি মরম অতুনা কনা অমত্তা মঙোন্দা অতুগুন্না মতম অতুদা দর্শন ওইব মতম নত্তে মরম অসিন মতম্ খরা মকম অসিদা কমতুনা নহাক্ত পোৎথাখো তুংদা মপান্দা লেংথোক্লকলগা প্রভুবু দর্শণ ওইবিয়ু ।। ৮৯।

সণৎকুমারউবাচ।—অধুনৈব ময়াকৃষ্ণোদ্রষ্ট ব্যোরহঁ সিদ্ধিতঃ।
দেহিদ্বারেমরে মূঢ় ইত্যুক্তা প্রবিশৎ বলাৎ ।। ৯০।

মতিকচাওবা সনৎকুমার পুন্নমক ধ্যানযোগদা থংভি অহানবদা লাকপা অতুগুন্না লাইময়াম পুরিং হরাওনা শ্রীকৃষ্ণগা রাসমণ্ডলদা লৈবা থোংঙাকপা অতুনা মঙোন্দা ঙাইখো হায়বা মিনম্না রাঙাংনা খান্না মরম অতুদগী অশাওবা ওইবা ঋষি অন্নাবা ওইতুনা মাঙোন্দা অমুক হন্না হায়খি হায় অপংবা ওইদবা বা ঙাংব্রা! মকম অসিদা খামতুনা শ্রীকৃষ্ণবু মতম অসিদা ফংহন্দবনি নহাক্তা ঐবু থাদোকউ অম্তুয়া হায়রগা পাঙ্গননা কোম্নুং চংগে অশুম্না থৌরাং তৌরে ।। ৯০।

অবরোধিতোবেত্রেণ দেবর্ষিঃ প্রাহতং রুষা।
নসেছ্যে প্রতিঘাতঃ রে ক্ষণং শ্রীকৃষ্ণদর্শণে ।। ৯১।

থোংঙাকপাসিং অতুনা চৈ পাইতুনা থংলি অতু উবদা শাওখ্নুনা ঋষিনা মঙোন্দা হায়খি! রে মূঢ়! মিংকুপ্ অমতং শ্রীকৃষ্ণ দর্শণগী লাকপা ঐখোয়বু অবাবা পিবা নত্তিক ওইদে ।। ৯১।

দ্বারংদেহি নচেৎ শপ্সে সপুরং ত্বাং পরাধম।
ন জানাসিচ রে জাল্ম পশ্যমে তপসো বলম্ ।। ৯২।

থোংঙাকপসিংনা মীনম্না রা হায়বগী শাওবনে অমনা চৈনা থংপগী সনৎকুমার অশাওবা অনি শুতুনা মৈগী মূর্ত্তিগুমখে, থোংঙাকপা অতুদা অমুক হন্না থাগৎতুনা হায়খি (অরেজাল্ম মূর্খ! ওরেনরাধম) য়োঙমানবা অপংবশা নংনা ঐবু থঙদব্রা? থোঙ হাংদোকলবস্নু মতম অসিদা ঐ অমুক্ হন্না চংঙরোক্ চংহনব্রবনিনা মিংকুপ অমগী মতমদা কোম্নুংগা লোইনবা নখোই পুন্নমক মাংবত্তারেদ্ধ হৌজিক নংনা ঐগী পোকপদগী শ্রীকৃষ্ণ নিংবগী পাঙ্গল য়েংঙো ।। ৯২।

প্রতিহারিণউচুঃ। -অনুগৃহ্ন মুনে নাথ সুদীনাম দীণবৎসল।
গচ্ছশ্রমেণ াহপুরঃ প্রবেষ্টবাত্বয়াগুরো ।। ৯৩।

থোঙসংবসিংদা শাওরিবা অদো উরগা ত্তোল্লবা থেংঙসংবসিংনা নোল্লুকপা রাহৈনা দেবর্ষি সনৎকুমারদা হায়জখি—হেনাথ! হেদীনবৎসল! হে ঋষে! ঐখোয় অসে অতোলবনি ঐখোয়বু থৌজানহিম্নু! হে গুরু! মকম অসিদা ঙহাক্তং পোথাবিতুনা অবাবা কোল্লগা মতুংদা নহাক্তা কোম্নুংদা চংবিগদবা ওই ননাইসিংদা শংওবিগদবা ওইদে শাওবিম্নু ।। ৯৩।

সনৎকুমারউবাচ।—অদ্যুগ্রহস্ত পাত্রার্ঘিমোক্ষাদ্যাধিয়োজনং।
মুচায় পণ্ডিতমান্যাং মন্ত্রদানাঃ অপৌরুষম্ ॥ ১৪ ॥

মী ওইনা পোক্লো অসুয়া সনৎকুমারনা খোঙজাকপসিংদা হাইখে—হে প্রতিহারিগন! নখোয়না হৌজিক্ থোঙাকবিয়ু হাইনা হাইকদবি অদো মহৈ মাঙলোই কজিন্নো। হায়বদা নাপন্ তৌই জান হৌজেঙ নখোয় অসে পণ্ডিতা মাইথিবা পি অপংবনা খংঙদ্রা নখোয় পুন্নমক্তা নিপানি ছাইদুনা নাপন তৌদুনা মাইথিবা পিরি মরম অদুগ্রা করিগুম্বদা সাধূসিংগী মকমদা থোঙাকপী হাপকম্ ওইরোই ॥ ১৪ ॥

ব্রহ্মোবাচ।—উদীর্য্য বচনং রোষাৎ স্ফুরত্রক্তাক্তলোচনঃ।
মুণির্জগ্রাহ তোয়ংয়ৎস স্ফুরদোষ্টঃ কমণ্ডলোঃ ॥ ১৫ ॥

ব্রহ্মানা অজিয়াদ হায়রি—বৎস! থোংজোকপসিংগী মকম্দা সনৎকুমারনা অদুগুম্বা বা অদু হাইরবদা নখোয় অদুনা শাওবদগী চুখিঙগ্রা লেন্নগা চিনবান মথক্ মথা চিকুনা অমসুং মিৎ অনি তাংডি উবদা মহাক্তি খুংজা পাইরিবা কমণ্ডলুদগী ঈশিং লোন্নুনা মাতক চাওবা মুনিনা হায়রকই ॥ ১৫ ॥

মুণিরুবাচ।- ঐশ্বর্য্যমদমত্তা স্যুরাদৃশাত্রুন্মদাজনাঃ।
পুরস্থাভ্রষ্ট দৌরাত্ম্যাদভ্রষ্টে শর্ব্বামরপ্রভাঃ।
সেশ্বরাঃ সানুগাঃ সর্ব্বে যায়াস্তধরণী মিতিঃ ॥ ১৬ ॥

মুনি অদো প্রজাপতিগী মচানি সনৎকুমার নখোয় অদু সাওবদগী হায়রকই—রেপায় য়েরা! নাপন্ কাবা পুকচেল চুমদবসা নাপন্না মরম ওইদুনা নমিং তাংঙ্গে পুন্নমক ওমরনি শল্লে নাপন্দগী মাংনবা লন্দ্রি শেন্দ্রে ময়ম অদুনা নখোয়গী নাপন্না ময়াই কাবদগী নখোয় পুন্নমক কত্তবমা থুত্তম চল্লে নখোয় নখোয়গী মরমদগী ঈশ্বরগী অমসুং কোনুংগা লোইনবা লৈরিবা মী লাই থীমদনা গোলোকুগী থুনা পৃথিবীদা চংতুনা মীওইনা পোকলো ॥ ১৬ ॥

ই ত্যুদীর্য্যবচোঘোরং মুণি বৈশ্বানরো পমঃ।
স শিষ্যো শতবাংস্তস্মাদ্‌ যথা শতমমিত্রহন্ ॥ ১৭ ॥

হে অমিত্রহন্! অদুগুম্বা অকিবা শাপ তৌরবা অদুগী তুঙদা মৈগা মান্নবা মহানজ্বা মহামুণি সনৎকুমার মকম অদদগী লাক্লে গোলোকতগী হল্লকগা শিষ্যাশিংগা লোইনদুনা মকম্ অদুদগী অমুকহন্না চংখে ॥ ১৭ ॥ তাৎপর্য্য—মহাজ্ঞানী ওইবা সনৎকুমার অশাওবা লৈতবা ইন্দ্রী খুত্তম চন্‌বা মহাযোগী জগৎপু অমত্তা ওইবা উবা স্বগুন ওইবা চাবা চাদবা কংবা কংদবা মাই শাকপা পাঙবা লৈতবা মান্নবা উবা মহাকনা মহাক্তি ওইবা স্বভাব থাদোকগা অশাওবনা শক্কম চল্লুনা মতৌ অদুম্না শাপ্ করিগী তৌরি? অদুগী বা অদু জ্ঞান লৈখ্রবা অদুনা জ্ঞান মাংবা হৌনদে অসেংবজি ইন্দ্রিগী মপু ওইবা ভগবাননা ইনশনবা পুক্লিংদা থল্লগা শাপ্ তৌননবগীদমক

গোলোক্তা লাক্লিবনি। অর্থাৎ হায়া হাইখ্রবা ওইবনা দেবী না অহুনা ভগবাননা পৃথিদা লীলা শায়গে হায়বগী পৃথিদা চংননবগী তৌইগুম্বসুং মরম লৈত্তনা গোলোক থাদোকপা য়াদবনা অসিগী য়াখল লৈবদগী সনৎকুমার শাপ্‌কোংদোক্লি ॥ ৯৭ ।

ব্রহ্মোবাচ।- গতে তস্মিন মুণৌ বিদ্বংশ্চচাল তৎপুরংমহৎ ॥ ৯৮ ।

দেবদেবোববষাদো শোনিতং সম্বিচোষ্ম্ ॥ ৯৮

ব্রহ্মানা আঙ্গরাদ হায়খি—হেবিদ্বান্! মতিক চাওবা মুনিমা মফম অহুদগী চংখিবা মতুংদা গোলোক অমসুং কোয়ুং অপুখা নিকঙ্গে, মতম্ পুম্নমক খমুবদা অহুগুম্বা লাইগী লাই ওইবা ভগবান্‌গী দেহদগী সিন্দুরকপা হুমাংগী মরিক্লা ঈগী নোং চুবগুম্বে ॥ ৯৮।

স।নর্ঘাতং ববুর্বাতাশ্চণ্ডবেগাঃ সুদারুণাঃ।

রাহুরগ্রসদা দিত্যম পর্ব্বাণ নিশাকরম্ ॥ ৯৯ ।

থোইদোক্লা অকিবা অয়াংবা অকল্লব, মখোল ভমাথবা নুংশিৎ শিংলরে মমাংঙৈদগী লৈরকপা নুমিৎপু অমসুং অহিংগা মায়নঃ মঙ্গে রাহুনা উমখ্রে। অর্থাৎ অমঙ্গল ওইরে পুম্নমক ওয়া তৈনবা থুংঙরে ॥ ৯৯ ।

গতশ্রীক, গতবালা গত প্রাণা গতোজসঃ।

গতোৎসবা গতোৎ সাহা গতোত্তম পরাক্রমাঃ ॥ ১০০।

মঙ্গোল ওইরোইদোরিবা উবদা গোলোকতা লৈরীবা পুম্নমক্ লক্ষীসু পাঙ্গল লৈত্রে থৌরাই লৈত্রবা দেহগা মায়রে মঙান লৈত্রাব মৈগুম্বে (বিগত উৎসাহ বিগতোৎসব) পুম্নমক্ অদো মাংগদোরে মতৌ অশুয়া পুম্নমক অদো মপাঙ্গল লৈত্রে ॥ ১০০ ।

ভদ্‌ভ্রান্ত মনসঃ সর্ব্বে ভগবন্তং জণার্দ্দনম্।

প্রেত্যাতং সর্ব্ব বৃত্তান্তং বৈশসং নিবিবিৎসবঃ ॥ ১০১ ।

মঙ্গোল ওইরোইদোরিবা হেক্লবা উবদা পুম্নমক্ অক্‌াওবা ওইরে গোলোক মাংবা তারবা অহুগা য়ারি খঙগে হায়বগীদমক্ ভগবাণ্ শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লুনা থুংঙরে ॥ ১০১ ।

প্রণম্যাভার্চ্চ সংস্তুয় কৃতাঞ্জলি পুটস্থিতাঃ।

ত.নসংপ্রেক্ষ্য তথা ভূতান্ জনান্ সর্ব্বমশেষতঃ। ১০২ ।

ভগবাণগী চরন্দা ভাক্ত তৌহুনা পূজা তৌজরগা শুংশিবা বাহৈনা স্তব তৌহুনা খুৎ লোমহুনা পুম্নমক্ দণ্ডবৎ তৌখি মখোয় পুম্নমক্কী অহুগুম্বা অবস্থা য়েংগা ভগবাণ্ থোইদোক্লা অমসুং আওইবা পুম্নমক্ য়াখল পুক্লিদা তৌখ্রে। অর্থাৎ সনৎকুমার লাক্লিবা আহানবদা ওইবা অমসুং চিংনবগী মরম্ দর্শণ ফংদবদগী তম্থিবা বাহৈ পুম্নমক্ য়াখলদা ফাওরে ॥ ১০২ ।

নিঃ শ্বস্য পরমঃ কৃষ্ণাঃকিংকালং শিনায়চ।

প্রহস্য স্বানুগানাহ ভগবাণ্ মধুসুদ ঃ ॥ ১০৩ ।

অহুগী তুঙদা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণনা অর মশী হয়রগা মতম্ খরা তুমিন্না লৈঙ্খি অহুগী তুঙদা ভগবান মধুহন্তা হরিনা নোকুনা মহাকী মনাইশিংদা অমুন্না হায়খি ।। ১০৩ ।

সর্ব্বং জানে সুরশ্রেষ্ঠা বৈশসং মুণিনাকৃতম্ ।
ভূবং গচ্ছন্তু ভদ্রংবঃ কুরু বৃষ্ণ্যন্ধকেষুচ ।। ১০৪ ।
কুকুরেষু দশার্হেষু ভোজ পাঞ্চালে অন্নথ ।
কুরুপাঞ্চাল বাহ্লীক যদুদেবেষু তেষ্বথ ।
জায়ন্তং সর্ব্ব সত্বাণাং প্রধানেষ্ব, মরোত্তমাঃ ।। ১০৫ ।

হে অমরোত্তমগণ! মহা মুণি সনৎকুমারণ মরম্ ওইরদুনা (বৈশসপ্রাপ্ত) অর্থাৎ অমাং অতা লৈত্রাবা দশা কংওরে মরম্ পুন্নমক্ ঐনা খংঙে মাদো ঐনা হাইবা ওমমরোই হৌজিক্ নখোয় পুন্নমক্ পৃথিবীদা চৎপনা মঙ্গল ওইরনি কুরু, বৃষ্ণি, অন্ধক, কুকুর, দর্শার্হ, অমস্তুং ভোজ, পঞ্চাল দেশদা চৎলগা কুরুবংশদা অমসুং পঞ্চাল রাজবংশদা (বহ্লীকালয়ে) মতৌ অমুন্না পুন্নমকশী অথোইবা যদুকুল অমনা অথোই অথোইবা মীশী মরুমদা নখোয় পুন্নমক্না পোক্উরো করিগুম্বদা মুণিগী শাপ অরেম্বদা মাংবা হৌনদে ।। ১০৪—১০৫ ।

মৎপরা মৎকথালাপমদনু ধ্যাণতৎপরাঃ ।
মন্নাম কীর্ত্তণপরা মদ্গুণ শ্রবণেরতাঃ । ১০৬ ।

পৃথিবীদা মীওইনা পোকলুরো ঐঙোন্দা ভক্তি পরায়োল ওইয়ু ঐগী কথা অমসুং ঐবু নিংবদা পুক্নিং চংবা ওইয়ু মতৌ অমুন্না ঐগী নাম সংকীর্ত্তণদা পুক্নিং চংঙু ঐগী গুণ লীলা তাবদা মতম্ পুন্নমক্তা অপাম্বা ওইয়ু ।। ১০৬ ।

মত্তক্তসঙ্গণিরতা মৎপাদ সেবনেরতাঃ ।
বিদ্বাংসঃ সর্ব্বশাস্ত্রেষু শ্রেষ্ঠাঃ সর্ব্বধনুষ্মতাম্ ।। ১০৭ ।

ঐগী ভক্তগা অতৈপা লৈত্তনা লোইনৌ অতৈপা লৈত্তনা ঐগী চরণ সেবাদা পুক্নিং থম্মু ঐগী য়াথং অমনা সর্ব্ব শাস্ত্র হৈবা লিক্লাং পাহনবদা অথোইবা ওইয়ু অসি নত্তনা অতোপ্পা ওইরারোই ।। ১০৭ ।

অজেয়াদেব দৈত্যের যক্ষ রাক্ষস পন্নগৈ ।
কিঞ্চিৎকালং তত্রনীত্বা পুনরপ্যা গমিষ্যাস ।। ১০৮ ।

দেব, দাণব, যক্ষ, রাক্ষস, মতৌ অমুন্না নাগগন পুন্নমক ওম্জো মতৌ অমুন্না মখম অমুদা মতম খরা লৈরুরো অমুক হন্না অসিগুম্বা ঐগী ওইবা গোলোকতা পুন্নমক লাকদবা ওই । ১০৮ ।

কিং বিষাদেন শোকেন বৈক্লব্যেনাবচঃ ।
অমোঘযুক্তং মণিবাপ্সজ্রং পরমোত্তমম্ ।। ১০৯ ।

হেপিয়শিষ্যগণ! হৌজিক্ মখোয় পুম্নমক্না করিগী রাগ্নি? রারগদু? আরবৈরব্যাচরণে কি সুসার হইবে? খোইদোক্না লংঙবা মঙাল্ ওইবা মুণি মহাক্কি অমাং অতা লৈত্রবা বজ্রগমানবা রা! হিক্তোকপা ওমত্রে অসি নখনা মতৌ করমনা লাকনিংঙাই লৈত্রে ॥ ১০৯ ।

অহমপ্যগমিষ্যামি প্রার্থিতো হ্যজযোনিনা।

দুষ্টক্ষত্রিয় ভূভার বলোঘক্ষয় জিষ্ণুণা ॥ ১১০ ।

নখোয় পুম্নমক্না ঐগীদমক্ চিংনাগনু মরমদি ব্রহ্মানা ঐঙোন্দা হায়জাগ্নবনি শংথার ঙাক্তনা-নবগীদমক্ ঐসু তুঙদা পৃথিদা অবতার ওইরগনি পৃথিবী অরুম্বা মাংহনবা হাইবদো ঐনদি ওইরোই ওইনানবদি ঈন্দ্রি খুত্থম্ চনবা অর্জ্জুনগা লোইনাহুনা ফৎত্রব ক্ষত্রি কলাপবা মপৈ মাংহলগনি ॥ ১১০।

মৎপরাযশ্চ গোপ্যশ্চ গোপালশ্চ সহস্রশঃ।

গোকুলেষু সমুদ্বেষু মদ্ভক্তি পরমেষুচ ॥ ১১১ ।

ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবা অদুগুম্বা অয়াম্বা গোপিসিং অমনা ভক্তি লৈবা লিশিং লিশিং ওইবা গোপময়াম্ পুম্নমক্ (মদ্ভক্তিপরায়ণ) ওইবা অথোইবা মকম্ চাক্খৎলবা গোকুলদা চৎলগা গোপগী য়ুমদা পোকলুরো ॥ ১১১ ।

যা'ত্তু রাধাত্ত্বং দেবি প্রাণেভ্যোঽপি গরীয়সী।

কীর্ত্তিদায়াং বৃষগৃহে সম্ভব স্তেভবিষ্যতি ॥ ১১২ ।

মমপ্রাণাধিকা প্রিয়তমা দেবি! হে রাধে! নহাকশু পৃথিদা চৎলগা (নন্দব্রজে) বৃষ-ভানুগী য়ুমদা কীর্ত্তিদাগী তম্পাক্তা নহাক (সম্ভবহইবো) ১১২ ।

ব্রহ্মোবাচ।—এব মাদিশ্যতান্ সর্ব্বাণ শোকাপহতচেতনঃ।

স্বাংকলাং প্রেষয়ত্যেকাং গোকুলেষুচতৈঃসহঃ ॥ ১১৩ ।

ভগবাননা অদুগুম্বা ময়ামদা অদুগুম্বা য়াথং পীরবদা অরাব নুংঙাইত্তবা ওইহুনা মখোয়গী-দমক্ লোইনানবা মহাক্কি কালা অমা গোকুলদা শিন্নখে ॥ ১১৩ ।

মোন্যাস লক্ষণং দেবো নিশ্বসনুবিলপন্ হসন্ ॥ ১১৪ ।

ভগবাণ্ গোবিন্দদেব মখোই পুম্নমক্ গোকুলদা চৎননবগী তাকপিরগা ঙহাক্ তুমিন্না লৈরগা (দীর্ঘনিঃশ্বাস) ওইহুনা অমুক্সু নোকই অমুক্সু কপপি ॥ ১১৪ ।

ততঃ সর্ব্বে মহাত্মানং পঞ্চাল কুরু বৃষ্ণিষু।

যদ্বন্ধক দশার্হেষু ভোজবাহ্লীক য়োরপি ॥ ১১৫ ।

ভজায়ন্ত মহাভাগা বৈষ্ণবী বিজিতেন্দ্রিয়াঃ ॥ ১১৬ ।

অতুগী তুঙদা অয়াম্ব লাইবক ফবা বিষ্ণুগী মনাই জিতেন্দ্রিয় ওইবা মিপা পুম্নমক্ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ইনবুনা পৃথিবীদা কুরু, বৃষ্ণি, যদু, অন্ধক, দশার্হ, মতৌ অমুম্বা বাহ্লীক, লৈরিব ক্ষত্রিয় শাগৈদা চংহুনা পোকখে ॥ ১১২—১১৬ ।

গোকুলেষু বাজায়ন্তঃ গোপ গোপ্যাঃ সহস্রশঃ।
রাধাপিকলয়া বৃন্দা কলয়াবর্দ্ধরী তথা ॥
স্বয়ং যজ্ঞে কীর্ত্তিদায়াং কাত্যায়ন্যা প্রসাদতঃ ॥ ১১৭।

অপোপা লিশিং লিশিং গোপা অমসুং গোপী পুন্নমক, গোকুলদা পোকখে, রাধাগী অংশ অনিনা গোকুলদা। বৃন্দা অমসুং তুলসীগী মশক, ওইদুন পোকখে, অতোপ্পা অমনা কাত্যায়নীনা বৃষভানুবু পেনবিদুনা (অযোনিসম্ভবা) দেবীন রাধাগী মশক লোদুন কীর্ত্তিদাগী মচা ওইনা পোকখে ॥ ১১৭।

কৃষ্ণস্তু কলয়া যজ্ঞে জটিলায়াং প্রভাসতঃ।
তিলকো দুর্ম্মদশ্চাপি অ য়াণাবরজৌ সুতৌ। ১১৮।

মতুং অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী অংশকাপা অমনা জটিলাগী গর্ভদা জন্ম ওইখে, মাগী মমিং আয়ণ কৌখে, আয়াণগী ময়াম্বন তিলক দুর্ম্মদ মমিংন জটিলা অতোপ্পা অমনা মচা অনি পোকখে ॥ ১১৮।

তেষামবরজা কন্যে কুটিলাচ প্রভাকরী।
জনন্যজা বারোহা যশোদানন্দ গেহিণী ॥ ১১৯।

কুটিলা অমসুং প্রভাকরি কৌই জটিলাগী মচা সুপী অনি মতম থরা লৈরগা যশোদা কৌবী পুন্নমকগী অতোনবী অমা পোকই অদুগুম্বি যশোদা গোপনিংথৌ নন্দরাজগী মহারানি ওইখি ॥ ১১৯।

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী ব্রহ্মাগা মচা তরেংকা ওাংনবা সনৎকুমারগী শাপ্পা শ্রীরাধান চংবা গোপা গোপী জন্ম ওইবা নিপাল শুবা অধ্যায় লোইরে।

---

নবম অধ্যায়ঃ

## শ্রীকৃষ্ণের অবতার প্রসঙ্গ

অঙ্গিরাউবাচ।—প্রসীদ নাথ মে ব্রহ্মন্ বিবিৎসামোবয়ং গুণান্।
তস্যোদার চরিত্রস্য জন্ম কর্ম্মাদি শংসণঃ ॥ ১।
অজন্মনোঽব্যয়স্যাস্য কৃষ্ণস্য পরমাত্মনঃ ॥ ২।

মহর্ষি অঙ্গিরাণ ব্রহ্মাদ হঙ্গংখি—হে ব্রহ্মণ্। ঐখোয় পুন্নমকিদমক, লাকপিয়ু বরপ্রদ গুরুদেবনা পুন্নামক্পু অমত্তা ওইন তাকপিরি। হেনাথ। ঐখোই পুন্নমক্তা ইবুংঙো মহাক্কি ষারি শ্রীকৃষ্ণগী গুণ তাক্‌বা পামজৈ মরম অসিনা ইবুংঙো নহাক্না তসি অমাং অতা লৈত্রবা

পরমাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণন মর্ত্ত্যলোক্তা মতৌ করম্না জর্ম্ম ওইরিবা পুম্নমক, অদো থাকত্তনা ঐখোয় পুম্নমক্তা তাকপিয়্ ॥ ১—২ ।

রূম্মোবাচ।—সাধোত্তে মনসঃ প্রীতিঃ কৃষ্ণস্যাদ্ভুত কর্ম্মণঃ।
গুণানুবাদ শ্রবনে সাধুত্তে বিহিতং মনঃ ॥ ৩ ।

ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ থাগৎপা রাহৈন হায়খি— হে সাধো। মতম্ অছুদা অঙক্পা থবক্ শ্রীকৃষ্ণগী গুণ তাবদা নখোয়গী পুক্নিংদা পেন্দবা পোকলে অর্থাৎ তানিংবনা খোৱাংঙে খোৱাংঙিবা নহাক্ অসে সাধুনি মতৌ অম্নুম্না নখোয় পুম্নামক্কি পুক্নিং অদো সাধু ওইবাননি ॥ ৩ ।

দুষ্টদৈত্যাংশ সম্ভুতা দুষ্টক্ষত্রী ভরামহী।
রুদন্তী শণকৈঃ প্রায়াৎ সুত্রাম ধাম ভুদুর ॥ ৪ ।

হেভূদেব। ফৎত্রবা দৈত্যগণগি অংশদগী ওইখিবা লাকনবা রারবা ক্ষত্রিগী অরুম্বনা খাঙবদা রারবা পৃথিবীন অরুম্বা কোক্নবগী রাথন তৌরহুনা মহাক্না কপ্পা কপ্পপাহুনা মহাক্কি আবাব অছু হাইজগে হাইহুন স্বর্গগিমপু দেবরাজগি সভাদ চংখে ॥ ৪ ।

তাংরোদমানাং সংপ্রাপ্তাং প্রেক্ষ্য সর্ব্বেস বাসবাঃ।
দিবৌকসো ভয়োদ্বিগ্ন্ হতোৎসাহাঃ সভাসদঃ ॥ ৫ ।

অয়াম্বা দেবসন্ তিল্লিবা ইন্দ্রগী শোভাদ কপপিবা পৃথিবীবু য়েংঙগা সভাদ লৈরিবা পুম্নমক্ লোইনহুন ময়াম অছুনা মথন্ মথা ওননা তৈনাব অনম্নং কিবদগী চংনখে ॥ ৫ ।

তাংদৃষ্টাতু তদাদেবী উপেন্দ্র বাক্যমাদদে ॥ ৬ ।

অবাবা ফংঙবা জগৎপু য়োকচবি পৃথিবীদা থেমজনহুনা নুংশিব রাহৈনা দেবরাজন মাঙোন্দা অম্নুম্না হংখে ॥ ৬ ।

উপেন্দ্রউবাচ। ভয়স্য কারণং ভদ্রে ব্রূহিমাংবরবর্ণিনি।
কর্ম্মাদ্রোদিষি সর্ব্বং ত্বং যথাবৃত্তমণিন্দি তে ॥ ৭ ।

উপেন্দ্রন হায়খি— হে লাইবক্ ফবী। দোশ লৈত্তবি বরবর্ণিনি ধরনি। নহাক্না করি মরমগী অচুক্ কিরিবনো? অমনা করি মরম লৈহুনা কপপিবনো লাকপনা করিগীনো? অহুককী মখৈ ওইবা থুদক্ অসিদা চাইনিবা পুম্নমক্ ঐঙোন্দা হাইরো ॥ ৭ ।

ধরণ্যুবাচ।—নৃশংসাঃ পাপ কর্ম্মাণো যে চ ধর্ম্মবিদুষকাঃ।
পৃথিব্যাং পৃথিবীপালা স্তানুসোঢ়ুং নক্ষমেৎথ ॥ ৮ ।

উপেন্দ্রগী রা তারবদা পৃথিন হায়জখি—হে অনঘ। অয়াম্বা পাপক্কি থবক ফংত্রবা রাহৈ অতৎপা লৈত্তনা ধর্ম্মবু মাংননবা ফংত্রবা ক্ষত্রি পুম্নমক্না পৃথিবীদ নিংথৌ ওইরে নত্তবা ধর্ম্মান প্রজাবু হাকলে অয়াম্বা ফংত্রাব পুম্নমক্ অচুগী অবাব ভরাম্বা ঐনা পুজবা ইভিক ওইজত্রে ॥ ৮ ।

ইত্যাকর্ণ্যবচোদেব্যা ধরণ্যা ধরণীসুর।
সত্যলোকং যযুঃ সর্ব্বেযদত্রাহংস্থিতঃ সুখী। ৯।

পৃথিবীগী অদুগুম্বা অৱাব ৱা ভারবদা ইন্দ্রনাসিংবা দেবগণ সত্যলোক্তা চংখে, ব্রহ্মলোকতা থুংঙরে—হে অঙ্গিরা! ঐদি নুংঙাইনা মফম অহুদা লৈরি ॥ ৯।

মহিসর্ব্বং য়থাবৃত্তং প্রণম্যাভির্চ্চ্য তে ব্রবন্।
ত শ্রুত্বাহং বিধন্নাত্বা তৈঃ সার্দ্ধং মগমদ্বিজ। ১০।

ব্রহ্মাণা অঙ্গিরাদ হাইখি—হেদ্বিজ। দেবগণনা ঐঙোন্দা থুক্রমহুন অহানবদা পূজা তৌরগা অদুকুকি মথৈ ওইবা পৃথিবীগী ওইরিব অদো ঐঙোন্দা হায়রে অদুগী তুঙদা ঐগা লাই ময়ামগা লোইনহুনা থামোইদা অরাবা ওইদুন থুনা চংলি ॥ ১০।

ক্ষীরোদস্যোত্তরং তীরং যত্র সর্ব্বেশ্বরোচ্যুঃ।
শেতেশেষে মহাবাহুর্বিরাট পুরুষা কৃতিঃ।
লক্ষ্মী সরস্বতা ভ্যাঞ্চ রমমানো বসংসুখম্ ॥ ১১।

ক্ষীরোদ সাগরগী আরাংগী তোরবান্দা সর্ব্বেশ্বর ভগবাণ শ্রীকৃষ্ণ অনন্ত শয্যাদা চেপ্তুনা লৈব মতম্ অদুগুম্বা ইবুংঙো অদো পুরুষগী মশক্তি (মহাবাহুবিরাট্রূপ) ভগবাণ, লক্ষ্মী, অমসুং সরস্বতী, লোইনহুনা। রমমাণহুইয়া পরনসুখে অবস্থিত আছেন ॥ ১১।

তত্রতং গন্ধমাল্যাদ্যৈ রচ্চ্যিত্বার্ঘ্য ধূপকৈঃ।
অস্তুবং পরমেশাণং বাগ্ভিরিষ্টাভি রচ্যতম্ ॥ ১২।

মফম্ অদুদ কংনবা পোৎলম্ গন্ধমাল্য ধূপ দিপ্ কংলগা ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌহুনা সঙ্গোম চুহি য়াম্ লাফোই পুল্লগা অদুগুম্বা সমূহ্রাদ লৈবা পরমেস্বর ভগবাণ শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা স্তুতি তৌজে ॥ ১২।

ততঃ প্রসন্নো ভগবন্মেঘ গম্ভীরয়াগিরা।
অদৃশ্যমানুবাচেদং বচনো হিতমাত্মনঃ ॥ ১৩।

অদুগী তুংদা ঐখোয় পুম্নমকপু নুংশিবীহুন ভগবাণ মধুসুদণনা উহনদনা নোং ঙংবাগুম্ ঐখোই পুম্নমক্কি ফনানবগীদমক্ অশুম্বা ভাকপিরকই ॥ ১৩।

অপন্যে ষ্যে ধরাভারং ধরায়াম্ভবণ সুরাম্।
বহবো বৃষ্ণি ভোজদি বংশেমৎপরমাশ্চমে ॥ ১৪।

হেদেবগণ! ঐনা পৃথিবীগী অরাব অক্লম্বা মাংহনলগনি করিগী কিরি কিগনু? নখোয় পুম্নমক্ পৃথিদা মী ওইনা মফম্ মফম্ থুদিংদা পোকউরো ঐবু নিংজবা বৃষ্ণিবংশ, অমসুং ভোজ-বংশ, কয়া অমুদা ঐ অবতার তৌরারগে ॥ ১৪।

জায়ায়াং বসুদেবস্য দেবক্যাং গর্ভপঞ্জরে।

অহং জাত্যাং সুরবরাং ব্যেতুব্যো মাপমজবঃ ॥ ১৫ ।

হেসুরবরেরা ! নখোই পুম্নমক্কা মপুক্কিংদা নুংঙাইত্রিবা অদো থাদোকউ ঐসু অরেপ্পা ওইনা বসুদেবগী মচা ওইন দেবকীগী গর্ভাদ পোককে করিগী কিরি ? ॥ ১৫ ।

দেবক্যা অষ্টমোগর্ভে ভাবয়িত্বাত্মাশমাত্মনা ।

অপাস্যেষো ধরাভারংতৈঃ সার্দ্ধং শুক্রণীরিব ॥ ১৬ ।

দেবকিগী নিপান্‌শুবা গর্ভদা মহাক্কি মচা ওইন ঐনা অবতার ওইরগা কংত্রব মপাঙ্গ কনবাসিং লোইনশনা প্রলয়োগী মৈগী মতৌগুম্না পৃথিবীগী অক্কম্বা অবাবা কোকহনগে ॥ ১৬ ।

শেষোঽম্বং যাতু দেবকন্যা গর্ভে পরবলমর্দ্দণঃ ।

ততোঽহং বলদেবেণ সহ বৎসামি গোকুলে ॥ ১৭ ।

অকনবাসিং নৈহৎনবগীদমক্ অম্বগুম্বা অনন্তদেবনা দেবকিগী গর্ভদা চংগগা বলদেব কোহুন কাওরসনু অদুগী তুংদা ঐগা অহুগুম্বা বলদেবগা লোইনম্বুনা মতমখ্ৰা গোকুলদা লৈগে ॥ ১৭ ।

ইত্যাদিষ্টা ভগবতা দেবাস্তে পার্শ্বধ্বনা ।

যযুঃ স্বংস্বং প্রমুদিতা ধামতে ত্রিদিবৌ কসঃ ॥ ১৮ ।

শারঙ্গ ধনু পাইরগা ভগবাণনা লাই ময়াম্ য়েংগগা অসুম্না হাইরকই লাই পুম্নমক্কি মবুংতো শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ফংগবদা থোইদোক্কা হরাওরতুনা পুম্নমক্ অদো মাগী মাগী মকমদা চংনখ্রে ॥ ১৮ ।

অঙ্গিরাউবাচ ।—নমামিতে পাদপঙ্কজণুনাথ পুনীহিনঃ ।

বাসুদেব গুণোৎকর্ষ স্বধুনী পাথসা বিভো ॥ ১৯ ।

অঙ্গিরানা ব্রহ্মাদ হঙ্গংখি—হেনাথ ! গুরুদেবগী চয়োন থম্বাল্ অনিদা ঐখোয় পুম্নমক্কা খুরুমজরি । হেবিভো ! গঙ্গাগী জল্‌গা মাননাববা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগী বারিনা মরম্ ওইরতুনা ঐখোই পুম্নমক্কিদমক্ নহাক্কা তাক্‌পিহুনা সেংহলবিয়ো ॥ ১৯ ।

তদ্য কর্ম্মান্যদারানি ভবাদীনি ভরস্যচ ।

ব্রূহিনঃ শ্রদ্ধধানানাং শুশ্রূষুনাং পিতামহ ॥ ২০ ।

হেপিতামহ ! ব্রহ্মন্ ! ভগবাণগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা থবক্ অম্বাম্বা অমদি পোকপগী বারি অম্বাম্বা ঐখোয় পুম্নমক্কা পুক্কিংদা থাজবগা লোইনান তাজরি ঐখোয়খিবিক্কা অম্বম্বা বারি শন্দোক্কা ঙাক্‌পিয়ু ॥ ২০ ।

ব্রহ্মোবাচ ।—অসীদ্মহীক্ষিদোজস্বী মথুমায়াং পরার্দ্দণঃ ।

সুরসেনো বৃহৎকীর্ত্তিগুর্ণৈ ভোজান্ধকেষুচচ ॥ ২১ ।

ব্রহ্মাণ অঙ্গিরাদ হায়খি - বৎস ! অকনবা নৈহৎনবা মগুণ চাওবা মমিং চৎপা মতৌ অম্মুম্না ( অতি মহৎগুণবান্ ) ভোজবংশ, অমসুং অন্ধকবংশ অনিদা শূরসেন কৌবা মথুরাদ নিংথৌ অমা লৈরমমি ॥ ২১ ।

মথুরান্ শৌরসেনাংশ্চ যামুনান ব্রজকোশলান্ ।
চীন হুন বিদর্ভাংশ্চ বর্ব্বরান্ পার্ব্বতান্ খশান্ ॥ ২২ ।
পটর্চ্চর কিরাতাংশ্চ যবনান্ কাশি গোপুরান্ ।
রাজধান্য ভবত্তস্য মথুরায়াং নরেশিতু ॥ ২৩ ।

মথুরাদ শৌরসেন যমুনা মপান্দ লৈবা ব্রজভূমি, অযোধ্যা, চীন, হুণ, বিদর্ভ, বর্ব্বর, পার্ব্বতীয়, মতৌ অমুম্না খশ, অসিনচিংবা (পারসীক দেশপটচ্চ'র) অর্থাৎ, মৈগা মান্নব শৈলাল ভাক্পা দেশ কিরাত, কম্বোজ, অসিনচিংব যবণগীদেশ মতৌ অমুম্না কাশী অমসুং গোপুর অসি নচিংবা দেশ পুম্নমক্ মহাক্কি মখা পোম্না লৈ অচুগুম্বা শূরসেন রাজন ময়াইদা পুম্নমক্না পুজা তৌদুনা মথুরাদ মহাক্কি কোম্নুং শাহুনা লৈ ॥ ২২—২৩ ।

দেবকশ্চোগ্রসেণশ্চ বৈশ্বাণর সমদ্যুতি ।
অধরায়া মজায়েতাং মহাদেব্যাং তপস্বিনঃ ॥ ২৪ ।

হেতপস্বিপ্রবর ! ঋষিগণেরা ! মহাদেবী অধরা মহাক্কি ভার্য্যা অনি মঙাল লৈবী মৈগী মঙালগুম্ব দেবক অমসুং উগ্রসেন কৌবা মচা অনি পোকই ॥ ২৪ ।

বলবন্তৌ মহাত্মানৌ সর্ব্বাস্ত্রবিদুষাম্বরৌ ।
পারগৌ সর্ব্বশাস্ত্রাব্ধের্ব্বহুল গুণ যশস্বিনৌ ॥ ২৫ ।

অচুগুম্বা মচিন মনাও অনি মপাঙ্গল কাল্ল অনি অদো মহাত্মা ওই (সর্ব্বাস্ত্র) হৈ শাস্ত্র সাগর হৈজবা লৈত্তে থোইদোক্না মমীং চংল্লি গুণলৈ ॥ ২৫ ।

উভৌ সুহৃদ্ ধর্ম্মাণৌ শত্রু সংখ রিমর্দ্দণৌ ।
অম্বগাস ত্বগ্রসেনোগ্র্যো রাজ্যমাপ্ত ধর্ম্মতঃ ॥ ২৬ ।

অনি অদুন চান্নবাসিংগা মুনি থবক্ তৌমিন্নৈ য়েক্নাববু লাক্শিল্লি অহল ওইবা উগ্রসেণ মহাক্কি ক্ষত্রি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না যৌবরাজ্য ফংখি ॥ ২৬ ।

অবুবাহ কোশলজাং জয়ন্তীং জরতাম্বরঃ ।
দেবকো দেবসংকাশ মনবদত্তাং শুচিগুণাম্ ॥ ২৭ ।

পুম্নমক ভমজব; ময়াম্বা উগ্রসেণ কৌশল রাজগী মচানুপী জয়ন্তী লুহোংখি অমনা লাইগা মান্নবা মঙাণ ওইবা দেবক (অনিন্দিতা দেবরূপা) সেংভবা গুণনা চংথোক্লবা শুচি কৌবি (পত্নীর পাণিগ্রহণ করেণ) ॥ ২৭ ।

অস্থাং যজ্ঞে বরারোহা দেবকীদেবসুদ্ধিজ্ঞ ।
জয়স্ত্যামুগ্রসেণস্য জজ্ঞিরে বহবঃ সুতাঃ ॥ ২৮ ।

হেদ্বিজ ! অচুগুম্বী দেবকক্না মুপী শুচিগী গর্ভদা দেবমাতা ওইবী লাইবক্ ফবী অর্থাৎ সধর্ম্মিণী ওইবি অথোইবী দেবকী পোক্খি । অমনা কোশল রাজগী মচানুপী জয়ন্তী দেবীগী গর্ভদা উগ্রসেনগী মচা মুপা অমসুং মুপী অয়াম্বা পোকখি ॥ ২৮ ।

কংসাস্থাঃ সুদুরাত্মানো মহাবলপরাক্রমাঃ।
দেবব্রাহ্মণ হন্তারো যজ্ঞাইন বিহিংসকাঃ ॥ ২৯।

মপলঙ্গ কল্লবা কংশানচিংবা উগ্রসেনগী মচা ওইনা মখোই পুন্নমক্ লমচৎ ফজদে অর্থাৎ মী ওইনা পোকলগা আসুর ধর্ম্ম ওই মখোই অদো দেব তানচিংবা অমসুং শল ব্রাহ্মণ মাং-হল্লি মতৌ অমুম্না যাগ, যজ্ঞ, পূজ্রানচিংবা পুন্নমক্ শ্রীকৃষ্ণগী থবক্তা কৈগী মতৌগুম মাংহল্লি ॥ ২৯।

দেবকো মার্গ মানোহপি নোপলেভে বরং বরম্।
কন্যার্থে পরিতো বিদ্বন্ রাজ ক্ষত্রায়য়েযুসঃ ॥ ৩০।

হেবিদ্বন্! নিংথৌনা দেবকৃকি মচা নুপী দেবকীগ মক্তিক্ চাবা বরা য়েংগুগা লুহোংনবগী-দমক্ দেশ খুদিং মফম্ খুদিংথি তৌইগুম্বাসুং দেবকীগা মান্নবা অথোইবা গুণলৈবা বর ক্ষত্রি মচা নিংথৌ মচা ফংদ্রে অৎগী তুংদা রাশকলে ক্ষাত্র নত্রাবসু মগুণ লৈরবদি নিংথৌ ওইরবদি মাওোন্দা দান্ তৌরগনি ॥ ৩০।

অধিগত্যাযুহে সর্ব্বান্ গুণৌজ্রাষশসঃ পরান্।
বসুদেবস্য মৈত্রেয়া দদত্তাং যোগ্যিতাং বরাম্ ॥ ৩১।

হেমুনে! মতুং অদুদা বসুদেবগী অথোইবা নিংচৎ গুণনাতনবা উরগা হরাওগ্রে মতৌ অমুম্না হান্নাদগী হৌন বসুদেববু মরূপ ওইদুন লৈ মাবু নুংশি অমনা বিধিনসু তমখ্বানে থল্লগা মগুণ লৌব অথোইবি দেবকীবু বসুদেবদা লুহোংথে ॥ ৩১।

বিধিনা ভুয় সম্বোধ্য বিাধদৃষ্টেন কর্ম্মণা।
কৃতোদ্বাহায় প্রদদৌ পার্ব্বণ্য নেকশঃ ॥ ৩২।

থবক্ খগুনা থাগৎলদুনা নিপা ওইবা বসুদেববু কৌরাদুন শাস্ত্রগী বিধান উন কন্যাদানগী কর্ম্ম লোইরবা তুগুদা বর, কন্যা, অনিদা দেবকনা মথল্ মথা অয়াম্বা অাউন্পোৎ পীরে ॥ ৩২।

দাসীনাং নিষ্কণ্ঠীনাং সহস্রদ্বিতয়াংদ্বিজাঃ।
দাসাশ্ব কারি পাদাত রথাস্ত্র মাহযান থরান্ ॥ ৩৩।

হেদ্বিজগণ! স্না পরেং শিবী থিনাই লিশিং অনি নুপী নিপা সগোল্ শামু খোঙমী লালমী খুংলাই থননা হাপ্না রথ মতৌ অমুম্না ইরোই অমসুং গর্দ্দভ মসিংথীবা গুমদবা ॥ ৩৩।

উষ্ট্র মেষাজ বস্ত্রাণি মহার্হাভরনানিচ।
রত্ন মাণিক্য হারানি মাণমন্ত্রথ সঞ্চয়াম্ ॥ ৩৪।

উষ্ট্র, মেষ, ছাগ, মতৌ অমুম্না (ভল্লোমজাত) কি মথল কয়া অমসুং নিংথৌগী মক্তিক্ চাব সেংনা ইন্নবা মণি, রত্ন, হীরানাচিংবা মণিময় ওইবা রথ ময়াম্ ॥ ৩৪।

শ্বেতচ্ছত্রাণি শতশো বাসাংস্যজিণ কম্বলান্।
প্রাযচ্ছৎ পৃথিবী পালো দুহিতুঃ পতয়েম্বকান্ ॥ ৩৫ ॥

চাম চাম অত্তৌব, ফিরান ওইথোকতবা কি মথল কয়া ( মৃগাদিচর্ম্ম ) অমসুং করন্থা মথল মথা অয়াম্বা মহাক্কি ব্যবহার পোং পুন্নমক্ বর কন্যা অনিদ দেবকন চংখোননা আউন পোং পীরে ॥ ৩৫ ।

কৃতোদ্বহঃ স্বগুয়লো হুতাগ্নির্গন্তুমুদ্যতঃ ।
পত্ন্যানবোঢ়য়াসার্দ্ধং রথ মন্বরুহহেনথ ॥ ৩৬ ।

হেনিস্পাপ অঙ্গিরা ! বিবাহ লোইরবদা বসুদেববু থবক্ অহুগী মন্ত্রানা অহানবদা মৈদা থিন আহুতি কংলি নৌনা লুহোংবা বর কন্যা লোইননা রথদা তোংহনহুনা ময়ুমদা থিননবা থৌরাং তৌরে । ৩৬ ।

তং প্রয়াস্তং রনারূঢ় মৌগ্রসেনি ররেক্ষচ ।
কংসঃ পাপর সংহৃষ্টমনা রথমবারুহৎ ॥ ৩৭ ।

দৈবকিগা লোইনহুনা বাসুদেব য়ুমলোমদা মাই ওনহুন লাকপা অহুবু য়েংঙগা উগ্রসেনগী মচা কংস মচনগীদমক্ অঙক্পনা অপনবা ওইহুনা অপোপ য়ুমদা থমবা ঙমখিত্রে হরাওহুনা লাকলিবা রথ অহুদা তোংখংখে ॥ ৩৭ ।

প্রণয়াদুপ যন্তস্তমুপংম্যা তুদদয়ান্ ।
সান্ত্বয়ন্ ভগিনীং সামবাচা মধুরয়া দ্বিজ ॥ ৩৮ ।

হেদ্বিজ ! কংস উৎদা মচম্না থুকমথি বসুদেব অমসুং দৈবকী লোইনহুনা চংশে মগৈ অসুম্না মহাক্কা চংখোম্না সারথি ওইহুনা শগোল থুরুজি পাইহুনা মনেম মকুগী য়ুমদা চৎপা মচনবু অমতা ওইনা হুংশিবা য়াহৈন শন্দোক্না থেম্‌জনথি ॥ ৩৮ ।

যচ্ছতো হয়রশ্মোর্থ্যণুবাচ মেঘনিস্বনা ।
বাচামধুরয়া কংসমকায় বাক্ ধরামর ॥ ৩৯ ।

হেধরা মর অঙ্গিরা ! কংসনা শগোল থুরুজি পাইহুনা লাকপা মতম্ অহুদা আকাশদগী লাই পুয়ম্না নোঙ খোংবগুম্ হুংশিবা গুরনা মশাগী ওইবা য়াহৈ কংসবু থাগংলগা অসুম্না হাইরকই ॥ ৩৯ ।

দুর্ম্মতে তংনিবোধেদং মায়াতো সুখদংবচঃ ।
অস্যভুভারহরায় ভগবান্ প্রত্যগাত্মজ ।
জনিতাষ্টমে গর্ভে সত্তুরন্বাং হনিষ্যতি ॥ ৪০ ।

হেদুষ্টমতি কংস ! ঐনা নহাক্কি হুংভাইবা বা অহ হায়গে তারো নহাক্কা অহুঙম্বি দৈবকিবু রথদা হাপহুনা মাংদা পুহুনা চৎল্লি অরেপ্পা ওইব অনাবা মৈত্রবা অমাং অক্তা মৈত্রবা ভগবান নারায়ণনা পৃথিবী অহুম্বা লৌথোকনবগীদমক্ মহাক্কি নিপান হুবা মচা ওইনা পোকলাগনি মতৌ অসুম্না পোকলগা নহাকুম্ব মাংহলগনি ॥ ৪০ ।

এবমাকর্ণ্য তদ্বাক্য সর্বমন্ত্র্যুগ্রহদসিম্ ।
হন্তকামো বরারোহা বৈবকাং সে হন্ত্যধাবত ॥ ৪১ ।

অহুগুম্বা লাইগী রা তাবদা হুরাত্মা কংস খত্নবা তৌদনা মাগী থাং পাইহুনা লুহোংবদা ভাইরিবী দৈবকী হাংকে হাইনা খল্লাহুনা শম্ পাইখে ।। ৪১ ।

মূর্দ্ধজং প্রতিসংগৃহ্য মন্যুনাচ পরিপ্লুতঃ ।
তং তথাভূতমালক্ষ্য বসুদেবঃ সুদুর্ম্মণাঃ ।
সান্ত্বয়ন্ শ্লক্ষয়া বাচা মৃতপুরুষমিত্রহণ ॥ ৪২ ।

শাওখ্রাহুন কংসনা মওম্ অহুদা কোক্তাগী বেনীগা লোইনবা দৈবকীগী শম্ পুন্নমক্ ওইগী খুৎনা পাইবা অংক্প মওং উরগা বসুদেব অরাবনা তিল্লাহুনা কংসগী মফমদা লুংশিবা রাহৈনা থেমহুনা তপনা তপনা হায়জারকই ।। ৪২ । তাৎপর্য্য ।—কসং দৈববাক্য তাবদা থোইদোক্না কাথ মংম্ অহুদা অসুম্না খনখে অসিগুম্বী দৈবকীগী নিপান শুবা মচানা ঐবু মাংহনগদৌরি? অহু ওইরবাদ ভাসমক্ মাসি মাংহলগে অহু ওইরবদি নিপান শুবা মচাগী করিগী চিংনগনি? করিগীনো হায়বদা উ য়ানথংলবদি মহে য়ালারোই ।

বসুদেবউবাচ ।—হত্বেমাং কৃপণাংবালামবলাং রাজসত্তম ।
অযশোক্ষয্য মৈনস্ত্বমবপ্সসি সুদারুনম্ ॥ ৪৩ ।

বসুদেবনা কংসদা অহুগুম্বা পাওতাক্ পিখি—হেরাজসত্তম । শক্রমর্দ্দন । নহাক্তি নিংথৌ পুন্নমক্তগী অথোইবা গুণ লেবান থোইদোক্না ভাকুপি হৈবনি অসিগুম্বী নচন্ নুপী নহাক্না মচাপোকাত্রবী বারবীনি লুহোংবগী মতুংদা মাসিবু হাংলবাদ নহাক অসে থোজান্ হৈত্রবা-নুপাঙ্গল শোলবী অভাং থোইদোক্না অমাং অতা লৈত্রবা মিংচংথবা ফংগগনি মরম্ অসিনা ( অযশস্কর ) ওইরাগনি অসিগুম্বা কর্ম্ম নহাক্না তৌগদবা ওইদে ॥ ৪৩ ।

যদহু যৎক্ষনে পুংসাং বিরাগো যোগএববা ।
নির্দ্দিষ্ট বেধসা রাজন্ সত্যাং তদন্যথা নহি ॥ ৪৪ ।

হেরাজন্ । ঐনা রাশকৃত্তনা হাইজরি নিপা হাইবা অসিসু পোকলবদি অমসুং শিবা হাইবা অসে মুমিৎ খুদিংগী মওম্ পুন্নমক্তা বিধাতান মরম ওইহুনা খওহনত্রিবনি মুমিৎ খুদিংগী মওম্ পুন্নমক্তা মখোয় পুন্নমক পোকই অমসুং মাংহনবা সোইত্রাবনি মখোয় পুন্নমক অপ্লোপ্লা অমা নত্তে মরম্ অসিনা মক্তিক্চাদবা নুপী হাংপ্পা নহাক্না তৌরবদি নহাক অসে মিংচং থীরগনি করিগী তৌগদগে ।। ৪৪ ।

জায় মাণস্য লোকস্য মৃত্যুর্ধাবতি পৃষ্ঠতঃ ।
অবশ্যং জায় মানস্য মৃত্যুজন্ম মৃতস্য চ ॥ ৪৫ ।

ভো ভূপতে! অদুক্কি মথৈ ওইবা লোক্ অসিদা পোকলিবা মথোই অদো মতুঙ মতুঙদা শিবা অমসুং সোইত্রবনি অর্থাৎ পোকলিবা নিপা শিবা সোইত্রবনি মতৌ অসুম্না পোক-লিবা পুন্নমক্ শিরগা পোকপা হায়বা অসে সোইত্রবনি মরম্ অদুনা পোকপা শিবা অনিনা চক্রেগুম্না কোইহনা লৈরিবনি ॥ ৪৫ ।

যদহ্নি যৎক্ষনে দণ্ডে যল্লগ্নে যন্মুহূর্ত্তকে ।
তস্মিং তস্মিন্ ভবেত্তনোন্যথা রাজসত্তম ॥ ৪৬ ।

হেরাজসত্তম কংস! যে যে দিনে, যে যে ক্ষনে, যে যে লগ্নে, যে যে মুহূর্ত্তে, মী পুন্নমক্ মঙং অসুম্না ওই হাইরিবা অসিদা অপোপ করিগুম্বদা ওইরোই পোকপা শিবগী তাকনানবা উপায় খললবদা ওইথোকত্রে অরেপপদি রাংল্ তৌবিব া চুমগনি ॥ ৪৬ ।

বেধসা যত্তু বিহিতং সুকৃতৈর্বিশাম্নাম্ ।
অযোনাহসি হন্তুর্মমাঃ তে পুত্রিকোপ মাম্ ॥ ৪৭ ।

মহারাজ! মহাক্না তৌরক্পা কর্ম্মগী মহৈনা থোঙ্ ওইরদুনা বিধাতানা মপু ওইদুনা মী পুন্নমক্ মাগী মাগী ওইবা পুক্কিং তপ্না ওইরিবনি মাদুদা কনানা কক্থৎপা ঙমদে অরেম্না ওইয়ে মাহুবু তৌগদবা ওইরে মরম্ অসিনা নহাক্কি নচানুপীগুম্না য়োকপিবা অসিগুম্বী দেবকী অসিবু লুহোংবগী মতুংদা হাৎপা হায়বা অসে নহাকী অক্বা ওইরোই ॥ ৪৭ ।

রোগিণাং বালবৃদ্ধোচ স্নাংস্ত্রীয়ং ব্রাহ্মণং গুরুম্ ।
হত্যাচ্ছত দোষাপ্তং হন্নেনা ক্ষয্যমাপ্নু য়াৎ ।
অযশো বাপ্নুয়াঃ সর্ব্বং ত্রিলোকং সচরাচরম্ ॥ ৪৮ ।

হেরাজন্! অনাবা, অঙাং, অহল্, মণ ব্রাহ্মণ, নুপী, অমসুং গুরু হাইরিবা অসে হাৎপ্না য়াদে দোষ কয়া লৈ হায়রিবাসিং অসে হাৎলবদি অমাং অতা লৈত্রাব নরক্ সোইদনা তাগনি মতৌ অসুম্না অচৎ চৎত্তা মরোল অহুমগী ময়াইদা মফম পুন্নমক্না মহাক্কি মিংচৎথৌবা ছিনবা থুংনা মতম্ কুইনা লৈহৌরগনি ॥ ৪৮ ।

বরং মৃত্যুনচা শ্রেয়ং কর্ম্ম ত্বং কর্ত্তু মহর্ষি । চ৯ ।

মহারাজ! অথোইবনি শিবা হাইবা অসে লাইবক্ ফবনি অহুমনাদি ওইরগা নিপা ওইবগী থবক্তি নত্তে মরম অসিনা নহাকী মঙোল ওইরোদবা থবক্ তৌগে হাইনা থৌরাং তৌবিগম্ব মরমদি সংসার অসিদা লৈরিবা নীপা পুন্নমক্কি মফম্দা মসে মক্তিক চাদবা থবকনি ॥ ৪৯ ।

সম্ভাবিতোসি শূরাণাং রাজ্ঞাং পুন্যবতামপি ।
অসম্ভাব্যং কথং কুর্য্যাৎ কর্ম্ম লোকবিগর্হিতম্ ॥ ৫০ ।

ভোভূপতে! নহাক্তি ফাওরবা অথোবনি পুন্য চেনবা রাজ বংশদা পোকপনি মরম্ অসিন মীনা ঙাংনাগদবা তৌহৈদবা কর্ম্ম তৌগাদোবগী নহাক্না কিরিগী থৌরাং তৌরি ? ॥ ৫০ ।

ত্যক্তেণাং কৃপণাং বালাং রাজন্তং দীণবৎসলঃ ॥ ৫১ ।

হেরাজন্ ! নহাক্তি তেল্লবাশিংবু থৌজানবিদ্রে নহাকি নচানুপীগুম্বি তোল্লবী নহাক্কি নচন নুপী অঙাং ওইরিবী দেবকীবু হাংনবগী থৌরাং তৌরিবা অদো থাদোকপিয়ু ॥ ৫১ ।

ব্রহ্মোবাচ ।— তথা পথ্যং শ্রেয়োবাক্যং নিশম্যাতুর্ম্মণাভূণম্ ।
জহৌ শোক পরা তাঙ্গোবীরঃ স্বগৃহ মাগমৎ ॥ ৫২ ।

ব্রহ্মানা অঙ্গিরাদ হাইখি—বৎস ! বসুদেবনা হায়জবা মঙ্গোল ওইননবগী লম্বী ওইবা বাঙাং তারবদা নহাবিন কংস খাঙবা ঙম্‌দবা ওইংখে মতুঙ অদুদা মঙল মঙল খললগা অবাবা ওইদুনা মশা অদো দেবকীবু থাদোক লম্ং.গা মহাক্কি ময়ুমদা চংখে অর্থাৎ বসুদেব—দৈবকী অনিদি চংখিদ্রে ॥ ৫২ ।

বসুদেবোঽপি সংহর্ষো পিরবৃত্তে কুপণাং শণে ।
কংসে স্বভার্য্যা মাদায় জগাম স্ব নিবেশণম্ ॥ ৫৩ ।

কুলাঙ্গার ওইবা কংসনা মচনবু হাংকে তৌরমবদগী হপ্পনখিবা মতুং অদুদা হাইনিংঙাই নৈত্তনা হরাওদুনা বসুদেব মহাক্কি ওইবী লুহোংবদা ভাহরিবী দেবকীবু পুদুনা ময়ুমদা চংখে ॥ ৫৩ ।

এতস্মিন্নন্তরে দেবো বিবিচ্য পরমং হিতম্ ।
নারদং প্রেরয়ামাস ত্বরা কৃষ্ণাগমা শয়া ॥ ৫৪ ।

বসুদেব মহাক্কি ময়ুমদা য়ৌখ্রবা মতুং অদুদা লাই পুম্নমক্না মখোয়গী ফনানবগীদমক্ খননাশি পৃথিবীদা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণনা থুনা অবতার ওইনবগীদমক্ থীনদানা কংসগী নাক্তা নারদ থাননবা খননাখে ॥ ৫৪ ।

গচ্ছতং মে হিতার্থায় যথাশীঘ্রং ধরাং প্রভুঃ ।
ঈয়াত্তং প্রযত্নং ত্বং হিনঃ পরমো গুরুঃ । ৫৫ ॥

লাই পুম্নমক্না নারদদা তরেৎ তরুক্ ওইনা নোম্লুকপা রাহে হাইজখি হে মুণে ! কংসবু ঙক্হন্‌গা ময়মদি মতৌ অঙ্গম্না মযম্ অদুদা পৃথিদা প্রভু নারায়ণ থুনা জন্ম ওইরাগনি ময়ম্ অসিগী নহাক্না ময়ম্ অসিদা বাখল অমত্তঃ তৌবিয়ু ইবুঙো নহাক্কি লাই পুম্নমক্কি অন্তা ওইবা অথোইবা ফনাবা সেম্ব অমম্বং অথোইবা গুরু ওইবিয়ু ॥ ৫৫ ।

ইত্যাদিষ্টো মঘবতা নারদো দেবদর্শনঃ ।
ইচ্ছন্দেব হিতং যত্নাদাত্মণশ্চ বিশেষতঃ ॥ ৫৬ ।

সমারেনগী পাঙতাক শীরবদা থোইদোক্না (দেবদর্শণ) নারদ মুণি লাই পুম্নমক্কি ফনানবা অহুকক্কি মথৌ ওইরাসনু অমনা ওইদাসনু থোইদোকপদি ইবুংঙো নহাক্না খল্লগা মস্না তৌবি-পদবা ওই ॥ ৫৬ ।

আজগাম জগার্কেণ স্বপক্ষ পুরাৎ মুনিঃ ।
বীণাং কৃষ্ণগুণোম চ্যাং কংসস্য পুরমাবিশৎ ॥ ৫৭ ।

নারদনা বীণা খোঙদুনা মুংশিবা মুরনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শকলা শকলাহুনা মিংনাকুপপি অমগী মহুংদা ভোজরাজ কংসগী কোংহুংদা লাকতুনা চংখে ॥ ৫৭ ।

আরাদ্রায়াস্ত মালোক্য দেবর্ষিং দেবলোকতঃ ।
মন্যমানঃ কৃতার্থং স্ব মাত্মানং পুন র্বাশীবাম ॥ ৫৮ ।

মহাক্কি সিংহাসনদা ফমহুনা কংসনা য়েংবদা অহুগুম্বা দেবলোকতগী দেবর্ষি নারদ ঐগী কোনুংদা লেংঙকলি অচম ওইবা নিংথৌনা মহাক্কি মপুঙ ফাবা মঙ্গোল্ ওইগাদৌরি মতৌ অমুম্বা ঐনা ক্ষানবা করি তৌসগে অমুম্বা মঙল মঙল্ খলখি ॥ ৫৮ ।

প্রত্যুত্থাণাভিরাবাদ্যৈ রহমার্হণীশ্বশ্বরম্ ।
কৃতাতি থ্যোপবিশ্য স মুনিরাহনৃপং তদা ॥ ৫৯ ।

নারদ মুনি লাকপা উবদা কংস আসনদগী হৌগংতুনা খুরুমহুনা পূজাগী পোৎলম্ মুনিগী আসন কংতুনা পূজা তৌখি নিংথৌনা কংপা আসনদা মুংঙাইনা ফমলগা দেবর্ষি নারদনা নিংথৌদা মতম্ অদুদা অমুম্বা হাইরকই ॥ ৫৯ ।

সাধু প্রীতিরীদৃশীতে মদ্বিধেষু নরেশ্বর ।
প্রীতোঽহংতে নবদোন শী লেন বচনেণচ ॥ ৬০ ।

হে নরপতে ! ঐগোন্দা তৌবা অমুম্ব সাধু পুম্নামকসু পেলহল্লি মরম্ অসিনা নহাক্কি মুংশিবা বাহৈনা মতৌ অমুম্বা মুংঙাইহল্লি মহৌশা ওইবা গুননা ঐনা ভরেং মঙা খোক্লা খললে ॥ ৬০ ।

বংশোবংস নিবোধেদং হিত্বংতে রাগ্নিশা স্বতং ।
যেজাতা বৃষ্ণিভোজাদ্যৌ যন্ধক কুলেষুচ ॥ ৬১ ।

বংসকংস ! নহাক্কি অসিগুম্বা সম্পতি মাইং অরেপ্পনি অকবানি অরেপ্পা বানি ঐনা নংঙোন্দা হায়গে নহাক্কা পুক্কং চংনা তাও বৃষ্ণ, ভোজ, যদু, মতৌ অমুম্বা অন্ধকবংশ পুম্নমক্ সাম্নার অসিদা পোকল্লি ॥ ৬১ ।

কুরু পাঞ্চাল বাহ্লীক কুকুরেষু নরেশ্বর ।
গোকুলে নন্দগোপাদ্যা দেবক্যাদ্যা যদুস্ত্রিয়ঃ ॥ ৬২ ।

হে নরেশ্বর। কুরু, পাঞ্চাল, বাহ্লীক, মতৌ অমুম্বা কুকুরবংশ অমনা গোকুল নগরদা নন্দনচিংবা গোপ অহোপ্পা অমনা যদুবংশদা দেবকীনা চিংবী মুপী কম্না অমা পোক্লি ॥ ৬২ ।

যশোদাদ্যা গোপনার্য্যাঃ শ্রীদামাদ্যাশ্চবালকাঃ ।
সর্ব্বদেবর্ষি রাস্তে গোলোকাদা গতানৃপ ॥ ৬৩ ।

হে রাজন্। যশোদামচিংবী গোপগী নুপী মরাম্ অমদি শ্রীদামনচিংবা গোপমচা কয়ান্থ গোকুলদ মখোয় অদো দেব রূপনি লাইগা মাইদু দেবকীগী দমক্ গোলোকতগী পৃথীবিদা লাকলগা ওইরিবনি ।। ৬৩ ।

তাদৃক্‌কৃষ্ণপ্রিয় ভূভার হারায় জ ভুবাল্মিতঃ ।

কৃষ্ণঃ কমলপত্রাক্ষো দেবক্যষ্টক গর্ভজঃ ।। ৬৪ ।

নহাক্কি মতৌ অসে ( অংশপ্রায় ) ক্ষত্রগী ভারনা লুম্‌মবা পৃথিগী অবাবদু মাংহনবীগে হায়বগী দমক্ ব্রহ্মাণ মরম্ ওইরহনা হায়জবদগী পদ্ম লোচন ওইবা ভগবাণনা দেবকীগী নিপান্ গুবা মচা ওইনা পোককাদৌরি ।। ৬৪ ।

সংভূয় অচিরাদেব হন্তা তদৃগণ্ড নরেশ্বরান্ ।

যথা ন নাশ মভ্যেতি লোকং তৎ গুরু মাচিরম্ ।। ৬৫ ।

হে রাজন্ দেবকীগী মচা ওইনা পোকলগা শ্রীকৃষ্ণনা নহাকপু মাংহলগনি সোইত্রাবনি অদুগী তুডদা নিংথৌ কয়াস্ত হেরবা ওইদুনা মাংহলগনি হৌজিক্ ঐনা নংগী দমক্ হায়রিবা অসিনি পুম্নমক্ মাংত্রীবৈদা থীন্‌দানা নহাক্না মহাক্‌পু মাংনবা উপায় তৌ ।। ৬৫ ।

তংশ্রুত্বা বচণং তস্য পরমোদ্বিগ্ন মানসঃ ।

অনার্য্য প্রকৃতিং সর্ব্বাঃ পুরোহিত পুরোগমাঃ ।। ৬৬ ।

মহারাজ কংসদা নারদনা থংহনবা মহাক্কি মঙোল্ ওইরোইদবা রা হাইরকপা তাবদা অরাবা ওইদুনা মতুঙ মতুদ মহাক্কি পুরোহিত্ অতম্ অথৌ মন্ত্রি মহাক্কি নাক্তা কৌদুনা লাক্লে ।। ৬৬ ।

মন্ত্রয়ামাস যত্নেনা মিচ্ছন্নাত্মা হিতং নৃপম্ ।

কংসে দুর্ম্মন্ত্রিভিঃ সাদ্ধং তৃণবর্ত্ত বকাদিভি ।। ৬৭ ।

অদুগী তুডদা অয়াম্বা ফংত্রাবা মন্ত্রী তৃনাবর্ত্ত বক্ অসিনচিংবা লোইনদুনা রাজা কংস মহাক্কি ফননবগী দমক্, বাখল্‌নানবা যতোল্ তৌনা খননাক্লে ।। ৬৭ ।

নিগৃহ্য পিতরং রাজা মংগাৎ পৃথিবী পতিঃ ।

আণীয় বসুদেবঞ্চ দেবকীং পিতরং তদা ।

কারাগারে রুধরোহনিগরে বৃষ্ণিভোজকান ।। ৬৮ ।

কংস মহাক্কি পীতা উগ্রসেণবু লাকশিনদুনা মহাক্না পৃথিবীগী নিংথৌরেন ওইখি মতৌ অম্মা বসুদেব দৈবকী কৌরুদুনা কারাগারদা য়োংকি লৌরিনা পুনদুনা থম্‌খি হাংনানবগী দমক্ অপ্তোপা বৃষ্ণ বংশ ভোজ বংশনচিংবা নিপা পুম্নমক্ বন্দি ঘোরদা পুন্দুনা থম্‌খি ।। ৬৮ ।

দৈবকা ওসাবে পুত্রান হটকং সোন্যহন চতাণ্ ।

ততোহনন্ত আজ্ঞাপা শেষং পর্য্যঙ্করূপিনম্ ।

দেবক্যাঃ সপ্তমে গর্ভে জন্মার্থং স্বাংশরূপিনম্ ।। ৬৯ ।

অদুগী তুগুদ দৈবকীগী মচা তরুক্ কারাগৃহ মহুংদা মথক্ মথক্ পোকপা অহ্নু হুরাত্মা ওইবা কংসনা পুন্নমক্ মুনদুনা মাংহনখি ভগবাণগী শৈজ্যাগী মশক্ ওইবা অনন্তদা শ্রীনারায়ণ হায়খি দৈবকীগী তরেংশুবা মচা ওইনা নহাক্কি অংশনা পোকউ হায়না য়াথং পীখে ॥ ৬৯ ।

তে নাজ্ঞপ্তে ভগবতা সহস্রা নন মূর্দ্ধবান্ ।
বিশেষ দৈবকী গর্ভং দরীং মেরো মৃগেন্দ্রবৎ ॥ ৭০ ।

ভগবাণগী য়াথং লৌরাদুনা মথাই লিশিং অমগুং মকোক লিশিং ওইবা অনন্তদেবগী অংশনা দৈবকীগী গর্ভদা লাকতুনা চংখে প্রমানদি স্মাজিংগী লোক্তা ছাগী নিংথৌ নোংশানা চংবাগুম্বি ॥ ৭০ ।

তস্মিন্ প্রবিষ্ট তস্মিং স্তু বীক্ষ্য সর্ব্বদিবৌকসঃ ।
বৃষ্ণান্ ভোজান্ধকাদীংশ্চ বসুদেবঞ্চ দৈবকীম্ ।
ত্রস্তন্ধস্তান বিলানাশ্চ ক্লিষ্যানামন্ দুরাত্মনা ॥ ৭১ ।

দৈবকীগী গর্ভদা অনন্তদেবনা চংখে মতৌ অমুম্না বৃষ্ণি, ভোজ, অন্ধক, শাগৈসিংদা লাই মবাম্না নিপা ওইনা চংবা উন্নরগা অমনা দুরাত্মা কংশনা দৈবকী বসুদেব অসিনা চিংবা য়াদবসিং নৈহংপ্লা পাঙ্গল ময়েং তানবা থোইদোক্না অৱাবা ওহরবদা ভগবাণনা কাত্যায়নীদা পাওতাক পীখে ॥ ৭১ ।

কাত্যায়নাং মহামায়ামাজ্ঞাপয়ত জন্মনে ।
আকৃষ্য দৈবকা গর্ভাং শেষং গোকুলমণ্ডলে ।
রোহন্যা গর্ভ আধায় যশোদায়াং ভবিষ্যসি । ৭২ ।

মুংশিবা য়াহৈনা বলদেবগী জন্ম ওইনানবা মরমগী মহামায় কাত্যায়নী দেবীদা নারায়ণনা অমুম্না হায়খি— হে মাতঃ! নহাক্না দৈবকীগী গর্ভদগী অহুবু পুংগা গোকুলদা লৈবা রোহিণীগী গর্ভদা থম্মুরো নহাক্না যশোদাগী গর্ভদা পোক্উ ॥ ৭২ ।

ইত্যাদিষ্টা ভগবতা দেবী কাত্যায়না শুভা ।
আকৃষ্ট দেবকী গর্ভং রোহিন্যা গর্ভ আদধৎ ॥ ৭৩ ।

মঙ্গোলগী মশক্ ওইবী কাত্যায়নী ইবেম্মদা ভগবাণগী য়াথং মতুং ইননা মথুরাদা লৈবী দৈবকীগী গর্ভদা চংলুনা অনন্তবু পুরকতুনা বসুদেবগী পত্নী রোহিণীগী গর্ভদা থম্মখে । তাৎপর্য্য— বৃন্দাবনদা নন্দানচিংবা পেপ মথুরদা বসুদেব দৈবকী মতৌ অমুম্না কংসগী মনাইসিং মহামায়ান তৌরিবদো কনানা খঙবা ওমদে মখোইনা খঙবদি ( দৈবকীর গর্ভস্রাব ) ওইরে অমুম্না সন্দোক্লখি ॥৭৩।

ততো মুকুন্দো ভগবাণ তয়া স্বাং শেণ চাবিশৎ ।
যশোদা গর্ভ আনন্দ মুদ্বহন গোকুলৌ কসাম্ ॥ ৭৪ ।

অদুগী তুগুদা জগৎপু লানবিবা ভগবাণ গোবিন্দ অহুগুম্বী মহামায়া ভগবতীগা লোইনদুন

অমম্তা ওইনা যশোদাগী গর্ভদ চঙখে অতুদা গোকুলদা নৈরিবা মী পুম্নবক পুংঙাইনখে অর্থাৎ যশোদা ব্রজরাজ—পত্নী অসে মচা পোকত্রে ভাংনবা মরম্ অহনা মহাকী গর্ভগী মতো উবদা পুম্নমক পুংঙাইনখি । ৭৪ ।

আবির্ব্বভূদ ভগবাণ স্বয়ং দেবো রমা পতিঃ ।
দৈবকী গর্ভদর্যাস্ত শঙ্খচক্রগদা ধরঃ ॥ ৭৫ ।

শঙ্খ চক্র গদ পদ্ম পাইবা চতুর্ভুজ লক্ষ্মী কান্ত ওইব স্বয়ং ভগবান্ বিষ্ণু দৈবকীগী গর্ভদা লাকতুন ( আবির্ভূত হইলেন্ অর্থাৎ অযোনিসম্ভব নারায়ণ পুংসিংকী মওৌগুম্না দৈবকীগী গর্ভদা চংবনি । ৭৫ ।

অথ বলদেব স্থাবির্ভাব ।
তং প্রবিষ্ট মুপাজ্জায় ভগবন্ত মুরুক্রম ।
সচাবত্তিরহং বিষ্ণু সশ্রীঃ সোমা মহেশ্বরম্ ॥ ৭৬ ।

উরুক্রম ওইবা ভগবান দৈবকীগী গর্ভদা চঙখে হাইবা অতু উবদা খংঙহনা লক্ষ্মী লোইনহনা নারায়ণ অমনা উম লোইনহনা মহাদেব লাই ময়াম্ ॥ ৭৬ ।

ঐরাবত করীন্দ্রস্থঃ সঞ্চাভূক্ষঃ সহস্রদৃক্ ।
স্বাহয়াহুতভূগ দেব সমবত্তী সবাহণঃ । ৭৭ ।

ঐরাবত্ তোঙহনা মামৎ লিশিং পানবা দেবরাজ ইন্দ্র দেবগনগা লোইনহনা মহাক্কি বাহন্ তোংহনা মৈ স্বহাদেবীগা লোইনহনা ॥ ৭৭ ।

নৈঋতঃ পবনে মৃত্যুরপাং পতি রুদারধীঃ ।
সগুহ্য গুহ্যকা ধীশো ঈশো রাক্ষস খেচরাঃ ॥ ৭৮ ।

পুষ্যগী মশক্ ওইবা নৈঋতপতি পুংশিং প্রেতপতি যমরাজ উদারবুদ্ধি জলাধিপতি বরুন্ যক্ষাসিংগ লোইনহনা কুবের সম্বন্ধা তোঙহনা ত্রিশূল পাইবা মহাদেব মাইকৈ ঙাকপা লাই মতৌ অগুম্না রাক্ষস অমসুং আকাশদা দৈব ময়াম্ ॥ ৭৮ ।

অক্কয়ঃ সরিতাং শ্রেষ্ঠৈগ্রহাবসব এবচ ।
দেবরাজর্ষয়শ্চৈব ব্রহ্মা বিপ্রর্ষয়োনব ॥ ৭৯ ।

হে পাপ লৈতবা অঙ্গির ! অধোই অধোইবা তুরেল লোইনহনা বরুন্ সমুদ্রানচিংবা নবগ্রহ অমসুং ধ্রুবনা চিংবা অষ্টবসু মতৌ অমুম্না দেবর্ষি রাজর্ষি অমসুং ব্রহ্মর্ষি লোইনহনা ব্রহ্মা ॥ ৭৯ ।

মুনয়ো মুণিপত্নাশ্চ মণবো মনুজাপরে ।
মিম্নরোরগ পৈশাচ দৈত্য দানব পন্নগাঃ ॥ ৮০ ।

মুনি [illegible] পাইনিংগা অপ্সরা অমসুং মচা ময়াম্ মতৌ অসুরা কিন্নর সর্প পিশাচ দৈত্য দানব অমসুং পন্নগ অর্থাৎ খুং থৈর ময়াম্ ॥ ৮০ ।

ধৃতরাষ্ট্রাদি নাগেশো যাতুধনাঃ সহস্রশঃ ।

কুষ্মাণ্ড ভৈরবাঃ সর্ব্বে ডাকিনী পুতনাদয়ঃ ॥ ৮১ ॥

ধৃতরাষ্ট্র অসিনচিংবা লিল্ ময়াম্ অমসুং মকোক লিশিং লিশিং পানবা কুষ্মাণ্ড, ভৈরব ময়াম্, ডাকিনী অমসুং হায়োম্ব পুতনা অসিনা চিংবী দৈবকীগী মচিকা হুদা লাকখ্রুবা লৈরলে ॥ ৮১ ।

নারদোঽগস্ত্য ভৃগবো মার্কণ্ডেয়ো মহাতপাঃ ।

জমদগ্নিভরদ্বাজঃ সশিষ্যো রেণুকাসুতঃ ॥ ৮২ ।

অতুগী তুংদা মুনি ময়াম লাকলে মকখ অতুদা নারদ অগস্ত্য ভৃগু, মহাতপস্বী মার্কণ্ড, জমদগ্নি ভরদ্বাজ অমনা শিষ্যশিংগা লোইননা পরশুরাম ॥ ৮২ ।

কৌশিকো দেবলো ধৌম্যো মৈত্রেয়শ্চ কৌমুনি ।

দ্বৈপায়নঃ শুকঃ কণ্বো গর্গ গৌতমকাদয়ঃ ॥ ৮৩ ।

কৌশিক, বিশ্বামিত্র, দেবল ধৌম্য, মৈত্রেয়, উতথ্য অমনা বেদ তোঙান তোঙানা পুরাণ কয়া লেংবা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন, মহাজ্ঞি মচা মহাযোগ শুকদেব অমনা যজুঃ বেদচংপী কণ্ব মঙাল লৈবা মতৌ অমুম্না তর্ক শাস্ত্র হৈবা গৌতমন চিংবা মুনি ময়াম্ ॥ ৮৩ ।

সশিষ্যাঃ সানুগাঃ সর্ব্বে সপ্রিয়াঃ সপরিচ্ছদাঃ ।

সায়ুধাঃ সহযানাশ্চ সহভূষাঃ সবস্ত্রকাঃ ৮৪ ।

হাইখিবা পুম্নমক্ অসে মাগী মাগী শিষ্য অমসুং তুঙইনবা পত্নী ময়াম লোইননা অমনা খুংসু খুংলাই তোঙনানবা বাহোন মাগী মাগী (বেশভূষণ) সেৎনা ইননবা পুন্না লাকলে ॥ ৮৪ ।

পরমং যোগমাস্থায় দবকা গভ পঞ্জরম্

বিবিশুর্যোনি রন্ধ্রেণ ভগবন্ত মধ্যাক্ষয়ম্ । ৮৫ ।

হায়খিবা লাই ময়াম্ থোইদোকপা যোগগী পাঙনা মরম ওইদুনা (যোনিরন্ধ্রদ্বারা) দেবকীগী গর্ভদা পুম্নমক্ চঙখ্রাগ মখাদা লৈদুনা ভগবান্ নারায়ণব স্তুতি তৌখি । ৮৫ ।

শঙ্খ চক্রাজ পরিখ প্রোল্লসৎ করপঙ্কজম্ ।

পীতাম্বরং স্মেরপাথো জনুবদর নাননম্ ॥ ৮৬ ।

অঙকৃপা ওইবা ভগবান্। শঙ্খ, চক্র, পদ্ম, অমসুং গদা পাম্বোম্ থরিদা লৈতেংতি মা লিগেং থোনবা মোমোন নোকপা অঙাংবা থম্বাল মানবা মাইথোং ॥ ৮৬ ।

কিরীট কেয়ুর তাড়ঙ্কা ভাতি ভাসিতম্ ।

কৌস্তুভোরস্কমাসীনং কুণ্ডলজ্যোতিরাননম ॥

কোটি কন্দর্প লাবণ্য মুরুহা সমুজ্জ্বলম্ । ৮৭ - ৮৮ ।

কোক্তা মণিগী কিরীটি লৈত্তেওবা খোঙ্গিদা মা পরেং খোনবা কেয়ূর, তারহ লৈত্তেংবা দেহগী মঙাল কজবদা ( কোটিকন্দর্প ) তুপ্যলাবন্য উরুক্রম ভগবাণগী হৃদিদা কৌস্তভ লৈত্তেওবা না অনিদা রত্নগী কুণ্ডল ঙাল্লি মুখপঙ্কজ দৈবকীগী হৃদি মংক্তা ঙাল্লি অহংগুম্বা গোবিন্দবু লাই ময়াম্বা লৈশি লৈংখোলখি ॥ ৮৭ ৮৮ ।

দেবাউচুঃ। নমঃ পঙ্কজানা ভায় নমস্তে পঙ্কজাময়ে।

পঙ্কজোদ্ভুতয়ে পঙ্কজোদ্ভবে ভূত য়ে নমঃ ॥ ৮৯ ।

হে মহাভাগ! ইবুংঙো নহাক্তা খোইদোদগী থম্বাল্ পুখোকই চরোণ থম্বাল্ লক্ষ্মীনা খোগজ তৌরি থম্বাল্ পুখোকপা সংসার শেমনানবগী দমক্ ইবুংঙো নহাকপু ঐখোয় পুম্নমক্তা চরোণদা হুন্না হুন্না খুরমজরি ॥ ৮৯ ।

পঙ্কজাস্যায় তে নাথ নমঃ পঙ্কজাবাহবে।

নমঃ পঙ্কজনেত্রায় ভক্তহৃৎ পদ্ম ভাণবে ॥ ৯০ ।

হে নাথ! ইবুংঙো নহাক অ স ফুগাইনা শাংপা থম্বালনা তমজা নিংঙাই ওইবা মাইখোং ( পদ্মবাহু ) পঙ্কজনয়ন মতৌ অশুম্বা ভক্তগী হৃদগী থম্বালদা নুমিংকি মশক্ ওইনা ঙানবিবা ইবুংঙো নহাকপু খুরুমজৈ । ৯০ ।

হৃষীকেশায় দেবায় হৃষীকপতয়ে নমঃ।

হৃষীকানামধিষ্ঠায় হৃষীকায় নমো নমঃ ॥ ৯১ ।

হে ভগবান্! অয়াম্বা ইন্দ্রিগী ঈশ্বরনি ইন্দ্রি পুম্নমক্কি মপুনি ইন্দ্রি পুম্নমক্ খোদাবনি অয়াম্বা ইন্দ্রি পুম্নমক্তা লৈবী মতৌ অংম অয়াম্বা ইন্দ্রি পুম্নমকি মশক্ ওইবা ইবুংঙো নহাকপু হুন্না হুন্না খুরুমজরি ॥ ৯১ ।

সাধুত্রাণায় সাধুনাম ভবায় নমো নমঃ।

সাধু পূজা নু গম্যায়াসাধুপেশায় তে নমঃ ॥ ৯২ ।

হে জগবন্ধো! ইবুংঙো নহাক্তা সাধু পুম্নমক্পু ঙাকপীগে কৎত্তবা পুম্নমকপু মাংহননবগী মরম্ ওইবা ইবুংঙো নহাকপু হুন্না হুন্না খুরমজরি ইবুংঙো নহাক্ অসে ননাই পুম্নমক্তা মতম্ পুম্নমক্তা পূজা তৌরিবা অদুবু চংখোন্না ঙাকুনা থম্মগা অদুগী তুংদা সাধু পুম্নামক্কি হৃদিদ লেংদনা লৈবীবা নহাকপু খুরমজৈ ॥ ৯২ ।

সাধবে সাধুসাধয়ে সাধুবৎসল তে নমঃ।

দৈত্যারয়ে দৈত্যদর্প সুদনায় নমো নমঃ । ৯৩ ।

হে পরমাত্মন্! নহাক্ অসে সাধুগী মশক্কি সাধু পুম্নমক্তা নিংজাবদা অমসুং ননাইসিংনা খুরম্ চল্লিবা নহাকপু খুরমজরি নহাক্ অসে দৈত্যবু মাংহনবা অমসুং দৈত্যগী নাপন্ মাংহনমাম্বা ওইবা ইবুংঙো নহাকপু হুন্না হুন্না খুরমজরি ॥ ৯৩ ।

গোবিন্দায় গোপ বালবয়স্যা য়ারি নাসিনে।
যোগায় য়োগ গম্যায় যোগনাথায়স্তে নমঃ ॥ ৯৪ ।

হে গোলোকি মপু ওইবা! নহাক্তি গোবিন্দনি অর্থাৎ সকস্থানি পুম্নমক্ ঙাকপীবনি অমস্তুং ধর্ম্ম পুম্নমক্ ঙাকপীবনি শ্রীদামনা চিংবা গোপ ময়াম্ সমবয়স মতৌ অমুম্না গোকুলগী য়েক্লাবা মাংহনবিনবা ওইবা নহাক্না যোগরূপ ওইবা পুম্নামক্তি নিংনাকম ওইবা ইবুংঙো নহাক্পু খুরম্জরি ॥ ৯৪ ।

প্রপন্নান দুঃখশোকার্ত্তাণ শরণাগতপালক।
ত্রাহিনাং পরমে শান্ ত্বং হি নঃ পরমাগতিঃ ॥ ৯৫ ।

চংজবব্ ঙাক্পীবা হে দীনবন্ধো! অসিগুম্ব তোল্লবা লাই ঐখোয়গী নহাক্না পাঙ্গলনি ইবুংঙো নহাক্ নত্তনা অপ্তোপা উপাই লৈজাদে ঐখোয় পুম্নমক্তি অবাবা মুংঙাইতবানা থাংবা ঙমদবা ওইহনা নহাক্তি, নহাক্তি তুং ইনহনা ঙাকপীনবগী দমক্ ঐখোয় পুম্নমক্পু ইবুংঙো নহাক্না ঙাক্পীয় ॥ ৯৫ ।

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্যাকর্ণ্য বচস্তেষাংভূত ভাবন ভাবনঃ।
প্রসন্নারুণ পাথোজনয়ণঃ প্রহসংশ্চতান্।
অবদদ্দতাং শ্রেষ্ঠো ভগবানাদি পুরুষঃ ॥ ৯৬ ।

জগৎপীতা ব্রহ্মাণ অঙিরাদ হায়খি—বৎস। জীব পুম্নমক্পু পোক্লানবগী অমত্তা ওইবা থবক্ অয়াম্বা ঙাক্পীবা অথোইবা ভগবাণ্ (আদিপুরুষ, গোবিন্দগী তঙাং ঙঙাংবা চরোণ থাংল অনিদা লাই পুম্নমক্না অহুককী মথৈ হাংজাবা তঃয়বদা পেনবীরহনাদুমোমন্ নাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা হাইখি ॥ ৯৬ ।

শ্রীভগবাণুবাচ।—তত্তর্থোহয়ং মমারস্তোনাস্তিবো ভয়মপ্যপি।
স্বপদং প্রাপ্স্যথ ক্ষিপ্রমৃদ্ধি যেগমহেতুকম্ ॥ ৯৭ ।

ভগবাণ্না থেমজহনা লাই ময়ামদা হায়রকই—হে লাই শা নখোয়না কীরিবদো কীগনু যরমদি নখোয়গী অকিবা কোকনবা মরম্গীদমক্ ঐনা অবতার ওইগাদৌরি অবাবা কোকলগনি চাওথনবগীদমক্ নংগী নংগী অথোইবা অহুগুম্বা মফম্ চিংনাদনা ফংঙাগনি ॥ ৯৭ ।

সাধুনাং সমচিত্তানাম ভাবায় সুরক্ষা হাম্।
ধরা ভারায়মানানা মভাবায় সুরাধিপাঃ ॥ ৯৮ ।

হে সুরাধি পতিরা! পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা উবা সাধু পুম্নমক্তি অকীবা মাংহনগে হাইগীদমক্ মতৌ অমুম্না লাইগী য়েক্লবা লৈহললোই অমনা দৈত্যগী ভারনা য়ারবা পৃথিগী অকুম্বা লৌথোক্নে হায়বাগীদমক্ ঐনা ক্ষৌরকলিবনি খংঙো ॥ ৯৮ ।

সম্ভবোঽয়মব্যয়স্য মুর্ত্তস্য পরমেষ্ঠিনঃ।
ধাম গচ্ছত ভদ্রং বঃ করিষ্যে নাত্রসংশয়ঃ ॥ ৯৯।

অধ্যয়াত্মা ওইবা অপাত্মা লৈত্তবা অমত্তা ওইবা লেংদবা অমগমু মরি লৈত্তবা পরমেশ্বর ওইবা ঐনা অবতার তৌগাদৌরিবা অসে নখোই পুন্নমক্তিদমক্তি নংগী নংগী নশক, নংগী নংগী লৈকম্‌দা চংলো কীরাগনু চিংনারগনু ঐনা নখোরগীদমক্ মঙ্গল ওইনবা য়ায়েল্ তৌরগে ॥ ৯৯।

ব্রহ্মোবাচ।—ইত্যাভাষিত মাশ্রুত্য দেবাস্তে মনুষা মুনে।
ধামং স্বস্ব প্রমুদিতা যযুঃ প্রণত কন্ধরাঃ ॥ ১০০।

মহর্ষি অঙ্গিরাদা মক্তিক চাওবা ব্রহ্মানা হায়খি—হে দ্বিজবর! ভগবাণগী অসিগুম্বা ওয়েঙ্গ-জনবা ৱা তারবদা হান্নগী মতৌগুম্না হরাওরদুনা ইবুংঙো মাঙোন্দা খুরুম্‌ঝগা লাই পুন্নমক্ মাগী মাগী মকম্‌দা হন্নাগ্রে ॥ ১০০।

অথ বলদেবের জন্ম

জ্যৈষ্ঠে মাসি সিতষ্টম্যাং নক্ষত্রে যমদৈবত।
জাতোরামো রৌহিনেয়ঃ শেষোংশেষ পরাক্রম ॥ ১০১।

লাই ময়াম্না হনখ্‌বা তুংদা অকবা মতম্ কালেলগী পানথংলক্‌পা নিপানুনি পানবা মুমিংত্তা (যমদৈবত্ত মঘানক্ষত্র) ওইবা মতম্ পাঙ্গলদা চাংদমনিঙাই লৈত্রবা অনন্ত ভগবাণনা পুন্নমক্কী পুক্নিং সুমহংনবগী মশক্ রামরূপ রোহিণীগী গর্ভদগী পৃথিবীদা অবতার ওইখ্রে ॥ ১০১।

দেবাদুন্দুভয়োনেদুঃ পুষ্পবৃষ্টি মুচো দিবি।
জগুর্গন্ধর্ব্বপতয়ো ননৃতুশ্চাপ্সরো গনাঃ ॥ ১০২।

বলরাম দেবনা জন্ম ওইরবদা (সুতিকা গরোপরি) আকাশদগী লৈনা নোংচুবগুম্ চাই-থরকই মতৌ অসুম্না আকাশদা লৈরুনা লাইময়াম্না (মহাংসবজ্ঞানে) দুন্দুভি থীনখ্রে, গন্ধর্ব্বপতি হা হা হু হু তুম্বুরুনা চিংবা পুঙ্ ভগবৎকি মঙ্গোলগীদমক্ ঈশৈ জগোই মতৌ অসুম্না জগোই শাবী জগোই শাখ্রে ঈশৈ শকখ্রে ॥ ১০২।

অথ শ্রীকৃষ্ণ বির্ভাব

ভদ্রমাস্য সিতাষ্টম্যাং রোহিন্যক্ষ যুতেহহনি।
হরিস্তান্ সুদৃঢ়ান্ মত্বা কারাগারস্থ রক্ষিণঃ।
মায়েশো মায়য়া মৈথে রাবণোৎ থং থরস্বনৈঃ ॥ ১০৩।

বলদেব জন্ম ওইরবগী তুঙ্‌দা থরানগী থাসিগদবা নিপানী বাৎপ রোহিণী নক্ষত্র ওইবা মতম্ অদুদা মক্তিক চাওবা কংসনা থমখিবা কারাগার ঙাকলিবা ময়াম্ অদু থঙঙাদুনা মায়াগী মপু ভগবান্ গোবিন্দ নোঙ খোংবনা মরম্ ওইরদুনা আকাশ পুন্নমক্ ছিনবা থুংনা নোঙ চুখাখি ॥ ১০৩।

ইরম্মদস্ফুর্য্যাদ্যুভিস্তনদ্ভি স্তণরিম্মুভিঃ।
ঘন ঘর্ঘর সংঘোষ প্রবল্গ্য ঘোর ঘোষনৈ।
ভীরুসন্তীতি জণনৈঃ ভাপয়দ্ভির্দ্দিশোম্বরম্। ১০৪।

আকাশদগী চুথারকৃপা নোঙ অকর অকিম্বা খোঙ্জেল (ঘন ঘন) (ঘঘরিত শব্দে) মী পুম্নমক্ অকিম্বা ওইখে মতৌ অস্নুগ্না অতৎপা লৈত্তনা ছোরালেমনা ব্রজা থাদে জিবা পুম্নমক চিংনারকৃলে মরক্ মরক্। মাইকৈত্তরা থুংনা নোংথাং কুপ্পী মডাল্লা লংঙি॥ ১০৪।

কুর্ব্বানৈ ধ্বান্ত পটলং নিবিড়ং পয়মোম্বনম্।
হুদাগার গিরিবরৈঃ প্রাসাদা ট্রাল তোরনৈঃ॥ ১০৫।

ঈয়েল্ লোক্ চিঙ্ স্নাথোঙ চেকপ্ন থাঙমপাং থোইদোক্না অকিবগী মশক্ ওইরে মম্বনা অকিবগী মশক্ ওইনা কুপখে, অর্থাৎ কদাইদা য়ুমলৈ চেকপন্ মণ্ডির হ্রদ কদাইদা চিঙ অমদি অমম্বনা কুপ্পনা উবা ফংদ্রে অসিনি ভাইবা খঙদ্রে॥ ১০৫।

প্রাচীর গিরিশৃঙ্গশ্চ পতিতৈর্ধরণী সুর।
চণ্ডবাত প্রনুদিতৈর্ণাদৃশুত ধরাতলম্॥ ১০৬॥

হে অবনীসুর! অঙ্গিরা! কোম্নুং চেকপন্ অম্নাম্বা অমস্নুং মাংগদোয়ে, চীংগী চীংদোন্ অকমম্বা মুংশিহনা খুদেক্লে অমস্নুং মকম্ পুম্নমক্তা ভারে উবা তেকপা পৃথীবী উবা ফংদ্রে॥ ১০৬।

পততাং ক্রমসংঘাতাং প্রাচীর গিরিবেশ্মনাং।
প্রাসাদ তোরাণাট্টাল রথাশ্বখর দন্তিনাং।
নাদিতৈর্ন দিতাঃ সর্ব্বা ধরাকম্পনলক্ষতে॥ ১০৭।

তেক্পা উগী মপৈ অমস্নুং য়ুম চেকপন্ মন্দির মতৌ অস্নুগ্না চীংদোন নিংথাইবগী খোঙ্জেল ভাবদা সগোল্ শামু গর্দ্দভ পুম্নমক্ কীহুনা খোংঙে অম্বঙ্গুম্বা অম্নাম্বনা নিন্বা উখিদ্রি পৃথীগী মকম্ খুদিং মিন্খি মতৌ অয়্যা অতেক্পা য়ুম্ অমম্বানা কুপখিবনা পৃথীবী উবা ফঙখিদে চংপ্পা ঙমখিদে॥ ১০৭।

খরস্থুলোম্বৈণ লোকানাসারৈ রিষ্টকো পমৈঃ।
পয়োধাঃ পীড়য়া মাসুর্যুগান্তইব সম্ভ্রমঃ। ১০৮।

সম্বর্ত্তা নাচিংবা নোঙ পুম্নমক্না থোইদোক্না অকীবগী মশক্ ওইনা চুবা প্রলোইগী মতৌঙুম্ উবদা জীবা পুম্নমক্ অরাবা ওইরে মতম্ অত্তদা পুম্নমক্না থন্নৈ মতম্ লোইহুনা প্রলয় থুংঙরে॥ ১০৮।

গোহশোষ্ট্র মহিষাণ দন্তি খরমেষ বরাহকান্।
মম্নুজান পীড়িতান্ বীক্ষ্য মেনিরে যুগসংক্ষয়ম্॥ ১০৮।

গো, অশ্ব, উষ্ট্র, মহিষ, হস্তী, গর্দ্দভ, মেষ, বরাহ, অমদি মী পুম্নমক্ অকীবা কংনা চুবা নোঙ উরগা মতম্ অদহ্না মহাপ্রলয় তৌগদোরে হায়না জীবা পুম্নমক্না খন্নাখে॥ ১০৯

নধরাননভোভাভি ম প্রভান্ সুযোগবিৎ ॥ ১১০ ।

নিংবা পুম্নমক্ শাইরে মতৌ অসুম্না অবাবা থুংগুরে পুমম্ মম্খে, মাইকৈ খণ্ড্রে অহিং সুংথিল সন্ধ্যা অমদি পৃথিবী অকাশ অমুকল্ নোংঙান্বা হাইবা অসে খণ্ডবা ওমজে ॥ ১১০ ।

আসারৈঃ প্লাব্যমানাভূ র্নালক্ষ্যাত নভোম্বতৎ ।
পেতিরে শতশস্তত্র নভসোঽশনি প্রভাঃ ॥ ১১১ ।

ইঙা ইঙেনদা চুবা নোঙদগী শরুক চাম হেল্লি মতম চাদনা প্রলয়গা মাম্নখে, পৃথিবী অসে পাতাল্দা য়োবতারে করম তৌরগা অহাংবা আকাশ উগদগে উবা ফংঙরোই মতম্ অহুদা পুম্নমক্ অসে পুম্ম মম্খে, অমদি নোঙ্ মরক্তা চামা চামরক্ নোঙথাংগী মঙাল্না খজিক্তুং উবা ঙইখি ॥ ১১১ ।

এতস্মিন্নন্তরে বিদ্বন্ নিশার্দ্ধং সমমুত্তত ।
তেবীক্ষ্য দুর্দ্দিন ঘোরৎ কারাগারস্তরক্ষিণঃ ।
সুসুপ্তনিদ্রায়াচ্ছন্না নায়য়া শঙ্গর্ধন্বনঃ ॥ ১১২ ।

হে বিদ্বন্ ! সুংথিন্দা দুর্দ্দিন হৌখে, অমাবু অমনা উবা ফংনদে মথং মথং ( দ্বিতীয়প্রহর ) অহিং ওইরে অহুগী তুঙদা অমম্বনা নোঙগু কুপ্খে, অহিংগী মতৌ উরে দৈবকীগী কারাগার ঙাকলিবা কংসগী মনাই ময়াম্ পুম্নমক্ ভগবাণগী মায়ানা হিপত্তনা পুম্নমক্ তুম্খে ॥ ১১২ ।

এতস্মিন্নরে নন্দ গেহিনী সূতিকাগৃহম্ ।
প্রাবিশৎ প্রসবায়ৈব বেদবার্ত্তা ধরাসুর ॥ ১১৩ ।

হে অবনীদেব অঙ্গিরা ! অহুগুম্বা মতম্ অহুদা থোইদোকপা ( নন্দরাজ গৃহিনী ) যশোদা ইবেম্মা অদো অঙাং উনবগী মতম্ ওইরাহুনা থোইদোক্লা অরাবা ওইরে অঙাং উনানবগীদমক্ সূতিকা গৃহদা চংখে ॥ ১১৩ ।

সুসুবে মিথুনৎ রাজ্ঞী কন্যামেকৎ সুতঞ্চহ ॥ ১১৪ ।

অহুগী তুঙ্দা ( নন্দ মহিলা ) যশোদা রাণী মচানুপী অমা মুপা অমা থোইদোক্লা ফজবা মচা অনি ফংখে ॥ ১১৪ ।

নবীন জলদ শ্যাম পাথো ধর বরচ্ছবিম্ ।
সুণাসৎ সুকপোলঞ্চ সাম্যদন্তোষ্ঠ বাহুকম্ ॥ ১১৫ ।

নবীণ-নীল-নীরদ, শংবানন্না ফজবা অর্মাদ ফুইনা হৌবা নোঙগী মচুঙম্না নিংথৗনা ঙান্বা অনি অদো নাতোল মাইথোং চিনবান্ পাম্বোম্ চপ্ মান্নে ॥ ১১৫ ।

চার্ব্বায়ত ভুজদ্বন্দ্বৎ বণমালা বিরাজিতম্ ।
বেত্রবেণু বিষাণাদি স সংন্যস্ত মুকচ্ছবিম্ ॥ ১১৬ ।

পাম্বোম্ অনি অদো; শানে ফজৈ অত্তৌবা; কৈ পরেং খোল্বা কেত্র, বংশি শৃঙ্গাদি সম্ভূত অর্থাৎ খুং অনিনা চংখোয়া পাই মুরলী খাওদা মাফিগেং সজেনজৈ খেংদি মতো অমুমা পুক্লিং হবা খৃঙ্গি মতাম্না তিন্নবা ॥ ১১৬ ।

বেণুবাদনমিরক্তঃ প্রসন্না জরুনা নমম্ ।

অজযোনান্দ্র সংবন্ধ কোটি সূর্য্য প্রভান্বিতঃ ॥ ১১৭ ।

অতৎম্না সৈত্তনা বেণু খোত্তবা ফুগাইনা শাংপা অত্তাংবা থপ্নালনা তমজানিংঙাই ওই মুখপদ্ম কল্লামুক ফজবা কোটিসূর্য্যগুম তানবা তত্তাং তত্তাংবা চরণ অনিদা ব্রহ্মা, মতো অমুমা দেবরাজ খুরমমি অচ্চুত্বা চরণ অনিদা ॥ ১১৭ ।

কোটি কন্দর্প লাবন্য ংশজং শার্ঙ্গধন্বনঃ ॥ ১১৮ ।

কোটি কন্দর্পের ন্যায় ফজবনা তিনবা ভগবানগী রূপ তৌইগুম্বসুং কন্দর্পগা চাংদমনিংঙাই ওইবদা থোইদোকই মরম্দি ফজবা হাইবদো ভগবানগী অংশদগী ওইবনি হাইনৈ ॥ ১১৮ ।

প্রভাতারুণ সূর্য্যাভাং দ্বিভুজাং পরমা রুচা ।

নচোপলেপতাং কন্যাং যশোদানন্দ গেহিনী ॥ ১১৯ ।

অমুক্তা থোকপা মুন্নিংবা মঙান গুম্না তত্তাং তত্তাংবা পাম্বোম্ অনি নুপী অমা পোকলে তৌইগুম্বসুং নন্দগৃহিনী যশোদ অচুদি মতম অচুদা উবদি কংখিদে । ১১৯ । অতুগী অরেপ-পদি মচা অমা কংঙে হাইবদি থংডি নিপানি হায়বা খংখিদে মতম অতুদা মহামায়না মহাকপু জুমখিবদগী মরম্দি দৈবকীগী মচা ওইনা লৈননবগীদমক্ মহাক্কা মতুংদা ফোংদোকলগা থত্তাগদবনি ॥ ১১৯ ।

এবংবীক্ষ্যদম্পতীতৌ জ্ঞাত্বা তৎ পরমেশ্বরম্ ।

তুষ্টাবতু মুদাযুক্তৌ নত্বাপ্রনত কন্ধরৌ ॥ ১২০ ।

অত্তকপা ওইনা ফজবা লৈখোয়া তিনবা মচাবু পরমেশ্বরনি হায়না খঙহুনা থোইদোকনা হরাওজরহুনা পুকনিংনা লোল্লুবা খুরমহনা নন্দ যশোদ অনিনা মত্তোন্দা স্তুতি তৌখি ॥ ১২০ ।

মায়েশো মায়য়াচ্ছন্নো দম্পত্তী ব্যাকুলেন্দ্রিয়ৌ ।

নিদ্রয়াচ্ছন্ন গাত্রৌ তৌ সুস্বাপতুরথো নিশাম্ ॥ ১২১ ।

মায়া পুম্নমক্কি মবুংত্তো; শ্রীকৃষ্ণগী; মায়ানা মরম্; ওইহুনা খুহুম্ চন্‌বনা নন্দ; যশোদ; অনিনা ইবুংত্তো মাত্তোন্দা স্তুতি তৌবদি ত্তম্‌খিদে অতুগী মরম্দি যোগমায়ানা মতম অচুদা অনিমক্ লোংবা ত্তম্‌খিদে নিদ্রানা খুহুমচন্‌বনা ;অবাবা ওইখি অনিমক্ লৈপাক্কা তুমহুনা অহিং মতো অমুমা লেলখ্রে ॥ ১২১ ।

এতস্মিন্নন্তরে বিদ্ব নির্ম্মলকাভবন্নভঃ ।

ববুর্গন্ধবহা দিব্যা ননৃতু শ্চাপ্সরো গনাং ॥ ১২২ ।

ব্রহ্মানা অনিয়াদা হাইখি।—হেবিদ্বন্। অহুগী ভুঙ্দা মথুরাদা মতম্ অহুদা অঙকুপা নোঙ্ চুরমথদগী লেপখিবা অমকুপা লৈত্রবা আকাশদা থৌবামিচাক্ নিংথীনা থোকখি পুক্লিংহনা কন্থি মুংশিবা মনম্ পুহুনা মুংশিং শিংখি অহুককি মথৈ ওইবা জগোই শাবী জগোই শাগদৌবগী ঈশৈ শককাদৌবগী হৌখে ॥ ১২২ ।

জায়মানে জনে সর্ব্বে দেবাং ঋষিগনা খগাঃ।
বিত্ত ধরোরগা যক্ষাঃ পিশাচাশ্চ উপাবিশন্ ॥ ১২৩ ।

গোকুলদা গোকুলচন্দ্র অবতার ওইরে অহুগী তুংদা মথুরাদা দৈবকী ইবেমাস্থ ভগবাণ্ জন্ম ওইরম্দাইগী অরাবা ওইরে মতম্ অহুদা আকাশদা লৈরিবা অয়াম্বা লাইময়াম্ ঋষিগন, পক্ষিগন, বিদ্যাধর, উরগন, যক্ষগন, মতৌ অহুম্বা পিশাচগন, অমাং অতা লৈত্রবা পরমাত্মা নারায়ণদা পুন্নমক্না লৈশি লৈথোনখি ॥ ১২৩ ।

অবিরাসী জ্জগন্নাথঃ শঙ্খাজ পরিঘা যুধাঃ।
পীতবাসা বৃহদ্বাহু রজাস্যোজ পদদ্বয়ঃ ॥ ১২৪ ।

পুক্লিংহনা কক্তবা মতম্ অহুদা দৈবকী সুতিকাগারদ জগন্নাথ শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম পাইবা পাম্বোম সাংবা চতুর্ভুজ স্নাফিগেৎ থোলবা অংভৌবা লৈ পরেং থোলবা মাইথোং ফুগাইনা শাংপা খন্নাল্গুম্বা অঙাংবা খম্নাল্ মানবা ভগবাণগী চরণ নারায়ণ মহাকী ( পরিকরসহ ) অবতার ওইরে ॥ ১২৪ ।

এবমালোক্য তদ্রূপং বসুদেবো মুদান্বিতঃ।
অস্তোষীদবধার্য্যাথ দণ্ডবৎ প্রণমন্মুহুঃ ॥ ১২৫ ।

পরমেশ্বরগী স্বরূপ, লক্ষণ তিনবা মচাবু উরে বসুদেব থোইদোক্না পুক্লিংদা হরাওখি মতুং অহুদা ঐগী মুখদা ভগবাণনা অবতার ওইরারে অসুম্না মহাক্কি রাখকদা খল্লহুনা লৈপাক্তা দণ্ডবৎ তাহুনা হন্না হন্না খুরম্নগা লৈশি লৈথোনখি ॥ ১২৫ । তাৎপর্য্য—করম্না স্তুতি তৌখিবগে হাইবা অহু ( ভাগবত ) তা ফোংদোক্না হাইখে । ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ। অসিদাদ শ্রীরাধাগী মাহাত্ম্য বর্ণন শ্রীকৃষ্ণগাদি সংক্ষেপতঃ ওইনা ॥ ১২৫ ।

হৃষ্টোহৃষ্টৌচ্যতোদেবঃ প্রোহতাতং কৃপার্ণিধিঃ।
মেঘগম্ভীরয়া বাচা প্রসন্ন পঙ্কজা ননঃ ॥ ১২৬ ।

অহুগুম্বা বসুদেবগী স্তুতি পেনবিরহুণা ভগবাণগী মাইথোং ফুগাইনা শাংপা খম্নাল্ তমজানিংঙাই ওইবা শ্রীমুখনা নোং ভংবগুম অংকুপা রাহৈনা মপাগী মশক্ ওইবা বসুদেবদা অসুম্না হাইরকই ॥ ১২৬ ।

শ্রীভগবাণ নুবাচ।—তাত সাংসিদ্ধি পরমং তপঃ কলমুপাগতম্।
ইত্যুক্তা সংজহারাশুরূপমৈশ্বর মুত্তমম্ ॥ ১২৭ ।

ভগবানণা হাইখি—হে পিতঃ! নহাক্কা নিংজবাগী মহৈনা ঐবু অসেংবনি খংঙো অসিতং হাইরমমগা থুনা অখোইবা ঈশ্বরগী রূপ হঙ্গনখে ॥ ১২৭। তাৎপর্য্য।—বসুদেবদা ভগবাণনা হায়রিবদি অসিনি নহাক্কা নহান্ মুক্তি মপোক্তা ঐবু নিংখি অহুগী মহৈনা নচাগী মশক্ ওইররি নহাক অসে মমাংঙৈদা পৃশ্নি হাইনা ফাওরম্মি—নহাক্কি পত্নীগ শতরূপা কৌরম্মি নখোই অনিনা ঐবু নচা ওইনা ফংজগে হাইনা নপুকনিংদা অকনবা তপ্ তৌখি মরম্ অহুনা বসুদেব—দৈবকী কৌহুনা হন্দক্কি মপোক্তা ঐবু নচাগী মশক্ ওইনা ফংঙরি। ১২৭।

অথ বসুদেবা বির্ভাবঃ

তাতংগ্রহ পুণঃ শীঘ্রং নয়মাং গোকুলং প্রতি।
তদাশ্রুত্য তস্যবাক্যং মথৈবানন্দ গোকুলম্॥
সুতিকাগৃহমধ্যে তং বেশয়িত্বাণস্থণ সুতাম্।
যশোদয়া মহাভাগ কারাগারমথা গমৎ॥ ১২৮।

হে মহাভাগ অঙ্গিরা। ভগবাণনা অমুক হয়া বসুদেবদা হাইখি—হেতাতঃ! নহাক্কা ঐবু থুনা পুহুনা গোকুলদা চৎলো নন্দালয়য়ৌরগা যশোদগী সুতিকাগারদা চংঙগা মহাক্কি মনাক্তা ঐবু থম্মম্মু মহাক্কি মচানুপী অদো অমুক্ পুরকউ অসুম্না বসুদেবদা হাইবা বা তারবদা থুনা পুহুনা নন্দ গোকুল য়ৌরগা সুতিকা গৃহমধ্যেদ যশোদাগী নাক্তা মচা থম্মে মহাক্কি মচানুপী অহু পুহুনা লাকপনা মহাক্কি কারাগারদা লাকুনা থুংঙরে॥ ১২৮। তাৎপর্য্য।— ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ অসিদদি বসুদেবনা কৃষ্ণ পুহুনা চংপদা অনস্তনা নোঙ খনবা যমুনাদ কৃষ্ণ তাখিবা অমদি মহা-মায়ানা লমহুইগী মশক লৌহুনা বসুদেবদা লম্বী তাকপা যমুনা লানবা মতৌ, অসুম্না বসুদেবনা কন্যা পুরকলগা কারাগারদা থুংঙবা অসিনচিংবা ফোংদোক্না ইত্রে-অপ্তোপা পুরাণসিংদা চাওনা লেংথে—অরূপা পুম্নমক অহুদি লেংত্রে অমনা মতম অহুদা বসুদেবনা মচা থম্বা মতম্দা যশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণ বসুদেবগী মচা কৃষ্ণ অনি অদো অমত্তা ওইখি (পূর্বরূপ) ফোংদোকখিত্রে॥ ১২৮।

ততোবুধ্যস্ততে সর্ব্বে কারাগারস্য রক্ষিণঃ।
বালস্বণমবাশ্রুত্য ত্বরারাজেন্দ্যবেদয়ণ্॥ ১২৯।

অহুগীতুঙদা কারাগারদা বসুদেবনা দৈবকী নাক্তা মহামায়াবু থম্বা মতম্ অহুদা অচম্বা অঙাংগুম্না কপ্ফি কপ্পগী খোঞ্জে তাবদা লৈরিবা পুম্নমক্ হৌগৎতুনা থুনা লাকলগা রাজা কংসদা হঙ্গংখি—মহারাজ! দৈবকী ওস মচা ফংজে॥ ১২৯।

অবেত্যত্বরচঃ কংস উরসেত্যা বধাচচতাম্।
বিদ্রু রূপ ধরা গৌরী জগাম শঙ্করান্তিকম্॥ ১৩০।

মনাইশিংনা হাইবা দৈবকীগী মচা ফংঙে তাবদা কংসরাজ মশম্ ফানা চেললকুলে সুতি কাদগী অহুগুম্বী কন্যা অদো লৌরগা নুংপাক্তা হাইহংকে তৌবদা মাহামায়া জগৎক্কি মমা ওইবা

অদো কৃষ্ণগা পোকমিন্নবীনি অথুৎ মিপান্ পানবী ওইদুনা আকাশদা লেপ্লগা মহাদেবগী নাত্তা চৎখে। অর্থাৎ জগৎকি মশক্ ওইবী (ঐশ্বরী শক্তিকে) মহাকপু কনানা মাংহন্বা ঙমগদগে ? মহাক্কি শক্তিনা অসিগুম্বা জগৎ পুথোকুনা লৈরি ॥ ১৩০। তাৎপর্য্য।—শ্রীমদ্ভাগবততা অদুগুম্বা পোকলিবী অদা লাউ ফদিবীগুম্মি। অর্থাৎ কংসগী খুৎতগী কৃষ্ণগী মচন্ অদুনা আকাসদা লেপ্লগা নোকুনা হাইখি—রেতুর্ব্বিনীত। নংগুম্বানমু ঐবু মাংহন্বা নক্তৌ করি লৈ। নংবু হাৎলগদবা নংগী য়েক্কবা অদুদি—মফম্ অমদা পোক্খ্রে অস্মু হাইরগা দেবী মফম অদুদগী চৎখ্রে ॥ ১৫০।

ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ অসিদদি কৃষ্ণা পোকপগী মারি শ্রীরাধিকা জন্ম ওইরবগী তুণ্ডদা বাল্যলীলাগী মারি অমদি গোকুলদা নন্দাউসব পুন্না তৃনাবর্ত্ত অঘ বক বৎসবধাদি অমসুং ভগবানগী গোচারণ আদোম্বা লীলা অদুদি ইত্রে অসেংবদি শ্রীরাধিকগা লোইনদুনা শ্রীকৃষ্ণগী (মিলনাবধিমাধুর্য্য) লীলা খজিক্তং ইরি শ্রীকৃষ্ণগী বাল্যলীলাদি অয়াম্বা পুরান্দ য়েংবিগদবা ওইরে ॥

মতাং অসিদা ব্রহ্মাণ্ড মহাপুরাণ ব্রহ্মাগা মচা তরেৎক্না
ঙাংনবা রাধা হৃদয় শ্রীকৃষ্ণ জন্ম মাপন্ শুবা
অধ্যায় লোইরে ॥ ৯।

---

অধ্যায় তরাশুবা – ১০

দৈবকীগী মচা ওইনা পোকলগা (স্তনপান্) শুইদবগী মারি ত্রেতা যুগক্তা শ্রীরামগা কৈকেয়ীগা অনিনা হাইনব অনিগী মারি খরদং ইজবা।

চৌদ্দবর্ষ পরে আসি নেম দেশে।
কৈকেয়ীশুনিল রাঘবের আগমণ
পুর্ব্বের কলঙ্কে লজ্জা যুক্ত হয়ে মন
মধ্য পথে বসি রহে দুঃখিনী যে মন
দূরহৈতে ভরথ দেখিল কৈকয়ীরে
রাম পথ আগুলিয়া কহে যোড়করে
এই পথ পরিত্যাগ কর প্রভু রাম

চহি তরা মরিগী তুংদা নন্দী গ্রামদা থুংগরে।
কৈকেয়ীনা রাম লাকলে তাররদা ॥
হান্নগী মাথোক্ খল্লুবদা ইকাইবনা তিল্লি।
আবাবা ওইদুনা লম্বি ময়াইদা কমদুনা লৈখি ॥
অমাপ্পদা ভরতনা কৈকেয়ীবু উখি।
রামগী লম্বি থংদুনা থুং লোমাখি ॥
লম্বি অসো দা লেংঙানু রঘুমণি রাম।

এই পথে যাইতে রাম মণেভয়বাসি
পথি মধ্যে বসি য়াছে দুরন্ত রাক্ষসি—
হাসিয়া বলেণতবে দেব রঘুবর
রাক্ষস পাইলে মো:র আনন্দ বিস্তার
রাক্ষস অন্তক অমি তাগেনা ডারাই
সেরাক্ষস নহে এই শুন রঘুমনি
মায়া পাতি বসেছে কৈকয়ী চণ্ডালিনি
শ্রীরাম বলেন ভাই নাবল এ কথা
চল চল মাত: কেন বসি রাজ পথে
এত বলি রঘু নাথ দ্রুতগতি গেল
কৈকেয়ী চরনে গিয়া প্রনতি কলিল
কৈকেয়ী বলেন এস দয়ানিধি রাম
যে কর্ম্ম করিনু আমি শ্রবনে অদ্ভুত
চণ্ডালিনী হয়ে তোরে পাঠাই বন
একবার মোরে রাম ডাকহ মাবলি
এতবলি কোলে করি চুম্বিল বদন
এক সত্য কর রাম কমল লোচণ
অকাশ ভাঙ্গিয়া পড়ে ভ" তেরমুণ্ড
পুণঃ কিবা বনেতে পাঠান রঘুমনি
ভরত বলেন শুণ আরে চণ্ডালিনী
পুণঃ যদি র খরে বলহ কিছু বানী
খাণ্ড: পানে চাহি কথা কহিবি বুঝিয়া
কৈকেয়ী বলেন শুন কমল লো:চণ
এই মত চৌদ্দর্বষ করয়ে শাসন
এতেক শুনিয়া তবে বলে রঘুমনি
কহ কেনঃ মাতারে কহিছ কটু বানী
পুনঃ বনে পাঠাতে মায়েরহয় মন
ক্রন্দা করিয়া তবে বলে রাজরানী
আর পোড়া মুখেকি বলিব হেনধানী
ভরত বলেন যারে খল আচরল

লম্বি অসোমদা চৎলবদি পুক্লিংদা অকিবা ওটরে ॥
লম্বি ময়াইদা তমথিবী রাক্ষসী অমা লৈরে
শ্রীরামনা নোক্লগা হায় মতম্ অহুদা ॥
হিণ্ডচাববু কংণ্ডবদি ঐদি খোইদোক্লা লুংতাই ।
হিণ্ডচাবগী মমনি ঐদি মখোইবু কিদে া
হিণ্ডচাবী নত্তে তাবিয়ু রঘুমনি ।
কংত্রাবী কৈকয়ী মায়া ভোৎহনা লৈরি ॥
শ্রীরামনা হায় অহুগুন্বা বা হায়গনু ইবুংঙো ।
চৎলসি ইমা করিগী লম্বিদা ফম্বনো ॥
অসি হায়হুনা রামনা চেনসনগাকুই ।
কৈকেয়ী চরন্দা চ.হুনা খুরুম্‌খে ॥
কৈকেয়ীন হায় লাও দয়ানিধি রাম্ ।
পুমমক্ ঐননি খল্লুবদা ওক্লে ॥
বাখন চুমদবদগী নহাকপু বে.ন্দা থাই ।
অমুক্কা ঐভোন্দা ইমা হাইখো রাম্ ॥
অসি হাইহুনা ভম্পাক্তা পমহুনা চুপ্‌খে ।
রাম অমুক্কা রাশকুই কমল লোচন ॥
তাবদা ভরতকি কোক্তা আকাশন ননম্বাগুম্ ।
রামবু অমুক বন্দা থাগদৌরিত্রা ॥
ভরতনা হাই তাও চণ্ডালিনী ।
শ্রীরামদা অমুক্ হয়া অহুগুম্বা বা হাইগনু ॥
হায়গদবা বা থাং য়েংঙগা হাইয়ু ।
কৈকেয়ীনা হাই তাও কমল লোচণ ॥
অমুম তৌনা চহি তরা মরি সেমি ।
তাংনবা বা তারবা তুণ্ডদা শ্রীরামনা হায় ॥
করিকি নো ইমাদা অহুগুম্বা বা হায়বদি ।
হয়া বন্দা থারবস্ম ইমানা মিংবা তৌসনু ॥
রাজ রানীনা কপপগা হ ইরকই ।
অহুগুম্বা বা অদো ইচিনদগী ওইখে ॥
ভরতনা হায় মাগী কংত্রবা লমচৎ ।

কালসর্প মুখে যদি ঢালিয়ে পীযুষ
বিষের সংযোগে দেখসে হয় বিষ
শুনিয়া ভরতে নিবারিল রঘুমনি
যে আজ্ঞা করিবে মাতা পালি বসঘরে
এই সত্য কর পুত্র হবে জন্মান্তরে

গর্ভে যে জনম বেল করিব পালন
শুণিয়া লবে ন তবে রঘুনন্দন
গর্ভে জণমিব ওবে ইথে নাহি আন
কিন্তু মাতানা করিব স্তবস্তন পান্

শুণিয়া কৈকেয়ী বলে শুন বাপধন

শ্রীরাম বলেন মাতা শুন তার কথা
পূর্ব্বে মোরেমুদ্ধ খেতে দিযে ছিলে
অভিষে ককৈলপিতা রাজ্যের কারন

দশ দণ্ড বেলা যে করিল নিরূপন
প্রাতঃ কালা বধি আমি কিছুইনা খাই
কৌশল্যা জননী দুগ্ধ আনি লেন
তখন আমারে মা বিদায় দিল বন
কৌশল্যা বলেন দুগ্ধ করহে ভক্ষণ
তুমি তাহে কহিলে না খাও দুগ্ধ আর
নগর বাহির গিয়া কর ফলা হার
তব অজ্ঞা শিরে ধরিনা খাইমু পয়
দুগ্ধ বাটি ফেলিয়া কৌশল্য মোহ হয়

সে কারনে দুগ্ধনা খাইব তব কোলে
হেন কথা ছিলবটে আমি চণ্ডালিনী
হেরবংশ মোরে ভুঞ্জেছেল দুগ্ধচব

মিলগী মহিমা অমৃতা তৈহনবু হ ওন্নি ॥
হুগবু ভিন্নবদি অমৃতা খদো হ ওন্নি ।
শ্রীরামনা ভরতপু খামুখে ॥
ইমা তাকৃপীয় নচা মামগে ।
রাশকউ হাইবদি হয়েং মুক্তি মপোক্তা
ঐগী গর্ভদা চংহনা পোকউ হাইবনি ॥
পোকলবদি পমহনা অমৃতা ঈনজগে ।
তাবদা শ্রীরামনা হায় ॥
ইমাগী গর্ভদা পোকচগে চিংনবীগনু ।
অঙুমনদি ওইরগা ইমাগী অমৃতদি
থকখ্রোই ॥
তাবদা কৈকেয়ীনা হায় করিগীনো ইবুংঙো
পোকলগা অমৃতা থকওই হায়বদি হায়বু ।
শ্রীরামনা হায় অহুগী রা তারো ইমা ॥
মমাংদৈদা ঐঙোন্দ শঙ্গোম পীথকৃখিদে ।
পিতানা নিংথৌ ওইহনবিনী হাইহনা ঐবু
মুমিদাং অদো বত্রা তৌরে অভিষেকতীদমক্ ।
নোংঙল্লপা পুং তরাদা নিংথৌ হাপ্কনি ॥
নোংঙানবদগী ঐ করি অমত্তা চাদ্রে ।
কৌশল্যা ইমানা শঙ্গোল পুরকই মতমু অদো ।
মতম অতুদা ঐবু ইমানা বনদা চংলো হায় ।
কৌশল্যা ইমানা হায় শঙ্গোম থকথ খাম্মি ॥
নহাক্ৰা হায় মতম অসিদা শঙ্গোম থক্কন্নু ।
খুল অসে লাল্লগা উহৈ চাও তাকৃপী ॥
ইমাগী য়াথং পুহনা ঈশিং কাওবা থকৃতে ।
কৌশল্যা ইমা ভকৃলহনা শঙ্গোম চকু অহু
লংথোকৃখি অরেম্বদা মাংখি ॥
মরম্ অহুনা নতহাক্তা অমৃত থকওই ।
রা অশি কৈবদগী ঐবু চণ্ডালিনী কৌথিবনি ।
বিধিনা খুদম্ চন্‌খিহন ঐগী ইচিনা অসিনা—
ওম্থোকপা রা হাইক্রইহ ।

ভরত্ত বলেন এই তব ভাগ্য চাই
কিব লিব সেই কালে আমিথ্যা কিনাই
পিয় বাক্য বলি শান্ত কৈল নারায়ণ

ভরতনা হায় মাদো নহাক্তি লাইবক কৈদা ॥
করি হাইনি মতম্ অদো ঐ লৈতে ঐ লৈরবদি ।
মুংশিবা বাহৈনা থেম্জনথি নারায়ণনা ॥

মরম অসিনা কারাগারদা পাম্মোম মরি পান্দুনা পোকলিবনি অমূত থকওই হাইবদগী অমুক্ গোকুলদা থৈরিবনি ।

## কৈকেয়ীগা লক্ষণগা ওাংনবারা

তবে লক্ষ্মনে যে রাণী লইলেন কোলে
কিবা ধণ দেখি বাপু তব কটিতলে
লক্ষ্মন বলেন মাতা শুন গোবচন
যবে আমা তিন জনে পাঠাইল বন
তিন মুষ্টি ক্ষুদদিলে পথের সম্বল
সেই ক্ষুদনা খাই ভকত বৎসল
অদ্যাবধি আছে বান্ধা সহিত বাকল
এত শুনি কৈকেয়ী শিরেতে কর হানে
এ অখ্যাতি খাবনা হই লত্রি ভুবনে
বুকেতে কলঙ্ক কেণ দেখিয়ে লক্ষ্মণ
সৌ মিত্রি বলেন রাবনের যুদ্ধ কালে
বক্ষেতে বিন্ধিল মাদারুন শক্তিশেল
শুনেছ সেসবহন্ন মারনের মুখেতে
কৈকেয়ী বলেন ধন্য ধন্য পুত্র তুমি
তব কর্ম্ম দেখিয়া বিস্মিত হৈনু আমি
মোর বাক্যেকৈলে বাপু কাননেগমন
সে কারনে শক্তিশেল পড়িলে লক্ষ্মণ
তুমিহ করহ সত্য পুনঃ জন্মান্তরে
জন্ম লভিবে বাছা আমার উদরে
লক্ষ্মণ বলেন জবহব গর্ভ জাত
পূর্ণনা হইতে কিন্তুহবে গর্ভ পাত
কপট করিয়া যেণ কহিছ আমারে
সে কারনে অবিভাব হইব উদরে
এই মত পরস্পর হৈল নিরূপন

অদুগী তুডদা লক্ষ্মণবু রণীনা তম্পাক্ত পমখি ।
করিন ইবুংঙো খাংদগী অদ য়েংগে ॥
লক্ষ্মণনা হায় তাবিয়ু ইমা হন্নংচগে ।
ঐখোই অহুম বন চৎলমদাইদা ॥
লম্বিদা চাও হাইদুনা চেঙ্ মুং অহুম্গী ।
চেঙ্ অদু চাদে মনাইনা খুত্তম চন্বা রামনা ।
অদুদগী উকুনা পুনদুনা থমমিবনি ।
অদু তাবদা কৈকেয়ী কোক্তা খুৎহাপখে ॥
অসিনা মরোল অদুমদা মিংচৎথীরি ।
থবাক্তা চিহ্ন অমা উই করিগী লক্ষ্মণ ॥
সুমিত্রাগী মচানা হায় রাবণগী লানদা ।
থবাক্তা তমখিবা শক্তি শেণনা থাবনি ইমা ॥
পুম্নমক হনুমান্না হাইবদগী তারে ।
কৈকেয়ীনা হাই নংগুম্না ইচাদি অতাংবনি ॥
নংগী থবক উবদা ঐ ঙকলে ।
ঐনা বনদা চংহনবদাগী থোকপনি ইবুংঙো ॥
মরম্ অদুদগী শক্তি শেণনা থাবনি ।
নহাক্না অমুক্ত রাশকউ হয়েং মুক্তি মপোক্ত ॥
ঐগী গর্ভদা ইচা ওইনা পোককে হাইনা ।
লক্ষ্মণনা হাই নহাক্তি গর্ভদা পোককে ॥
তোইগুম্বামুং মপুং কাদনা গর্ভ পাত ওইগনু
লৌনম্ তৌদুনা ঐঙোন্দা হাইখি ॥
মরম্ অদুদগী অবির্ভাব ওইগে ।
মতৌ অসুম্না অমগা অমগা হাইনাখি ॥

ত্রেতা যুগক্তা কৈকেয়ীগ, লক্ষ্মণগা অনিনা হাইনখিবা অহুনা বাপুবদা দৈবকিগী গর্ভদা থা তরেং লৈরগা যগমায়ানা পুখিহুনা রোহিণীগী গর্ভদা থা অহুম্ লৈরগা জর্ম ওইখি আসোমদসু রোহিণী অদ দৈবকিগী গর্ভ ওইবদা রোহিণী গর্ভ ওইবনি। দেহগা মিগা তৌবগুম্ যগমায়ানা তৌবনি।

লক্ষ্মননা বলদেব কৌহুনা রামনা কৃষ্ণ কৌহুনা
পোকপা অমগী নৈনবা বারি লক্ষ্মণগী লমন,

রাম অগ্রে লক্ষ্মণ রহেন্ যোড় কর
সকরুনেজিজ্ঞাসেন ত্রৈলোক্য ঈশ্বর
কহদেখি লক্ষ্মণ কিবলে মুনিগন
চৌদ্দবর্ষ কাননে কিনা কৈলেভক্ষন
চৌদ্দবর্ষ রমণীর মুখ না দেখিলে
চৌদ্দহর্ষ নিদ্রালস্য ত্যজিলে করিলে
চৌদ্দবর্ষ নিদ্রালস্য ত্যজিলে লক্ষ্মণ
নিদ্রালস্যস্থানে তাহা করেছি শ্রবণ
চারিকর্ম্মে পারক নহিলে কদাচন
ইন্দ্রজিত অতিকায়ে না হয় নিধন

পুণঃ পুণঃ এইত কহেন মুণিগণ
এক কর্ম্মে তাহারে প্রণয় পাই মনে
আরতিন কর্ম্ম কিবা করিলে লক্ষ্মণ
আমারে সাক্ষাতে বল স্বরূপ বচন
শুনিয়া সৌমিত্রি কহে যুড়িহুই কর
যেবলিলা মুণিগণ সত্য এ উত্তর
রাম বলে চৌদ্দবর্ষ সঙ্গেতে জাণকী

একদিন বদন কিনা দেখ খণুকী
লক্ষ্মণ বলেণ শুণ কমল লোচণ
মাতার চরণ বিনা না দেখি বদণ
কণ্ঠের ভুষণ জ.রনা দেখি কে য়ুর

শ্রীরামগী মাংদা লক্ষ্মণ খুং লোয়ে।
মুশিংনা হংঙি ররোল অহুম্গী মপু শ্রীরামনা।
মুণি মরায়া হায়রিবাসে চুম্রা লক্ষ্মণ।
চহি তরা বনদা করি অমত্তা চারবরা ॥
চহি তরা মরি মুপীগী মাংইথোং য়েদেরা।
চহি তরা মরি বিষ্ণু সেবা তৌরা ॥
চহি তরা মরি তুমদারা তনদারা।
তুমদাবা তনদাবা নিদ্রালাস অনিদগী তারে।
করিগুমদা থবক মরি অসি ওমরোই।
থবক মরি অসি ওমবা মিগী মথুংতা
ইন্দ্রজিত অতিকায় শিগনি হাইরি ॥
হয়া হয়া হাইরি মুণি মরায়া।
থবক অমদি থংডে অরেপ্পা ওইনা ॥
থবক অহুমদি করম তৌই লক্ষ্মণ।
ঐঙোন্দা অরেপ্পা হাইয়ু লক্ষ্মণ ॥
তাবদা লক্ষ্মণ খুং অনি লোয়ে হঙংলৈ।
মুশিশিংনা হাইরিবা অসে অচুমবনি ॥
শ্রীরামনা হায় চহি তরা মরি অসি সিতগা
লোইনজুনা লৈরিবা অসিদি।
নোংম কাওবা সীতাগী মাইথোং য়েংরা, খাণুকি।
লক্ষ্মণনা হঙংলি তাথিয়ু কমল লোচণ।
ইমাগী চরণ নত্তনা মাইথোং য়েংজদে ॥
খোরিদা থোনবা মা শরেং লৈ পরেং অমনা
তুংগী শমজি য়েংজদে।

সবে মাত্র দেখি তাম্ চরণে নপুর

রাম বলে কহ সীতা রূপ বরণ
দেখিলে কি লক্ষ্মণের কেমন নয়ণ

সীতা বলে যখন দেবরভিতে চাই
অধো মুখে থাকে চক্ষু দেখিতে নাপাই
শুনিয়াদয়ার নিধি শোকে বাড়ে মনে
কহ ভাই বিষ্ণু পুজা করিলে কে মনে
সৌমিত্রি বলেন প্রভু অপনাবিস্মৃতি
বিধাতার ধাতা তুমি গোলোকেরপতি

তুমি বিষ্ণু তোমা সেবিতাম রাত্রি দিনে

অন্যনাহি জানি অই পাদপম বিনে
অই পদ সেবিনিত্রা লক্ষ্ম পদ্মি হরি
অই পদ সেবি তুচ্ছ দেখি তাম নারী

ফলমুল অন্ন কিবা নাহি খাই পয়
যখনক্ষু ধায় অঙ্গ হইতে দাহন

অই পাদপদ্মে মতি দি তাম তখন
ভাবিলে অভয়পদ ক্ষুধা যেত দূরে
চৌদ্দবর্ষ কাননে বঞ্চিলু এ প্রকারে
কুটীরে বিরাজ কর লক্ষ্মী নারায়ণ
হাতে অস্ত্রদ্বারে আমি করি জাগরণ
রাম বলে চৌদ্দবর্ষ ন খাও কে মনে

আমি যে ফল তোমারে দিতাম দিনে দিনে
সে সকল ফল কোথা কহরে লক্ষ্মণ

মেংবদি অমখক্ উমাদি চমকা খোঙরা
নমুরক্তী হেক্লা মেংজদে ॥
শ্রীরামনা হায় সীতা অরোয়া হাইবু ।
উব্রা উজ্রব্রা লক্ষ্মণগী মাইথোং
মোংমা ময়ঙরা মেংলে ॥
সীতানা হায় ইনাওগী মাইকৈদা মেংবদা ।
রঘুমণি ইনাওদি মেংঙ্বদা লুকথাহুনা
হেক্তা সৈরম্বী নোংমা কাওবা মযাই উদে ॥
তাবদা চানবী হৈবা আবাবা ওইরে ।
হ'ইয় ইবুংঙো বিষ্ণু পুজা করম্না তৌই ॥
লক্ষ্মণনা হায়খি কাওবীরব্রা প্রভু ।
ইবুংঙো নহাক্ অসে ব্রহ্মাগী মবুংঙোনি নহাক্
গোলোকী মপুনি ॥
ইবুংঙো নহাক অসে বিষ্ণুনি অহিং নুংথিল
সেবা তৌই কাওবিরবননি ।
চরণ পদ্মাল নত্তনা অপ্রেপ অমা থঙরদে ॥
চরণ সেবা তৌজবদা তুম্বা তনবা কাওই ।
চরণ সেবা কংগ্রধবা তুপীরি মাইথোংদি করি
লৈ উংকুম্মি ।
উহৈ চাক্ অমদি ঈশিং কাওবা থকচদে চাজদে।
মতম্ অহুদা অয়বা খৌরাংবনা চাকলবদা দেহা
অসে আরাবা ওইরমদা ॥
চরণ থম্বাল নিংশংজবদা উবিতুনা ।
কৃপাদগী অরাপ্পা খৌরাংবা চেনখ্রে ॥
চহিতরামরি বনদা অস্থ্মা লৈরে ।
উনাগী য়ুমদা লক্ষ্মী নরায়ণ চেপ্‌পগা ॥
খুংলাই পাইদুনা থোাদ ঐনা লৈরে ।
শ্রীরামনা হায় চিহুত্তামরি করম্না চাক্রিবনো
হাইয়ু লক্ষ্মণ ॥
ঐনা নংঙোন্দা হৈপী মুমিং থুদিংগী ।
হৈ অহুদি করাইদা থম্মি হাইবু লক্ষ্মণ ॥